# মীওইবা জাতি কদোমদা ?

এন, শামু সিংহ, এম, এসসি,
( রিতাইয়ার্দ প্রিন্সিপাল )

Dedicated to those who struggle for victoy over Nuclear Threats.

নিউক্লিয়ার লানগী খুদোংথিবদগী কন্নবা হোৎনবিরিবা পুম্নমকী মফমদা কৎথোকচবা।

এন, শাম্ম শিংহ

অহানবা পবলিকেসন অসিদা বনাল অরানবা থর মাঙখিবা অসিগী-দমক্ত মুংঙাইতবা ফোংদোকচবগী লোয়ননা অনিশুবা পবলিক-কেসনদদি অরানবা অয়াম্বা চুমথোকচল্লে।

# FOREWARD

I have read the book "মীওইবা জাতি কদোমদা" written by Shri N. Shamu Singh Ex-Principal, Thoubal College, Manipur. In this book the writer has made an effort to visualise the ultimate fate of mankind in the context of the present armament race among the super-powers. Perils of a nuclear war are now round the corner and fate of mankind is now hovering between life and death. Unless the production of strategic arms and nuclear weapons is completely banned nobody can predict the survival of mankind.

Hurridly the writer has made a brief survey of the present political scerario of the world by highlighting the role played by the super-powers. Their policy and designs in important world events wherever they occur indicate clearly who wants, peace and who does not Indeed the writer has formed his own opinion based on arguments drawn from a number of international and national events and those who disagree with him may advance their own counterpoints. In the process the reader will find an opportunity to examine both the views and draw their own conclusions. Obviously a correct and unbiased world opinion is likely to emerge and this may go a long way in easing the present tension that plagues every individual's mind. It may be borne in mind that it is not the strategic arms but the voice of the people of the world that will ultimately decide the fate of mankind on earth.

One distinguishing feature of the book is the language (Manipuri) in which it is written. Junior Manipuri students who are not well conversant with English will find the opportunity to study the subject more thoroughly. I am of the opinion that for junior Manipuri students in particular this book may be a treasure.

I congratulate the author and wish him all success.

Th. Nilamani Singh
Chairman,
Board of Secondary Education,
Manipur, and Ex-Rector, Manipur
University

Dated, Imphal
the 17th June. 1986.

**বাকৌদোক :** ঙসিগী বিজ্ঞানগী যুগ অসিদি পৃথিবী অসি পিশক্ পীক্লবা লৈকায় থুঙং অমগুম্মে। লাপলবা চিদায় অমদা থোক্লিবা থৌদোক্ অনবপা লৈকাইদা থোরপগা থোইনা খেন্নবা লৈত্রে। অসিগুম্বা মতম অসিদা শক্তিগী মণ্ডলদা ঙাক্‌হৈবা মীওইবনা অনৌ-অনৌবা লৌশিং কয়াগী পান্থেনা পূথোরবপা খুৎলায়তনা মালেম অসি মিকুপ খরগী মনুংদা তুমনা মাঙ্‌হনবা ঙম্বগী শক্তি অহু খুত্তা পাম্লশিনহনা থম্লরে। অসিগুম্বা শক্তি অসি বিজ্ঞানগী হিরমদা থোয়দোক্না মাংজিল্ থারিবা আমেরিকা অমসুং রুশিয়া লৈবাক অনিগী মফমদদি হেনমম্না মরাং কায়না লৈনরে। মসিগীসু মথক্তা নোংম-নোংমগী হাপচিনবসু লেপ্পা লৈত্রি। ইডিওলোজি খেৎনবা লৈবাক্ অনিসিনা অমনা অমদগী লাকচখিগদ্রা খনবদগী নক্রগা মকোক্ থোংবা ওইনিংবদগী মাগী মাগী চিচং নক্রগা থোংলোয় শেমগৎনরকপদা শক্তিগী হিদাম্লরকপা অসিনা মীওইবা জাতি অপুম্বগী ওইনা খুদোংথিবা অসি ওইবকলিবনি। হৌজিক্কী মীরোল অসিদা লৈরিবা মীওইবা জাতি পুম্নমকপু তুম্না মাঙ্‌হনখিবতা নত্তনা ফজরবা পৃথিবী অসি চহি লিশিং কয়া ফাওবদা মীওইবনা অমুক্ হন্না খুন্দা-লৈতাবা য়াররোইদবা হুতনা থললবা লৈকংলা অমা ওইথিবা য়াবগী খুদোংথিরবা তাঙ্গাহু চপ চানা লৈবে। অসিগুম্বা চিববা তাঙ্গা অসিদা তুম্না মাঙ্‌খিবা তারবা মীওইবা জাতি অসিবু কন্নবা উপাই করি লৈরিবগে? পুম্নমক অসি কনাগী দায়িত্বনো? লোয়ননা বৃটিশ ইম্পিরিয়েলিজম্না মরু ফংনা নৈহৎপীরম্বা ভারতকী রাজনিতিগী অমসুং অর্থনিতিগী নিংতম্বা পুবক্লবা হোৎনরকপা থৌরাংদা সোসিয়েলিষ্ট ব্লোক্ অমসু কেপিতেলিষ্ট ব্লোক্ অনিগী মনুংদা কনানা অশেংবা মরুপ্ ওইরকলিবগে হায়বা হিরম অদোমদা থিজিনজরুবা খরদং মীয়ামদা লাম্লোকচবি—"মীওইবা জাতি কদোমদা" অমুক্কং মিংয়েং তাবিরগা মাঙখিগদৌরবা মীওইবা জাতি অসিবু কন্নবা মায়কৈদা অঙম্বা তেংবাং খরদং পিবিরক্লবদি হোৎনজমনগী মহৈ রাল্লে লৌজগনি। অশোয় অঙাম তারপীরকপগা লোয়ননা যগৎনবগী মায়কৈদা নিংশিংবিরবপা খুদিংমক হরাও তয়াম্না ওকচগনি।

এন, শামু সিংহ

# মাওফম তাকপা

# মীওইবা জাতি কদোমদা ?

অহানবা পন্দুপ

"ভারত মহাসাগরদা লানগী থৌরাং"

শক্ ১৯৭০ দগীনা ঙসি ফাওবদা Imperialist লৈবাকশিংনা ভারত-মহাসাগরদা অমদি থোইদোক্ হেন্দোক্লা Persian Gulf তা রাজনীতিগী ফিভম শাখিনা ফংহনখ্রে। মফমশিং অসিদা য়াম্না খুদোংথিনিংঙাই ওইনবা পৃথিবীগী শান্তি থুগাইনবগী উংথৎনফম্ ওইরে। ওইবক্লিবা ফিভমশিং অসি কনাগী মরামনো নত্রগা দাবিখ্রবনা ? তুম্না মাংখিবা তারবা মীওইবা জাতি অসিবু কল্লবা উপাই কবি লৈরিবগে ?

মমাংঙৈদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা চাংদা Imperialist লৈবাকশিংগী লানগী শক্তি অসি লমদমসিদা অঙকপা ফংনা থোমজিনখ্রে। U.S. কী ঈশিং লাম্মিগী খ্বাইদগী চাউবা শক্তি অহু মসিদা পৈশিংখ্রে। ভারত মহাসাগর অসি U S. কী লাম্মিগী খুচোংচারবা লৈফম (base) কয়ানা কুপশিন্দুনা লৈখ্রে, অহুগা অসিগুম্বা খুদোংথিনিংঙাই ওইববা নীতি অসিদা লমদম অসিগী লৈবাক কয়া অমসু য়াওশিনখ্রে। থৌরাং পুম্নমক অসিগী পন্থংফম করিনো ?

U.S. কী অপাম্বা মওংদা সাসন তৌরম্বা ইরানগী শাহনা ১৯৭৯ গী মার্চ্চ থাদা Iran থাদোক্লুনা চেনখিবা, Afganistan দা সমাজিক অমদি অর্থনীতিগী অচৌবা অহোংবা অমা লাকখিবা, কাংহৌনবগী খুদোংচারবা সংস্থান্ — SEATO অমসুং CENTO

কাংলুপ্পা মচেৎ তানা কান্নখিবনা Imperialist আমেরিকা অমদি মহাক্কী মিচংদা লৈবা লৈবাকশিংগী স্বার্থদা অকনবা শাফু অমা ওই-হনখি। মরম অসিনা U.S. অমদি মাগী খোংলোয় লৈবাকশিং লোয়ননা China না খা-নোংপোক এশিয়াদা লানগী ইরাং হেনগৎ-হনখি। Middle-East কী পোকথাম্নবা য়ানা লৈরবা ফিভম অসিবু অমুক হেন্না লুশিনহনলকখি। Indo-Chira গী তংতানা লেপ্পরিবা মীয়ামগী পুন্সিবু থুগাইবা হৌরকখি। ঐখোয় পুন্নমক্না খঙ-নরবা রাফমনি মহুদি লৈবাক অমগী শেল-থুমগী ফিভম (Econo-mic condition) অমদি ঈনাৎ (Culture) চাউখৎহনগে হায়-রবদি তংতানা লেনবা পুন্সি—সাসন দরকাররনি। মরম অহুনা হিরম কয়াদা চাউখৎপদা মাংজিন থাগ্রবা শেপ্পাও পায়বা লৈবাকশিংনা (Capitalist countries) ভারত-মহাসাগরদা উংখৎনরিবসি ঈংথহনবা থক্ পামদে হায়বসি মথাগী রাফম খর অসিনা তশেংনা উৎলি।

ভারত-মহাসাগরগী খোঙবান্দা লৈরিবা লৈবাকশিংগী অপুনবা মীশিং অসি পৃথিবীগী অপুনবা মীশিংগী শরুক মরি থোকপগী অমনি, হেক থংনবা লৈবাকশিংগী য়াওরগনা শরুক্ অহুম থোকপগী অমনি। অপুন্না য়ান্না পাক-চাউরবা মীগী অপুনবা শক্তি (Vast man po-wer) অমা ওইবতা নত্তনা মপান্ ন্নায়দনা তোমথীন্ কান্নরবা খো-নিগী পোৎশক্ কয়ানা পৈন্থনা লৈবা লমদম অমসু ওইরি। Ca-pitalist লৈবাকশিংগী অচৌবা আশা থমজরিবা খাও খোনিগী তং-খাইদগী হেন্না, ইউরেনিয়ম (Uranium) শরুক অহুমগী অনি; সনাগী খোনি তংখাই অমা অমসুং ডাইমণ্ড (Diamond) গী খোনি পুন্নমক্ ভারত মহাসাগরগী খোংবান (Littoral states) অমদি থংনবা লৈবাকশিংদা লৈ। লৈবাকশিং অসিগী তে ভান-তোঙানবা খোনিগী পোংখোক্ মখল নিফু, তোমথীন কান্নরবা

(strategic importance), Uranium, Lithium, Beryllium অমসুং Zirconium য়াওনা U.S. তা থাজিল্লি

লৈবাকশিং অসি খোংলম মঙানা ভারত মহাসাগরগা শম্নহল্লি। অসুম্না ঈশিং লম্বীদা ভারত মহাসাগরনা পৃথিবীগী অতোপ্পা মহাসাগর নত্রগা সমুদ্রদগী কুঙবা হেল্লি। খা-এসিয়া, খা-নোংপাক-এসিয়া, অমসুং প্রসান্তগী লমদমশিংগা Europe, Africa, অমসুং Middle-East কী লৈবাকশিংগা শম্নহনবা খ্বাইদগী হেন্না মরুওইবা ললোন ইত্তিক্বী লম্বি অদু ভারত-মহাসাগরদা ফাওহুনা চংলি। চহিদা থাও টন মিলিয়ন ৮০০ লম্বি অসিদা জহাজনা পুথোকই। হোরমুজ ( Hormuz ) গী লম্বিদা নোংচুপ ইউরোপকী লৈবাকশিংনা লৌরিবা শেংদোক্লিবা থাওগী চাং অসি চাদ ৬০ ( 60% ), জাপান্না চাদ ৯০ ( 90% ), Australlia না চাদ ৬০ ( 60% ), U. S. না চাদ ২০ ( 20% ) জহাজনা পুথোকই শম্না হায়রবদ, পৃথিবীগী সমুদ্র ময়ামগী জহাজ চথোক-চংশিন্দগী কারকপা থাজনাগী চাদ ১০ দি ( 10% ) ভারত-মহাসাগরদগীনি।

ভারত মহাসাগরগী মনুংদা ওইরক্লিবা লানগী অমদি রাজনীতিগী অবস্তা অসি Soviet-Union, Asia অমসুং ইউরোপ্তা লৈবা Socialist লৈবাকশিংদসু চপ্ মান্না কান্নে। ললোন-ইত্তিক্বী মতাংদা নৈনরবদি তশেংনা উগনি মতুদি ইউরোপকী মনুংচনবা Soviet Union গী হিথাংফমশিংগা Soviet কী নোংপোক খম থেংবদা ( Soviet Far East ) লৈরিবা হিথাংফমশিং অনিবু শম্নহল্লিবা চহিচুপ্পা হাংহুনতা লৈবা অমতা ভাইরবা লম্বি অদু ভারত-মহাসাগরদা ফাওই। হায়রিবা লম্বি ( route ) অসি Soviet Union গী শেল-থুমগী ফিভম্ ফগৎহনবদা খোইদোক-হেনদোক্না কান্নরবা লম্বি অমনি। লোয়নননা, অতোপ্পা সমাজবাদ ( Socialism ) চংপা লৈবাকশিংনসু য়াম্না তোয়না শিজিন্নৈ।

অন্তর-জাতিগী থিজিন-হূমজিনবা থৌরমগী ( International Research Programme ) মথাদা Soviet কী বৈজ্ঞানিক্ ময়াম্না ভারত মহাসাগরগী পাক চাউরবা লৈথা অসিদা মখল কয়াগী থিজিনবগী থবক্ চত্থরি।

মরম অদুনা ভারত মহাসাগরগী লমদম অসি ঈংনা-শান্তি-পুর্ন ওইনা লৈরিব্রা নত্রগা উৎখৎনদুনা লৈরিব্রা হায়বসি সমুদ্র খোঙবান ( littoral ) অসিগী লৈবাকশিংতগী ওইবা ৱাফম ওইদ্রে। মরম অসিদগী ভারত-মহাসাগরগী লমদমবু শান্তিপুর্ন ওইবা মফম ( Zone of Peace ) অমা ওইহন্নবা India, Sri-Lanka Madagascar অমদি অতৈ লৈবাক কয়ান ১৯৭১ দগী হৌনা U. N. গী অপুনবা মীফমদা থাঙ্গৎখিবা প্রস্তাবপু Soviet Union না তত্তনা শৌগৎনুনা লাক্লি। অদুগা অমরোমদনা U. S. অমদি মাগী লান্দানিনবদা থরাই য়ানরবা খোংলোইশিংনা ( aggressive military block ) ভারত-মহাসাগর অমদি Persian Gulf কী লমদমবু Zone of Peace ওইহনবগী মহুভা পাক-তরুনা শিনবা থুংনা লান শোক্লদুনতা লৈবা লানফম ( Vast-Powder Megazine ) অমা ওইহন্নবা থৌওইনা কন্না হোংনরি। ৱাফম অসি থর হেন্না মমুং তানা নৈনবদা খুদোংচাননবগীদমক U. S না ভারত-মহাসাগরবু করম্বা মিৎয়েংদা য়েংলকথিবগে অমসুং য়েংলিবগে হায়বদু হায়াফত্তং হঙ্গৎনা নৈনদুনা য়েংশি।

## নাকোয়নবা খুদুম চন্নবা থৌরাং

২০ শুবা সতাব্দি চংশিল্লকপগী মতাং অসিদা গন্-পাউদর ১স্নুং ইস্পাংনা লানগীদমক থোইদোক্লা কান্নবগুম, থাওগীসু কান্নবা লৈ (strategic importance of oil) হায়বসি নোংচুপ লৈবাকশিংদা ভাব তানরকখি। নোংচুপলোমগী শেঙ্গাও পায়বা মোনো পালি

পোক্লি মংস্থান কন্নাগী অচৌবা কারবার .তৌকম অসি থুনমক 'থাও' দা ওইরকখি। মরম অহুনা Middle East কী থাও খোনিংগী মেপু অমম্বুং Black Gold হায়রবদি থাওশিং অফু জহাজগী মতেংনা পুথোররুবগী লম্বিশিং লোয়ননা থাওগী কারবারদা কান্নবা অঙকপদা ফংনা শেন্দোং উৎপগী অঙ্কশিং অসি থাওগী কারবারদা মী.কাক খোংলবা লুচিংবশিংগী টেবলদা লৈবতা নত্তনা Imperialist শক্তিগী ল ণ্ডিগী ওফিসারগী টেবলদা ফাওবা মরাং কায়না উবা ফংই। থাও মরাং কায়না ফংবা লৈবাকশিংদা অরোনবা মীওই কয়া ( Secret-agenrs ) থাজিন্দুনা লৈবাক ঈরাং থোকহন্নবা শিলহল্লি। British কী তমথিরবা T. E. Lawrence না Middle East কী থাওগী কারবার তৌবা মরৈবাকমচা মনুংদা অমগা অমগা যানদনবা ফজনা শিংথি লোয়ননা কোয়না চংপা আরব জাতি মনুংদা মখোয় ম শন অমগা অমগা খৎনহনখি। মহাক্কী থৌদাশিং অসিদা মায় পাক্না মপুং ফানা পাংথোকপগীদমক "Lawrence of Arabia" হায়বা মিংথোল অসি ফংখি। মহাক্কী পাওতাক মতুংইন্না যান্না থুনমক Persian Gulf কী তোরবান্দা লানগী জহাজ কয়া থংখি | অসুম্না Arabian অমদি Persian Gulf মী সমুদ্র খোঙবান্দা Colonial লৈবাকশিংদগী পৈশিল্লকপা লানগী জহাজশিং অসি চৈজাও পায়হনা সাসন্ তৌবগী ( Symbol of big stick policy ) ময়েক লায়বা খুদম ওইবকখি।

মতম অসিদদি British Colonialist ময়াম অসিনা থাও ফংফমশিং অসিগী অথোইবা মপু ওইরমই। অহুবু পৃথিবীগী অহানবা লাজাওগী মতুংদগীদি পৃথিবী শিনবা থুংনা লোই-লম শন্দোক্লম্বা British কী মগুন হঙ্করকখি। ইকোন-কোনবা অকনবা শাফুদি ১৯৪২ দা হৌখিবা ভারতকী কল্লবা শিংতম অন্দোলন অহুনা ওইখি। মসিনা ভারতপু চহি ২০০ লোইলম ওইনা সাসন তৌরম্বহু লোইহনখি।

অসুম্না হান্নগী Imperialist লৈবাকশিংনা শক্তি হুম্বরকখিবগা লোয়ননা অনৌবা শক্তি কয়ানা মখোয়গী মহুৎ শিল্লকখি। German fascism অমদি Japanese militarism না ফেল ওই-রক্লবা মতুং ইকুই-কুইদনা U. S. কী রায়েলশংদগী ( White-Honse ) থাও অমদি খোনিগী তোপ-তোপ কাংরবা ( stratepic inportance ) পোংশিংদা মখোয়গী Interest লৈরে -হায়না লাওখোকিখি। মখোয়না Indian Ocean অমদি Persian Gulf কী লমদমশিং দা চংশিল্লকপা রাজনীতিগী অমদি মিলিতরিগী লাল্লোং অসি British Colonialist শিংনা তৌরম্বা অতুগা মওং অমতনি। লৈবাক অমগা অমগা খংননবা ইনশিনবা, অরোনবা এজেন্ট থাজিন্দুনা লৈবাক মনুংগী সাসন থুগায়নবা লাঙহনবা, লানমিগী শক্তি শিজিন্নদুনা শুপনম সাসন থম্নব হোংনবনচিংবা অসিনি। মতাং অসিদা অবক্লবা খুদম অমা অনিদং পংবা য়াই। লৈবাক মবা-তপ্পা-ফজনা চাউথং-থোরাংগা লোয়ননা সাসন তৌজ-রিবা ইরানগী Mohaman Mossadegh কী সরকারবু C.I.A. গী মতেংনা ১৯৫৩ দা চিংথুখি। মথংদা U.S না Lebanon দা লান্দাখি লোননা SEATO অমসুং CENTO ব্লোক অনি য়াম্না থুনা পুনশিনখি।

অতুম ওইনমক মতমগী ঈংচেলগা লেমননা অহোংবা কয়া লাকখি। ১৯৬০ গী অঙনবা জরুক্তা Soviet Union না পুখংল-কপা রাক্কমগী মতুংইন্না U.N না লোইলম লৈবাকশিংদা নিংতম্বা পিননবা রাফম লাওথোকখিবদগী, মরৈবাক নিংতম্নবগী অকনবা অন্দোলন কয়া লোইলম লৈবাকশিংদগী লাকখি। মসিগী কল্লবা ঈহৌ অসিনা Africa শিনবা থুংখি। Asia অমসুং Middle East কী মীওইশিংনা মশাগী অধিকার (rights) গীদমক অকনবা লড়াই থেংনরকখি। অসুম্না পৃথিবীগা রাজনিতিগী মানচিত্রদা

(Political map) অনৌ অনৌবা লৈবাক কয়া উরকখি; লোয়ননা Imperialism অমসুং Co'onialism গী মায়োক্তা লাউরকপা থোল্লাওনা পৃথিবীগী কাচিন কোয়া য়ৌনা নিনখি। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা লোইলম শ.ন্দাকপগী ম.য়াক্তা, পৃথিবীদা শক্তি থমহনা সমাজিক অমদি অর্থনিতিগী ফিভম চাউখৎনবা হোৎনগদবনি হায়না হৌবকপা, মীচং-চুংশিন্নবদা য়াওদবা সংস্থানগী ( Non-Alignment movement ) মপাঙ্গল কনখৎলকখি। লোয়ননা লৈবাক কয়ামকয়া Capitalism থাদোক্লরক্তুনা সমাজবাদ ( Socialism ) নিংতিদা মায় ওনশিন্নরবখি। মনিং মথা তম্বা, শক্তি অমসুং চাউখৎপা পাম্বগী থোল্লাও কয়াবু নমংনবা হোৎনরক-খিবা Imperialist কী শক্তি পুন্নমক মপাঙ্গল হন্থরকখি।

মতুঙ অসিদা U.S. না ভারত মহাসাগরগী লমদমদা চৎপা নিংতি অসি মায়ুবা চাংচৎ অমদা লৈখিদে। Imperialist কী কাংবুনা ভারত মহাসাগরগী লমদমদা লানমীগী অমদি রাজনিতিগী শক্তি লৈথহন্নবা ঙম্বমখৈ কন্না হোৎনখি। অম্বুম্না হোৎনরকপসিদা মখোয়গী মীচংশিংনা হান্নবা ফংলম্বা খুদোংচাবশিং অতুগী মতেং কন্না লৌখি। খুদম ওইনা Diego-Garcia ঈথৎ মচা অসি ১৮১০ দা Britain না France তগী লৌখিবা British কী লোইলম ওইনা লৈবম্বা Mauritius লৈবাক্কী মন্নুংচনবা ঈথৎ অমনি। মতম অদুগী লোইলমগী সাসন পুরম্বা British Secretary of State ওইরম্বা Anthony Greenwocd না সেপতেম্বর ১০; ১৯৬৫ দা Chagos Archipelagó অসি Mauritius তগী কক্থৎলগা ভারত মহাসাগরদা "British territory" অমা শেম্লে হায়না লাওথোকখি। য়াফম অসি Mauritius না য়ারবদি মখোয়দা Independence পিগনি হায়নসু য়ানখি। মদুগী মতুং ইন্না ১৯৬৮ দা Mauritius তা Independence পিবা মতমদা ঈথৎ

মচা অসি খায়দোক্লুনা থমহৌখি লোয়নন ১৯৬৫ দা চহি ৫০ গী ওইনা U.S. তা ভারাদা (lease) শন্দোকখি ঈখৎ অসি ভারত মহাসাগরগী খা-নোংচুপ্তা মাইল ১০০০ রোম লাপ্পা, Equator গী মথাদা Latitude degree ২০ অমদ Greenwitch কী নোংপোক্তা Longitude degree ৬০ না করুফমদা লৈ। মাইল ৩৬.২ শাংই। চাংচত্তা মাইল অমগী শরুক মরি থোকপগী অমা পাকই। হায়রিবা মফম অসিদা U.S. না নিউক্লিয়ার শক্তি লৈরবা লানগী খুংলাই কয়া পৈশিন্দুনা থমজিনখিবদগী ওসি ফাওবা য়াথোক ওইনরিবসিনি।

মতৌ অমুম্না Seychelles দগীসু Aldabra অমসুং Farquhar ঈখৎ মচা অনি অসি খাইদোক্লুনা ওসি ফাওবা শিজিন্নরি। হায়রিবা চহিশিং ৩ সিগী মনুংদা U.S. না Australia গী North-west Cape তা Missile-Submarin ময়ামগী ঈ-পাও থয়নবগী-দমক Low-frequency-radio station শাগংখি। লোয়নন Suez canal গী নোংপোক্তা লৈরম্বা British লানমিশিং ১৯৬০ গী মমৈ ওইরকপদা লৌথোকখিবত্নদগী ওইরকপা য়াব খুদোংথিবা অহু মেনশিন্নবা হোৎনখি।

মতমশাংনা Vietnam গী লান্দা য়ারকপত্নুনা U.S কী লানমিশিংনা মায়কৈ অনিদা লান থেংনবসি য়ানা থোকখি। মরম অহুনা য়াইমরপ তৌবা চাংদা Indian Ocean দা লানগী শেম শাবত্নতনা পেনবা তাখি। অদুগা U.S. কী লৈবাক মনুংদসু লান তৌনদনবগী অকনবা হৈহৌ কয়া হৌরকখি। অদুগা Imperialist U.S. না Vietnam দা লান্দাশিন্নরা অসিবু চাউখৎপা পাম্বা পৃথিবীগী মীয়াম্না নিন্দা তৌনরকখি। অশেংনবকসু U.S. না মরক মরক্তা 'লৌনম-নিতি' (Gunboat diplomacy) য়োমদা মাক ওনশিন্নবা হোৎনরকখি। ১৯৭০ গী মতুংনবা শরুকুগী হৌনা লানগী জহাজ (Warships, কয়া

ভারত মহাসাগরদা চাং লাইনা থাজিনখি। Diego-Garcia দা লৈরিবা ঈশিং লাম্নী অমদি নোংথক লাম্নীগী থৌরাংশিংবু খ্বাইদগী মৌবা মওংদা শেমদোকপা ( modernisation ) হৌখি। ১৯৭১ দা নোংচুপ-পাকিস্তান – হৌজিক্লা বাংলাদেশতা মনিংতম্বগী খ্বাইদগী কন্না লাম্নেনরকপদা Air-craff-carrier— "Enterprise" না লুচিংলুনা লানগী জহাজ ময়াম অমা Bay of Bengol দা থৌজিল-লকখি।

অদুবু Indo-China গী লানফমশিংদা হিরম খুদিংদা শাথিনা মায়থিয়রকপনা U. S. কী শাশক্দলগী মনুংদা শক্তি লৈরবা মচিন-চংপা মীওই কয়ানা অন্তর-জাতিগী তশেংনা ওইরক্লিবা সমস্যাশি চু তুং-মাং য়েংলুনা চংশিন্নবগী রাথল খল্লরকখি। থর হেনজিন্না মপুক্লিং লাকশিন্না রাথল থনবা গুম্বা রাজনিতিয়ালাশিংনা, Soviet Union গা ফমিন্নলুনা, ভাব তাননা খুংলাই পাইনদনবগী রারি, অনৌবা তমথিরবা খুংলাই শাবা তোকনবগী রারি, অমদি অতোপ্পা লৈবাকশিংগী মথৌদা খুংথিংজিন্নদনবগী রারি শাননবগী রাকম কন্না পুথংনরকখি।

অসিগুম্বা ফিভম অসিদদি U S. না ভারত মহাসাগরগী মনুংদা লৈখিবা সমস্যাশিংদা চংপা নিত্তি অসি থর হোংলকপগুম তৌখি। Washington গী লুচিংবা কয়াগী রাথলদা অশুক পাক-চাউরবা ভারত মহাসাগর অসিবু কনাগুম্বা অমখক্তগী ময়ন্নাই লমদমগুম থনবা তায়বদি মতু অচুম্বা রাথল্ ওইরোই হায়বসি ভাব তানয়কখি, লোয়ননা থাওগী লম্বিশিং অসি খু দাংখিবা লৈতনা লৈহনগে হায়র বদি শান্তি অমস্তুং খুংলাই পায়নদবা দরকারনি হায়বসি খল্লরকখি। মরম অসিদগী ১৯৭৭ তা Soviet Union গা U. S. কা খুংলাইগী অথিংবা থম্নবা অমদি ভারত-মহাসাগরদা লানগী থৌরাং হুন্নহনবা রারি শানবা হৌখি।

তশেংনমকস্থু ভাব তানবগী মাঙকৈদা খরগী মথৈ চংশিনগ্রবগুম তৌরে। ভারত মহাসাগরগী মতাংদা থম্ম নৈনবগী অহানবা মীফম হেক্ লোয়বগা Soviet Union অমস্থুং U. S. কী মীহুৎশিংনা Indian Ocean গী মতাংদা থম্ম নৈননবা U. N. দা লৈবা Adhoc-Committee দা রিপোর্ট পিখি মহুদি "মথোয় অমগা অমগা ভাব তানবা পুরকপা ঙমগ্রে ; সমুদ্র খোঙ্বানগী লৈবাকশিংদা শান্তি হেন্না লৈহনবনা লৈবাক অনিমক্কী হেন্না অফবা ওই. হল্লে ; পুন্না ফমিন্নবুনা থম্ম-নৈনবনা সমস্যা অসিদা লৈনরিবা অমনা অমগী মত ফজনা খংবা ঙমলে, লোয়ননা খেন্নবা কয়া লৈরম্বহুস্থু ভাব তানবা ঙমলে"।

মতুংদস্থু অস্থুম্না ফমিন্নবুনা থম্ম-নৈনবদগী ভাব তানবগী মাঙকৈদা খুমাং চাউশিল্লকখি। চাউরাক্লা য়ানবা য়াবা কায়াৎ অমা লেপথোক্লরবা মতুংদগীদি নাকল অনিমক্লা মানা মানা হৌদোকনিংবা অমদি থাঙ্গৎনিংবা রাফমশিং শেম শাবা লোইশিন্নখি। Feb. ১৯৭৮ গী ৪শুবা মীফম লোইরবা মতুংদদি হিরম কয়ামকমদা নাকল অনিমক্লা অকক্লবা চাং খবগী মনুংদা ফজনা য়ানবা ঙমলে হায়না U. N গী Adhoc Committee দা পাও পিখি। য়ানরিবা রাফমশিংগী মনুংদা মথোয়-মথোয়গী ভারত মহাসাগরদা লৈনরিবা লাণ্মীগী শক্তি হেনগৎহন্দ্রবা, অদুগা থুনমক্ মশিং হুস্থহন্নবা রা থম্নবা হৌবা– অসিনচিংবা য়াওরি।

অস্থুম্না চখরকপা খোংথাং অসি মতম খরগীদি U.S. কী মীয়াম্না মপুংফানা য়ানিংবা– অপাম্বা ফোংদোক্লখি। অদুগা U.S. কী সাসন তৌরিবা খ্বাইদগী রাংবা থাকী মীওইসিংনস্থু মপুংফানা য়ানিংবা পিখি। শক্তি লৈরবা রাজনিতিয়ালাশিং, সিনেটরশিং, অমদি সাসক্দলগী মীওই কয়ানা মত পিখি মহুদি থাও পুথোক পুশিন তৌরিবা লম্বিশিংসি তেক্ত কাইদনা থম্নবগীদমক্তি ভারত-মহাসাগরদা

লানগী শক্তি হেনগৎহনবা অমদি লৈবাক অমগা অমগা অথোয়-অহেন্ তান্নবনা পুরকপা ঙম্লোই। অসিগুম্বা মীয়ামগী য়ানিংবা মত্ কয়া অসিগী মরক্তা Gimmy Carter না, মহাকপু U.S কী President খল্লবা মতুং ইকুই-কুইদনা ভারত মহাসাগরদগী লাগ্মীগী শক্তি পুম্নমক্ লৌথোকদবনি ( Complete de-militarization ) হায়না লাওথোকখি।

অয়াবদি মসিগী মতুংদগীদি তোঙান-তোঙানবা ফিভম কয়া ওইরকখ্রে। পুম্না খন্ন নৈনমিন্নবদগী য়ানবগী অকক্নবা শক্তম অমা পুরকলমদাই তাঙ্গা অসিমক্তদা U.S. সরকারনা মরম অমতা পিখিদনা — মখোয়তগী ওইবা য়াবেপ্না ( Unilaterally ), ফমিন-নতুনা খন্নবগী থবক পুম্নমক খুদক্তগী লেপখি ; লোইননা মখাতানা খন্ন-নৈননবা Sovite Union না হৌদোরকপা য়াকম পুম্নমক অমতা য়াখিদ্রে। তশেংনমক্তি লৈবাক অনি য়ারি শানবা হৌখিবা অসিমক্ সমুদ্র খোঙবানগী লৈবাক ( littoral state ) পুম্নমক্তা য়াম্না হয়াও তয়াম্না য়াগং তৌনখিবনি লোইননা য়ানবা অমা পুরক্লবদি ভারত মহাসাগর অসি শান্তিগী লমদম ( Zone of Peace ) অমা ওই-রগনি হায়বগী অচোবা আশা অমা তৌনখিবনি।

অয়াবা অমদি লাইবকথিবগী মশক্তি। তুংগী থৌদোক্ খুদিং-মক্তি মীয়ামগী আশাগী ওন্ন-তৈনবা ঙাক্তা থোকপ্রে। U.S. কী নিতিদা খংহোং হোংবা অমা লাকপ্রে। পুননা ফমিন্নতুনা সমস্যা কয়া শান্তি ওইনা তাইশিননবা হোংনবগী মহুত্তা Soviet Union গা মুক্শিননবা অসিনা U.S. কী নিতি ওইপ্রে। অওইবমকসু হোংলক্লিবা নিতি অসিনা Indian Ocean অমদি Persian Gulf য়াওনা পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা মফম কয়াদা ফত্তবা ফলতমক্ পুরকখি। Soviet Union গা য়ারি শানমিননবগী থবক পুমডোক তোকপ্রবনিনা ভারত-মহাসাগরদা লানগী শক্তি

পুন্নমক পৈশিন্দুনা থম্নবগী নিতি রাম্বা Washington না চথক্লে। সমুদ্র থোঙ্বাম্মী লৈবাকশিংদা মখোয়গী শক্তি থম্নবা অমদি লৈবাক মনুংগী থবকশিংদা খুয়ো চন্নরা হোংনবদা অশঙ্না শিজিন- নবা স্ত্রাটেজিক ফোর্স (strategic force) অমদি অথুবা মতমদা থাংদোক-থাংজিন তৌরগা শিজিননবা র‍্যাপিড ফোর্স (Rapid de- ployment force) কয়া থমজিনক্লে। অশেংনমক্ পাঙ্গলদি লান- ফমদা চাং য়েংনরগা খংনগদবনি (real strength lies in the trial of fight in the battle field) হায়বা মিংয়েং অসিমক্ ভারত-মহাসাগরদা য়েংক্লে, লোয়ননা মতুগী তৌফম থোকপা থৌওাং পুন্নমক্ ভারত মহাসাগরদা তৌক্লে।

১৯৭০ দী অওনবা শরুক্তদি Persian Gulf তা U.S. কী ঈশিংগী লাগী স্কাড্রোন (Navy Squadron) অমা অমসুং destroyer অহুমথক্তা লৈরমই। হৌজিক্তি ভারত মহাসাগরদা অমদি Persian Gulf কী মচিন্দা থ্বাইদগী অনৌবা মথলগী লানগী জহাজ নিফু (40) লৈক্লে। মসিদা Air-craft-carrier Task force অহুম্ য়াওরি। জানুঃ ১৯৮০ দা President Carter না ইফোং-ফোংনা লাউথোকক্লে মতুদি "U.S. না ভারত-মহাসাগরগী লমদম য়াওনা পৃথিবীদা মকোক-থোংবা শক্তি ওইরে।"

লাউথোকখিবা রাফম অসিগী মতুং ইননা U.S. না পাক- তরুনা লানগী শেমগং-শাগৎপগী থবক পায়খৎপা হৌখি। ইহান- হানবা ওইনা Diego Garcia গী ঈশিং অমদি লোংথক্ লাঙ্গীগী হিথাংফমশিং থ্বাইদগী নৌবা মওংদা শেমদোকপা হৌখি। মসিগী অকায়বদা লৈরিবা সমুদ্রগী লৈমায় অহু ফুট ৪৫ অমুক্ লুথহন্দুনা থ্বাইদগী চাউবা লানগী প্লেন পুথোক্ পুশিন তৌনবা জহাজশিং মরাংকাইনা অমদি খুদোংচানা চংবা য়ারে। পাক চাউরবা মহাসাগর অমগী ময়াই ওইনা লৈবনা মসিগী তোপ-তোপ্পা কান্নরবা

( Strategic importance ) গুন কয়া লৈরে। U. S. কী ঈশিং লাগ্নীগী মকোক্ ( Chief of Naval Operation ), Thomas B. Hayward না ঈথৎ অসিগী অখন্নবা কাননরবা ( exceptional importance ) মগুনশিং পনখি। নৌনা শেম-দোক্লিবা থবক অসিনা লোম্নরবা মতমদা Far-East অমদি ভারত-মহাসাগরগা প্রশান্ত মহাসাগরগা তাইনফমদা লৈবা লানগী প্লেন পুন্নমক্ য়াম্না অথুবা মতমদা Persian Gulf তা পুশিল্লকপা ঙম্নগনি। থবক অসি পাংখোকপদা অতোপ্পা লৈবাক অমগী অয়াবা ( Permi-ssion ) দরকার লৈহনরে। হৌজিক্ ফাওবদা Diego Garcia দা লৈরিবা প্লেন তাফম অসি ফুট ১২,০০০ শাংই। U.S. না শাবা অমদি পুথোকপা প্লেন খুদিংমক মফম অসিদ। তারবা য়ারে। এনতি সবমেরিন লাল্লোংদা শিজিন্নগদবা ওরিওন ( Orion ) প্লেন-দগী হৌনা হিরম খুদিংদা শিজিন্নবা য়ারবা C – 5A, C – 141 জোটনচি বা তারবা য়াবে। মসিগীসু মথক্তা দোল্লার মিলিয়ন ৪০ ( 40 ) অমুক থাদহুনা B – 52 নিউক্লিয়ার বোম্বর প্লেনশিংনা শিজিন্নবা য়ানবা শেমখ্রে। চাউরাক্পা Diego-Garcia দা U. S. লানগীদমক শেম-শাবদা থাদরিবা শেনফম অসি দোল্লার মিলিয়ন ৫০০ নি। মসি ফাওবদা U. S. কী পেন্তাগোম্না নিংশা কয়া থুং-ফাভ্রবগুম তৌবদগী থর হেন্না ফজনা শেম্নবা Carter না দোল্লার মিলিয়ন ১৭০ অমগা কাইথোকখি। রিগান সরকার লাক্লবা মতুংদা অয়াবা পিহুনা থবক ওইনা পায়খৎত্রে।

অতোপ্পা লৈবাকশিংনা উরগা য়াম্না খোইরাং-খোইশা ওনিংঙাই ওইবা ( Provocative ) খুৎপাই কয়া তোয়না-তোয়না তৌশিল-লক্লে। ( থাজবা য়াবা য়াম্না অরোনবা পাও ওইনা ) নিউক্লিয়ার খুৎ-লায় কয়ামরুম Diego-Garcia দা পৈশিন্দুনা লৈরে। ইকুই কুই-ন্রিবা মতমগী মনুংদা হাপ্পনসু Nuclear War heads ১৯ লৈপ্রবনি।

U. S. কী রায়েল-শঙ্গী নিতি – "শক্তিদি লানফমদা চাংয়েংনরগা শংনগনবনি" – হায়বসি ৎবক ওইনা মপুং ফানা পাং-থোকপদা খুদোংচাননবগীদমক্ অনৌ-অনৌবা লানগী য়ুমফম ( base ) কয়া থিরি। South-Africa গী জাতি খায়বগী নিতিবু U. N. গী য়ারেপ কয়ানা অমদি পৃথিবীগী মীয়ামগী খোল্লাওনা য়ানিংদবা উংলি ; অদুবু U. S. অমদি মাগী খোং লায় Imperialist কাংলুপনদি রাজনিতি অমসুং অর্থনিতিদা খুৎশয়বতা নত্তনা লানগী খোৌরাং কয়াদসু নরুনা খুৎশয়দুনা চৎমিন্নরি। U. S. অমদি অতৈ NATO লৈবাকশিংনা Africa গী খা-থংবা শরুক্তা অথয়বা মওংগী লানগী হিথাংফম ( strategic military bases ) কয়া লিংখৎলি। মসিনা ভারত-মহাসাগর অমদি খা আটলান্তিক্কী লানফমদা তেং-বাংননবনি

হৌজিক্-হৌজিক্ পাল্লিবা South-Africa গী সরকার অসিদা অনৌ-অনৌবা হিথাংফম শাননবা অমদি Richards Bay অদু লুথহন্ননবা মরাং কাইনা শেন্থং পিরি। U. S. না শেন্থং পিবদা নত্তনা NATO লৈবাকশিংদা লৈবা তোঙান-তোঙানব ফার্ম কয়ানা ভারত-মহাসাগরদা লৈবা চাউরবা দরবান ( Durban ) হিথাংফম-দগী পংলাপ লাপুনা লৈবা Richards Bay অসি খাইদগী নৌবা মওংদা শেমদোক্নবা শেলগী মতেং ফজনা পিরি। Simonstown হিথাংফম অসি U. S. কী বিজ্ঞানগী মতেং লৌরগা অনৌবা মওংদা ওনথোকখ্রে। জহাজ চথোক-চৎশিন খংননবা স্তেসন্ কয়া, অমদি Submerine ড্রাইভরশিং অমসুং জহাজগী মীয়ামসিংবু তম্বিনবা Cape-Town দা School অমা লিংখৎপিরে ; অদুগা Pretoria সরকারনা লৌশিনখ্রবা Walfish-Bay অদুনা South Africa অমদি NATO গী ওইবা অপুনবা base অমা ওনথোকখ্রে।

Philippine ঈথত্তা লৈবা খাইদগী চাউবা জহাজগী হিথাংফম

( naval base ), Subic Bay অহুগা Clark-field দা কংফান অমস্নুং নোংথক লাণ্মীগী লৈফম ( ground & airforce base ) অনিমক্তা U. S. না মপু ওইবগী মতম ( term of sovereignty ) অহু নমহুনা শাংদোকহনগ্রে। Thailand দা লৈবা Utapao military base লৌশিনগ্রে ; লোয়ননা Takhli military base ভারাদা ( lease ) লৌবহু মতম শাংদোকহনগ্রে। অরোইবদা Singapore গী Tengah ঈথক্তা লৈবা Britain না হান্না শিজিন্নরম্বা military base অহু শিজিন্ননবা থৌরাং কয়া পায়খৎলি।

শন্না হায়রবদা, পাকচাউরবা ভারত-মহাসাগরগী কান্নগদবা মচি-মযা খুদিংমক্তা military base অমস্নুং post থম্বা হায়বসি U. S. কী লান্ লোয়শংগী চপচানা থবক ওইনা পাংথোকনিংবা অনিংবনি। South Asia অমদি South East Asia দা U.S. কী military baseময়াং কাইনা লৈত্রি, অহুবু লমদম অসোমদস্নু military base থন্ননবা লাণ্মীগী অহৈ অশিংগী মরক্তা থরগী মমাংদগী হৌনা নিংথিনা মমুৎ তানা থন্নবা হৌখ্রে। Sri Lanka গী নোংপোকথংবা সমুদ্র খোঙ্বান্দা লৈবা, হানননা British না শিজিন্নরম্বা naval base – Trincomalee অহু মীহৌবা হৌখ্রে। U. S. না লৈবাক্ অতোপ্পদা শেলগী তেংবাং পিবসি হস্থরগনি হায়না লাওথোকপ্রবা মতুংদা President Reagan না Sir-Lanka দা দোল্লার মিলিয়ন ৫১ লোন্ পিরগে হায়রে হায়না "SUN" কৌবা Sri-Lanka গী চেফোংদা ইকুই-কুইদনা ফোংপ্রবনি। মরম পিবা ওইনা চেফোং অসিনা মখা তাথি মহুদি U. S. না Sri-Lanka বু লমদম অসিগী য়ায়া কান্নরবা নোংপোক থংবা শরুক্কি হায়না লৌই হায়খি অমস্নুং মফম অসিদা Washington না অথন্নবা হৈনিংবা ( Vital interest ) লৈ হায়খি। White-House তগী পিথরকপা শাফু ( Pressure ) গী মতুংইন্না ভারত-মহাসাগরদা

লৈবা U.S.কী জহাজশী লাঙ্গীশিংবু পোথাহনবগীদমক্ Sri-Lankaগী খোংবান্দা চংহনখি। Trincomalee naval base গা ৎংনবদা লৈবা লম হেক্তর ১০০০ চাউবা মফম অমা U.S. কী Rizaco-Interational কৌবা company অমদা থাও শুংদোকফম অমা শাহন্নবা শান্দোকপগী ( lease ) ৱাফম থন্নবা লোইখ্রে। ভারত-মহাসাগরদা লৈবা U.S. কী লানগী জহাজ পুম্নমক্ Trincomalee দা থাও হানফম ( refuel ) ওইহনগদৌরি। U.S. কী মিলিটরিনা Bangladesh পু কাওথোকপা ডমখ্রি। জানুঃ ১৯৮১ দা Bang-ladesh কী Saint-Martin Island দা মিলিটরি বেজ অমা শাননবগী য়াম্না লোনবা করার অমা তৌনখ্রে হায়না ভারতকী খবর কয়াদা ফোংনখ্রবনি। ভারত-মহাসাগরদা U.S. না লানগী অমদি রাজনিতিগী হৈনিংবা ( interest ) লৈরিবা অসি অমুক্কা হেন্না খুদোং চাহন্ননবগী মায়কৈদা মরু ওইবা থৌদাং অমা Pakistan দা শিন্নরি। ১৯৪১ গী মে লোইরমদাইদা Pakistan দা লানগী মতেং পিবগী অথিংবা লৈরম্বদু U.S. কী মপান লৈবাকী থৌরম পুবা কমিটিনা ( Senate Foreign Relations Committee ) লৌথোকপগী রারেপ অমা লৌখি। হৌজিক্তি Pakistan অসি Symington Amendment Law গী মখা পোনদ্রে হায়বদি হেন্না মপুং ফাহল্লবা ( enriched Uranium ) পুথোকপা ডম্বা লৈবাকশিংদা পিবা U.S. কী মতেংশিংসি নিউক্লিয়ার খুৎলাই শাবদা শিজিন্নরোইদবনি হায়না লৈরম্বা অথিংবা আইন অদুগী মখা পোনদ্রে। মথং চহি ৫ গী মনুংদা U.S. না Pakistan দা দোল্লার মিলিয়ন ২৫০০ পিননবগী রাফম লৈখ্রে। মসি লানগী দরকার লৈবা খুৎশু-খুৎলাই লৈবদা শিজিন্নগদৌরিবনি। U.S. কী অপাম্বা উদেস্যদি Persian Gulf কী লমদমদা Iran গী Shah গী সাসন্ মাংল্লিব-সিগী মহুৎ Pakistan না শিনজিন্দুনা মথোয়গী ইন্তরেস্ত কায়হন্দনা

থন্নবনি। লানগী তেংবাং পুন্নমক অসিগী তৌবিমল্ ওইনা Karachi দা naval base অমা অতুগা Peshawar দা Air-base অমা Washington না থম্বা পামই। মসিদসু নত্তনা লান্মীগী থমক্ষমগী মরমদা থোইদোক-হেন্দোক্লা হৈ-শিংলবা ( Geo-stategist ) কাংবুনা Pakistan গী লান্মীবু Persian Gulf অমদি Middle-East তা দরকার লৈরবদি থুনেক্ লান্মী ( deploy-ment force ) ওইনা শিজিন্নবগী রাফম্ ফাওবা থন্নবি। Pakis-tan গী লান্মী ২৫০০ অচোবা তলব্ পিশিন্দুনা মীরৈবাক্তা থাবা লান্মীদা নেক্তুনা য়াওহনগে হায়না U.S. কী "Newsweek" কৌবা মেগাজিন অতুদা ফোংথ্রবনি।

অসুম্না আমেরিকানশিং অসি ভারত-মহাসাগর অমদি Persian-Gulf তা থোইদোক-হেন্দোক্লা মথৌ চিল্লি। ১৯৭৯ গী ডিসেম্বরদা Mr. Murray— মতম অতুগী Asst. Secretary for Interna-tional Security না লুচিংবা মিলিটরি তিম্ অমনা Oman Saudi Arabia. Kenya অমসুং Somalia লৈবাকশিং য়েংখি। হায়রিবা লৈবাকশিং অসিবুসু অফংবা উপাই অমা হেক্তা শিজিন্নহুনা মখোয়না পায়থংলিবা থৌরাংশিং অসিগী মন্নুং চনশিনহনগে। লৈবাকশিং অসি ভারত-মহাসাগরদা ফাওদোবফম ( outlet ) লৈ অতুগা Kenya নত্তনা অতৈ পুন্নমক্তি নোংচুপলোমদা থাদোক-লিবা থাওগী মপুংওইবা শরুক্তি পুথোকফম ওইরিবা, থোইদোক-হেন্দোক্লা কান্নরবা ঈশিং লম্বী— "Hormuz" অমদি "Bab-el Mandeb" কী হেক থংনবা মনাক্তা লৈ। মতম শাংনা কুইনা থেম্নরবা মতুংদা U.S. না হায়রিবা লৈবাকশিং অসিগী লানগী শেম-শাফম ( military installations ) কয়াদা য়ৌশিনবা ৬মগে। খুদম ওইনা হায়রবদা U.S. কী লান্মীনা Somalia গী Berbera দা লৈব ং থক অমসুং ঈশিং লান্মীগী বেজ অতু শিজিন্নবা য়াগে

লোয়ননা Mogadishu দা লৈবা হিথাংফমগী খুদোংচাবা অহুম্থু ফংহনখ্রে। মথংদা Somalia গী অরাংদা লৈবা Air-base অমা U.S.কী অপাম্বা মওংদা শিজিন্নবা য়াহনখ্রে। Kenya দা Mombasa গী হিথাংফম অমদি Embakazi অমসুং Nanyuki দা লৈবা লান্মীগী খুদোংচারবা মফমশিংছু U.S. না শিজিন্নবা য়ানখ্রে; অহুগা মফমশিং অসি নৌনা শেমদোক্লবগীদমক্ (modernisation) দোল্লার মিলিয়ন ১০০ কাইথোকখ্রে।

Oman দা Washington গী মিংয়েং অসি "El-Sib" তা লৈবা লানগী প্লেন তাফম, "Tamrida" অমসুং "Masira" ঈথক্তা লৈবা বেজশিং অমদি "Muttra" অমসুং "Salal" দা লৈবা হিথাংফমশিং অসি শিজিন্নবগী মায়কৈদা চিংশিনখ্রে।

অমুক্কা Persian-Gulf অমদি Middle-East কী লমদমশিংদা U.S. কী Imperialist Policy অসি হেন্না হেন্না কনশিললকখি। আরব প্রজা পুম্নমক্কী স্বার্থগী মায়োক্তা বিশ্বাসঘাতক্ ওইনা President Anwar Sadat না, Egypt কী লম পুম্নমক্ U.S. কী লান্মীগী অপাম্বা মওংদা শিজিন্নবা য়াহন্নিংবগী মত লাউথোকখি। তশেংনা য়াফম অসিগী মতুংগী ঈচেলদি Red-Sea দা লৈবা Ras Banas নেভেল বেজ অমসুং অতোপ্পা মফম খর U.S. তা পিথোকপগী বানি।

অমুক্কা তোঙান-তোঙানবা লৈবাকশিংদা U.S. না পায়থং থ্রিবা থবকশিং অসিগী তৌবিমলদি লৈবাকশিং অসিদা খুৎলায় কয়াগা লোইননা লানগী মতেং পিবা অসিনি। Somália না ফংগদৌরিবসি Anti-aircraft guns, Air-defence System অমসুং Communication equipments অসিনি। Oman, Kenya অমসুং Egypt না ফংগদৌরিবনা হৌজিক্ কালগী খুৎলাই (modern weapons) পুম্নমক্নি। তশেংনা হায়রবদা লমদমশিং

অসিদা অনৌবা মিলিটরি বেজ ফংবদা U.S. না দরকার লৈবা খরচ তৌবদা শন্না অমগী চিংনবা লৈতে। U.S. কী Asst. Secretary of state, R. W. Komer না হায়খি মহুদি পৃথিবী শিনবা খুংনা মিরাংগী মতৌগুম মিলিটরি বেজ খঙনা হৌজিক্কী U.S. সরকারগী নিতিগী মরু ওইবা অথোইবা শরুক্ ( Key Component ) অমনি। Australia গী সমুদ্র খোঙবান্দগী Africa গী খা-থংবা ফাওবদা শন্দোক্লিবা ভারত মহাসাগরগী অ.কায়বদা লৈরিবা কল্লবা মিলিটরি বেজ পরেংশিং অসি Indian Ocean ১সুং Persian Gulf কী লমদমদা U.S. না চৎকনি হায়না লেপল্লবা লানগী নিতি অতুগী থবক ওইনা পাংথোক্লবা খুদমশিংনি।

Imperialism গী খুদোংথিরবা থৌরাংশিং অসিগা মান্না তমথিরবা থৌরাং অমনা U.S. অমসুং মাগী aggressive bloc তা য়াওমিন্নবা কাংলুপ অনিগী মরক্তা লেঙদ্রবা মওংদা ( Permanent basis ) লানগী শক্তি শাগৎমিন্নবা অসিনি। U.S. না Indian-Ocean অমসুং Persian-Gulf তা লেঙদনা শিজিন্ননবা Fift fleet থম্'গে থনবা অতু থবক ওইনা য়াম্না থুমাং চাউশিনখ্রে। মসি পাংথোক্লবগীদমক্ দোল্লার মিলিয়ন ১৪,০০০ কাইথোকখ্রে। চহি ১½ রোমসিদা ঈশিং লাম্মীগী শক্তি মরাং কায়না Indian Ocean দা থমখ্রে। Marine brigate ১২,০০০ গী মতিক চারবা খুংগু-খুংলাই য়াওরবা Transport জহাজ ৭ থকও Diego-Garcia দা অশোয়বা ভারুবা ( stand-by-duty ) ওইনা থমখ্রে। পুন্নমক অসিগী মথক্তা ঈশিংগী লানফমদা অন্নাবা খুদোংখিরবা মতমদা তেংবাংনবা ফোর্স ( marine shock force ) ১,৮০০ অমসুং লানগী জহাজ ৫, President Carter গী মতমদা Indian Ocean দা থাখি। পুন্নমক অসি ওসি কাওবদা মফম অতুদা লৈরি অতুগা Washington গী লানগী লম্মিং থংবা মীওইশিংগী

য়াথলদা পুম্নমক অসিনা, হেক নিংবগা লান্দাবা "Swift Strike" ওম্বা "Rapid deployment force" কী মরু ওইবা থৌদাং লৌহন-গদবনি হায়না থল্লি।

মতৌ অসুম্না লমদমশিং অসিদা তমথিরবা খুংলায় মরাং কায়না পৈশিনবতা নত্তুনা সমুদ্রগী মরু ওইবা লম্থি পুম্নমক্তা বোম ফুমজিনগে ( mining ) খনবা তমখিরবা থৌরাংশিং অসিনা Indian Ocean অমদি Persian Gulf কী অকোয়বদা লৈবা লৈবাক পুম্নমক্কী মীয়ামগী থম্মোয়দা খ্বাইদগী হেন্না শোকহল্লি। Carter গী মতমদগী হৌনা Persian Gulf অসি mining তৌন-বগী অকুপ্পা থৌরাং পায়খৎপা হৌখ্রবনি। থৌরাং অসিনা লমদম অসিগী লৈবাক পুম্নমক্কী Security দা অমদি অন্তর-জাতিগী ঈশিং লম্থিগী চংথোক-চংশিন্দা য়াম্না খুদোংথিনিংঙাই ওইহল্লে। হৌজিক্ ফাওবদা অসিগুম্বা থৌরাং অসি খাদোকপগী ঈঙ্গিৎ অমতা U.S. তগী উবা ফংদ্রি। মসিগীসু মথক্তা করিগুম্বা অথু-অকায়গী তাঞ্জা লাক্লবদি Persian Gulf তা tactical nuclear weapons ফাওবা শিজিন্নগনি হায়বগী ধমকা ফাওবা তমখিরবা কাকয়েন ( hawk ) গী মতৌগুম্লবা imperialist শিং অসিনা তৌরি।

## খোঙলোয়-লৈবাকশিংদা লানগী থৌরাং ভৌহনবা

ভারত-মহাসাগরদা মশাগী মতিকচানা মিলিটরি শক্তি থম-জরবা ফাওবদা পেন্দ্রহুনা U.S. না মাগী খোংলোয়শিংদা লমদম অসিদা লানগী শেম-শাগৎনবা পুক্নিং চিংশিল্লি। থোইদোক্লা নোং-চুপ Europe কী মরুপশিংদা NATO গী শক্তি অসি ভারত মহাসা-গর য়ৌনা শন্দোরক্কদবনি হায়বা য়ারেপ অসি নমহুনা য়াহল্লবা হোৎনরি। য়াফম অসিমক্ ১৯৮১ গী মে থাদা Rome দা ফমথিবা NATO গী মীফম অহুদা U.S. না হৌদোকখি। ভারত-মহাসাগর

অমদি Persian Gulf তা লানগী শেম শাগৎপদা চংশ্রিবা থরচগী শরুক থর থরদি NATO লৈবাকশিং অমদি U S. কী থৌজালগী মখাদা হিংবা লৈবাকশিং লোয়ননা Japan ফাওবা য়াওনা পুমিন্নক্ষম থোকই হায়না কন্না তকশিনখি। লমদমশিং অসিদা পুলিসকী মতৌগুম্না ভাক্ শেন্দুনা লৈননবা খোংলোম লৈবাকশিংদা মথৌ তৌহনবা হৌপ্রবনি।

British Prime Minister; Margaret Thatcher না ১৯৮১দা U.S. তা চৎপা মতমদা "rapid deployment force" কী নিতিবু য়ান্না নিংথিনা শৌগৎখি অমসুং Britain না হিংবম অসিদা তৌফম থোকপা শরুকমথৌ পাংথোকপিংবগী য়াখল ফোংদোকখি। ১৯৮১দা Margaret না ভারত্তা লাক্লম্বা অতুদসু Washington গী "rapid deployment force" থৌরাংদা অকরুবা চাং অমগী মনুংদা য়ানিংবগী য়াফম ময়েক শেংনা ফোংদোকলম্মি। হান্নবা লানগী জহাজ ৬– Helicopter গী লাল্লোংদা শিজিন্নবা "Intrepid" য়াওনা, Mediterranean Sea গী নোংপোক থংবা শরুক্তা মতম থরগী ওইনা থম্বা হৌপ্রবনি। "Intrepid" অসি অমুক্তদা লান্মী ৭০০ অমসুং Tank অমদি অতৈ অকম অকৎপা খুংলায় কয়া পুবা ঙম্বা জহাজনি। অসিগুম্বা জহাজ ৬না শাবা task group অসি U.S. কী Sixth Fleet কা মতম চুম্নগী ওইনা লৈমিন্নহনখিগদৌবা মাল্লি; মরমদি– মফম অসিদগীদি হেক্ নিংলকপা নত্রগা দরকার লাক্লবা মতমদা Persian Gulf তা জহাজ থাজিনবদা য়ায়া খুদোং চাহল্লি। British সরকারনা পাযখৎলক্লিবা অথুবা মতমগী মনুংদা নেভিবু নৌহৌনা শেমদোরকপা (modernisation) অসি চপ মান্নবা মিৎয়েংদা য়েংফম থোকই। মরুওইনা ঈশিংগী লানফমদা মায়-পাক্লা লান থেংনবা ঙম্বগী শক্তি হেনগৎহন্নবনি। হৌখিবা চহি ২৫ রোম অসিগী মনুংদা, অনৌবা

মখল অমগী অহানবা ওইনা শাখিবা, অদুগা ১৯৮০ দা শিজিন্নবা হৌখিবা "Invincible" হায়বা Air-Craft-Carrier জহাজ অসি Britain না শাখিবশিংগী মনুংদা খাইদগী চাউবা মখল অমনি। ঈশিং লান্মীগী মায়কৈদা অনৌ-অনৌবা, মাঙ্-তাকহনবা ঙম্বা, খুৎ-লায় কয়া হাপচিনখিগদৌরি! Anti-Submerine helicopter শিংসি য়াম্না শক্তি লৈরবা নিউক্লিয়ারগী মগুন ( Nuclear depth charge ) কয়া হাপচিল্লে।

১৯৮০ গী Britain গী ঙাক-শেনবগী ( defence ) নিতিদা অস্নুম্না পনখি মদুদি U.S. কী খুদুং ইনবা ওইনা NATO গী তৌবা ঙম্বা শক্তিগী রাংমদা লৈবা লৈবাকশিংদা হায়বদি পৃথিবীগী অপাম্বা মফম অমদা খুৎ খিংজিনবা ঙম্নবগীদমক Britain না brigade অমা শেমলে। সরকারদগী হুকুম হেক ফংবগা ঙাক-শেনবগী বিভাগনা পৃথিবীগী খুদোংথিবা য়াবা মফম ( hot spots ) খরদা Brigade না লৌখৎলকপা থবকশিংদা খুদোং চাহন্নবা প্লেন, জহাজ, অমদি খুৎশু-খুৎলায় মরাং কায়না থন্নবা শিনগ্রে।

চহি অসিমক্তদা হায়বদি ১৯৮০ দা West-German গী জহাজ ময়াম অমা অহানবা ওইনা লানগী মংদা Indian Ocean অমদি Persian Gulf তা থৌজিনখি। এপ্রিল লোইরমদাইদা missile destroyer – Lutjen অমসুং Bayern অদুগা সপ্লাইগী জহাজ— Spessart অমসুং Coburg য়াওনা Mediterranean, Suez Canel, Red Sea, Arabian Sea অমদি Indian Ocean দা Squadron অমা থৌজিনখি। Squadron অসিনা Karachi গী হিথাংফম অমদি U.S. কী কুশিদা লৈবা Kenya গী Mom-basa হিথাংফমশিং য়েংখি। West-German না লমদমশিং অসিদা লেঙদবা ওইনা জহাজ থমলোই হায়না লাওথোকপ্রবসু Indian Ocean দা U.S. কী জহাজশিংগা Squadron অদুগা থবক চৎথখি হায়বা রাফম লৈ।

France সু মমৈথংদদি Indian Ocean দা মিলিটরি শক্তি যাম্না হেনগংহনরে। লাম্নী লিশিং তরাদগী হেম্না অমদি লানগী জহাজ ২৫ লেঙদবা ওইনা Djibouti port, Mayotte port, Reunion base, Malagasy island, Juan de Nova ১সুং Tromelin নচিংবা মফমশিংদা থমজিনরে। মরক অসিদা Djibouti অমসুং Ri-union গী বেজশিং অসি হেক্ শাখিবা মতুংদগীদি জহাজগী খুংগু-খুংলাই পুম্নমক্ হেম্না মগুন লৈহনরে। Cantho অমসুং Vinh Long কৌবা মফমদা লৈরিবা U.S. কী জহাজ অমতনা লম্বা তৌবা ঙমগ্রবা, তোমখিন ওইরবা হৌজিক্ কালগী antimine জহাজ অনি, mine-sweepers গী জহাজ অহুম— Capella, Verseau অমসুং Capricorne লোয়ননা যাম্না যাংনা হোনবা ঙম্বা জহাজ মঙা, Anti-Submarine ৩, Escort জহাজ ২, missile torpedo— Suffren নচিংবা ময়াম অমি লমদম অসিদা থমজিনরে।

অসুম্না NATO খোংলায়শিংবু Indian Ocean দা লানগী শেম-শাহনবতা নত্তনা ANZUS কী কাংলুপপুসু লানগী শেম-শাহনবা হোংনরি। কাংলুপ অসিদা যাওরিবদি Australia, New-Zealand অমসুং U.S. নি। লৈবাক অমিমক্না White-House কী রাফমদা যানিংবা পিরে। ১৯৮০ গী জুলাই/আগষ্টতা নোংচুপ Australia গী সমুদ্র খোঙ্ বান্দা লেপ্তিগী অকনবা থৌরাং পায়খৎখি। Australian অমসুং New-Zealand গী খবরশিংনা থৌরাং অহুবু ANZUS না Indian Ocean দা পায়খৎলকপশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবনি হায়না ফোংনগ্রবনি। "Australian" হায়বা খবর অহুনা ফোংরে মতুদি ২শুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাও মতুংদা হন্দক্কী অসুক্ যাম্না লানগী জহাজ অমসুং প্লেন পৈশিনখিবা লৈখিদ্রি। হন্দক্কী লৈবাক অহুম যানবা ( Triple alliance ) অসিগী মমাংদা

U.S. কা Australia গা মাংজোননা Washington দা ৱারি কয়া শানগ্রবনি লোয়ননা Indian Ocean অমসুং Persian Gulf তা অথুবা মওংগী লান্ লাক্লবদি Australia না তৌরক্কদবা থবক খৌরম্ পুন্নমক্ থন্নগ্রবনি মত্ থজিক্তং খেন্নরপ লৈথিবা হায়ববু Australia গী লম মনুংদা "rapid deployment force" কী শিজিন্ননবা খুংগু-খুংলায় থমহনখিগদ্রা নত্রগা থমহনলরোইদ্রা হায়বসিতনি। নোংচুপ থংবা সমুদ্র খোঙ্বান্দা য়াম্না চাউরবা বেজ অমা U.S. না কুশিদা শিজিন্নবা য়াগনি হায়বা মত অমদি Australian সরকারনা ফোংদোকখি ; লোয়ননা দরকারগী মতুং ইন্না U.S. কা পুন্না "strong points" কয়া শাগৎমিন্ননিংবগী অপাম্বা উৎথি। Indian Ocean দা লানগী জহাজ কয়া লেঙদনা থম্ন-গনি হায়বগী অচেৎপা ৱাফমসু থংহনখি। তশেংনমক Washington দা পিখিবা থাজবশিংদু ঙসি ফাওবা কায়হন্দনা ঙাকলি। Australia গী ঈশিং লান্মীগী মকোক ( admiral ) অমনা চাউ-খোক্লা হায়খি মতুদি করিগুম্বা মতমদা অশুক্ শক্তি লৈরবা লানগী জহাজশিং Indian Ocean দা হন্দক্কী অস্থুম্না মরাং কায়না লৈখিদ্রি।

মতৌ অস্থুম্না, imperialist কাংলুপকী Indian Ocean দা তারিবা জহাজশিংসি অমগা অমগা য়াম্না নক্লনা অমদি ভাব তানন ৷ তেংবাংনখ্রে। মাগী মাগী জহাজশিংনা হোন্দোক-হোনজিন তৌবদা অমনা অমদা নিংথিনা ঈ-পাও পিনরি। Indian Ocean দা জহাজ ৭৫ দগী হেন্না লৈ, মসিগী মনুংদা ৪০ দি U.S. কী মথা পোনবনি।

## থুদোং থিনিংঙাই ওইরবা চুক্তি

Imperialists কাংলুপনা ভারত মহাসাগরদা পায়খৎলকলিবা থবকশিংদা China না মপুং ফানা শৌগৎলি। ১৯৭১ গী U.N. গী

মীফমদা Indian-ocean গী লমদম অসি শান্তিগী লমদম ওইহনগদবনি হায়বসিদা China না য়াই হায়না লাও থাকখ্রবনি। অদুবু, মতম চুপ্পদা ওন্ন-তৈনবতা তৌদুনা লৈ। China গী সরকারগী ওইবা চেকোং অমদি খোল্লাওনা U.S. অমদি অতৈ imperialist লৈবাক কয়না ভাবত-মহাসাগবদা লানগী শেম-শাবসি মবম চাই অদুগা লমদম অসিদা উংথংনবিবসি Soviet Union না দায়িত্বনি হায়না লাউবি অমদি প্রচার তৌরি।

China গী মকোক্ হেৎবা শিংনা Indian ocean দা U.S. কী লান্মী লৈবসিনা থুদোকবা থোক্তনগী হেৎবা যবা চৌবানি হায়না লৌই। Indian ocean দা U.S. কী লান্মী লৈবসিনা U.S. অমদি China অনিমক্কী ওইনবা হায়না Lenin গী অমদি Washington গী রিপোর্ট বয়া পায়দুনা China গী মবমদা থোইদোক্ হেন্দাক্না থংলবা Robert Oxnam না থিজিনা লাওখ্রবনি। তসিগুম্বা চপ মান্নবা মওং অসি Pekin গী শিংনসু ইকুই-কুইদনা থেং খ্রবনি। U.S. না Diego-Garcia অমদি অতৈ মফম বয়াদা লানগী শেম-শাবিবা শিংবু অথাবপা লৈতনা শোগংগদা (unreserved support) নাকল তঙাইফদা লৈবা লৈবাক খবদা মিলিটরি বেজ শাগৎপা য়াবা মফম U.S. না পিননবা ফাওবা কন্না তকশিনখি। খুদম ওইনা, Thailand গী মিলিটরি বেজ, Utapao অসি U.S তা অমুক হন্না পিহনবা হোৎনবদা China না কন্না মকেং পাংখি। থোইদোক্না পাংবা য়াবা রাফম অমনা, Indian ocean গী মতাংদা থগনবা শেমশিনবা U.N. গী Adhoc-Commitee গী ইকুই-কুইদনা ফমখিবা মিফমশিংদা China না থাবৈ-থরা শাদুনা য়াম্না অপনবা পিখি লোয়নননা লৈবাক অমগা অমগা থংননবা থৌরম কয়াসু শিনখি।

মরক অসিদা Peking শেমগৎ-শাগৎপগী থবক্তা তুমিন্না লৈবা নত্তে। নেভিগী শক্তি অসি নোংম-নোংমগী হেনগৎহন্দুনা অচৌবা শক্তি লৈবা লৈবাক অমা ওইননবা কন্না হোৎনরি। China গী থাইনগী অমদি মন্নায় ওইবা যুগকী লুচিংবশিংনা ভারত মহাসাগরগী খোঙবান্দা তাবা লম লৌশিন্নবা তৌরম্বগুম, হৌজিকসু থবকশিংদু অতুম চত্থরি। লানগী অমদি রাজনিতিগী থাক্তা Pakistan গা নরুবা মরি লৈনখ্রবা China না ভারত-মহাসাগরদা ঈশিংগী লম্বি অমতং ফাওদোক্নবা হোৎনবা অসি মখোয়গী অপাম্বশিংগী মনুংদা অথোয়বা অমনি। Karakorum গী লম্বি অসি লোয়শিনখিবগা লোয়ননা China না Karachi গী হিথাংফমদা লান্মী থাজিনবা ঙম্বগী ওইথোকপা লৈখ্রে। India, Burma অমসুং Bangladesh কী তাইনফম লমশিংদা— থোইদোক হেন্দোক্না Chittagong মনাক্তা Peking বু য়াবা ( Pro-Peking ) লৈবাক মনুংগী লাল-হৌবা কয়া কয়া নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লি। ভারত-মহাসাগরদা ফাওদোকপা য়াননবা, লমদম অসিদা Bufter state অমা থম্নবা হোৎনবসি Peking গী অথং-অহৈশিংগী অরোনবা নত্রবা ইফোং-ফোংলবা আশানি। অদুগা যুমলোন্নবা লৈবাকশিংসি লৌশিল্লবদি মখোয়গী পান্দম অদু ইরাই-লায়না ওইথোকপা য়াবনি হায়বসি মখোয়গী অচেৎপা থাজবনি।

অমরোমদা U S. নসু হিবম অসোমদা চপ-চানরবা খোংথাং অমা থাংজিল্লকখি। ১৯৭৮ জুন/জুলাইদা ভারতকী মীয়াম্না খংনখ্রে মতুংদি U.S. না ভারতকী লৈবাক মনুংগী থবক্তা ফোংনা খুৎ-খিং-জিনবা হৌরকখি। U S. কী রাষ্ট্রেল লোয়শংনা জর্জ্জ রাশিংটন ইউনিভর্সিটিদা, ভারতকী অন্নাং-নোংপোক্ লমদমদা Sikkim য়াওনা মনিং তম্বা ষ্টেট (Independent State) অমা শেম্বা য়াবগী খুদোংচাবা তাঞ্জা য়ৌরব্রা য়েংশিল্লুনবগী থৌদা অমা পিখি।

থৌরাং অসি পায়খৎপদা Bengal, Assam অমসুং Tripura দা লৈবা U.S. কী সংস্থান পুম্নমক্তা লৈবা মীওই খুদিংমক্ শিজিন্নখি। U.S. কী অসিগুম্বা থৌরাং অসিনা ভারতকী লৈবাক্ মনুংগী থৌশিলদা শাখিনা খুৎ-থিংজিনবতা নত্তনা Sikkim অমসুং অরাং-নোংপোক্কী লমদম অসিদা তোখায় তানিংবগী রাথল অম পোকহল্লবনি হায়না "Patriot" চেফোংনা মতম অতুদা য়াম্না মরিক্চুম্না ফোংথ্রবনি। মথং চহি ১৯৭৯ গী ময়াই চল্লকপা অতুরাইদা Mizoram, Manipur, Nagaland অমদি অতৈ Union territory থবদা ভারতগী তোখায় তানিংবগী অকনবা ঈহৌ অমা হৌরকখি। ওসি ফাওবদা ঈরাং অসি নেমথবা লৈত্রি। অসিগুম্বা ঈবাং হৌবিবা মীওইশিংদা শেলগী অমদি খুৎলায়গী তেংবাং মরাং কাইনা পিশিনবতা নত্তনা লাল্লোং পুম্নমক্ U.S. অমদি মাগী খোংলোই শক্তিশিংনা শিনবিরি হায়না "Fortnight" চেফোংনা ময়েক শেংনা ইথ্রবনি।

থৌবা শিং অসি পায়খৎলকপদা U.S. কী C. I. A. দগী চাউববা তেংবাং কয়া ফংলি। U.S. কী চেফোং "News week" তা Sikkim অমসুং Assamবু ভারতকী অরাং-নোংপোক লমদমগী মেপ্তা, ভাবতকী মনুং চন্দবা তোঙানবা state অমা ওইনা ফোংখিবা অতুগী মতাংদা চপচাবা মরম্ U.S. সরকারদগী তান্নবা, ভারতকী মপান থৌরম পুবা বিভাগনা W shington দা লৈবা এমবেসিদা ১৯৮০ গী মে থাদা হুকুম্ পিথ্রবনি। U.S. কী অসিগুম্বা থোয়দৌ শাওগৎহনবা চেফোং অসিবু মপান থৌরম পুবা মীওইশিংনা, য়াম্না তোপ-তোপ্পা মওংগী য়েক-খোংপগী মতেংনা লান্দাশিনবগী (Cartographic aggression ) থবক্তি হায়না লাওথোকথ্রবনি। অসিগুম্বা লৈবাক অনি—U.S. অমসুং China অসিগী মরুপ ওইমিন্নবগী মান্নবা থোংথাংনা লমদম অসিদা য়েংলক্লিবা মিৎয়েং অসি থোংদোক হেন্দোক্লা খুদোং থিনিংঙাইগী মশক্তি।

## মীনম্বা প্রচার কৌং য়োরকপা

Indian ocean অমসুং Persian Gulf তা অঙকপা ফংনা লানগী থৌরাং কয়া U.S. অমদি মাগী থোংনে োয় লৈবাকশিংনা শেম শাগৎলে হায়বসি মখক্তা নাকম থ্যা দগী মখেক শেংনা খংলে। Indian ocean অাগ Force Zone ওইহনগদবনি হায়না U.N. না চাহ ১০ গী মমাংদগী লাংেোকপ্রবস্থ অদুগা পৃথিবীগী লৈবাক মথৈ অমগা অমগা তেংবানবনা রাজনীতিগী অংবা থবক ওইহনগ-দবনি হায়না U N. না লেপপ্রবস্থ. রেপশিং অসিবু থবক ওইনা মপুংফানা পাংথোকপা ঙমহন্দ্রিংনিগী দায়িত্বদি U.S. না লৌফম থোকই; অসিগীস্থ মথক্তা পাকমশিং অসিবু থবক ওইনা পাংথোক্লবগী থবক অহুম্থু U.S. না মতম কপনা য়েথোকহন্দে শয়া হাররবদা, ভারত মহাসাগরগী লমদমদা লৈঙা র্ম হামগী আশা, পৃথিবীদা লৈরিবা চাউখৎপ পারা মীওইবা জাতিগী আশা, অসিবু মখক্তা, U S. না পায়খৎলক্লিবা থৌরাং পুন্নম অসিগী মায়োক্তা হৌরক্লিবা পৃথিবীগী অপুনবা শক্তিগী খেল্লাওবু থৌশাদনা U.S. না মমাংহেদা অমুক্তা ওইথিদ্রিবা মওংদ ভারত-মহাসাগরদা লানগী থৌরাং তৌরি অমসুং লমদম অসিদা লাম্মী দমনদনবা য়ারি শানবগী থৌরাং পুন্নমক্তা অদিংবা পিরি।

মরক অসিদ, ভারত-মহাসাগর অমদি Persian Gulf তা U.S. না পায়খৎলক্লিবা খুদোংথিনিংহৌই ওইরবা থৌরাংশিং অসিনা Asia অমদি Africa গী অকোয়বা থোংবানগী অমদি হেক্ মথংগী লৈবাকশিংদা য়াম্মা শাথিনা নুংনাংবা রাথল্ পোকহল্লে হায়বসি তশেংনমক্তি U.S. তা খংহনখ্রে। মরম অসিদগীনি, লানগী থৌরাং কয়া অসিগী লোয়ন-লোয়ননা মীয়ামগী রাংলবু নমথাক তৌনবা ওইদবা প্রচার কয়া Asia অমসুং Africa দা পায়খৎলক্লি।

রাজনীতিগী ১দি মিলিটরিগী ওইবা মরম কয়া শাজিন্দুনা মখোয়গী থৌরাংবু শোগৎনবা হোৎনরি। খুদম কয়া অমসু পীননবা হোৎনরি —ইরান্দা Shah গী মায়োক্তা হৌখিবা অন্দোলন, আফগানিস্তান্দা থোক্লিবা থৌদোকশিং, Africa গী লৈবাকশিংদা অতোপ্পনা লম্ খোপচিল্লকপা থিংহুনা মশাগী লম্ কায়হন্দনবগী হৌজবা লান. Soviet Union না তৌরকপা লানগী ধমকা অমসুং অন্তরৎজাতিগী ওইবা মীহাৎ মীপুন তৌরকপা থেংননবা লান্নচিংবা অসি মখোয়গী ওইদবা প্রচাবগী হৈশিংলবা যুক্ষম ওাক্তনি। কনাগুম্বা লৈবাক্ ১না মশাগী নিংতম্নবগী হৌরকপা লান নত্রগা অন্দোলনবু U.S.না অন্তর-জাতিগী মীহাৎ-মীপুম (international terrorism) হায়না কৌই।

অসুম্না বাজনীতিগী রাঙাং হৈরবা মীওইশিং অসিনা থবক্কী মরম. চাবা-চাদবা য়েংদনা. রাঙাং হৈবতগী মতেংনা মীগী পুরিং ফাননবা হোৎনরিবা পুম্নমক্ অসিগী খ্বাইদগী মকওইবা প্রচাবরি লমদম অসিদা থাও পীথোক-পিশিন তৌনবদা অপনবা লৈতনবা অমদি লল্লোন-ইক্কী লম্বি-থোং কায়দনবা ওাকশেন্নবগীদমক্ U.S. অমদি মাগী খোংলোইনা লমদম অসিদা লানগী শেম-শাবিবসি তৌফম থোকপনি হায়রিবসিনি। অতুগা Indian Ocean দা লৈবিবা সমস্তশিংসি পুম্না ফম্মিন্নরগা খন্ননবা Soviet না থৌখিবা প্রস্তাপ অতুদা মমাংঙৈদা য়াখিবগী মরমসু তশেংনমক্ থাওগী লম্বৌশীং অসি তেক্ত-কায়দনবগীনি হায়বসি হান্নগী U S. সরকারনসু লাও-থোকগ্রবনি। ইতিহাসতগী ঐখোয়না খংই– থোইদোক হেদোক্লা ঈশং লাল্লোংগী ইতিহাস অমদি ২০ শুবা সতাব্দীগী থৌদোকশিংদগী —মতুদি ঈশিং লম্বীগী হিরমদা খুৎলায় লমজেন তাম্নবনা খুদোংথিব হেনগৎহনবতা নভনা হন্থহনখিবগী য়াফম অমত্তা লৈখিদ্রি।

মসিগা চপ মান্নবা য়ুক্ষম য়াওত্রবা অতোপ্পা রাফম্ অমনা "Soviet Union না লানগী কিহনবা লৈ, ( Soviet military

threat,) ভারত মহাসাগরগী খা থংবদা অশাবা ঈচেল ( Warm waters ) চেনবা লম য়েৌননা হোংনরি, থাও পিরিবা নোংচুপ লৈবাকশিংবু কিহল্লি হায়বনচিংবসিনি। Soviet কী লুচিংবশিংনা মথক্কী রাফমশিংসি য়ুমফম য়াওদবা, অর্থ লৈতবা রানি হায়বসি কয়ারক হন্না উংগ্রবনি। President Brezhnev না রাফমশিং অসিগা মরি লৈননা কন্না হায়খি-"Washington simply needs an excuse for further expansion in Asia and it is creating this pretext in any way it can"— হায়বদি এসিয়াদা অস্নম অস্নম লম শন্দোকপা য়ানবগীদমক Washington না দরকার লৈরিবসি অমা হেক্তা হায়জিনবা অচুতনি, অমসুং হেক ওয়মথৈসু হায়জিনবগী খবক অসি অস্নম চৎথরি।

Brezhnev না অমুক্তসু মখা তাখি ; U.S. না Indian Ocean, Middle East অমসুং Africa শিনবা থুংনা মিরাংগী মতৌগুম্না মিলিটরি বেজ শাগৎপগী মরমদি লৈবাকশিং অসিবু মখোয়গী মখাদা থম্নগা U.S. না মপু ওইবা, অচুগা অহিংবা লৈতনা লৈবাকশিং অসিদগী খোনিগী পোৎ লৌবা লৈবাকশিং অসিনা সমাজবাদ অমদি মরৈবাক নিংতম্নবগী হৌরকপা লালহৌশিংবু মখোয়গী য়ুমফম ( base ) ওইনা লৌবা অসিনি হিরম অসিদা য়ানবা পুরকপা ওমদ্রিবগী খ্বাইদগী অরুবা মতাং অচুসু অসিদগীনি।"

President Brezznev কী য়াহৈশিং অসি কদায় ফাওবা চুম্নগে হায়বসি U.S. কী রাজনীতিয়ালাশিং, রাজনীতিগী মত পিরিবা মীওইশিং ( Political Commetators ), ওফিসারশিং অমদি Press পুম্নমক্কী রাওাং অমদি চেকোংদগী খঙবা ওমলে। Indian Ocean অমদি Persian Gulf তা মাংজিন থানা খুংলায় লমজেল তাম্নবগী পায়থংলিবা থবকশিং অসিগী অচুম-চুমদ (Justification ) পিন্নিবা রাফমশিংসি কয়াদা মীনম্নো হায়বচু ময়েক শেংনা উংলি।

অমেরিকাগী চেফোং "Christian Science Monitor" না এপ্রিল ১৯৮০ দা ফোংখ্রে মহুদি "U.S.না থজিক্কং হেক্ চিংনরক্-পগা ( felt unsure ) চুম্ব লাম্বগী রাখল থম্বদনা, নোংমৈ অমা হেক্তা পায়খৎলি"। চেফোং অসিনা অমুক্কম্ব মখা তাথি মহুদি হৌজিক্কি সংসার অসিদা "খুৎলায়" হায়বসি গুঙাইকদনা চংলবম্ব "হেনবা" (more) হায়বসিনা হেন্না অফবা নত্রগা খুদোংচাবা পুরক্-কনি হায়না আশা তৌবা য়াদবা হিরম কয়াগী মমুংদা মসিমম্ব ১নি।

ভাবত মহাসাগরদা খুদোংথিবা কয়া থোক্লকপা য়াবগী নামাদা লানগী শেমগৎলবা থৌরাংশিং অসিগী মতাংদা, U.S. কী রায়েল শঙদা ( Co.igress) মত পিনবদা Admiral Robert Long না হায়খি ; "the pendulum of world economic activity continues to swing towards the Middle-East, Asia & Africa" – হায়বদি পৃথিবীদা শেল-থুমগী ফিভম ফগৎনবা তানফম নংগা শুফম নোমফম অসি হান্নগুম্না অহুম Middln-East Asia অমদি Africa দা লৈরি। শম্না হায়রবদা U.S. কী imperialist নিতি অসি লান্মীগী অকনবা শক্তিনা মপুংফানা শৌগৎকদ-বনি অমদি লৌনম্বা পোলিসি ( gunboat diplomacy ) তৌগদবনি হায়বসিনি। অসিগুম্বা নিতিশিং অসি মীয়াম্না কয়াম য়ানিংদবগে হায়বসি Washingtonগী লমিং-তুমিংকী মরমদা হৈ-শিংলবা রাজনীতিরালাশিংনা ( Geo-politicians ) ফজনা মুম্না থংই। থোইদোক হেন্দোক্লা "U.S. News & World Report" হায়বা জরনেল অহুনা ফোংখ্রে মহুদি – "Persian Gulf তা U.S. না চৎলিবা নিতি অসি লমদম অহুগী মপুংগুইবা লৈবাকশিংনা য়ানিংদে। চেফোং অহুনা অমুক্কম্ব মখা তাথি মহুদি Persian Gulf তা খুদোংথিবা অমা লাকপদা repid deployment force না মায়পাক্লা থেংনগনি হায়বসি পুম্নমক্লা থাজন্ত্রে। য়াম্ব-নত্রগা

য়ামদবগী য়া নকনা, মফম অদুদা U.S.-কী লান্মী থাজিলবনা লমদম অদুদা উংখৎনবা অমদি রাজনীতিগী খুদোংখিবতা হেনগৎহনগনি হায়না চেফোং অদুনা অমুকসু পনখি।

তঙাইফদনা তৌদ্রব য়াম্রবা ফিভম্না U.S. না পৃথিবীবু ঙাক-শেনবা পুলিসকী ( Wor d Policeman ) থৌদাং লৌবা তাবা, শেল-থুমগী ওইয়ক্লিবা অরাবা খুদোংখিবশিং অসি Middle-East কী লৈবাকশিংনা থাওগী মমল, শাখিনা হেনগৎহনখিবা অমদি অনৌবা লৈবাকশিংনা থাওগী মমল অসি মখোয়না ( imperialist countries ) লেপ্পা মমলদা য়োল্লু, য়াদে হায়বনচিংবা রাফমশিং অসি নোংচুপলোমগী মীয়ামদা শন্দোকখি। অদুবু থাওগী মমল খংহেন হেনগৎখিবসিদি U.S. কী শেঙ্গাও পায়বা থাও কারবার-রালাশিংনা থাও মরাং কায়না থোকপা লৈবাকশিং অসিগী খোনিগী লম, পুন্নমক লুটকী মওংদা মখোয়তগী ওইননবা তৌরকপা খৌশিল অদুগী ফলনি। নিংশিংবা য়াই, ১৯৭০ দা Britain না Perisian Gulf তা লাম্মী থম্বসি থজিক্কং হন্দবা হৌরকপদা মসিদগী ওইবকপা য়াবা ফল খুদিংমক ইরানগী Shah গী মফমদা শিন্নথোকখি অমসুং অকক্নবা চাং লৈতনা লৈনিংবা খুৎলায় পুন্নমক্ লৈরনবা Shah বু U.S. তা বার্ত্তোন তৌখি। শেন্দোন, পুন্নমক্ অদু শিংদোক্নবগী উপায়দি থাওগী মমলগী মথা পোনবনিনা, Shah না Wangshi-ton গা থাওগী মমল হেনগৎনবসু লোন্না লৌতুনরমই। অসুম্না লৌতুনবা অসিনা নোংচুপকী মকোক্ থোংবা থাওগী কারবাররালা-শিং, খুৎলায়-শাবশিং অমসুং U.S,তা কান্নহনখি। মরমদি মতম্ অদুদা Shahনা মমল য়াম্লবা শক্লোন অহমগী নিতি অমা শান্নরমই, মহাক মশামক্ থাও য়াম্না পিরিবনি, খুৎলায়সু খ্বাইদগী হেন্না লৈরি-বনি অদুগা Perisian Gulf কী লমদমবু imperialist U.S. কী ইন্তরেস্ত কায়দনবা ঙাক-শেল্লিবা মপু ( guardian ) নি।

অহুবু ইরান মাংপ্রবস্থু হায়বদি imperialist কী খুহুমদগী নান-থোকহন্নবু, ঙসি ফাওবদা তশেংনা শক্তিগী চুপলি পায়রিবা থাংগী শেঙ্গাও পায়বা কারবারয়ানাশিংসি থোইনা পঙমাং মাঙ্ বদি নত্তে। Middle-East কী থাও শুংফম, য়োনফম অমসুং জহাজ থাদোক থাজিনগী থবকশিং অসিগী চাদা ৫০ (৫০%) দি মথোয়না খুহুম অহুম চল্লি। থাওগী কারবার অসিদগী চহিদা চাওরাক্না দোল্লর মিলিয়ন ৬০০০ লোম U.S সরকারদা শেন্দোং পিবি। মসিগীস্তু মথক্তা, পৃথিবীগী চেফোং বয়াগী মতুংইন্না U.S কী bank শিং অসিনা "Petrodallars" হায়বদি পেট্রোলদগী লৌংলকপা শেন-দোং, দোল্লর কোটি লিশিং কয়া ফংলি, শেলশিং অসি থাও পুথোক-লিবা লৈবাকশিং অসিগী সরকারনা থাবকপনি. মসিনা মশাগী লৈবাক মনুংগী মীয়ামগী কান্নবা থবক্তা শিজিন্নগদবদগী লাপথোরক-তুনা ঈ-চুপ্লিবা মহাজনশিংগী তেক কাইববোইদবা শেন-উপুরোমদা নকশিনপ্রবনি। Imperialist আমেরিকানা অসিংস্বা লৈবাকশিংগী সাসনবু হেক্ ঙম্বমথৈ শৌগংপি অমসুং তেক-কায়দনবা চাক-শেনবি।

## ভারত মহাসাগরদা U.S. কী অনিংবা মশা

Indian-ocean অমসুং Persian Gulf তা অবেপ্লা ... তনা লানগী শক্তি অমসুং খুৎলায় তেন্না পৈশিনবগী তশেংবা মরমনি, অদু কবিগীনো হায়না পুথোকপা হায়রবদি হিরম অমখক্তং (single factor) য়েংলগা পিবা ওইখোক্তে মবম কয়ামরুম লৈ মবর্মশিং অহু চপ্ মান্নবা কান্নরবা রাফম ঙাক্তনি মবম ময়ামশিংসি পুল্লগা থৌরাং (complex) মথল অমা ওই অহুবু "the imperialist interests of the U.S." হায়না কৌই। হৌজিক হৌজিকমক্ থোক্লিবা থৌদোক্না শাখিনি মহুদি তশেংনা খুদোংথিনিংঙাই

ওইরিবদি অসিগুম্বা (interest) মুংঙাইজবা অসিননি। মালেমদা করম্বা অনৌবা চাউখৎ-খোংথাং (new trend of world deve-lopement ) অমা ওইরক্লিবগে হায়বসি Indian ocean অমসুং Persian Gulf না থংনফম (indicator) অমা হেন্না হেন্না ওইরক্লি, অমসুং অসিগুম্বা পৃথিবীগী অ:নৌবা চাউখৎ খোংথাংগী মমি অসি মচি ময়া খুদিংদা হেন্না অসুম অসুম মমি তাম্নরক্লি।

নৌনা মনিংতম্লকপা লৈবাকশিংনা ইপং-পংনা কনাগুম্বা অমগী খুংলায় ওইনা শিজিন্নবা য়ারক্কবা অসিনা ওইরক্লিবা খোংথাংশিংসিগী লাম্লিংঙাই লৈত্রবা মরমনি। শান্তি অমসুং চাউখৎপা পাম্বা শক্তি-শিংগা, লোয়নম শন্দোকনিবংনা লৈবাক মনুংদা ঈরাং য়াম্না থোকহনবা পাবা শক্তিশিংগা, অনি অসিগী মরক থনফম্ (water-sed ) অসি পাক-চাউরবা Africa অমসুং এসিয়াগী লমদম্— খব হেন্না চাউথোকপা মিংয়েংদা য়েংলগনা, Latin America গী লৈ-বাকশিংসিনা ওইরি। অসিগুম্বা অরানবা খোংথাংদা চংশিনখিবা অসিননি লোয়নম্ শন্দোকপগী নিতিনা নোংম-নোংমগী শেল-থুম্গী ফিভমদা মাঙথরকপদা নত্তনা রাজনীতিগী ফিভমসু মাংথরক্লি, ঙসিগী অন্তর-জাতিগী থৌদোক্শিংদা. থোইদোক্ হেন্দোক্লা ভারত-মহাসা-গরদা U.S.না করম্না চঙশিল্লকপ.গ হায়বত্থগী চপ-.াবা মরম অত্থ মায়কৈ অসোমদগী থিগদবনি।

মরম অত্থনা U.S. না অনিংবা আশা (aim) অমথক্কগী নীতি চত্তে; মখল্ মখা কয়াগী অশাগা লোয়নবা নিতি চংলি। নিতিশিং অসিগী উদেশ্যদি সমুদ্রগী লম্বীশিং অত্থ তেক্ত-কায়দনবনি হায়রিবনি। অত্থবু কনানসু কিহন্‌বা লৈত্রবা সমুদ্রগী লম্বীশিং অসিগী খুদোংথিবা থোকপা নত্রগা থোক্তবগা মরী শুক্লে লৈনদবা নিতি ঙাক্তনি। U.S. কী মরুওইবা আশাদি ( real aim ) পৃথিবীগী মীশিংগী শরুক মরিগী ১ ওইরিবা সমুদ্র খোংবানগী অয়াম্বা লৈবাকশিংবু রাজনিতিগী

অমদি লানগী শক্তিদা মখোয়গী মথা পোলহন্দুনা নিংথিনা মরাং কায়রবা খোনিগী পোৎ থোকফমশিং লৌশিনবা, লোয়ননা মীওইশিং অদুগী লোনচৎ-শাজৎ অমদি য়ুম্বান কৈবাল্ পুন্নমক্ মখোয়গী মথাদা থম্বা অসিনি। Indian oceanগা তায়নবা লৈবাক্-শিং অসিগী থৌদোক্ খুদিংদা শিজিন্নরিবা "arc of instability" নত্রগা "crises zone"-হায়বদি খুদোংথিনিংঙাই ওইরবা সিমানা নত্রগা লমদম-হায়বনচিংবা, তাবদা য়াম্না মুংঙাইবা, মীগী থম্মোয়দা থুক্ লাওবা ফাওহনবা ঙম্বা য়াহৈশিংসি চিনলাম-খালাম্ শোয়দুনা শজিন্নখি'া নত্তে; অর্থ লৈনা শিজিন্নরিবনি। লমদম অসিগী লৈ-বাকশিংগী- জাতিগী ১সুং সমাজগী চাউখৎ-থৌরাং পন্থনবা, নিংতম অন্দোলন হৌরকপা নমথনবা, অমসুং মশাগী ইতিহাসকা চুনবা লম্বি চৎচনবগী অধিকার অদু ফংহন্দবা হায়বসি U.S. কী আশানি।

U.S. কী অসিগুম্বা নিতি অসিগী মতাংদা President Brezhnev না হায়খি; "Imperialist কাংলুপনা অতোপ্পা লৈবাক-শিং অমসুং মীওইশিংবু মখোয়গী মথাদা নমদুনা থম্নবা থল্লি; শেঞ্জাও পায়বা মহাজনশিংনা অতোপ্পা লৈবাক্তা থোকপা থাও, ইউবেনিয়ম অমসুং য়োৎ দরকার লৈ; মরম অদুননি U.S. না Middle-East Africa অমসুং Indian ocean বু মখোয়গী অথোইবা হৈনিংবা (vital interest) লমদমশিংনি হায়না লাওথোকচরিবা। U.S. কী লানগী ইঞ্জিন্ পুন্নমক্ লমদম অসিদা নমদুনা পৈশিল্লি; ভুংকোয-নগী ওইবা মওংদা অসুম্ লৈথনবসু হোৎনরি। Diego-Garcia, Oman. Kenya, Somalia, Egypt — মথংদা অমুক্ কদায়দা?

থৌরাংশিং অসিদা চংবা খরচসু ময়াম্ থাংজ-পুজ তিংমিন্নবা হোৎনবা, NATO গী কাংলুপপুসু হেনা নকশিন্নবা হোৎনবগা লোয়ন-লোয়ননা U.S. না NATO গী মথৌশিংবু পাঙথোক্নবা হোৎনরি। Washington গী Geo-Politician শিংনা লানগী

থৌরাং অসিদা লৈবাক কয়ামকম্, য়াওশিনহন্দুনা, পৃথিবী শিনবা থুংনা, মীয়াংগী মতৌগুম্ U.S ফী বেজ, প্লেনতাফম্ ১দি খুৎলায় য়োনফম্না শম্না লৈবা পাম্ই

Soviet কী ধমবা লৈবদগী ঙাকথোক্নবা ওইনা থৌরাংশিং অসি পাম্বখৎলিবনি হায়বা মরম পিরদুনা, Middle-East কী থাও থোকফমশিং অমদি থাও পুথোক-পুশিনগী লম্বীশিংদা Washington না শন্দোক্লি। মসি তশেংনা অনিংবা আশা অমগা লোয়নরবা ওইদবা প্রচার অমনি, মরমদি Soviet Union না হায়রিবা হিরম অনি অসিগী করিগুম্বা অমত্তদা খুদোংথিহন্নিংবগী অপাম্বা লৈতে হায়বসি মখোয়না মুন্না খংই। সাধারন ওইনা হায়বা তারবস্থু, নোংচুপ লৈবাকশিংনা থাওদা লৈজরিবা আশা অসিমক্, লমদম অসিদা খুৎলায় পৈশিনবনা ঙাকপা ওমগনি খল্লুবিবা রাখল অত্তুমক্ ওইথোক্তবনি।

অওইবমক্তি, লানগী শেম-শারিবা অসিগী মরম্নি হায়না মখোয়না পিরিবশিংসি অচুম্বা নত্তে হায়বসি Washington মশাম্ম অত্তুম্ খজরবনি। অত্তুবু অসিগুম্বা থৌরাং কয়াদা ওইদবা শিজিন্নবনা হৈনবী ওইজরবা অমদি রাজনিতিগী রাঙাং হৈবনা অচুম্বা শকচরবা U.S. কী রায়েলশঙদা লৈবিবা Geo-Politician (লমিং তুমিংকী মরমদা হৈ-শিংলবা রাজনীতিরালা) শিংনা "অনৌবা রাখল" (new concept) অমমুক পুথোক্লে; মত্তুগী ফজরবা মমুংগী রস্তি —"Equal responsibility"— মান্নবা দায়িত্ব - হায়বদি ভারত-মহাসাগরদা উংখৎনরিবসি U.S. অমসুং Soviet Union অনিনা চপ্ মান্ননা দায়িত্ব পুমিন্নগদবনি হায়বনি।

অসিগুম্বা "অনৌবা রাখল" হায়বসিদা করিগুম্বা অনৌবা ১তা শুংলৈ লৈত্রবস্থু মখোয়না পুথোরক্লিবা মওং অসি খংজিনবদা কান্নগনি। হান্নগী মমাংগী U.S. সরকারনা খল্লম্বদি করিগুম্বা রাকম ১দা

ময়ামগী অয়াবা মত লৌননব চুম্নতগী মত ফোংদোকপতনি; ঙসিদি মহ্ন ওইত্রে, অহোঙ্বা কয়া লৈপ্রে। U.S. না খর হেন্না লুবা ( complex ) মওংদা লৌনম্ নমথাক্না লোয়ননা সাসন তৌবনা হেন্না পামশিল্লক্লে। খুদম ওইনা হায়রবদা— "অনৌবা রাখল" অসিমক্ Washington দগী হৌদোরক্পা ওইনা পুথোকখিদে; imperialism গী লাঙ্দা থুগ্রবা চাউখৎলক্লিবা লৈবাক কয়ামরুম-দগী হৌদোরকপা রাফম ওইনা উৎখি। অসিগুম্বা "অনৌবা রাখল" অসি করম্বা লৈবাক্তগী থোকহনলক্দগে হায়বসিদা যাম্না চেকশিনখি। মপান্থোংগী প্রচারদা মীচং চংবীনবা Egyptকী President Sadat নত্রগা Oman গী Sultan Qaboods তা ঙনশিনবতনদি অর্থ লৈতবা ওইনা থোকই; মরমদি মীওইশিং অ/ গী নিত্তিগী imperialist নিত্তিগা অম্মুক্কী মতিক্ নিংশিনা খুৎশম্ননা চংশিনমিন্নগ্রে অহুনা লৈবাকশিং অসিগী মায়োক্তা চংশিল্লবদি হকথেংননা U.S.কী অমাংবা ওইগনি।

নিংশিংবা মাবা রাফম অমনা— Lebanon গী চয়োলগী চেফোং— "Moustakbal" দা Qaboos না তকশিনখি মহুদি নোংচুপ লৈবাকশিংগা মরুপ ওইনরিবা Persian Gulfকী লৈবাক্ পুন্নমক্ NATO য়াওগদবনি; মরমদি Taskent নত্রগা Kabul দগীনা Hormuz ফাওবগী মহুংদগী কাপথোবকপা Soviet Pincers না Persian Gulf অসি ইরাই লায়না য়োবা ঙমলে। মরম অহুনা মান্নবা দায়িত্ব" ( Equal responsibility )" লৈ হায়বগী "অনৌবা রাখল" অসি মীচং চুংশিন্নবদা য়াওদবা কাংলুপকী মনুংদা লৈবা Conservative Right Wing গী মীহুৎ ওইরিবা লৈবাকশিংদগী হৌদোকহল্লরুবা শিনখি।

থোংথাং অসোমদা হোৎনবদগী Washington মু খরগী মখৈদি মায়-পাকপা ঙমগ্রে। imperialists; কাঙবুনা পায়খৎলিবা

খুদোংথিনিংঙাই ওইরবা থৌরমশিং লোয়নমা Diego-Garcia ১দি অতৈ মিলিটরি বেজশিং পন্দুনা U.S. পু নিন্দা ( blame ) তৌদনবা মীচং চুশিন্নবদা য়াওদবা লৈবাকশিংনা থিংবা হৌনরক্লে অদুগা থোক্লিবা থৌদোকশিং অসিগী দায়িত্বদি অচৌবা শক্তি লৈবা ( Super Powers ) লৈবাকশিংদা মায়না লৈ হায়না মরাল্ পিবা হৌনরক্লে।

মরক অসিদা নৌনা মনিংতম্বা ফংপ্রবা লৈবাক অমায়না— মীচং চুংশিন্নবদা য়াওপ্রবা লৈবাক কয়া য়াওনা, "অনৌবা য়াথল" অসিবু শুকয়া য়াদেঃ য়ায়া পাকচাওপ্রবা, অন্তর-জাতিগী ওইনা কান্নরবা ঈশিং ঈপাক্‌সিদা তশেংনা থুদোংথিবা লৈরিবসিগী দায়িত্বদিU S.১সুং মাগী খোংলোই লৈবাকশিংনা পুগদবনি হায়বসি মথোয়গী খোল্লাওনি। অদুনদি মসি থম্থপ্রবা য়াদ্রবা য়াফম্নি। মরমদি Soviet কী লুচিংবশিংনা কয়ারক হয়া হায়প্রবা য়াফমনি, মদুদি Indian ocean দা ওইরক্লিবা থৌদোকশিং অসিদা Soviet Union না থৌশাদনা নত্রগা নিংঙাইদনা লৈথোকপা ঙম্লোই। মরমদি, মমদম অসি Soviet Union গী অং্কি অবস্থা অমদি সাইন্স ( Science )কী হিরমদা য়ায়া কান্নরবা মফমনি হায়বসি মখোয়না মুন্না থংই। অদুদসু নত্তে। ঙসি ওইরিবা nuclear missile গী যুগ অসিদদি ভারত-মহাসাগরগী থা-থংবা Russia ফাওবদি য়ায়া নকপ্রে। অদুনা Indian ocean দা U.S. অমদি মাগী খোংলোই imperialist লৈবাকশিংনা লানগী শেম-শাগৎলিবসি থা-থংবা Soviet কী শরুক ১সুং অতোপ্পা সোসিয়েলিস্ত লৈবাকশিংদা ঈশিংগী ১দি নোংথক্কী লানগী মায়কৈদা থুদোংথিবা অমা থোকহনগে থৌরাংবনি।

থৌরাং পুন্নমক অসি তৌনা তৌনা, ইংনা কম্মিংচুন্না য়ারি শামিন্নবগী দরকার লৈ হায়বসি Soviet Union না নোংচুপলোমগী লৈবাকশিংদা ভাব-তাহন্নবা অয়েঙ্মা লৈতনা হোংনরি . সুং U;S,

কা ভারত-মহাসাগরগী মতাংদা ফম্মিন্নরগা মখা তানা খন্নবস্নু হোং-নরি। ভারত-মহাসাগরগী মতাংদা President Brezhnev না হায়খি; "The Soviet Union has never had, and has no intention now, of building military bases in the Indian Ocean. And we call on the U.S. to take the same stand"— হায়বদি ভারত-মহাসাগরদা Soviet Union গী মিলিটরি বেজ অমতা লৈরকখিদ্রি, হৌজিকস্নু শাননবা য়াখল খন্দে; ঐথোয়না U.S. তা ফিরেপ অসি লৌননবা হায়রি।

লমদম অসিদা উংখৎনবা অসি হুম্বহন্নবা Soviet Union না ইতৎ-তক্কনা কান্নগদবা রাফম কয়া হৌদোকতুনা লাক্লি। মতাং অসিদা U.S. অমদি মাগী থোংলোয় Imperialist লৈবাকশিং ১স্নুং Peking না হৌদোরকপা রাফমগা কয়াগী মতিক্ খিনা খেন্ন-প্রবগে হায়বসি খংলহুনা, সমুদ্র থোংবান অমস্নুং হেক মথং লৈবাক-শিংনা Soviet Union গী প্রস্তাপশিংবু য়ানিংবা উৎলি। মরমদি Soviet Union গী প্রস্তাবনা Indian Ocean অসি শান্তিগী লমদম ( Zone of Peace ) ওইহন্নবনি অহুগা Imperialist কাংবুগীনা লমদম অসিগী শেল-থুম অমদি সমাজগী চাউখৎ-থোং-থাংদা অপনবা পিননবা, থোইদোক হেন্দোক্না মনিংতম্বা মাঙননবা ঙাক্ত ওই। ভারত-মহাসাগরগী মহুংদা লৈরিবা U.S. কী জহাজগী শক্তি থক্কনা, মীচং লৈবাকী য়াওদনা, অকোয়বদা লৈরিবা লৈবাক পুম্নমক্কী ঙাকথোক্নবগী শক্তিগী অপুনবদগী ফাওবা য়ায়া শাথিনা হেল্লি হায়বসি পুম্নমক্না শেংনা খংনরবা রাকমনি।

ভারত মহাসাগরদা imperialist কাংবুনা শেমগংলিবা লানগী থৌরাংশিং অসিনা নৌনা নিংতমখিবা লমদম্ অসিগী লৈবাকশিংদা অকিবা অমদি নুংশাথিবা লৈ হায়বসি মফম অসিগী রাজনিতিয়ালা-শিং, লুচিংবশিং ১দি খবরগী চেফোংশিংনা লাওনপ্রবনি Japan গী

"Moinichi" থবরগী মীহুৎকা শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধিগা ইকুই-কুই-দনা উনখিবহুদা ভারত-মহাসাগরদা ওইরক্লিবা য়াম্না খুদোংথিনিং-ঙাইগী থোংথাংশিংসি চেকশিনগদবনি হায়না ভারতনা ফোংদোক-খ্রবনি। মিলিটরি বেজ মশিং হেনগৎলকপা, নেভি বেজ শাগৎ-লকপশিংসি য়াম্না কুপনা য়েংশিনগদবনি হায়না Prime Minister Gandhi না হায়খ্রবনি। থৌরাং পুন্নমক্ অসিনা লমদম অসিগী শান্তি-রক্ষা অমদি তেক্ত-কায়দনবা মায়কৈদা ( Security ) য়াম্না মাংহল্লি; লোয়ননা লমদম অসিগী শেল থুমগী চাউথৎ-থোংথাংদসু পন্থহল্লি। অসিগুম্বা খুদোংখিনিংঙাই ওইরবা নিতি অসি ভারতকী মপাল থৌরম পুবা মন্ত্রিনা (Foreign Minister), ১৯৮০-৮১ গী মীরৈবাক্তা চৎকদবা নিতি নৈনবদা য়ানিংদবা উৎখ্রবনি। Foreign Min'ster, Nara Singha Raoনা ভারত-মহাসাগরদাU.S. কী লানগী শক্তি হেন্না কনশিন্না পৈশিল্লকপা অসি ভারতনা য়ানিংদে হায়না U.S. সরকারদা থংহনখ্রে হায়না মহাক্না লাওথোকখ্রবনি।

Madagaskar গী President Ratsiraka না ভারত মহা-সাগর অসি শান্তিগী লমদম ওইহন্নবা অমদি মসিদা শাগৎলিবা লানগী বেজ খুদিংমক্ থুগাইনবা লাওখিবা ইকুই-কুইদ্রিবনি। কনানা লমদম অসিদা লানগী ঈরাং হায়বদি উংখৎনবগী থবক হেন্না থোকহনবগে হায়বসি imperialist থোংলোইশিংনা তৌথোরকপা থবক্না শেঙনা উৎলি হায়না মহাক্না থোইদোক হেন্দোক্লা পনখি। Scychelles গী President, Albert Rene না ভারত-মহাসা-গরগী থোঙবান্দা লৈরিবা লৈবাক পুন্নমক্কী মকোক্শিংদা U.S. না মফম অসিদা শাগৎলিবা থৌরাংশিং অসিদগী ওইরকপা য়াবা তম-থিরবা খুদোংথিবশিংহুদগী চেকশিন্নবা অকমবা ৱাহৈ (firm warning ) পীখ্রবনি।

Malaysia গী Foreign Minister. Ahmad Rithau-ddeen নস্থু ভারত-মহাসাগর অসি শান্তিগী লমদম ওইহনগদবনি হায়বসি তশেংনা মীয়ামদা উৎপ্রবনি। Parliament কী মীফম হাংদোকপদা মহাক্না লাওথোকখি মহুদি লমদম অসিবু শান্তি ওইনা অমদি মরা তপ্না থম্নবা হোৎনরকপা খুদিংমক্তা মহাক্না শৌগৎকনি।

Mozambique কী চেফোং কয়ানা ফোংখ্রে মহুদি Indian Ocean অসি Peace Zone ওইনা থম্বনা অমদি লৈবাক অমগা অমগা নুংশিননা লৈমিন্নবনা Africa গী লৈবাক্ পুন্নমক্কী য়াইফবনি অহুগা imperialist শক্তিশিংগী লৈরিবা মিলিটরি বেজ পুন্নমক্ তান্থোক্কদবনি; লমদম অসিদা অমুক হন্না মিলিটরি বেজ শাগৎলক-পসি য়ান্না চাউখৎত্রিরৈ মতমদা লোয়লমগী সাসন থম্নখহু অমুক নৌহৌনা লৈহনগে হোৎনরকপনি হায়না লৌগদবনি।

ভারত মহাসাগরদা U.S. না লানগী শক্তি কনখৎহল্লিবা অসিগী অচুম্বনি হায়না পিরিবা মরমশিং অহুবু শিংনবা ওইনা Paris তা ফোংবা "Afrique Asia চেফোঙনা ইখ্রে :— "ভারত-মহাসাগরদা নোংচুপ লৈবাকশিংগী খুদোংথিবা লৈহল্লে হায়বসিবু করম হায়ননো? ভারত-মহাসাগরদা নিং-তম্না চথোক চৎশিন তৌবদা করি খুদোং-থিবা লৈরবগে ? থাও পুথোক্-পুশিনদা করি খুদোংথিবা লৈরবা ? মফম অসিদা খুদোংথিবা থোক্তনবা থৌরাং (Security measures) চংদবা য়াদ্রব্রা ? পুন্নমক্ অসি য়েংশিন্নবগী মথৌদি লমদম অসিদা লৈরিবা লৈবাকশিং অসিগী দায়িত্ব ওইজগদবনি"। লমদম অসিদা নোংচুপ লৈবাকশিংদা কিহনবা ( threat ) অমা লৈরে হায়রিবসি তশেংনমক্তি তোঙানবা অর্থ থর লৈ। সমুদ্র অসিগী মশাগী ইনাক্ খুঙ্গবা, থোঙবান লৈবাকশিংদা ফংবা খোনীগী পোথোক লোয়ননা মহুগী ললোন-ইতিক্তা কান্নগদবা মওং, Middle & Far East কী মপান নাইথ্রবা থাও ফংফম, — পুন্নমক অসিনা Washington না

লুচিংবা Imperialist লৈবাকশিংদা মতম কুইনদগী লমদম অসিবু মীহৌহনলক্লিবনি। অসিগুম্বা কল্লক মীহোৌবা অসিগীসু মথকতা মথল কয়াগী অকিবা অমুক্ হাপচিল্লি—"লমদম অসিগী মীয়াম্না সমাজগী অমদি মরৈবাক নিংতম্বগী লানফমদা নোংম-নোংমগী মায়পাকপা হেনগংলকপা মখোয়গী য়াখলদা মশাগী লৈজরিবা লন্ অমদি মশাগী মনিংতম্বা মশানা ঙাকচগে খল্লকপগী য়াখল হেল্লা কনশিল্লকপা'—অসিনি।

মশাগী য়ানিংবগা লোয়ননা Washington গী নিতি চৎপ্রবা লৈবাকশিংদ imperialistকী লানগী দোলায়দ তোংখৎহনপ্রে, অদুবু অসিগুম্বা খুদোংখিরবা লম্বি অসি চৎলুবদগী ওইরকপা য়াবা ফত্রবা ফলশিং অদু নোংম-নোংমগী ভাব্ তাবা হেনগৎলক্লি। Pakistan গী চয়োলগী চেফোং "View point" না ফোংপ্রে, মদুদি U.S. না ইরানগী থৌদোক্ ( Iranian Experiment ) অদুবু অমুক হননা চাং য়েংনিংলি অমসুং খা-এসিয়াদা অপুনবা লানগী চুক্তি অমনা পুনশিনবা পামলি। অদুবু লমদম অসিগী লৈবাকশিংনা মশাগী স্বার্থ অমসুং তেক্ত-কায়দনবা ঙাক্ শেপ্পনিংবগী য়াখলনা দরকার ওইহল্লক্লিবদি পুন্নমক্ অসিগী ওন্ন-তৈনবদনি—লমদম অসিদাU S. কী লাম্মী লৈহন্দবা, অমদি Persian Gulf কী লমদমদা অথিংবা লৈতনা জহাজ চৎথাক্-চৎশিন তৌবা অসি কায়হন্দনা থম্বা—অসিনি।

Imperialist নিতিদা অচৌবা অমসুং অকনবা শক্তিগী ফমফমদগী লাওথরকপদা লৈবাক্ মচা-মচাশিং অসিনা করম্বা য়াখল নত্রগা মিৎয়েংদা অহোংবা লাকহনবগে হায়বসি মৎকী থর অসিনা শেংনা উৎলে। মতম শাংনা imperialist কী শুপনমগী সান্দা ৎম্লক্পদগী মশানা থেঙনজরকপা লৌশিংদগী, এসিয়া অমসুং অফ্রিকাগী চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংনা মশানা ফজনা ভাব্ তাজয়ে, মদুদি

মরম অমা নত্রগা অমা হায়ভিন্দুনা শাঞ্রবা মিলিটরি বেজশিং অসি-না মনিংতম্লবা লৈবাকশিংগী থবক্তা খুৎ-থিংজিম্লবা, রাজনিতিগী, লানগী অমদি অতৈ হিরম কয়াদা শাফু ( presusre) পিননবা ১স্নং অতোপ্পা লৈবাক্ কয়াগী মথক্তা লান্দনবগী হৌফম ওইনা শিজিন্ননবা শেমলিবনি।

## "শন্তাইনবা লম্বী"

অদু ওইরবদি ভারত-মহাসাবগর অসি শান্তিগী লমদম অমদি অন্তর-জাতিগী তেংবাং ফম ওইবা লমদম অমা ওইহন্নবা হোৎনবদা ওইথোকপা য়াবা করি পাম্বৈ লৈরি ? লমদম অসিদা লান হৌ-রকপা য়াবগী লৈচিন অমনা কুপতুনা লৈবিবসি কয়া থুনা তাম্থোক্-থবা য়াগনি ?

Asia অমস্নং Africa গী Press তগী মরক মরক্তা হৌরকপা রাবোল তাকরগা, অচৌ-অচৌবা লুচিংবা অমদি রাজনিতিরালা কয়াগী রাঙাং তারুরগা ওইথোক্লবোইদবগী রাথল হেক্ হেক্ পোক্ক-বদি নত্তে। অতোপ্পা লৈবাকশিংগী লান্মীশিং লৌথোকখিহ্নুনা ইরৈ-লৈনরক্লবা ফাওবদা য়াম্না কান্নরবা থবকসি পাংথোকপা ইঙম ভম্লোই হায়নৈ। অদু ওইরবদি হৌজিক করি তৌবা তারে? ভারত-মহা-সাগরদা U.S. মা অচৌবা থাক্তা (large scale) খুৎলায় লমজেল্ হৌদোক্লনা মীরাংগী মতৌগুম্না শিনবা থুংনা মিলিটরি বেজ কয়ানা কুপশিন্দুনা লৈগ্রবা মতম অসিদা রাকৎ থরনা লোয়রগদ্রা ?

অহানবা হেক উবমক্তদা মতশিং অসি মরম্ চাবগুম তৌগনি। নৌনা লোয়লম্ শন্দোকতুনা অতোপ্পা লৈবাকশিংগী 'মীনা তৌবা ঙম্বা শক্তি' ( man power ) অমস্নং খোনিগী পোথোক্ পুম্নমক্ হাত্তোকপীরগা, মশাগী অপাম্বা নিতিগী মায়োকতা, মখোয়গী নিতিবু

নমন্থনা চংহনবগী থবক্সি থাদোকহন্দুনা, মশাগী অপাম্বা মত মতুং ইন্না চংনহল্লসি হায়না হৌরকপা অন্তর-জাতিগী ওইবা শক্তিশিংদগীস্থ য়াম্না কন্না আশা তৌনিংঙাই লৈতে। অমরোমদস্থ অস্থন্না থুদম চনশিন্খ্রবা অনৌবা লৈবাকশিংনস্থ মশা-মশাগী লৈবাক্তা হৌজিক্ ওইরিবা ফিভমশিংদা অস্থম পেন্থোক্তুনা লেনগনি হায়বসি খল্লুবদা য়াম্না রানা থোকপা রাফমনি। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা— মথোয়না রানা ফংজখিবা রাজনিতিগী নিংতম্বা ( hard won political independence ), শেল্-থুমগী নিংতম্বা ( economic independence ) হাপচিন্দুনা, জাতিগী, সমাজগী অমদি শেল্-থুমগী মনিং তম্ববু হেন্না মরা চেংশিনহন্নিংবগী রাখলগা লোয়ননা নৌহৌনা কন্না হোংনখংলক্লি। Asia অমস্থং Africa দা imperialism বু য়াদবগী খোংথাং অসি চহি চহিগী কনখংলক্লি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা, মীরৈবাক্ নিংতম্নবগী খোল্লাওবু নমহংতুনা থমখিবগে হায়বা রাখলনা লমজিং ওইরিবা imperialism অমস্থং new colonismগী শক্তিশিংনা উরে মন্থদি ঈহৌশিং অসিবু লোয়শিনহনগে হায়রবদি মসিগী হৌরকফম্ লমদমশিংদা লানগী অমদি রাজনিতিগী শক্তি হেন্না মপুংফানা কনখংহনবতনা ওইগনি; অন্থগা অসিগুম্বা লমদমগী অয়াম্বা শরুক্তি ভারত-মহাসার, Persian Gulf অমদি মসিগী হেক থংনবা লৈবাক্নী সমুদ্র খোঙ্বান্দা অয়াম্বা লৈরে। খোংথাংশিং অসিনা পুন্নমক্ "তুন্না শিমিন্নরগা লোইরে" (dead end) হায়বগুম্বা ফিভম অমা ওইরক্লি ; মসিদগী কনা অমত্তা নাম্থোকপা ঙম্লোই হায়বসি অয়াম্বনা উনরবনি।

ভারত-মহাসাগরগী তঙাইফদনা শন্তাইনদবা য়াদ্রবা সমস্যাশিংবু মিংয়েং অসোমদগী তাইশিন্নগনি খল্লিবা রাখল অন্থনা উংলিবদি; লমদম অসিবু শান্তিগী লমদম ওইনবা হোংনবদা, তঙাইফদনা নিং-শিংদ্রবা য়াদ্রবা: তত্তনা থেংনন্নিবা শক্তি লৈরবা রাফমশিংবু

(factors) হন্থনা (under estimate) লৌবনি। রাফমশিং অসি নোংম-নোংমগী য়াম্না হেনগৎলক্লি।

অহানবমক্তদা, Indian ocean অমসুং Persian Gulf কী লমদমদা লৈরিবা লৈবাকশিংনা, মখোয়-মখোয়গী মরমদা লানগী-দমক হেন্না শেম-শাগৎপা অসি য়ানিংদবা অমদি অথিংবগী রাখল (mounting resistance) হেনগৎলক্লিবসি য়েংশিনগদবনি। লমদমশিং অসিবু শান্তিগী লমদম ওইহন্ননবগীদমক মফমশিং অসিদা লানগী শেম-শাগৎপা লেপননবা India, Ethiopia, Madagascar, Malaysia, People's Democratic Republic of Yemen, Seychelles, Mauritious অমদি সমুদ্র থোংবান ১মুং হেক থংনবা লৈবাকশিংগী মশিং লাকউমহৌবা অফাওবা লুচিংবা কয়ানা হোৎনহনা লাকখিবনি। অমুম্না, ভারত-মহাসাগর মমুংদা লৈবা imperialist কী শুপনম সাসন্ চলায়রিবা লৈবাক কয়াম-কমদা তম্ খিরবা থৌরাংশিং অসিগী মায়োক্তা কল্লবা মীয়ামগী শক্তি (powerful social forces) কয়া হৌগৎলক্লি।

পৃথিবীগী চাউথৎ-থোংথাংদা "মীচং চুংশিন্নবদা য়াওদবা" (non alignment movement) অসি য়াম্না কান্নবা হিরম (factor) অমনি। মসিদা লৈবাক ১০০ দগী হেন্না য়াওরি' লৈবাকশিং অসি-দগী মোত্তি ১৯৭০গী Lusaka দা ফমখিবা লৈবাক্কী মকোকথোংবা মীওইশিংগী ওশুবা মীফমদা ফোংদোকখ্রবনি। মীফম অদুনা লৈবাক্ পুন্নমক্তা থংহন্নবা রারেপ (declaration) অমা অমুম্না তাখি :-

"to consider and respect the Indian Ocean as a zone of peace from which great power rivalries and competitions, as well as bases conceived in the context of such rivalries and competition, whether arms, navy, or air force bases, should be excluded"

—হায়বদি "লৈবাক পুন্নমক্না ভারত মহাসাগরবু শান্তিগী লমনি হায়না খনগদবনি লোয়ননা সনমান্ তৌগদবনি। অচৌবা শক্তি-শিংগী মরক্তা য়েরুবগী য়াখল চেন্নরকপা অহুগা কংফাল, ঈশিং ১স্নুং নোংথক লান্মীগী হিরম কয়াদা অথোয় অহেন্ তান্নরকপা মতমদা ভারত-মহাসাগর য়াওহল্লোইদবনি"। অপুনবা থোল্লাও অহুদা লমদম অসিদা নিউক্লিয়ার খুৎলায়শিং লৈহনলোয়দবনিস্নু য়াওখি।

মীচং চুংশিন্নবদা য়াওদবা লৈবাকশিংগী মরক্তা, imperialism গা Peking গা লৌতুনবদগী অমদি য়াখল্ হোংগন্দবা লৈবাক্ ( conservative states ) খরগী ফিরেপ্তগী থোকহল্লকপা মোত থেন্নবা খর লৈজরবস্নু, মপুং ওইবা অয়াম্বনদি ভারত-মহাসাগরগী মতাংদা লৈখিবা মত অহু অহুম হোংদ্রি। ভারত-মহাসাগরবু শান্তিগী লমদম ওইহনসি হায়না নৌহৌন অমুক্তস্নু Colombo দা ফমখিবা লৈবাক্কী মকোক লোংবা লুচিংবশিংগী ৫ শুবা মীফম্, Havana দা ফমখিবা ৬ শুবা মীফম অমস্নুং Delhi দা ফমখিবা ৭ শুবা মীফমশিংদস্নু হেন্না চেৎশিনবা ফিরেপ্ লৌখি।

অসিগুম্বা ফজরবা পন্থুং অসি য়ৌননবা হোৎনবদা Soviet Union অমদি অতৈ Socialist লৈবাক্শিংগী ফিরেপ্না ময়ামদা নৌহৌনা হৈনিংবা য়াখল অমস্নুং থৌনা পিরি। হেক্ হৌরকপদগী হৌনা, ভারত-মহাসাগর অসি লান শোক্তফম ১স্নুং খুৎলাই লমজেন্ তান্নফম ওইহনবিনু হায়না সমুদ্র থোঙবানগী লৈবাকশিংনা য়াম্না চুম্না হোৎনজরকপবু Soviet Union না শৌগৎতুনতা লাক্লি। ১৯৭১দা Leonid Brezhnev না চেৎনা হায়খি; "we have never regarded it as an ideal situation for nav'es of great powers to remain for long periods far from home waters. We are ready to settle this problem too, but to settle it on an equal footing. The Soviet

Union is ready, on the basis of such principles, to discuss any proposals". — অচৌবা শক্তিশিংগী ঈশিং লাম্মীনা ময়ুম লমদমদগী য়াম্না থাপ্না, কুইনা লৈথোকপসি অফবা ফিভম্ সি হায়বসি ঐখোয়না থক্ লৌখিদ্রে। মাম্নবা খোংফমদা য়াফম অসি লোয়শিন্নবগীদমক ঐখোয়না তৈম্মারিদা লৈ। অসিগুম্বা মাননবা খোংফমগী ফিভমদা Soviet Union না ওইনিংবা সমস্যা অমদা হেক্তা থম্ন নৈ মিন্নবগী থৌয়াং তৌহুনা লৈ।

অদুবু মাগ্নবা খোংফমদা' য়ারি শান্নবা হৌজিক্ ফাওবদদি হৌখিদ্রে। U.S. না ভারত-মহাসাগরবু মখোয়গী লমনি হায়না দাবি তৌরি। অদুগা মফম অসিদা লানগী হিরম কয়াদা মখোয়না মকোক্ থোংনবা হোৎনরি। অসুম্না দাম্বিত্ব খংদ্রবা Imperialist কাংবুনা লানগী হিরম কয়াদা শেম-শাগৎলবসু Soviet Union না মখোয়গা মাগ্গনা চঙশিনদে অমসুং লুয়বা ফিভম ( Complicated situation ) অসিদগী য়াম্না খাংবা কনবগা লোয়ননা হন্দোকতুনা লৈরি। U.S. না তৌবগুম, Soviet Union না করিগুম্বদসু ভারত-মহাসাগরগী লমদমদা লৈবা নৈবাকশিংদা মশাগী মনিংতম্বা অমদি মশানা মশাবু ঙাকচবগী অধিকাব কায়বা য়াবা কিহনবা ১তা পিখিদ্রে, অদুগা ভারত-মহাসাগরদা Soviet Union না U.S.তগী হেনগে হায়না থক্ হোৎনখিদ্রে।

Soviet Unionনা তত্তনা অমদি য়াম্না খাংবা কনবগা লোয়ননা অনৌ-অনৌবা কান্নবা য়াবা য়াফম কয়া পুথোকতুনা ভারত-মহাসাগরবু শান্তিগী লমদম ওইহন্নবা হোৎনরি। ভারতকী Parliament তা ডিসেম্বর ১০, ১৯৮০ দা President Brezhnev না হায়খি ; "we propose to the United states, to other Western powers, to China, to Japan, to all states that display interest that agreement be reached on

the following mutual obligations'':

"Not to set up foreign military bases in the Persian Gulf area and on the adjacent islands, not to deploy nuclear or any other weapons of mass destructions there;

"Not to use or threaten to use force against the countries of Persian Gulf area and to interfere in their internal affairs ;

"to respect the status of non-alignment choosen by the states of Persian Gulf area; and not to draw them into military groupings with the participation of nuclear powers;

"to respect the sovereign rights of the states of that area to their natura resources;

"not to raise any obstacles and pose threats to normal trade exchanges and to the us of sea lands linking the states of that area with other countries of the world;

"We believe that such an agreement, to which the states of that area themselves would naturally be equal parties, would correspond to their vital interest. Indeed, it would serve as a reliable guarantee of their Sovereign rights and security.

"The Soviet Union is a firm supporter of the idea of turning the Indian Ocean into a Zone of peace. We are ready to work actively in this direction

together with other states concerned. We believe that the Indian Ocean has been, and remains, the sphere of vital interests of its littoral states & no other".

"ঐখোয়না আমেরিকাদা, নোংচুপকী শক্তি লৈবা লৈবাকশিংদা, চিনাদা, জাপান্দা অমদি থরাই য়াওবিবা লৈবাক্ পুম্নমক্তা হৌদোক্লি মতুংদি মথাদা পিরিবা অমনা অমগী মফমদা চৎনফম থোকপা হিরম-শিংসি ওাক্সা চৎনরগা "য়ানবা" ১ পুরকসি। "Persian Gulf ১দি মসিগা নকুবা ঈথৎশিংদা মীরমগী লানগী বেজ অমতা লিংথৎনদবা ; থুংতুম্না মাওহনবা ওস্বা নিউক্লিয়ার নত্রগা অতোপ্পা মখলগী থুংলায় অমতা মফম অতুদা থম্নদবা ;

"Persian Gulf কী লমদমদা লৈবা লৈবাকশিংদা কিহন্দবা নত্রগা কিহন্নবা ধমকা তৌনদবা, অতুগা মখোয়গী লৈবাক মন্নুংগী ওইবা থবক্তা থুং-থিংজিন্নদবা, "Persian Gulf কী লৈবাকশিংনা মীচং চুংশিন্নবা য়াওদবা নিতি চৎচবদা সনমান্ তৌবিবা; অতুগা নিউক্লিয়ার শক্তি লৈরবা লৈবাকশিং য়াওনা লানগী মীচ দা চিংশিন-বিদবা,

"লমদম অসিগী খোনীগী পোখোকশিংদা মখোয়না মপুংফানা কুশি তৌজবদা পুন্নমক্সা সনমান্ তৌবিবা ;

"পৃথিবীগী অতোপ্পা লৈবাকশিংনা ললোন-ঈতিক্ তৌনজবদা থুরৌচেনবা পিনদবা নত্রগা থুদোংখিবা থোকপা য়াবগী অকিবা ধমকা পিনদবা; "ঐখোয়না থাজৈ মতুংদি অসিগুম্বা য়ানবা অসিদা লমদম অসিগী লৈবাক্ পুন্নমকসু য়াওগদৌরিবনি অতুগা য়ানবা অসিনা মখোয়গী খাইদগী হেন্না অর্থোয়বা অপাম্বা অতুগসু চানগনি। তশেংনমক্ য়ানবা অসিনা মখোয়গী তেক্-কায়দনবা অমদি মনিংতম্না শক্তি শিজিন্নজবগী অধিকারবু মপুংফানা ওাকপিনবা চৈঙাক্রি হায়না লৌবা য়াই,……

"ভারত মহাসাগরবু শক্তিগী লমদম ওইহন্নবা হোৎনবগী রাখল অহুবু মপুংফানা শৌগৎপা লৈবাক অমনি। অতোপ্পা মরী লৈনবা লৈবাকশিংগা লোয়ননা হিরম অসোমদা কন্না থন্নাই য়াওনা হোৎনমিন্নবগী শেম-শাহুনা লৈ। ঐখোয়না থাজে মহুদি—ভারত-মহাসাগর অসি মসিগী খোঙ্‌বান্দা লৈরিবা লৈবাক্শিংতগী ওইবা ১ম্বুং অতোপ্পা কনা অমতগী ওইদবা থোইদোক্-হেন্দোক্না দায়িত্ব লৈরবা মফম অমা ওইরক্নি অমসুং ওইথিগনি।

ঙাংনখ্রিবা রাফম কয়া অমদি অইবা খুদম্‌ শাক্নি কয়াদগী শেংনা উরে মহুদি ভারত-মহাসাগর, Persian Gulf অমদি আফগানিস্তান্দা ওইবক্লিবা ফিভমশিং য়াওনা সমস্যা কয়া থন্ন-নৈনসি হায়না সোভিয়েৎ-ইউনিয়ন্না শেম শাহুনা লৈ। ১৯৪১ দা পাংথোকখিবা Georgia Republic কী ৬০ শুবা কুমওন পালন্দা Brezhnev না হায়খি: "পৃথিবীগী অবস্থা অসি হেন্না ফগৎহন্নবগীদমক ঐখোয়না থন্নাই য়াওনা রারি শানবা পামই"। রাঙাং অসিনা মপুংফানা উৎলিবদি Persian Gulf অমদি আফগনিস্থানগী অকোয়বদা ওইরক্লিবা ফিভমশিং অহুবুনি। লমদমশিং অসিগী ফিভম হেননা ফৎচিন্নক্তে। মরমদি আমেরিকানা ইরান্দা অকনবা শাফু পিশিনবা অমদি আফগানিস্থানগী লৈবাক মনুংগী থবক্তা খুৎ-থিংজিনবা অসিননি। লমদম অসিদা আমেরিকাগী খুৎলায় পাইবা লাম্মী অমুক্তা থোক্খিদ্রিবা চাংদা থোমজিনবা অসিনা অমুক্তা হেন্না খুদোংথিনিংঙাই ওইহল্লে।

"অসিগুম্বা অবস্থাশিং অসি কয়ম্না খজিক্তুং ঈংথহনবা য়াগনি? তোঙান-তোঙানবা রারি কয়া শানহুনা—Persian Gulf কী লমদমসু শান্তি ওইনা অমদি তেক্ত কায়দনা থন্নবা; আফগানিস্থানগী রাথোকসু লোইশিন্নবা; নত্রগা অন্তর-জাতিগী থাকতা রাফম অনি অসি থন্ন নৈনহুনা— অসুম্না ওইথোকপা য়াবা পায়ে কয়া লৈ।

অওইবমক্তি, মতৌ অসুম্ন চথরকপা অসিদা লমদমশিং অসিদা লৈ-রিবা লৈবাকশিংগী মপু ওইজবা অমদি মনিং তম্বদি (Sovereign-ty) কায়হন্দনা, থাজবা য়ানা ঙাক্কদবনি। মখোয়গী লৈবাক মনুংগী থৌশিলদা খুং-শুংথিং থিংজিল্লোইদবনি অসুম তৌনা Soviet Union না হিরম কয়া থোক্লা খন্ন-নৈনবগীদমক্ শেম-শাহ্নুনা লৈ। খু.দাংথিরিবদি, মতম খুদিংদা "সোভিয়েৎকী ধমকা" নত্রগা "লম-শন্দোরকপ " হায়না ঙাংজনিংহনতা লৈরবা নাতো ( N A T O ) লৈবাকশিংদগী ঐ.থায়না পিথ্রিবা প্রস্তাবশিং অহুগী পাউখুম অমতা পিরকত্রি"।

"U.N." দা য়াফম অসি অরুবা সমস্যা ওইনা হৌদোক্লে, অহুগা শাক্তি ওইবা য়াবা অইবা চে কয়া তোয়না-তোয়না সোভিয়েৎ-ইউ-নিয়ন্ন পিগ্রবনি। U N. না ভারত-মহাসাগরগী মতাংদা তাখিবা য়াবেপশিং অহু কয়াম য়ানিংনা থবক ওইনা পাংথোকহন্নিংবগে ১দি মসি ওইননবা হোংনবদা অন্তর জাতিগী মীওইশিংবু থরাই কয়া য়াওনা তেংবাংনিংবগে হায়বসি অইবা চেশিং অহু নিংশিংলগা হেক্তা য়ারে। ৯৭৬কী ৩১শুবা U.N.গী মীফমদা পিথিবা য়ারোল-খুংলায় পায়নদবা ( Disarmament ) খুংলায় লমজেল তান্নবা লেপ্পা ( End of arms race ); ১৯৭৮ গী অথন্নবা মীফমদা পিথিবা— খুংলায় লমজেল্ লেপ্পবগী থবক ওইনা পাংথোক্লবা উপায়শিং; ( Practical ways to end the arms race ) ১৯৮০ গী ৩৫ শুবা মীফমদা পিথিবা -শান্তিগীদমক অমসুং খুংলায় থাদোক্লবগী-দবক্ —অন্তর জাতিগী খুদোংথিবা থোক্তনবগীদমক্; ( "For peace and Disarmament, for guarantees of International security") অসিনচিংবা কয়া অসি য়াওগ্রবনি।

ভারত-মহাসাগরগী মতাংদা Soviet Union না লৌরিবা ফিরেপ অসি মতৈ সমাজবাদ চৎপা লৈবাকশিংনা য়ানিংনা শৌগৎলি

মপু ওইজবা (Sovereignty) অধিকার লৈগদবনি, লৈবাক মচেৎ তাদনবা অমদি মনিংতম্বা কায়দনবা থৌরাংশিংগী মায়োক্তা শিজিন-নবগী রাখলদা মতম চুম্লগী ওইনা লাম্মী থমলোইদবনি;

"শান্তিগী লমদম" ওইহনসি হায়রিবা নিতি অসিগী মায়োক্তা অতোপ্পা লৈবাক্তা পায়খৎলকপা লানগী থৌরাং খুদিংদা, খোঙবান অমদি হেক মথং লৈবাকশিংনা মতেং পিরোইদবনি; নিউক্লিয়ার খুৎলায়শিং থমলোইদবনি. নত্রগা নিউক্লিয়ার চাংয়েং তৌরোইদবনি; মথোয়না খোঙবান (littoral) অমদি হেক মথং লৈবাকশিংনা নিউ-ক্লিয়ার খুৎলায় শিজিন্নরোই হায়না রাশক লৌগদবনি. অদুগা লৈ-বাকশিং অসিগী নিতিনা নিউক্লিয়াব খুৎলায় পাকথোক-চাউথোক-হন্দবা হায়বসিনা ওইগদবনি ।

ইউ, এন গী য়ান-চেবু ঙাক্লা চৎপা ওইনা সমুদ্র খোঙবান অমদি হেক মথং লৈবাকশিংনা মশানা মশাবু ঙাকচবগী মপুং ফাবা অধিকার থম্নবগী লোয়ননা শান্তিগী মরী থয়দুনা অমগা অমগা তেং-বাংননা লৈমিন্নগদবনি; "শান্তিগী লমদম হায়বা য়ুমফম অসিগী মথাদা লৈবাক পুন্নমক্লা অথিংবা লৈতনা ভারত মহাসাগরবু ললোন-ইতিক অমদি অতৈ শান্তিগী হিরম কয়াদা, অন্তর-জাতিগী আইন ঙাকপগা লোয়ননা মনিংতম্না শিজিন্নবা য়াহনগদবনি" ।

অসিগুম্বা য়াম্না মপুং ফারবা, কাম্নৰবা হিরম কয়া অসি ভারত মহাসাগরবু শান্তিগী লমদম ওইহল্লিংবা মীওইশিংদদি থবক ওইনা পায়খৎনবগী ফরবা য়ুক্ষম ওইবা য়ারে । অদুবু য়ানরোলশিং অসি থবক ওইনা পাংথোক্লবা হোৎনবদা য়াম্না শাথিনা অহোবা (draw-backs) লৈরম্বগী মরমদি হিরমশিং অসিবু লিংথিনা য়েংশিন্নবা, লৈন-নবা অন্তর-জাতিগী ওইবা অথন্নবা মীওই কাংলুপ অমতা লৈরমদবা অসিননি । হৌজিক্তি লৈরে । ১৯৭২ দা মীওই ২৪ না শাবা

এদহোক কমিটি অমা শেমখ্রে। মীওইশিং অতুদি মথাগী লৈবাকশিং অসিদগীনি। (১) Australia, (২) Bangladesh, (৩) China (৪) Japan, (৫) Ethiopia, (৬) Greece, (৭) India, (৮) Indonesia, (৯) Iraq, (১০) Iran, (১১) Kenya, (১২) Liberia. (১৩) Madagascar, (১৪) Malaysia, (১৫) Mauritious, (১৬) Mozambique, (১৭) Oman, (১৮) Pakistan, (১৯) Peoples, Democratic of Yemen, (২০) Somalia, (২১ Sri-Lanka (২২) Tanzania, (২৩) Yemeni Arab Republic, (২৪) Zambia.

ভারত-মহাসাগরগী মতাংদা খন্নবা ১৯৮১ গী কলম্বো মীকপগী শেম-শারকপদা অকক্নবা চাংদা থুমাং চাউশিনবা ঙমখ্রে। মফম অসিদা উংথৎনরিবসি অচৌবা শক্তি লৈবা লৈবাকশিংনা লুংশিনদবননি হায়না লান্না থাজনরম্বা রাখল অহু পৃথিবীগী মীয়াম্না খংনরক্নুনা অরানবা রাখল অহু থাদোক্লগা অচুম্বা খোংথাং অমদা থাংজিনখি। মরম অতুদগীনি ৩৪ শুবা ইউ, এন গী মীয়ামগী (General) মী-ফমদা তাখিবা রারেপশিংদা মতুগী মমি অমতা লৈখিদ্রিবা। মতুং অসিদগীদি সোভিয়েৎ ইউনিয়ন অমদি অতৈ সমাজবাদ চৎপা লৈ-বাকশিংনা ইউ, এন গী রারেপশিং অসিবু অয়াবগী ভোৎ পিবত্তা নত্তনা থবক ওইনা পাংথোক্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরক্লি।

হিরম অসিদা হেন্না থুমাং চাউশিল্লকপগী খোংথাং অমনা Adhoc কমিটি অতু হেন্না চাউখোকহল্লকপা অসিনি। ১৯৮০ গী অঙনবা শরুক্তা লৈবাক ২১ অমগা হাপচিনখ্রে। লৈবাকশিং অতুদি (1) U.S.S.R. (2) U.S. (3) Britain (4) France (5) F.R.G. (6) G.D.R. (7) Bulgaria (8) Poland (9) Romania (10) Yugoslaria (11) Italy (12) Canada (13) Netnerlands (14) Panama (15) Nor-

way (16) Djibouti (17) Egypt (18) Maldives (19) Seychelles (20) Singapore (21) Sudan অসিনি।

কমিটি অসিদা মীয়াম হেন্না য়াওহনবগী মওং অন্থুগা থোইদোক হেন্দোক্না সোভিয়ৎ ইউনিয়ন অমস্তুং অতৈ সমাজবাদ চংপা লৈবাকশিং য়াওশিল্লকপা অসিনা কমিটিগী থবক মওং তাহনবদা য়াম্না মতেং ওইরে। ভারত-মহাসাগর অসি শান্তিগী লমদম ওইহনগদবনি হায়বা ফিরপ অসি তাহন্নবগী মায়কৈদা অন্তর-জাতিগী মীফম (International Conference) ফম্নবগীদমক শক ১৯৮০ দা কমিটি অসিনা থবক পায়খৎপা হৌখ্রে। অন্থুবু আমেরিকা অমদি মাগী খোংলোই চিনা অমস্তুং লোয়নম শন্দোকপা নিতিগী লাণ্ডদা থুগ্রবা লমদম অসিগী চাউখৎলকলিবা লৈবাকশিং য়াওনা কলম্বা মীফম অসি মতমচাদে হায়না জুন ১৯৮১ গী কমিটিগী ২শুা-নৈনবা মীফমদা য়েংখি। আফগানিস্তান্দা ওইরক্লিবা থৌদোকপু তোয়না পল্লুহনা অমদি অনৌবা ইউ, এস সরকারনা (Reagam Govt) ভারত মহাসাগরগী মতাংদা লৈরিবা প্রস্তাবশিং অন্থুবু মমুৎ তানা নৈনদ্রি হায়রহনা অয়েৎপগী লুচিংবা ওইরিবা আমেরিকানা মখোয়গী ফিরেপ্প মন্নামদা শন্দোক্না তাকখি। অওইবমক্তি মখোয়না পিরিবা মরমশিং অন্থুদি অমতা অচুম্বা য়াওদে। মরমদি ভারত-মহাসাগর অমস্তুং পরসিয়ান গলফতা আমেরিকানা লানগী শক্তি শাগৎখ্রিবকিদি আফগানিস্থানগী থৌদোক থোক্লিত্রিদে আ-মমাংদগী হৌরকখ্রবনি। ২ শুবদা রিগান সরকারনা লমদম অসিদা লানগী শাক্তি হেনগৎহনবগী নিতি অন্থু অহুম চংথরকনি। মশিংকুন্তু মখোয়গী অকরবা পান্দম অমা লৈরি হায়বগী শেংলবা খুদমনি। অরোইবদা ভারত মহাসাগর অমদি খা-নোংপোক এশিয়াদা ওইরিবা ফিভমশিং অসি ঈংথহন্নবা সোভিয়েৎ-ইউনিয়ন্না পুখৎলকপা পুন্না ফমিন্নহনা খন্নৈনবগী প্রস্তাব পুমমক অমত্তা থৌশাদনা ভুমিন্না লৈথোকপা অসিনি।

মরম অদুনা ভারত-মহাসাগরগী লমদমদা উংথংনরিবা অসি করম্বা লৈবাক্না নত্রগা শাক্তিনা হন্থহনবা পামত্রিবনো হায়বসি মথক্কী রাফম থর অসিদগীসু ময়েক শেংনা থংবা ডমলে। অদুগা সমস্যা অসি কোকনবা হোংনবদা ডসি ভারত-মহাসাগরদা নোংমা নোংমগী ওইরক্লিবা ফিভমশিং অসিনা হেন্না লুহনবা অমদি শাংলবা মতম চং-গদবা রাফম অমা ওইহল্লে হায়বসি তশেংনা উংলে। মরমদি ইউ, এস অমসুং মাগী নোংচুপ লৈবাকশিংগী লানগী খোংলোয়না অমদি পোকংনা ফনবগী মায়কৈদা থন্নমবা পুথংলকপা রাফম পুন্নমক থিং-ননবা হোংনরি। অদুবু ইতিহাসনা শাহিতনি মদুদি শান্তি অমসুং চাউখৎ-খোংথাংগী লম্বিনা অপুনবা ফিরেপ অমগী মথাদা চংশিল্লকপ মতমদা লোয়দনা মাই পাকই। শান্তি অমসুং চাওখৎপা পাম্বা মালেমগী অপুনবা খোল্লাওনা, ইউ, এস গী মপুংফারবা মীয়ামগী য়ানিংবা রাথলনা সমুদ্র খোঙবানগী লৈবাক ময়ামগী ঈহৌনা, ইউ; এস, এস আর অমদি সমাজবাদ চংপা লৈবাক ময়ামগী খোল্লাওনা ভারত-মহাসগরগী লমদম অমসুং অন্তর-জাতিগী তেংবাংনফম অমা ওইহল্লক্কনি হায়বগী শোয়দ্রবা অচেৎপা থাজবা অমদি পিবি।

অদুম ওইনমক ডসিগী অন্তর-জাতিগী ওইরিবা ফিভমশিং অসিনা; ভারত-মহাসাগরগী লমদম অসিবু শান্তিগী লমদম ওইহনসি হায়বসি থবক ওইনা পাংথোকপদা ইরাই লাইবদি নত্তে; অদুবু ওইথোকপা য়াবা খোংথাং অমদি লৈরি। রাজনিতিগী নিয়োম ঙাকপগা লোয়ননা থৌন্না লৈনা এশিয়া অমসুং আফ্রিক লৈবাক অনিগী পুম্না হোংনমিন্নবা দরকাররনি। অসিগুম্বা লুরবা লাঞ্জং অমিদা সোভিয়েৎ ইউনিয়ন অমসুং সমাজাদ চংপা লৈবাকশিংগী মতেং লোয়ননা চাউখৎপা পাম্বা মীওইবা সমাজগী মতেংদি মতম চুপ্পদা লৈ পুন্নমক অসিগী মতুংদা হংনিংলিবা রাফমদি হৌজিকী মী-ওইবা সমাজ অসিবু তুম্না মাংহনখিবগা লোয়ননা পৃথিবী অসি চহি চা কয়াগী ওইনা লৈকংলা ওইননবা থৌরাং পুন্নমক অসি কনাগী দায়ত্বনি হায়সিগে ?

Soviet Union অমসুং United States—অনিমক্কী মায়বা দায়িত্ব লৈ। সাধারন মীয়াম্না লৌনবিবা য়াখলনি। তাঁবদসু মরমচাবা মাল্লি। তৌবদদি ভশেংনা হৌজিক্ হৌজিক্ থোকলিবা থৌদোকশিংদগী ঐখোয়না উরে, মতুদি মশাগী মরম্ দমগী য়াংমদা মাইল লিশিং লিশিং লাপ্পা মফমদা U.S. না শাগৎলিবা মিলিটরি বেজশিং অমদি মতুদা থম্লিবা লাক্ষ কয়াগী লান্মী করিগীনো? কনাগীনো? মখোয় অসিবু মশাগী মবমদম তেক্-কায়দনবা (terriforial integrity) গীদমক্তরা নত্রগা লমদমশিং অতুগী অকোয়বদা লৈরিবা মনিং তমগ্রিবা নত্রগা নৌনা মনিংতম্বদা ভাই-রিবা লৈবাকুশিং অতুগী মনুংগী থৌরমদা হাকথেংনবা নত্রগা না-কোয়ননা থুৎথিংজিন্দুনা লমদমশিং অতুগী শেল-থুমগী মতেং পুন্নমক্ চুপথোকপিহুনা মখোয়গী থ্ হুমদা থয়নবরা? য়াঙাং হৈবগী পা-থৈনা ওইদবা প্রজাব কয়াবু অওইবা মান্না শন্দোক্লিবনা কনানো? রুসিয়ানা মশাগী লমদমগী য়াংমদা করম্ করম্বা মফমদা মিলিটরি বেজ শাগ্রবগে? করম্বা চহিদনো? মশিং কয়া শুবগে? লান্মী কয়া তোঙান-তোঙানবা বেজশিং অতুদা থম্লিবগে? আমেরিকাগীদি বেজ ১৫০০দগী হেন্না অমদি লান্মী লাক্ষ ৫ দগী হেন্না মীয়মদমদা লৈ হায়বসি পৃথিবী পুম্নমক্না খংনরবা য়াকমনি অতুগা রুসিয়াগী লৈ হায়বসি কনানা থৌনা ফনা হায়বা ঙমলিবগে? মরম অতুনা অচৌবা শক্তি অনিসিগী মায়বা দায়িত্ব লৈ হায়বসি হায়মনবা থোক-কনি। মরম অতুনা ভারত মহাসাগরদা উংথংনহল্লিবা অসিগী মপুং ওইবা দায়িত্বদি U.S. না লৌফম থোকই হায়বদা থোয়না চিংন-নিংঙাই লৈতে।

---

# মীওইবা জাতি কদোমদা?

অনীশুবা পন্দুপ

## কনাগী তেংবাংননো?

ভারতনা চহি ২০০ রোম বৃটিশকী মীখা পোন্দুনা লৈরম্বদগী মরৈবাক মজাতি কম্ননবগী লানফমদা মথৱাই কৎথোকপা পামুখিদ্রবা মশিং লাকওমদ্রবা ভারতমচা কয়ানা জাতিগী মপা—মহাত্মা গান্ধিগী লমজিং মখাদা ১৯৪২ গী আগষ্ট তাং ৯ দগী হৌখিবা "ভারত থাদোকউ" (Quit India) হায়বা শান্তিপুর্ণ ওইবা অন্দোলননা ভারতকী কাচিন-কোয়া শিনবা থুংনা, অপুনবা লিংজেল অমগুং থৌনাগা লোয়নননা হৌরকপা লানফমদা মায়থিরহুনা বৃটিশনা ভারত থাদোক্লুনা চৎখিবগা লোয়নননা, ১৯৪৭ কী আগষ্ট তাং ১৫ দা ভারতনা মনীং তম্বা ফংখি। মতম অসিদা ওইরম্বা ভারতকী ফিভম থোইদোক হেন্দোক্লা পুক্লিং নুংশিননিংঙাইনি। ইম্পরিয়েলিস্ত বৃটেন্না ভারতকী আর্থিক অবস্থা অসি হায়নিংঙাই লৈতনা নৈহত্তুনা থম্বীরমই। মতৌ করম্না মসি নৌহৌনা শেমগত্তুনা রাজনিতীগী নিংতম্বগা লোয়নননা শেল থুমগী নিংতম্বা (Economic self reliance) ফংহনগদগে হায়বসি মতম অহুদগী হৌনা ওসি ফাওবদা ভারতকী লুচিংবশিংনা তত্তনা অমদি কম্না হোৎনরক্লিবা থৌরাং অমনি। পান্দম অসি ফংননবা হোৎনরকপদা হেন্না চাউখৎপ্রবা অতোপ্পা লৈবাকশিংদগী মতেং লৌবা তাবনি। ওসি ইকুই কুইদনা চহি ৩৬ কী মমুংদা ভারত অসি চাউখৎলবা লৈবাক অমা ওইনা

পৃথিবীনা শকখঙনরকপগা লোয়ননা ভারতনসু অতোপ্পা চাউখৎ-লক্লিবা লৈবাকশিংদা ফাওবা মতেং পীবা ঙম্লক্লে। পুন্নমক অসি কনাগী তেংবাংদগী হেন্না খুদাং চাউশিল্লিবনি হায়্রিসগে ?

## ঙাক-শেন্বগী থৌরাং

ঈশিং, কংফাল অমসুং নোংথক্কী ঙাক-শেন্বগী থৌরাং খুদিংদা ভারতনা নোংচুপ লৈবাকশিং মকওইনা Great Britain অমসুং America গী মতেংদতা লৈরম্বসি ১৯৬২ ফাওবনি। মরক অসিদা ১৯৫৫ দা Soviet Union না মশা ঙাকথোকচনবগী শেমগৎ-শাগৎপগী তেংবাং ওইনা মী অমসুং পোৎ-চৈ পুথোক পুশিন তৌনবা, IL-14 কৌবা প্লেন অনিখক ভারত্তা লেন্না পীরকখি। মতুংদা ভারতনা হায়জকবা মতুং ইন্না IL-24 কৌবা Transport Plane ২৪ অমগা পীরকখি। মসি নত্তবা অতৈ পুন্নমক্কি নোংচুপ লৈবাক্কী লৈরমই। অতুবু ১৯৬২দা চিনানা ভারত্তা লান্দারকপা মতমদদি নোংচুপ লৈবাকশিংদগী খুৎলায লৈগে হায়বা য়ারকখিদে, থোইদোক হেন্দোক্না ১৯৬৫ দা পাকিস্থান্না ভারত্তা লান্দারকপা মতমদা ভারতনা য়াম্না খুদোং থিবা তাত্তুনা আমেরিকাদা খুৎলায লৈগে হায়রুবা মতমদা যারকখিদে অমসুং অতোপ-অতোপ্পা লৈবাক্কীসু লৈবা তাবনি হায়রকখি, লোয়নন্না ভারত অমসুং পাকিস্থান্দা খুৎলায পীবা থিংলে হায়খি। অতুমওইনমক পাকিস্থান্দি ১৯৫৪ দগী হৌনা আমেরিকাদগী খুৎলায় মরাং কায়না ফংখি, অতুগা ১৯৬৫ দসু আমেরিকাগী খো লোয় লৈবাকশিংদগী খুৎলায় অতুম ফংখি। তশেংনমক অথিংবা লৈরিবসি ভারত খক্তদনি।

আমেরিকা অমদি নোংচুপ লৈবাকশিংনা ভারত্তা অকবা খুৎলায় পীনিংদবগী মরমদি ভারতনা মীচং চুংশিন্নবদা য়াওদবা অমসুং

মখোয়গী মিলিটরী খোংলোয় ওইয়ু য়াদবদগীনি। অমরোমদনা পাকিস্থান্দি ইউ, এস. অমদি মাগী খোংলোয়শিংনা লিংখিবা SEATO অমসুং CENTO কাংলুপতা য়াওখিবা মরম্না অফবা মখলগী খুৎলায় মরাং কায়না পীবিখি। লানগী চুক্তি অসিগী অহানবা শরুক ওইনা ইউ, এস,না B-57 bomber 30, F-104 Star Fighter 20, F-36 Sabre jet 120, C 130 Transport Plane অমসুং ট্রেনিংদা চংবা অতৈ মখল কয়া পাকিস্থান্দা পীখি। F-104 Star Fighter অসিদি চীংগী লমদা শীজিন্নবা য়াদবা মরম্না ভারতকী লৈতেম মাম্নবা লমদমদতা শীজিন্নবনি। মতাং অসিদা মতম অহুদা ভারত্তা লৈরম্বা ইউ, এস,কী রাজদূত Chester Bowles না হায়খিবা—"from the outset thc Pakistani Govt. had made it clear that it had no quarrel either with USSR or China and privately admitted that its military build up was in fact directed against India"—রাফম নিংশিংবা য়াই অমসুং পাকিস্থান্না ভারত্তা অনিরক লান্দারকখিবা অসিনসু শাক্ষি ওইগ্রবনি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা অতোপ্পা অফবা খুৎলায় কয়া—Sherman Chaffe, Patton tanks, 155 & 150 mm artillery অমসুং Submarine নচিংবা পীশিন্দুনা খুৎলায়গী খুদোংচাবা হেন্না ফংহনখি। ভারতকীদমক্তদি অসিগুম্বা খুৎলায়শিং অসিগা লম্বা পাননবা বৃটিশকী Supersonic aircraft, P.L. lightning অমসুং French কী Mirage III লৈননবা অহুগা ভারত্তা শাননবগী লৌশিং লোয়ননা শেন্থং পীযু হায়জরুবদা য়ারকখিদে। ১৯৫৯ দা ভারত-চীনা লংদাই পরিংদা উংথৎনরক্লবা মতমদা টিবেবতকী মাইকৈরোমদা লম্বী-থোং শেম্নবা অমদি মী অমসুং চান্‌-থক্কবা পোং-চৈ হোম্নবা C-130 প্লেন খরা পীয়ু হায়বদা

ইউ, এস, না য়াখিদে। মরম অসিদগী ভারতনা সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্দা হায়জবা তাখি অমসুং য়াম্না হয়াওনা IL-14 গী ট্রান্সপোর্ট প্লেন ২৪, Mi-4 হেলিকোপ্তর ১০ থক ১৯৬০ দা পীরকখি। মতুংদা ১৯৬১ দা AN-12 Heavy Transport Plane 8, Mi-4 16 অমসু পীরকখি। ১৯৬২ দা Mig প্লেন পীবগা লোয়ননা ভারতনা শাজবা ওয়বা শেম্বং অমসুং লৌশিং পুম্নমক পীননবা য়ান-চে অমা সহি তৌনখি। পীরিবা শেম্বং অদুসু ভারতকী শেলদা শিংবা য়াহল্লি। অসুম্না হীরম খুদিংদা হেন্না খুদোং চারবা অচৌবা তেংবাং অমা সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্দগী ফংখি। চহি অসিমক্তদা Mig-21 ৬ (তরুক) অমসু পীরক্নুনা য়েক্লবগা লম্বা তৌবা য়াননবা খুদোংচাবা ফংখি।

মরক অসিদা ভারতকা সোভিয়েত ইউনিয়নগা তৌনখিবা Mig লৈবা অমসুং শাবগী চুক্তি অসিনা ইউ, এস, অমসুং বৃটেন্দা ওমথৈ লৈতনা শাওনিংবা পোকহনখি। চুক্তি অসি ককথৎনবা অরোইবা মওং অমগী শাফু অমা ভারত্তা পীরকখি। মতম অদুদা Pandit Nehru না শন্দোক্না হায়খি, মহুদি—ইউ, এস, না পাকিস্থান্দা পীবগুম্না F-104 পীয়ু য়াদবনিনা মসিগী লম্বা পাবা ওম-গদবা অফংবা মফমদগী লৈবা তাবনি। হেক্তিন্না তকশিল্লক্লবা মতমদা Nehru না শাওনা হায়খি—"It was our freedom to buy anywhere we like and what we like and no independent country would agree to the proposition that India's purchase of aircraft or anything could be vetoed by another country."

তাঞ্জা অসিদা নোংচুপ লৈবাকী নিতিবু শোগৎপা ভারতকী নোংথক লাম্মীগী ওফিসার খরনা F-104 Star Fighter লৈগ-দবনি হায়না কম্না তকশিনলকপদগী Defence Minister,

Y.B. Chavan-না লুচিংবা কাংলুপ অমনা ১৯৬৪ দা ইউ, এস,তা F-104 লৈগে হায়কই ; অদুবু মখোয়গী মরুপ পাকিস্থান্না বারৌ- থিগনি হায়রকখি অদুগা পীবা তারবস্থ ভারত-চীনাগী সিমানা অসি ইউ, এস, কী মতেং য়াওদ্রবদি ঙাকপা ঙম্লোই অদুনা ইউ, এস, কী লান্মী লৈফম (বেজ) হাল্লনা পীগদবনি হায়রকখি ; লোয়ননা ভারতনা Non-Alignment নিতি থাদোক্কুনা মখোয়গী লানগী চুক্তিদা য়াওরবদি অপাম্বা থুংলায়মথৈ পীগনি হায়রকখি। ভারতনা য়ানিং- দবা বাফম ঙাক্তা ওইবনিনা থুংলায় ফংদনা হল্লকখি অমসুং থিস্থবা তৌদনা চহি অদুমক্তদা Y.B. Chavan-না লুচিংদুনা সোভিয়েত ইউনিয়ন্দা চৎখি ; অদুগা ১৯৬২ দা তৌনখিবা য়ান-চে অদু অমুক হেন্না পাকথোক চাউথোক্না ১৯৬৪ দা শহি তৌনদুনা Mig-21 গী squadron ৪ (মরি), হেলিকোপ্তর কয়া, লাইত টেনক, মিসাইল অমদি অতৈ অফবা মথল কয়াগী থুংলায় পীরকখি। পোৎশিং অসিগী মমলদি চহি ১০ গী মন্থুংনা ভারতকী শেল ওইনা চাদা চহিদা শেন্দোয় অনিগা (২%) কোন্ননা শিংগদবনি।

মতুংদা ১৯৬৪-৬৫ দা ইউ, এস, না পাকিস্থান্দা সবমেরিন অমা পীবা মতমদা ভারতকীস্থ অমতং পীয়ু হায়বদদি য়ারকখিদে ; অদুবু সোভিয়েত ইউনিয়ন্না ১৯৬৮ ৬৯ দা সবমেরিন অনি অদুগা ১৯৭০ দা অতোপ্পা অনি অমগা পিরক্লুনা ভারতকী সমুদ্র থোঙবানগী ঙাক-শেন থৌরাং মপাঙ্গল কনখৎহনখি।

মতৌ অসুম তৌদুনা ভারতনা মশা ঙাকথোকচনবগী থুংলায়- শিং অসিগীদমক নোংচুপ লৈবাকশিংগী মথা পোল্লম্বা অদু ১৯৬৪ দগী অসুম অসুম হুম্বরকখি। লোয়ননা সোভিয়েত ইউনিয়নগী শেলগী অমদি তৌশিংগী মতেংনা (Technological know how) ভারতনা মশাগী কেক্তরি কয়া লিংথৎচদুনা মশানা শাজবা থুংলায় মস্তিকচানা পৈশিনবা ঙমখি। ভারতনা শাজবগা লোয়ননা সোভিয়েত ইউনিয়ন্না

পীরকপসি—AN 12 Heavy Transport Plane, IL-14 অমস্নং TU-124 Transport Plane, Mi-4 অমস্নং Mi-8 Helicopter, Mig-21 fighter intercepter, Mig-21 UTI Trainers, SU-7B Fighter bombers, K-13 "Atoll"—Air to Air Missiles, SA-2 Surface to Air missiles, SS-N-2 "Styk" Surface to surface missiles, PT-26 Amphibious tank, T-54, T-55 Main battle tank, OT-62, OT 64 Armour personel carrier, Landing craft, Petrol boat, Frigates Submarine, Motor torpedo and IL-38 Plane অসিনি। খুংলায়শিং অসি য়াম্না অহোংবা মমল, অপীকপা শেন্দোয়, শিংবা ভমগদবা মতম, ভারত্তা শাননবা লাইসেন্স নচিংবা ঙীরম খুদিংদা ওইজরবা ঙাক্তনি। IL-38 অসি ক্রোর ৬ পীহুনা লৈবনি অদুগা বৃটেন্দগী লৈবা তারবদি শেন্দোয় চাউবত। নত্তনা মমলস্থ ক্রোর ১০ পী, অদুগা Pound sterling নত্রগা ইউ, এস, দোল্লার ওইনা পীগদবনি ; হায়বদি বিদেশী মুদ্র (foreign exchange) খরচ তৌবগী খুদোংথিবা অদু লৈহল্লি।

১৯৬২ দা Mig শাননবা লাইসেন্স পীবহুনা ভারতনা Nasik, Koraput, Hyderabad-নচিংবা মফমদা মখল কয়াগী ফেক্তরি লিংহুনা Mig-21 দগী হেন্না শাক্ক লৈবা Mig-21M মরাং কায়না শারে ; লোয়ননা Mig 21M-দা Mig-23 গী ইঞ্জিন পান্দুনা মায়পাক্লা অকবা মখলগী খুংলায় পুথোকপা ঙম্লে, অদুগা অতেক অকায় পুম্নমক শেমজিন্নবা spare parts ভারতনা অদুম শাজরে। ভারতনা শাজরিবা খুংলায়শিং অসিনা আমেরিকানা পীবা খুংলায়-শিংদগী হেন্না শক্তি লৈ হায়বসি ১৯৭১ দা ভারত-পাকিস্থান লোক্লখিবা তত্তবা লানফমদা ফজনা চাংয়েং তৌখ্রবনি।

মতৌ অসুম্না ভারত অমসুং সোভিয়েত ইউনিয়ন অনিগী মরক্তা লৈনরকপা মরী অসি ১৯৭১ গী আগষ্ট ৯ দা তৌনখিবা চহি ২০ গী চুক্তি—Peace, Friendship and Co-operation অসিনা অমুক্তা হেন্না চেৎশিনহন্দুনা অমনা অমবু তেংবাংনহনা লাক্লি। চুক্তি অসিনা ভারতনা চৎনিংবা নিতি চৎপদা, অতোপ্পা লৈবাক্কা লৈননিংবা মরীদা করিগুম্বা মওংগী অথিংবা অমতা পীদে। মরম অসিদগীনি ভারতনা বঙ্গলাদেশকা চহি ২৫ মরুপ ওইনবগী চুক্তি তৌনবদা সোভিয়েত ইউনিয়ন্না য়ানিংদবা মোৎ উৎখিদে, নত্রগা মসিনা মরম ওইহন্দুনা ভারতকা লৈনরক্লিবা মরীদা অহোঙবা অমতা লৈহন্দ্রি। থোইদোক-হেন্দোক্লকহুম অথন্নবা খুৎলায়শিং শাননবগী লৌশিং পীহুনা (Technological know how for manufacture of sophisticated equipments) ভারতপু মশাগী মতিকচাবা খুৎলায় লৈনবা হোৎনজবদা অঙম্বা তেংবাং পুন্নমক পীরক্লি। মতৌ অসুম্না লৈবাক অমগা অমগা তেংবাংনরিবা মওংশিং অসি উরগা কনানা কনাগী অশেংবা মরুপ্নো হায়বসি ইরায়-লায়না খংবা ঙমই।

## ইন্দস্ত্রী লিংবগী মায়কৈদা

১৯৪৭ তা ভারতনা নিংতম্বা ফংবা মতমদা ওইরম্বা ইন্দস্ত্রীগী ফিভম য়াম্না নিংবা কায়নিংঙাইনি। মতাং অসিদা হংনিংলিবা বাফমদি—পৃথিবীদা খ্বাইদগী হেন্না ইন্দস্ত্রীদা চাউখৎলবা লৈবাকশিংগী মথুংদা অথোইবা ওইরম্বা বৃটেন্না চহি অনি সাসন তৌরম্বা ভারত্তা করিগীদমক মপুংফাবা ইন্দস্ত্রী অমতা লিংখৎলমদবগে? তশেংবমক্লি, বৃটেন্না ভারত অসি ইন্দস্ত্রীগী মায়কৈদা থক চাউখৎহন্নিংলমদে; মথোয়না খনখি—ভারত অসি য়াম্না পাকচাউরবা লৈবাক অমনি। বৃটেন্না শাবা পোৎথোকশিং অতগী য়োনকম ওইনা থম্বনা মথোয়গী

অফবনি। রেলবেগী লম্বী খরা শাগৎলম্বতুস্থ রো মেতেরিয়েলশিং পুথোকখিবদা খুদোং চাহন্নবা অহুগা মহুদগী শারকপা পোখোকশিং অহু ভারত্তা অমুক পুশিন্দুনা য়োনবগী খুদোং চাহন্নবনি। বাক্ষম অসি ১৮৪০ দা Parliamentary Enquiry Committee গী মীকমদা Manchester গী Chamber of Commerce কী প্রেসিদেন্ত Thomas Bazley না তশেংনা ফোংদোকখ্রবনি। অহুমওইনমক অহানবা লাঞ্চাও মন্নুং অমসুং মতুংদা ব্রটেনগা ভারতকা অনিগী মরক্তা পোং-চৈ পুথোক-পুশিনগী লম্বী ককথংখিবদগী তঙাই-ফদনা য়ান্না নিংঙমদনা নোংম-নোংমগী হিংবদা চংলিবা পোংশক খর শাননবগীদমক ইন্দস্ত্রী মচা মচা খরদি লিংবা হৌখি।

পুন্নমক অসিগী মথক্তা ভারতমচাশিংদা পীরম্বা শিক্ষাগী থৌরাং অসিসু মখোয়গী শেল তানবগী থবক্তা দরকার লৈবা—কেরানি, অনেম্বা থাক্কী ওফিসার মচা খর অমসুং অকক্নবা আই, সি, এস, খর অসিনি। মরম অসিদগীনি—শেন্দোয়-শেল্লেপ পুথোকপা, তোংবা-মাংবা পুথোকপা, থবক শুবদা চংগদবা মী নত্রগা মতম পুথোকপা, দিসকাউন্ত পুথোকপনচিংবনা মরুওইবা অঙ্ক ওইনা তম্বীরম্লিবা। ভারতমচাশিংবু তোঙান-তোঙানবা বিষয়দা তম্বীহনা অফাওবা ইঞ্জিনিয়ার, ডাক্তর নত্রগা বিজ্ঞান হৈরবা মীওই পুথোক্নুনা কোল-কারখানা লিংলগা ভারতকী শেল থুমগী ফিভম ফগৎহন্নবা থক থনবিরমদে। থৌরাং পুন্নমক অসি ইম্পরিয়েলিস্ত লৈবাকশিংগী চংকম থোকপা নিতি ওইরমান্নে।

শম্না হায়রবদা হীরম খুদিংমক্তা অরাংপগী অরাংপা ভাক্ত ভাইরম্বা ভারতনা নিংতম্বা ফংলবা মতুংদা ইন্দস্ত্রী লিংথংনবা হোৎনবদা শাথিরবা সমস্যা (gigantic problems) কয়া মায়োক-নবা তাথি; অহানবমক্তদা লুরিবদি—সোভিয়েত রুসিয়া, আমেরিকা, জাপান অমসুং নোংচুপ ইউরোপকী লৈবাকশিংনা ইন্দস্ত্রীগী মায়কৈদা

ফজনা অৱাংবা থাক্লা চাউথংগ্রবা মতমদা ভারতনা ইনৌ-নৌনা করি অমত্তা শংদ্রিবা থাক্তগী খিজিন-হুমজিন্দুনা লিংবা হৌগদ্রা ? নত্রগা মীরৈবাক্কী অথং-অহৈশিংগী মতেং লৌহুনা লিংগদ্রা ? ইন্দস্ত্রী লিংবদা চংদবা যাত্রবা লৌশিং অমসুং হৈশিংবা (basic research in Industrial Technology) অহু খিজিন-হুমজিনবদগী হৌবা তারবদি ঙসি নোংচুপ ইউরোপ নত্রগা জাপান্না লৈরিবা থাক অসি য়ৌবদা চহি ১০০ চংলমগনি, লোয়ননা হায়রিবা লৈবাকশিং অসিনা অমুক্কা হেন্না চাউখংখিহুনা অনিগী মরক্তা লৈরিবা থেন্নবগী চাং অসি হেন্না য়াংনা লৈরমগনি। মরম অসিদগীনি Pandit Jawaharlal নচিংবা ভারতকী লুচিংবা কয়ানা মুন্না থম্নরবা মতুংদা অহানবা হৌবদা মীরৈবাক্কী অথং-অহৈশিংগী মতেং লৌহুনা লিংখৎপা অহুগা ভারত-মচা অথং-অহৈ কয়া পুথোক্লবা মতুংদা মীরৈবাক্কী মতেং থাদোক্লবা ফিরেপ লৌখি।

অনিশুবা লুরবা সমস্যাদি—তঙাইফদবা ইন্দস্ত্রী খর লিংখৎপদা চংদবা য়াত্রবা মপোৎ-মচৈশিং অসি লৈবদা চংগদবা শেল কয়া ফংগনি—মীরৈবাক্কী পোৎ থাজিল্লবপা হায়বসি বিদেশী মুদ্রা (foreign exchange) চংই। মরম অসিদগী শোৎপা য়াবা মফম অমসুং কোন্না শিংবা য়াবা শেনফম থিবা তাখি।

অহুমশুবা অরুবদি—তেংবাংশিংসি ফংবা মতমদা ভারতক্কী লৈজরিবা রাজনিতিগী নিংতম্বা অসি মাংহনলোইদবনি। মপান লৈবাকশিংগী লৈনবা মরীদা "মিচং চুংশিন্নবদা য়াওদবা" নিতি অসি কায়হন্নলোইদবনি। মসি কায়রকপা তারবদি য়াম্না থুদোংচাবা শেনফম ওইরবসু তেংবাং অহু লৌদবা তাবনি। মতৌ অসুম্না হৌকরবা প্লান্নম থরগী মথাদা ভারতনা চহি ৫/৫ গী থৌরাং তৌহুনা মীপান আমদনা মরোম্ন্দোম হিংজবা ওম্বা হোৎনরকপদা কয়া লৈবাক্লা কয়া মওংদা তেংবাংখিবগে হায়বহু থরদং য়েংশিনবা দয়কায়নি।

# নোংচুপ লৈবাকশিংগী তেংবাং

চহি ২০০ রোম ভারতকী লন-থুম পুম্নমক শুমত্নুনা চারকপ্রবা বৃটেন্না ভারতনা হায়জরুবা মতমদা ইন্দস্ত্রী লিংবী হৌবদা চংগদবা শেলগী তেংবাং থরদি পীরকনি হায়না থাজনরমই। অত্থুবু অসিগুম্বা ইম্পরিয়েলিস্ত লৈবাকশিং অসিগী রাথলদা মীগী কনবা তেংবাংনিংবগী রাথল অমত্তা লৈরমদে। মত্থুগী মহুত্তা মরাং কায়না লৈরবা ভারতকী লনগৈ অসি য়ারিমথৈ শুমত্থুনা চাবসিনা মথোয়গী অনিংবা ওইরমই।

নোংচুপলোমগী অতোপ্পা লৈবাকশিংগী রাথলস্থু বৃটেনগা থোইনা খেন্নদে। এশিয়া, আফ্রিকা অমস্থুং লেটিন আমেরিকাগী লৈবাক কয়াবু লোইলম ওইনা শাসন তৌরম্বা ফ্রান্স, বেলজিয়ম, হোল্লন্দ, পোরটুগাল অমস্থুং আমেরিকাগী লৈবাকশিংদা তেংবাং নিরুবা মতমদা থওইনা তৌবিরকথিদে; লোয়ননা ইন্দস্ত্রী লিংবগী থবক অসিদি শেল পায়বা অচৌবা লৈবাকশিংগী মথৌনি, ভারতকুম্বা লায়রবা লৈবাক্লা ইন্দস্ত্রী লিংবা ঙম্বা হৌনদে, ভারত্তি লৌউ-শিংউবা লৈবাক্তি, লৌউ-শিংউবগী থবক্তা হেন্না মরুওইনা হোৎনৌ হায়না পাউতাক পীরকথি।

তশেংবদি ভারতনা মীরৈবাক্তা লৈনবা মরীদা নিংতম্বা নিতি চৎপা অসিমক ইম্পরিয়েলিস্ত লৈবাকশিংগী খাংঙমদ্রবা নিংবা কায়বা অমনি। মথোয়না পাম্নম্বদি মথোয়গী নিতিদা য়াওশিন্দুনা কম্যু-নিজমগী মায়োক্তা লৈবা অত্থুবুনি। থোইদোক-হেন্দোক্তা ১৯৪৯ দা ভারতনা কম্যুনিষ্ট চিনাবু শকখংলে হায়না নিংতম্না রারেপ লৌথিবা, কোরিয়াগী লান অমস্থুং সুয়েজ কেনেলগী রাথোক্তা মথোয়গী মিচং চংখিদবা, হঙ্গেরিগী থোলোক্তা সোভিয়েতকী মায়োক্তা প্রতিবাদ তৌদবা—কয়া অসিনা মথোয়দা অশাওবা হেনগৎহনখি। শম্না হায়রবদা, ভারতনা মপান লৈবাক্তা লৈনবা থৌশিলদা নিংতম্বা

নিতি চৎপা অসিমক্তনা আমেরিকা অমসুং নোংচুপ লৈবাকশিংদগী তেংবাং কংদনবগী মরু ওইবা মরমনি।

ভারতনা মিচং চুংশিন্নবদা য়াওদবা নিতি চৎপবু য়ানিংদবগা লোয়ন-লোয়ননা মীয়ামগী ওইবা (Public sector) অচৌবা কারখানা (Heavy industry) লিংবা মখোয়না য়ানিংদে। হকথেংননা নত্রগা নাকোইননা মীগী ঈ চুপ্পা পাম্বা কাংবুনা পব্লিক সেক্তরদা ইন্দস্ত্রী লিংলবদি মখোয়না আশা তৌরিবা শেন্দোং অমসুং শিনফম মাংলগনি হায়বসি মখোয়গী থাজবনি। মরম অসিদগী আমেরিকাগী অকাওবা, ইকোনোমিক্স হৈরবা Milton Freedman নচিংবা মীওই কয়ানা ভারত্তা করিগুম্বা মওংগী তেংবাং অমতা পীরোইদবনি হায়না লাউথি। মতম অদুদা গনতন্ত্রগী নিয়ম অমতা চত্তবা, তৌনিংবতা তৌবা, গুপনমগী শাসন চৎপা লৈবাকশিং— Spain, Portugal (before 1974), South-Africa, South Korea, South Vietnam (before independence), Chile, অমসুং Asia অমদি Latin America-গী অসিগুম্বা নিতি চৎপা লৈবাক কয়াবু আমেরিকানা মপুংফানা শোগৎলি; অদুগা ভারত্তি অসিগুম্বা নিতি চৎপা লৈবাকশিংবু শোগৎতে। অদুম্মা রাজনিতিগী অমদি শেন-থুমগী নিতিদা মখোয়গা ভারতকা য়াম্না নিংথিনা থেন্নবা লৈ। মীরৈবাক্তা পীবা তেংবাংগী মতাংদা Clay-Committee-না তাখিবা রারেপ—"আমেরিকানা থাজরিবা রাজনিতিগী পথাপ, চৎনরোল, অমসুং শেন-থুমগী নিতিগী মায়োক্তা লৈবা লৈবাক অমতদা মখোয়গী তেংবাং পীরোইদবনি" হায়বা অসিনা ভারত্তা মখোয়না করম্বা মীৎয়েং য়েংবগে হায়বসি ময়েক শেংনা উৎলে।

মসিত্তনা মখোয়গী অপাম্বা অদু থুংলবরা? ইউ, এস, কী তেংবাং কংবা লৈবাকশিংদা লম্লাই মীওইশিংগী নত্রগা সংস্থানশিংগী

কারবারদা (private sactor) হেল্লা পুক্কিং থোগৎপদা নত্তুনা হেল্লা শেল থাদহুনা শেন্দোং তানবা অসিস্থ মখোয়গী অপাম্বনি। শম্মা হায়রবদা, চাউথৎলক্লিবা লৈবাকশিংদা, লম্মাই মীওইশিংদা নত্রগা সংস্থানশিংদা শেঙ্গং পীশিল্লগা মখোয়গী শেন্দোং অমম্নুং থোংদাক্কন খিবা ইউ, এস,কী থানবা য়াত্রবা (integral part) রাজনিতিগী অমদি অর্থনিতিগী মিৎয়েং অমনি। মসিনা ভারতকুম্বা চাউথৎলক্লিবা লৈবাক অমদদি না-কোয়ননা থুঙ্কম চনবা লৈবাক (Neo-Colonialism) অমা থম্বগুম্বনি। ইউ, এস,না করিগুম্বদা মখোয়গী লৈজরিবা শেল থুমগী চৎন-পথাপ অসিদগী তোঙানবা নিতি লৈথিবা হায়বসি য়াম্না রানা থোকপা রাকমনি। মরম অসিদগী ভারতকুম্বা শেঙ্গাও পায়বগী নিতি (capitalist system) য়াদবা লৈবাক্লা লোংচুপ লৈবাকশিং অমস্নুং আমেরিকাদগী ফংবা মতেং থুদিংমক্তা রাজনিতিগী অমদি অর্থনিতিগী লৌ (string) অমমম তত্তুনা য়াওই।

## সোভিয়েত ইউনিয়নগী তেংবাং

অসিগুম্বা তাঙ্গা অসিদা ভারতমা সোভিয়েত ইউনিয়ন্দগী ফংলকপা তেংবাং থোইদোক-হেন্দোক্লা শিংথাননিংঙাইনি। করিগুম্বা হীরম অমগী লৌ (string) য়াওত্রবা অমদি ভারতস্থ য়াম্না থুদোং চায়বা মওংদা Bhilai Steel Plant শাগৎনবগী তেংবাং পীরকখি। মসিগীদমক ফেব্রুয়ারী ২, ১৯৫৫ দা য়ান-চে অমা শহি তৌমখি। মসিদগী হৌহুনা ওসি ফাওবদা মথল-মথা কয়াগী মীয়ামগী ওইবা (public sector) ইন্দস্ত্রী কয়া লিংথৎহন্দুনা ভারতকী ইন্দস্ত্রীগী মগুন হেনগৎহনবতা নত্তুনা অচৌবা অহোংবা অমা পুরকপা ওমহনখি। করিনা লৈবাক অনি অসি হেল্লা কনশিল্লা মুংশিনরকপনো

হায়বসি হিরম কয়ামরুমদা মান্নবা বাখলগী খোংজং চংশিনমিন্নরক-পননি। ভারতনা পন্নিক সেক্তরদা হেন্না পুক্লিং চংবা অমদি মান্নবা খুন্নাইগী নমুনাদা ( Socialistic Pattern of Society ) চংশিনবা খোংথাংবু সোভিয়েত ইউনিয়ন্না মতম চুপ্পদা মপুংফানা শোগৎলি। মতাং অসিদা প্রাইম মিনিষ্টর শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধীনা নোভেম্বর ২৬, ১৯৭৩ দা সোভিয়েতকী প্রেসিদেন্ট Brezhnev গী ইকায়-খুম্নবা উৎথিবা খোৎরমদা হায়খিবা বাফম অমা নিংশিং-বা য়াই। "Our Indian revolution followed its own distinctive path. But, from the very beginning the Soviet Union's understanding and sympathy towards the struggles of colonial and newly freed peoples, was evident. There has been a similarity of out-look between our two countries regarding such questions and other inter national issues, and the areas of mutual understanding has steadily enlarged."—হায়বদি ভারতকী অন্দোলন অসি য়াম্না ভোপ তোপ্পা লম্বি অমদা হোৎরকপনি। অদুবু হেক হোৎরকপমক্তদগী মসিবু সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্না ফজনা চুম্না খংবিবগা লোয়ননা, লোয়নম সাসনগী মথাদা লৈবা লৈবাকশিংনা অমদি নৌনা মনিংতম্বা লৈবাকশিংনা হোৎনরকপা নিংতম-লানফমদা মখোয়গী মীন্নুংশি লৈরকই হায়বসি তশেংলবা বাফন্নি। অসিগুম্বা হিরম কয়াদা অমদি অন্তর-জাতিগী ওইবা সমস্যা কয়াদা লৈবাক অনিগী মান্নবা মিৎয়েং লৈরকই অমস্মুং খাজনবগী য়ুমফম হেন্না পাকথোকলকই।

তোঙান-তোঙাবা সমাজগী চৎনরোল লৈবা লৈবাকশিংগী মরক্তা ইংনা, মুংশিননা, চান্ন-চিন্নবা লৈমিন্নগদবনি অমদি অতোপ্পা

লৈবাক অমগী মশাগী মন্নুংগী থবক্তা অতোপ্পনা খুৎ-থিংজিল্লোই-দবনি হায়বা নিতি অসিনা ভারত অমসুং সোভিয়েত ইউনিয়ন অনিগী মরক্তা লৈবা তেংবাংনবগী রাখল অসি হেন্না কনশিলহল্লি। নোভেম্বর ২৭, ১৯৭৩ দা নিউ-দিল্লিদা ব্রেজনেভপু ওকপা থৌরম অমদা মহাক্না হায়খি:— "We have always beleived and continue to beleive that the choice of the path of social development is an internal affair of every people, that it is determined by their own motives, needs, social & political traditions & alignment of social forces. And it now in India people talk about development in the direction of socialism, this, we understand, is a result of historical experience of your country."

"জাতি অমগী সমাজগী চাউখৎ থৌরাংগী লম্বি অসিদি সমাজ অদুগী মীয়ামগী মথৌনি হায়বসি ঐখোয়না হান্নদগীসু থাজরকই অদুগা থাজদুনসু লৈথিগনি, অসিগুম্বা চাউখৎ-থৌরাং অসিদি লৈবাক অদুগী অপাম্বা রাখল, দরকার ওইরিবা মওং, সমাজগী অমদি রাজনিতিগী চৎন-পথাপ অমসুং সমাজ অদুগী মন্নুংগী শক্ত ময়ামগী অয়া-য়াদনচিংবা হিরম কয়া অসিনা মশানা লেপচবনি। অদুনা ঙসি ভারত্তা সমাজবাদকী মাইকৈদা চাউখৎ-খোংথাং পুয়কপগী ঙাংনরিবা বাকমশিং অসি ভারত্তা থোকখিবা ইতিহাসকী থৌদোক কয়াদগী ওইরকখিবনি হায়বসি ঐখোয়না মুম্না খংই।" শম্না হায়রবদা, আমেরিকানা তৌবগুম্না সোভিয়েত ইউনিয়ন্না ভারতকী চাউখৎ-খোংথাংগী হিরমদা কয়িগুম্বা মওং অমগী অনিংবা নত্রগা অপাম্বা নত্রগা ওইহন্নিংবা মওং অমতা হায়রক্তি।

সোভিয়েত-ইউনিয়ন্না ভারত্তা হয়াও-তন্নাম্না তেংবাংনিংবগী মরমদি মথোয় মশানা থেংনজয়কপা অৱা-অনংগী থৌদোক কয়া-

দগীনি। ভারতনা নিংতম্বা মতমদা চাউখৎতবমুক মখোয়স্ু October Socialist Revolution গী মতমদা চাউখৎলমদে। অতুনা, ঙসি ওইরিবা চাউখৎপগী থাক অসি য়ৌরকৃবা হোৎনবদা কয়া য়াম্না অৱা-অনা থেংনখিবা মখোয়না মুম্না থৎই। মরম অসিদগীনি ভারতনা থেংনরিবা অৱা-অনা কয়া অসি লাম্থোকুনা চাউখৎ-খোংথাং পুরকৃবা মখোয়না তেংবাংলিবসি। সমাজবাদ চৎপা রুসিয়ানা মখোয়না থৎবা Science অমস্ুং Technologyগী লৌশিং পুম্নমক অতোপ্পা লৈবাকশিংদা তাকথোকুনা পুম্না মখোয়-গুম্না থৎমিন্নবা পামই। য়াখল অসিমক্তি ইম্পিরিয়েলিষ্ট লৈবাক-শিংগী য়াখলগদি পুমওন ওন্নবনি।

ভারত অমস্ুং রুসিয়া রাজনিতিগী চৎন-পথাপ তোঙাম্নবস্ু লোইলম শন্দোকপা নিতিগী মায়োক্তা লৈবা লৈবাক ভাক্তনি। বৃটিশকী লোইলম ওইনা চহি চা-কয়া লৈরকপদগী থেংনরকপা লৌশিংনা ভারতনা অসিগুম্বা নিতি অসিবু য়ানিংদবনি। অমরোমদনা সমাজবাদ চৎপা রুসিয়ানা থাজে মতুদি মীওইবা জাতিনা ঈংনা লেনগে হায়রবদি মীনা মীবু ওৎপা-নৈহৎপগী য়াখল অসি মরু-ফংনা মাংহল্লবতদা ওইথোকনি। মরম অসিদগীনি লৈবাক অনি অসিনা পৃথিবীগী ওইবা সংস্থান কয়াদা পুন্ন-পুন্না চৎমিন্নতুনা মীথা পোল্লিবা জাতি কয়াগী মনিং তম্নবা হোৎনমিন্নরি। পুম্নমক অসিগীস্ু মথক্তা লৈবাক অনিমক্তা থাজে মতুদি মশাগী মনিংতম্বা অমস্ুং মপু ওইজবা ( Independence & Sovereignty ) ভাক্তে হায়রবদি শেল থুমগী মরা চেৎপা লৈরবদতা ওইথোকনি। মতৌ অস্ুম্না লৈবাক অনিগী মরক্তা তেংবাং পিনরকপা অমদি ভিল্লায় স্তিল প্লান্ত লিংবগী য়ান-চে শহি তৌনখিবদগী নোংচুপ লৈবাকশিংদা থরা থরা নৌথরকুনা য়াম্না পিনিংদ-পিনিংদনা ইন্দস্ত্রি মচা মচা থরা লিংনবগী শেলগী তেং-বাং পিবা হৌরকখি।

## তেংবাংগা লোয়নবা মাংওইনবা ৱাখল ( Motive of aid )

ইউ, এসনা তেংবাং পিবা মতমদা করম্বা ৱাখল নত্ৰগা পান্দমগা লোয়ননা পিবগে হায়বসি Clay Committeeগী রিপোর্টনা ময়েক শেংনা উংলি—"Each of our Presidents since foreign aid began, has repeatedly expressed his judgement that this assistance is essential to the natioal interest of the United States and to the curtailment of Communist efforts in all parts of the world" — হায়বদি "মীরৈবাক্তা তেংবাং পিবগী ৱাফম খন্নবা হেক হৌরকপদগী আমেরিকাগী প্রেসিদেন্ত খুদিংমক্না মশাগী মোত তত্তনা পিখরে মতুদি মীরৈ-বাক্তা পিবা তেংবাং খুদিংমক আমেরিকাগী স্বার্থথক্তা য়েংলগা পিগদবনি অমদি পৃথিবীগী মচি-ময়া খুদিংদা পায়খৎলক্লিবা কম্যুনিষ্ট-কী থৌরাং খুদিংমক থিংননবতা ওইগদবনি"। ৱাফম অসিনা তাকপদি মখোয়না পিরিবা তেংবাং অসি ফংলিবা লৈবাক অদুগী কান্নবা পিবা নত্তে, মখোয় নশাখক্তগী কান্নগদবা য়েংলগা পিবনি। পিরিবা তেংবাং অদুসু লৈবাক অদুগী শেল থুমগী চাউখৎ-থৌরাংদ শিজিন্নবা নত্তে, চাউখৎলক্লিবা লৈবাকশিং অদুগী অৱা অনাদগী কন্নবা নত্তে, শুপ্নগী কম্যুনিজম থিংনবনি। ৱাফম অসিগা মরী লৈননা খুদম খরা পনবা য়াই। থা-ভিয়েতনাম অমদি কাম্বোদিয়া না মনিং তমত্রিভৈদা লুপা কোটি-কোটি পিশিন্দুনা কম্যুনিজম থিংননবা হোৎনহনখি। শেনফমশিং অদুনা লৈবাক অদুগী চাউখৎ-থৌরাংদা শিজিন্নরম্বা তারবদি মখোয়গী ইতিহাস তোঙানবা মওং অমা ওইরমগদবনি। অসিগুম্বা শেলগী তেংবাং মওং শিজিন্নদুনা Thailand, Phillipine, South Korea and Palestine দা লানগী মুমফম ( Millitary Base ) কয়া ফংখ্রে অমদি ফংননবা হোৎনরি।

মতাং অসিদা অথঙবা থুদম অমতংগা নৈনবা য়াই ১৯৫১ দা ভারতা য়াম্না খুদোংথিবা চাক-তাংবা অমা থোকখি। অৱাবা অদু কোক্লবা য়াম্না অথুবা মওংদা চেং অমসুং গেহুগী মতেং পিবি-নবা ফেব্রুয়ারী ১৯৫১ দা ইউ, এসতা হায়জখি। মতেং অসি পিত্রিডৈদা য়াম্না শাংনা অমদি য়ানিংদবা মওংদা মখোয়গী Congress তা য়েংনখি। ভারতনা করিগীদমক কম্যুনিষ্ট চীনাবু কুশি তৌহনা শক থংলিবনো? ভারতকী মীরৈবাক্তা চংপা নিতি করিনো? মখোয়গী সমাজগী চংন-পথাপনা করিনো? —হায়বনচিংবা ৱাফমশিংসি নৈনরিডৈদা চেং গেহুশিং অদু অথুবা মতমদা থারকখিদে। থা মরি নৈরগা য়ৌরকখি, মতুসু লৌ (string) কয়াগা লোয়নরকখি। ভারতা মরাং কায়না ফংবা, য়াম্না কান্নর-বা পোংশক অনিথক —মোনাজাইড সেণ্ড (Monazide sand) অমসুং বেরিল (Beryl) মীরৈবাক্তা থাকোকপা থিংখিবা অসি লৌথোক্লনা, চেং-গেহু ভারতা পিত্রিডৈদা পোংশিং অসিবু আমেরিকাদা ফংহনবতা নত্তনা; ভারতা ইউরেনিয়ম থোনি থিন-নবা অমদি পুথোক্লবগী অয়াবা অদু হান্নমা পিগদবনি হায়রকখি। [Monazide sand অসি Trevancore দা মরাং কায়না ফংই। নৈতোই অসিদা থোরিয়ম কৌবা মমল য়াম্লবা থাতু অদু মরাং কায়না য়াওই। নিউক্লিয়ার শক্তি নৈবা খুংলায় শাবদা মসিদগী য়াম্না কান্নবা ফংহল্লি। মতৌ অমুম্না বেরিল অসিসু রাজস্থান্দা মরাং কায়না ফংবা পোংশক অমনি।] হিরম অসিদা ইউ, এসকী রায়েলশংদা য়াম্না নিংথিনা মমুং তানা নৈনরবা মতুংদা মথা-গী অমুম্না রারেপ তাখি— "The administrator is directed and instructed that in his negotiations with the work of India, he shall, so far as possible, obtain for the United States the immediate

and continuing transfer of such materials particularly those found to be strategic or critical.'' আমেরিকাগী লৈঙাক মপুনা ভারত সরকারগা তেংবাং অসিগী মতাংদা য়ানরকপা মতমদা অসিগুম্বা তোমখিন কান্নরবা পোৎশিং অসি থুদক্তা অমদি তুং-কোয়নগী ওইনম্ব ইউ, এসতা ফংহনগদবনি হায়বা অয়াবা অমা য়ারিবমখৈ মাংজৌননা লৌগদবনি হায়না পাওতাক অমম্নুং য়াথং পিরে।'' ব্রাফম অমরোমদা হায়রগা চেং অমস্নুং গেহুগী মমলগী শরুক অমা ওইনা অসিগুম্বা অথন্নবা কান্নরবা পোশিং অসি ইউ, এসতা পিগদবনি।

P. J. Eldridge না হায়খিবা অমমুক মতাং অসিদা নিংশিংবা য়াই। "There seems to caist an overall disposition in far our of helping developing countries, but at the same time, this must be done in such a way as to bring mudinum political benefits.''—চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংবু তেংবাংনবগী থৌরাং অমদি লৈবগুম তৌরে; অদুবু তেংবাং অসি রাজনিতিগী খ্বাইদগী হেন্না কান্নগদবা মওং য়েংলগা পিগদবনি।

নোংচুপ লৈবাকশিংগী তেংবাংগী মতাংদা World Bank কী President George Woods না হায়খিবা অমা পনবা য়াই। "Some countries have made it clear that they see development finance as nothing more than a disguised subsidy for their exports.'' — হায়বদি লৈবাক খরদি শেংনা উৎপ্রে মহুদি পিরিবা চাউখৎথৌরাংগী তেংবাং অসিদি মথোয়না য়োনশিল্লিবা পোৎশিং অঙ্গু লৈজবা ওয়বা চুমতগী শেন্নং খরা পিশিনবনি।

বৃটিশকী চেফোং অমনা হায়রি :—"Of every hundered pounds of British official aid, eighty go to the Common Wealth Countries", অতোপ্পা সরকারগী চেফোং অমনা হায়রি :— "about two thirds of all our aid is actuallp spent in Britain". ইউ, এসকী তেংবাংগী মতাংদা Willam Goud না আমেরিকাগী অথং-অহৈশিংদা হায়খি—"The biggest single misconception about the foreign aid programme is that we send money abroad", "We do'nt". Foreign aid consests of American equipments. raw materials, expert services and foods etc Ninety three percent of the AID funds are spent directly in th United States to pay for this things CALD Agency for International Development.

মতৌ অসুম তৌদুনা নোংচুপ লৈবাকশিংদগী ফংবা শেলগী তেংবাং খুদিংমক্তা মথল অমা নত্রগা অমগী অপাম্বা নত্রগা অনিংবা খরগা লোয়নদুনতা লৈ। মসিগী মরুওইবা পান্দমদি চাউথংলক্লিবা লৈবাকশিং অসিবু না-কোয়ননা খুদুম চল্লিংবদগীনি।

অমরোমদনা সোভিয়েত ইউনিয়ন্দগী ফংবা তেংবাং খুদিংমক্তা অসিগুম্বা মথলগী অনিংবা নত্রগা অপাম্বা মওংগী করার অমতা য়াওদে। ১৯৭৩ দা President Brezhnev না ভারত্তা লাকখিবা খোংচত্তা হায়খি :— "The Soveit Union would go all out effort to help India develope economically and become self reliant"— ভারতনা আর্থিক অবস্থা চাউ-থংনবা অময়ুং শেল-থুমগী মাইরৈদ মরোমদোম লেপচবা ওয়বা হেক অওম্বা তেংবাং পুম্নমক সোভিয়েত ইউনিয়ন্না পিগনি। ভারতনা মীরৈবাকী তেংবাং হন্থহল্লগা মশা মরোমদোম হিংজবা ওয়বা হোংনবা

থোৱাংবু ত্রেজনেভনা কল্লা য়ানিংখি। সমাজবাদ চৎপা লৈবাক অমনা অতোল্লা লৈবাক অমদা তেংবাং পিরগা শেন্দোং তানবা অসিদি মথোয়গী নিতিগী ৱাংমদা লৈবা ৱাথলনি। অসুম ভৌত্নুনা তেংবাং অনি অসি য়াম্না খেদ্দৈ।

অদু ওইরবদি সোভিয়েট-ইউনিয়নগী তেংবাংশিং অসিগী পান্দম করিনো? পিরিবা তেংবাং থুদিংমক চংদবা য়াত্রবা ইন্দষ্ট্রি কয়া লিং-খৎহন্দুনা শেল-থুমগী মায়কৈদা মরোমদোম লেপচবা ওন্নবনি হায়বসি সোভিয়েতকী লুচিংবা থুদিংমক্লা হন্না হন্না য়াগ্রবনি। ৱাফম অসিমক ওসি ভারত্তা ওইরক্লিবা ফিভম অসিমক্তনসু অচুম্বনি হায়বসি তশেংনা উংলে। শেল-থুমগী মনিংতম্বা ( economic self reliance ) হায়বা ৱাফম অসিদা চেন্নরিবা অসিদি লৈবাক অদুগী রাজনিতিগী নিংতম্বা মপাঙ্গল কনখৎহনবনি। রাজনিতিগী নিংতম্বনা শেল-থুমগী নিংতম্বা ৰুংলে হায়বদি য়াদে। মরম অদুনা নৌনা নিংতম্বতা ওাই-রিবা লৈবাকশিং অসি ইম্পরিয়েলিষ্ট কাংবুনা অরোনবা পাম্বৈ শিজিন্নদুনা না-কোয়নবা শেল-থুমগী মাৎকৈদা থুত্তুম চনখিবা য়াবগী থুদোংখিবা অদু লৈ। লেটিন আমেরিকা, এশিয়া অমসুং আফ্রিকাগী মনিংতম্লবা লৈবাক কয়া অমা, শেল থুমগী মায়কৈদদি মশাগী মরৈ-বাক মনুংদা কারবার তৌরবা ইম্পরিয়েলিষ্ট কাংবুগী শেঙ্গাও পায়বা কম্পানি কযাগী মীনুংশিগী মখা পোন্দুনা লৈরি। খুদম ওইনা— Chile গী মীয়াম্না ভোত্তা খনখ্রবা Allende সরকার অদু থুগাই-বদা ইউ, এসকী কম্পনি অমনা মরাংকায়না শেল পিশন্দুনা হোৎ-নখি। অমরোমদনা Cuba গী মথক্তা তৌরকপা আমেরিকাগী থমকা থুদিংমক সোভিয়েথকী তেংবাংনা মায়োক্নবা ওমলি। ভারত্তসু মদু মওাই। সোভিয়েতকী মতেংনা ভারতকী রাজনিতিগী নিংতম্বা অসি হেন্না ফজনা মপাঙ্গল কনখৎহল্লে। মতাং অসিদা

H. D. Malaviya, M. P. না হায়খিবা বাকম নিংশিংবা য়াই। "Indeed, for India it has always been grotifying to note that the Sorict policies towards India in the political and in the economic fields, have the purpose of strengthening our freedom and consolidating our independence". রাজনীতিগী নিংতম্বা অমসুং শেল-থুমগী নিংতম্বা হায়বসি সমস্তা অমগী থানবা য়াত্রবা শকওং অনিনি। অনি অসিমক ওইহন্নবগী শকতম অছু সোভিয়েতকী তেংবাং থুদিংদা য়াওই।

মথংদা, সোভিয়েতকী তেংবাং অসিনা শেঙ্গাও পায়বা লনাই সংস্থানগী করবারব্রালাশিংনা চাউথংলক্লিবা লৈবাকশিংদা পোৎশাবা, য়োনবা, শেন্দোং লেপ্পনচিংবা হিরম কয়াদা কুশি তৌহুনা ঈ চুপ্লিবহ্ন খিংনবগী থৌশিল য়াওরি। মসিদি তেংবাং অছু মীয়ামগী ওইবা ( Public Secter ) কাম্নগদবা থৌরাং কয়াদা শিজিন্নবনা ওই-থোকহনবনি। থাও অমসুং হিদাক শাবগী হিরমদা অন্তর জাতিগী শেঙ্গাও পায়বনা শুপলম্বহ্ন সোভিয়েতনা হিরম অসিদা ভারত্তা তেংবাংলকপদগী মুথংপা ওমথি।

সোভিয়েতকী তেংবাং অসিগী অতোপ্পা পাম্দম অমনা—নৌরিবা লৈবাকশিং অসিনা মথোম্নগী শেল-থুমগী, রাজনীতিগী অমদি খুংগু-খুংলায়গীদমক নোংচুপ লৈবাকশিংদা মপান-তাংহ্নবা লৈবা অসি কোকহল্লগা মশা মরোমদোম লেপচবা ওমবা হোৎনহনবনি। মরমদি হিরমশিং অসিদা নোংচুপ লৈবাকশিংদা তাংজবা তারবদি মথোম্ননা লৈবাকশিং অহুগী ঈ চুপবা হোৎনরকই। থুদম ওইনা Cuba গী শেল-থুমগী কিভম অসি আমেরিকাদা থাজিনবা চিনিথক্তগী মথা পোল্লি। Batisla গী সরকার হেক থুগাইখিবদগীদি Cuba গী

চিনি অমতা আমেরিকাদা থাজিনবা য়ায়রোই হায়না থিংখিবদগী Cuba গী শেল-থুমগী ক্বিডম অসি শাথিনা খুদোংথিবদা লৈহল্লুরে ; অদুবু সোভিয়েত ইউনিয়ননা মতমচানা মখোয়গী চিনি পুন্নমক লৈবিদুনা খুদোংথিবা অদুদগী কনখি।

মতৌ অসুম্না সোভিয়েতনা পিরকপ তেংবাংশিং অসিগী ফলনা চাউখৎলক্লিবা লৈবাকশিংনসু নোংচুপ লৈবাক্কী পোৎ লৌথোক-লৌশিন তৌবদা মস্তিক্লবগী খুদোংচাবা অমসু পিরে। অদুগা নোংচুপ লৈবাকশিংনসু অয়াম্বা হিরম কয়াদা থর কোমথোকহনবগী থোংথাং অমা থাংজিনবা হৌরক্লে।

অরোইবা ওইনা খ্বাইদগী চাউবা উদেস্য অমনা বিজ্ঞানগী মায়কৈদা মখোয়না হৈরিবা লৌশিং ( secrets of science & tecknology ) অদু তেংবাং ফংলিবা লৈবাকশিংদা মমল য়াওদনা কথোক্নুনা মখোয়গী লৌশিংগী থাক হেনগৎহনবা হোৎনবিবা অসিনি। অসিগুম্বা থবকশিং অসি নোংচুপ লৈবাকশিংদগীদি ওসি ফাওবদা করি অমতা তাকথোকপা লৈত্রি।

**তেংবাংগী মওং অমসুং শক্তম :—** সোভিয়েতকী তেংবাং অসি য়াম্না কোম্না শিংবা ওমগদবা মওংদা পি। পুক্নবা শেল অসি চহি ১২-১৩ গী মনুংদা শিংবা য়াই। মখোয়গী মতেংনা পায়থৎপা থোরাংশিংসি চহি ৩-৪ গী মনুংদা লোয়বা ওমই। মরম অদুনা শেন্দোন শিংবগী মতম অসি চহি ১৫-১৭ ফাওবগী মতম ফংই ; মরমদি প্রোজেকশিং অসি লোয়বগা থবক হৌরবা মতমদগীতা শেল শিংবা হৌহল্লি। শেন্দোয়না চহিদা চাদা ২-৫ ফাওবনি।

অমরোমদনা, আমেরিকা, ব্রিটেন, নোংচুপ জর্মনিনচিংবা লৈবাক্কী পুক্নবা শেলগী শেন্দোয়না চহিদা চাদা ৪/৫-৭ ফাওবনি,

মীরৈবাকী শেলদা শিংগদবনি, হায়রবদি বিদেশীমুদ্র চংহল্লি। ১৯৭২-৭৩ দা ভারতনা নোংচুপ লৈবাক্তগী পুথিবা শেনকম অহু লুপা কোটি ৬২৬ নি ; মসিগী মনুংদা শেন্দোয়গা লোয়ননা শেন্দোন শিংবদা লুঃ কোটি ৫০২'৪ চংখি ; চাউথং-খোৱাংদা লুঃ কোটি ১২৩'৬ তমক শিজিন্নবা ঙমখি। শম্মা হায়রবদা শেন্দোন শিংননবগীদমক শেল পুবা তাই। ( Loans to repay loans ) অহুগা সোভিয়েতকী শেলদি শিংবা মতমদা বিদেশী মুদ্র তিংহন্দে। ভারতনা পুথোক্লিবা পোথোকশিং অহু ওইনা মখোয়দা অমুক য়োনশিল্লি। দিল্লি, আগ্রাদা লৈবা খোংউপ শাবগী কারখানা মচাশিং, অমসুং লুধিয়ানাদা লৈবা ফি-রোল শাবগী কারখানাগী পোৎথোক পুম্মক রুসিয়াদা মকওইনা থাজিল্লি। থোইদোক হেন্দোক্লা, সোভিয়েতকী তেংবাং অসি মাংজোননা খংবা ঙম্বনা ভারতকী চহি ৫গী খোৱাংদা মতমচানা উৎপা অমদি পায়খৎপা ঙমহল্লি। নোংচুপ লৈবাকলোমগীদি অসুম্মা মাংজোননা খংবা ঙমদবনা, মরমচানা শিজিন্নবগী খুদোংচাবা অহু বাৎলি। মরম অসিদগী সোভিয়েতকী তেংবাং অসি অশেংবা মরুপকী তেংবাংনি হায়না লৌবদা থোয়না চিংননিংঙাই লৈতে।

**থাও পুথোক্লবগী তেংবাং :—** ভারতনা মশাগী থাও পুথোক্লবা হোৎনবসি ১৮৬৬ কী অহুবাইদনি। মতম অহুদা কলিকতাদা লৈরম্বা মেকিল্লোপ স্তিবার্দ কম্পনিগী মেম্বর ওইরম্বা Goodenough না upper Assam গী বুরিদিং তুরেলগী নাকল অনিমক্তা লৈমুং হুত্না থাও থিবগী আধিকার ফংখি। অসুম থিরকপদা ১৮৬৭ তা Makum দা থাও থেংনখি। মহাকী মায়পাকপা অসিনা লমজিং ওইহুনা Assam Railway & Trading Company না Borley Hill Station মনাক্তা ১৮৮৯ দা লৈমুং হুত্না থাও থিখি। ফুট ৬৬২ লুথনা হুৎলবা মফুংদা ১৮৯০ দা থাও থেংনখি।

মকম অসি মতুংদদি Digboi হায়না খংনখ্রে। কম্পানি অসিনা হেন্না থবাই য়াওশিল্লকপদগী মমৈথংদা 'Assam Oil Company Ltd.' অসি শেমখ্রে। Burma অমসুং Assam গী মতমদমদা থাও থিবগী থবক অসি ১৯১৫ দগী Burma Oil Company না হৌরকখি। ১৯২১ দগীদি Assam Oil Company অসি Burma Oil Company গী শাখা (Subsidiary) অমা ওইরে। মসিগী কসনা নোংমদা থাও বেরেল ৪০০ পুথোক্লম্মহু ১৯২১ দগীদি বেরেল ৩০০০ পুথোকপা ঙমখি। ১৯৫০ দা মথক থংবা আসামদা লৈবা নাহারকাতিয়াদা থাও পুথোকপগী থবক থরা চৎথরকপা নত্তনা, অপুনবা ওইনা থাও পুথোকপগী থবক অসি চাং য়াম্না হন্থরমই। অসুম্না ১৯৫১ কাওবদা বিজ্ঞানগী পাখৈ য়াৎদনা মহৌশাগী পাম্বৈতনা থাও পুথোককম অসি ডিগবোইতমক ওইরমই।

ভারতনা থাও শুংবগী বিজ্ঞান অসি মপুংফানা লৈরমদবনা অন্তরজাতিগী কম্পানি অহুমদা শিন্নখি। চহিদা থাও টন মিলিয়ন ১'২১ পুথোক্লবা য়ান-চে অমা ESSO কম্পনিগী নোংভে শক ১৯৫১ দা শাই তৌনখি। ডিসেম্বর ১৯৫১ দা Burma Shell Company গী চহিদা থাও টন মিলিয়ন ২ পুথোক্লবা করার অমা শাই তৌনখি। মথংদা ১৯৫৩ দা Calted কম্পানিগা চহিদা টন ৩,৭৫,০০০ পুথোক্লবা করার অমা তৌনখি। রিফাইনরি অহুম অসি শাবদা মথংশিংনা দোল্লার মিলিয়ন ৩৫, পাউণ্ড মিলিয়ন ১৬'৫ অমসুং দোল্লার মিলিয়ন ১৫ চংবা শ্লাই হায়না পানখি।

য়ান-চে অহুম অসিদা য়াওরিবা বারোলশিং অসি ভারতকী ত্তোংজনিংঙাই ওইবা বাকম ইরাও য়াওদে। পরসিয়ান গলফকী লৈবাকশিংদগী থাজিল্লকপা শুংদোক্তিবা থাও পুন্নক মীরৈবাকী শেলদা (Hard Currency) পিবা; থাও য়োনবগী থবক;

মমল লেপ্পা ; টেক্স থিবা-নচিংবগী হিরম কয়াদা মথোয়গী কুসিদা তৌবা তারমই। য়ান-চেশিং অতুগী মতুংইন্না ভারত সরকারনা হিরমশিং অসিদা খুৎথিংজিনবা ঙমলমদে। মতুগী কল ওইনা ভারত্তগী শেল ময়াম অমা মীরৈবাক্তা চৎখিরমই। লুঃ ক্রোর ২৯'৫৮ পুথোক্লগা হোৎনখিবা ESSO কম্পানিনা ১৯৬৮-৭০ গী মতুংদা শেন্দোং ওইনা লুঃ ক্রোর ৮৩ থাদোকখি ; অতুগা আমেরিকানা মপু ওইবা Calten না শেন্দোং ওইনা লুঃ ক্রোর ৪৫ থাদোকখি ; মসিগী মথক্তা তোঙান তোঙানবা খরচ অমদি শেন্দোংদা লুঃ ক্রোর ৫২'৩২ অমসু থাদোকখি।

অসুম তৌতুনা ফংলকপা শেন্দোং পুন্নমক ভারত্তা শিজিন্নবগী মহুত্তা মীরৈবাক্তা লোয়না চৎখি। কম্পানিশিং অসিগী অথং-অহৈশিংনা হায়খি— "ভারত্তা মতিকচানা থাও ফংবা য়াবা মকম লৈতে ; মতু থিবা তারবসু শেলয়াম্না চংগনি।" য়ান-চেগী মতুং-ইন্না শেন্দোং পুন্নমক থাও থিবদা শিজিন্নগদবনি নত্রগা মীরৈবাক্তা অমতা থাদোকপা য়ারোই হায়বসু ভারত সরকারনা হায়বা ঙমলমদে। নোংচুপ লৈবাকশিংনা কম্পানি অহুম অসিগী মীচং চংলমই। অতুনা ভারত্তা থাও থিবগী থবক্তা মতেং পাংবিমু হায়জবদা য়ারকখিদে। অসুম তৌতুনা মীরৈবাকী কম্পানি অহুম অসিনা চহি ১০ রোম চুপ্পা খৌরি চরম মেত্তুনা ভারতকী ঈ চুপলমই।

লাইবক ফবদগী কে, দি, মালাভিয়ানা ১৯৫৫ দা ভারতকী খোনি অমদি বিজ্ঞানগী মন্ত্রি ওইরকপদগীদি থাওগী থৌসিনদা অহোংবা রাথল অমা পুশিল্লকখি। ভারতকী মহৌশাগী ওইবা লনশিং অসি চাউখৎহনবতনা তাংলবা বিদেশী সুত্র অসি কনবা ঙমগনি খনখি। মরমদি পেট্রোল অমসুং থাওগী পোৎথোক পুশিল্লকপদা ১৯৬০-৬১ দা লুঃ ক্রোর ৬৯'৪, ১৯৭০-৭১ দা লুঃ ক্রোর ১৬৫'৯ খরচ তৌখি।

বিদেশী মুদ্র তিংহনবা অসিগী মথক্তা ছিৱম অহুমগী মায়কৈদগী থাওগী নিতি অসি নৌহৌনা খম্বরকখিবনি। (১) লানগী মতমদা দরকার লৈবা থাও পিরক্কবা য়াবগী খুদোংথিবা, (২) থাও অমস্থং মসিগী পোৎথোক্তা মথোয়না অপাম্বা মওংদা মমল লেপ্পা, (৩) ভারত্তা থাও থিবা অমস্থং শুংবগী থবক নিংথিনা চৎথসি য়াদবা অসিনি। মরমশিং অসিদগী কম্পানি অহুম অসিগী মখা পোন্দনবা বাখল তৌরকখি। মহাক্না হায়খি :— "We are determined to acquire the knew how of oil, and we will get it from whatever source we can, and in the shortest time possible."

অসিগুম্বা চিৱবা তাঙ্গা অসিদা সোভিয়েত-ইউনিয়ন্না ভারত্তা তেংবাংগে হায়রকখি। মতুগী মতুংইন্না মন্ত্রি অসিনা লুচিংবা কাংবু অমা ওক্টোবর ১৯৫৫ দা রুসিয়া চৎখি। মতুংদা নোভেম্বর, ১৯৫৫ দা প্রোফেঃ এন, এ, কালিনিননা লুচিংবা সোভিয়েতকী অথং-অহৈ কাংবু অমনা ভারতকী মীওইশিংগা থিজিনমিন্নবদগী মরাক-ময়ুং মান্নবা কিলোমিটর মিলিয়ন অমরোমগী মফমদা থাও অমস্থং মহৌশাগী গ্যাস লৈ হায়না ফোংদোকখি ; লোয়নবা সমুদ্র খোংবান পরেংদা থাও ফংবা য়াবগী থাজবা উংখি। থিম্বা তৌদনা ১৯৫৬ তা সোভিয়েতকী হৈথোয়-শিংথোইরবা কয়া য়াওনা ONCo.C শেমহুনা দরকার লৈবা খুজু-খুৎলায় পুন্নমক রুসিয়াদগী লৌহুনা থাও অমস্থং গ্যাস থিবা অহুগা শুংবগী থবক পায়খৎপা হৌখি। থোরাং অসি য়াম্না থুনা মায়পাকখি।

মে, ১৯৫৮ দা পঞ্জাবকী Jwalamukhi দা গ্যাস ফংখি। ১৯৬০ দা গুজরাটকী Kalol অমস্থং Navagain, আসামগী Rurdre sagar, Lakva অমস্থং Geliki নচিংবা মফমশিংদা থাও অমস্থং গ্যাসকী অনৌবা থোনি কয়া পুথোকখী।

মথংদা "Arkhangelsky" কৌবা বিজ্ঞানগী মপুংফারবা খুংলায় অমসুং মী লোয়নবা জহাজ অমা পিত্নুনা সমুদ্র খোঙবান্দা থাও থিখি। মসিগী ফলনা 'Bombay High' কৌবা আরব-সাগরদা লৈবা মফম অসিদা অমসুং Cambay দা চাউরবা থাওগী খোনি থেংনত্নুনা য়াম্না নিংথিনা মায় পাকখি। মতৌ অসুম্না থাও অমসুং থাওগী পোথোক ময়াম অসি সোভিয়েতকী মতেংনা ভারত্তা পুথোকচত্নুনা খরচ তৌথিরম্লগদবা বিদেশীমুদ্রা কয়া অমা কনবা ঙমলে; লোয়নবা শেন্দোং পুম্নমক ভারতকী ওইজরে। ভারতকী খ্বাইদগী হেন্না চাউরবা থাও থোকফম Cambay অমসুং Ankleswar তনা লুঃ কোটি কয়া শেন্দোং তানবা ঙমখ্রে।

থৌরাংশিংসি পায়থংলকপদা সোভিয়েতনা তেংবাংথিবা য়াম্না মরুওইবশিংগী মনুংদা অথোইবা অমদি লৌশিং তম্বিবা অসিনি। থাওশুংবগী তোঙানবা হিরম কয়াদা হৈ-শিংলবা মীওই ৯০০ না ভারত্তা লাক্লুনা ভারত মচাশিংবু লেম্না লৌশিং পুম্নমক তমবিখি; লোয়নবা ভারতমচা ২৫০ না রুসিয়াদা চৎলগা থাওগী মরী লৈনবা বিষয় খুদিংমক্তা ভারতমচাতনা নিংথিজনা থবক পায়থংপা ঙমলে; লোয়নবা থাও মরাং কাইনা ফংবা পরসিয়ান গলফকী লৈবাকশিংদা লৌশিং অমসুং থৌরাং পুথোক্লুনা থাও শুংমিল্লনবগী য়ান-চে কয়া শহি তৌনবে।

বরাওনি অমসুং কোয়ালিদা থাও শুংফম কারখানা লিংথংপদা সোভিয়েৎ-ইউনিয়ন্না অচৌবা তেংবাং পিরি। বরাওনিগী য়ান-চে অহু সেপতেম্বর, ১৯৫৯ দা শহি তৌনখি; অহুগী থৌরাং অসিগীদমক লুঃ ক্রোর ১১'৯ গী তেংবাং পিখি। বরোদাগী মনাক্তা লৈবা কোয়ালিগী য়ান-চে অহু ১৯৬৩ দা শাহি তৌনখি, লোয়নবা লুপা মিলিয়ন ৭'৭ শেম্বং পিখি। পিরিবা শেম্বং পুম্নমক ভারতকী শেল

ওইনা শিংবা য়াহল্লি। মসিগী মখক্তা মথুরাদা লুঃ ক্রোর ২২০ চংগদবা থাওগী কারখানা অমা লিংখৎহন্দুনা থাওগী মায়কৈদা মীপান তাংদনবা হোৎনবদা অচৌবা তেংবাং পিরি।

ঙসি, ভারত মশাগী দরকার লৈবা চাং অহু য়ৌনা পুথোকপদি ওমত্রি, অহুবু ১৯৮৩ লোইরকপদা টন কোটি ২৪.৫ চংগদবগী মনুংদা টন কোটি ২৩ দি পুথোকপা ঙম্লগনি হায়না থাজবা লৈরে। হৌজিক হৌজিকমক "Bombay High" দা চংথরিবা থৌরাং অসিমক ভারতনা থাওগী হিরমদা মীপান তাংদবা য়াবগী চাউরবা আশা থমকম অমনি। পান্দম অসি য়ৌননবা হোৎনবদা থাও থিনবগী অনৌবা থৌরাং ময়াম অমা কামবে, আসাম-অরাকানগী মকম থর, পঞ্জাব, রাজাস্থান, গঙ্গাগী খোঙবান-নচিংবা মকমশিংদা পায়খৎলি। থৌরাং অসিদগী মীরৈবাক্কী কম্পানিশিংনা থাওগী মায়কৈদা ঈ চুপলম্বদু য়াম্না নিংথিজনা কোকহনবা ঙম্লক্লে। আমেরিকাগী ESSO কম্পানিনা হাম্লা চলায়রম্বা থৌরাং পুম্নমক ১৯৭৪ গী জুলায় ১৫ দগী হৌনা Hindustan Petroleum Corporation Ltd. তা শিন্নহুনা ভারতনা অহুম চলায়জরে।

য়োৎ অমদি ইস্পাতকী ইন্দস্ত্রি ঃ— পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না মরাং কায়না য়োৎ ফংবা থোনি ভারত্তা লৈহুনস্থ নিংতম্লমদায় কাওবদদি য়োৎকী পোৎথোক অসি ইরৈ লৈরমদে। মতম অহুদা Private Sector দা য়োৎ পুথোক্লবগী কারখানা অনিথক লৈরমই— Tata Iron & Steel Company অমসুং Indian Iron & Steel Company অনিসিনি। মতৌ করম্না য়োৎকী পোৎথোকশিং অসি ভারতনা পুথোক্লবা হোৎনখিবগে অমসুং থৌরাংশিং অহুদা করম্বা লৈবাক্লা নিংথিনা তেংবাংখিবগে হায়রবত্ত খমলপ্পা খরদং য়েংশি।

ইসপাতকী ইন্দস্ত্রি চাউথংহন্দুনা ভারতকী তনথিক অবস্থা ঙগৎহনগে হায়রবদি প্রাইভেত সেক্তরদা লৈরিবা কারখানা অনি-সিদনদি ওইরোইদবনিনা Public Sector দা ইন্দস্ত্রি লিংথংনবগী থারেপ ভারত সরকারনা ১৯৫৪ দা লৌখি। থৌরাং অসিগীদমক শেল য়াম্না থাদবা তাখি। অদুবু শেল লৈতবতা নত্তনা বিষয় অসিদা অথং-অহৈস্নু অমতা লৈরমদে। আমেরিকাদা মতেং পাংবিনবা হায়জরুবা মতমদা য়ারকখিদে; মদুগী মহুত্তা Private Sector দা মতেং পাংগে হায়রকখি। তশেংনমকস্নু মথক্কী লল্লায় সংস্থান অনিহুদা World Bank কী মায়কৈদগী নিংথিজনা শেন্থং পিশিন্দুনা হেন্না পাকথোক চাউথোকহন্নবা হোৎনহনখি। অমরোমদনা নোংচুপ-জর্মণগী Krup-Demag Combine কৌবা ফার্ম অমনা Rour-kela ইসপাত কারখানা অসি মতেং পাংগে হায়রকখি; অদুবু য়ান-চে অদুগী মরোলশিংদু ভারত্তা অস্নুক্কী মতিক খুদোং-চাদবা ঙাক্কা ওইখি।

অস্নুন্না Bhillai অমস্নুং Durgapur দা কারখানা অনি লিংথংনবা মীরৈবাক্কী মতেং থিরিঙৈ তাঙ্গাসিদা রুসিয়ানা মতেং পাঙ্গে হায়রকখি। মদুগী মতুংইন্না ফেব্রু: ১৯৫৫ দা ভিল্লায়দা ইসপাতকী কারখানা অমা শানবগী য়ান-চে অমা শাহি তৌনখি, লোয়ননা লু: মিলিয়ন ৬৪৭'৪ শেন্থং পিবা য়ানখি। থৌদোক অসিনা ভারত অমস্নুং রুসিয়া অনিগী মরক্তা তুং-কোয়ননা মরুপ ওইনরকপগী অহানবা য়ুম্ফম ওইখি। মসিগী মতুংদগীদি নোংচুপ লৈবাকশিংস্নু য়ান-চেগী মরোলশিং থর থর কোমথোকহনবা হৌনরকখি।

মতুংদা ইকুই-কুইদনা ব্রিটিসকী ফার্ম ১০ গী অপুনবা সংস্থান অমগা দুর্গাপুরদা কারখানা লিংনবা য়ান-চে শহি তৌনখি। য়ান-চেগী

ধারোলশিংহু জর্মনগী কাংবুদগীদি থরগীমথৈ কোমথোক্লে হায়রবু কৈদৌউদম্‌হু রুসিয়াগীগুম্না ভারত্তা থুদোংচাবদি ওইদে। নোংচুপ লৈবাকী করায়রদি শেন্দোং তানবগী মিৎয়েংদা লাকপনি; রুসিয়াগীনা মরুপ ওইবগী মিৎয়েংদা লাকপনি। রুসিয়াগী শেন্দোয়না চহিদা চাদা লুঃ ২'৫ নি অদুগা নোংচুপ লৈবাকশিংগীনা লুঃ ৬'৯ নি।

ভিল্লাইগী ইসপাত্ত কারখানা অসি শাগৎনবা হোৎনবদা দ্রোইং লাক্ষ অমদগী হেন্না য়েংকথি। পুন্নমক অসি সোভিয়েতকী মায়কৈদগী তৌবিরকপা ওাক্তনি। প্রোজেক্ত অসিদা চংগদবা মপোৎ-মচৈ শাননবা হোৎনবদা রুসিয়াগী সংস্থান ৪০০ না কন্না হোৎনখি। থৌরাং অসিগী চংগদবা তোঙান-তোঙানবা শরুকশিং টন লাক্ষ মঙা ভারত্তা পুশিল্লকখি। প্রোজেক্ত অসিগী শিংথাবা য়াবা অথন্নবা থাকমদি— মথোয়না চুম্নতগী বিজ্ঞানগী লমজিংবা অদুগা শেম-শাবা অমস্থং চলায়বনা ভারতনা দায়িত্ব লৌবা অসিনি। মসি ওন্নবা অথন্নবা হৈশিংলবা মীওই ৭২১, ইঞ্জিনিয়ার ৩৩৬, ওপরেতর ৩৮৫ সোভিয়েত ইউনিয়ন্দা তমবিখি; লোয়ননা অতোপ্পা মী ১,৫০০ না ভারত্তা তমবিখি।

ওসি ভারত্তা থ্বাইদগী হেন্না ইসপাতকী পোৎথোক পুথোক্লিবসি ভিল্লাইনি। মরম অদুনা শেন্দোং পুথোকপদস্থু মসিনা থ্বাইদগী হেল্লি। কারখানা অসিগী থোয়দোকপা শক্তম অমনা— ইসপাত পুথোকপগী থবক্তা নত্তনা তোঙান-তোঙানবা বিষয়দা ডিগ্রিগী থাক্তা হৈ-শিংলবা মীওই কন্না সোভিয়েতকী মতেংনা লিংখৎপা ট্রেনিং সেন্তর অসিদগী পুথোকপা অসিনি।

রুসিয়া, বৃটেন অমস্থং জর্মন-না থৌরাং অমমম পব্লিক-সেক্তরদা মতেং পাংথ্রবনিনা আমেরিকাগী মতেংনা বোকারোদা ইসপাতকী কারখানা অমা লিংগে হায়না নেহরুনা খনখি; লোয়ননা ১৯৬০ কী

অওনবা শকক্তা আমেরিকাদা মতেং পাংবিনবা হায়রখি। Kennedy সরকারনা অহানবদদি য়ানিংবগুম তৌরমই। অদুবু চহি ১০ গী ওইনা মখোয়তনা শিনজবগী আধিকার পীহু্ হায়রকখি। বাকম অদু ভারতনা য়াখিদে। তাঙ্গা অসিদা Clay কমিটিনা হায়খি— "পব্লিক-সেক্তরদা আমেরিকানা করিগুম্বা তেংবাং অমতা পিরোইদবনি, মরমদি মসিনা হান্নবা প্রাইভেত সেক্তরদা লৈগ্রবা কাংবুগা চাং-তান্নরকনি।" অতোপ্পা বাকম অমনা— ভারতনা মীচং চুংশিন্নবদা য়াওদবা নিতি চৎখিদুনা ইউ, এসকী খোংলোয় ওইয়ু্ য়াখিদবা অমদি মতম অদুগী Hungery গী থোদোক্তা ইউ, এসপু্ শৌগৎতবা অসিনা মতেং অমতা পিনিংলমদে। অসুম্না নৈনরিগৈদা থৌরাং অসি চহি ৪-৫ হৌখি। মমৈদা জান্নু: ১৯৬৫ দা সোভিয়েতকা তেংবাংনবগী য়ান-চে অমা শহি তৌনখি। ভিল্লাইদগী বোকারোনা থুমাং চাউশিল্লকপা অচৌবা খোংথাং অমনা— য়ারিবমথৈ ভারতনা শাজবা পোৎশক্লা থৌরাং অসিবু পায়খৎপা হায়বসিনি। ভিল্লাইগী মতাংদদি চাদা ৮৭·৭ কী চাংদা রুসিয়াদগী মপোৎ-মচৈ পুশিল্লকখি; অদুগা বোকারোগীদনা চাদা ৩৬ কী চাংদমক লৌখি। ওসিদি বোকারো অসি একর ৩১,২৫৪ গী লৌকমদা মঙ্গংতাবা কারখানা অমা ওইরে। মসিনা চহি ১০ গী মনুংদা লুঃ ক্রোর ৮৫০গী পোত্থোক পুথোক্নুনা ভারতকী অচৌবা আই তানশিল্লকপদা নত্তনা মীরৈবাক্তগী লৈগদবা ইসপাতকী চাং হন্থহন্দুনা বিদেশী মুদ্রদা লুপা ক্রোর কয়াগী খরচ কনবা ঙমলে। মতৌ অসুম্না ভারতনা শেলথুমগী মায়কৈদা মীপান তাংদনবা হোৎনরকপদা সোভিয়েত-ইউনিয়ন্না পাংথ্রিবা তেংবাংশিং অসি পৃথিবীগী চাউথৎপ্রবা অতোপ্পা লৈবাক কনা অমদগী তৌরকখিদ্রি।

**হিদাক শাবা:—** মীওইবনা নার-য়েক্লবা মতমদা শিজিন্নরিবা হিদাকশিং অসি নোংচুপ লৈবাকশিংগী কম্পানিগী মখা পোল্লমই।

ছিদাকশিং অসি শাবদা চংবা মমলগী চাদা ৫০-২০০ ফাওবগী মমুংদা হেল্লা য়োন্দুনা মতম কুইনা ভারতকী ঈ চুপলমই। মসিগীমু মথক্তা অথয়বা ছিদাক কয়াদি Life-Saving drugs ফংহন্দহুনা মীগী পুন্সি কয়া অমা মতমচাদনা মাংহনখি। অহুবু ওসিদি সোভিয়েতকী মতেংনা মাদ্রাজ, হায়দ্রবাদ, অমস্তুং ঋিসিকেসতা অচৌবা কারখানা অহুম লিংখত্তুনা মতমচানা অমদি মরাং-কায়না অহোংবা মমলদা ছিদাক ফংহন্দুনা মীরৈবাক্কী কম্পানিশিংনা ঈ-চুপলম্বা অহু থুগায়বা ওমলে। থোইদোক হেন্দোক্লা শিংথাবা য়াবা বাকমদি— ছিদাক শাবগী লৌশিং পুম্নমক মমল য়াওদনা তাকথোকপা অহুগা থ্বাইদগী নৌনা ফংলকপা লৌশিং পুম্নমক অথিংবা লৈতনা তাকথোকনি হায়না বাশক পিথিবা অসিনি

লৌউ-শিংউবদা পীবা তেংবাং:— ভারত্তি মশানা লৌউ-শিংউবা লৈবাক অমনি। অহুবু বিজ্ঞানগী মতেংনা লৌ উননবা হিরম কয়াদা মতেং পিরি। ভারতনা ট্রেক্তর লৈত্রবা মতমদা সোভিয়েত ইউনিয়ন্না লিশিং ৩৫,০০০ পিহুনা দরকার লৈবা অহু মতমচানা শিজিন্নবা ওমহনখি। দিল্লিগী মনাক্তা লৈবা "লোনি" কারথানাদা লৌশিং অমস্তুং শেলগী তেংবাং পিহুনা চহিদা ট্রেক্তর লিশিং ১০,০০০ পুথোকহন্দুনা মীপান তাংদনবা তেংবাংলি। মতৌ অস্তুম তৌহুনা ভারতনা রাজনিতিগী নিংতম্বাগা লোয়ননা শেল-থুমগী নিংতম্বা ফংননবা হোৎনরকপা থৌরাং কয়ামরুমদা, মীরৈবাক্কা লৈবাক পুম্নমক্কগী থ্বাইদগী হেল্লা ভারতকী কান্নগদবা য়েংহুনা তেংবাংলিবা লৈবাকশিংগী মমুংদা সোভিয়েত ইউনিয়ন্না অথোইবনি। অওইবমক্কি, সোভিয়েতকী তেংবাংশিং অসিনা ভারত অসি শেল-থুমগী নিংতম্নবা মায়কৈদা থুমাং চাওশিনহন্নবগী চাউরবা থৌদাং অমা লৌরি হায়বসি ওসিগী ভারতকী চাউথৎ-থোংথাং অসিনা শাক্কিনি।

**অহাংবা অতিয়াদা খিজিনবগী তেংবাং :**— ঙসি ভারতনা শেল-থুমগী নিংতম্নবা হোৎনরিবা পান্দম অসি হেন্না থুমাং চাউশিল-লকপগা লোয়ননা ( nearing towards economic self reliance ) বিজ্ঞানগী চাউথৎ খোংথাংদস্থ য়ান্না থুমাং চাউশিনবা ঙমগ্রে। অহাংবা অতিয়াদা খুৎশেমগী থা ( artificial earth satellite ) পায়হনবা ঙমগ্রে। তেল্লবা মতম থবগী মমুংদা পৃথিবীনা ভারতপু বিজ্ঞানগী হিরমদা নিংখিনা শক থংবগা লোয়নবা সন-মান তৌনরক্লিবসি কনাগী তেংবাংদগীনো ?

ভারতনা খুৎশেমগী থা অমতং অহাংবা অতিয়াদা থাগৎনবা হোৎনরকপসি ১৯৭২ গী অঙনবা শরুক অহুবাইদগীনি। থৌরাং অসিগীদমক শেল য়াম্না চংবত্তা নত্তনা মপুংফানা হৈ-শিংলবা বিজ্ঞানিক কয়া অমা দরকার লৈ। অহুবু মতম অহুদা ভারতকীদি করি অমত্তা লৈরমদ্রি হায়না লৌবা য়াই। অহুবু সোভিয়েত ইউনিয়ন্না পিখিবা মতেংনা থৌরাং অসি ইকুই কুইদনা মায়পাকপা ঙমখি। সোভিয়েতকী হৈথোয়-শিংথোইরবা বিজ্ঞানিক কয়া ভারত্তা লাকুনা দরকার লৈবা থৌরাং পুম্নমক লুচিংবিহুনা চহি ২½ গী মমুংদা শেম-শাবা পুম্নমক লোয়শিনখি ; লোয়ননা অহানবা চহি ৮ গী মমুংদা ভারতকী বিজ্ঞানিক ২০০০ বু তোঙান তোঙানবা বিষয়দা তম্বিখি। মে, ১৯৭২ দা শাহি তৌনখিবগী য়ান-চে অহুগী মতুংইন্না ভারত্তা শাবা লোয়রবা অহানবা খুৎশেমগী থা ( artificial earth satellite ) "Aryabhata" অহু সোভিয়েত ইউনিয়ন্দা পুরগা মথোয়গী কোসমোড্রোম অমদগী এপ্রিল ১৯, ১৯৭৫ দা অহানবা ওইনা অহাংবা অতিয়াদা পায়হনখি। তশেংবদি অসিগুম্বা খুৎশেমগী থা অমা থাগৎপদা চাউবা, লুম্বা অমদি পায়গদৌরিবা খোংচৎকী মতুংইন্না দোল্লার মিলিয়ন ২০-৩০ কাওবা চংই। মহুগী তেংবাং অহুস্থ

সোভিয়েত ইউনিয়ন্না পাংবিখি ; লোয়ননা শেনফম অদুসু ভারত্তা থুদোংচাগদবা মওংদা ভারতকী শেল ওইনা শিংবা য়াহনখি।

মথংদা, জুন ৭, ১৯৭৯ দা ভারত্তা শাবা "Bhaskara-I" অমসুং সতেম্বর ২০, ১৯৮১ দা "Bhaskara-II" অসিসু সোভিয়েতকী মতেংনা মথোয়গী কোসমোড্রোমদগী থাগৎপিহুনা অহাংবা অতিয়াদা থিজিন-হুমজিনবগী থবক্তা ভারতপুসু পৃথিবীগী অতোপ্পা লৈবাকশিংনা নিংথিনা শক থংহনখি। শম্না হায়রবদা, থৌরাংশিং অসিদা, তেল্লবা মতম খরগী মনুংদা ভারতনা ফজনা খুমাং চাউশিনবা ঙমখ্রিবসি সোভিয়েত ইউনিয়নগী ওইজবা থিবগী রাখল য়াওব্রবা, মপুংফারবা তেংবাংশিং অদুননি।

ঙসিদি ভারত অসি অসিগুম্বা থৌরাং অসিগী তোঙান তোঙাম্বা বিষয়দা চংলিবা অরোনবা লৌশিং ( secrets of technical know-how ) অদু সোভিয়েতকী মতেংদগী থংজরবনিনা মশানা শাজবা থুংশেমগী থা মশাগী মরমদমদগী থাগৎচবা ঙমলে। হৌখিবা এপ্রিল ১৭, ১৯৮৩ দা থাগৎখিবা Rohini-II অসি ভারতনা শাজবনি ; ভারতকী লমদগী মশানা থাগৎচখিবনি। "Space Club" তা মাংজিন থাম্নবা রুসিয়া, আমেরিকা, ফ্রান্স অমদি বৃটেণগী মরক্তা ভারতসু য়াওশিনবা ঙমপ্রে। অসুম তৌহুনা বিজ্ঞানগী হিরমদা চাউখৎপ্রবা পৃথিবীগী অতোপ্পা লৈবাকশিংনা ভারতপুসু নিংথিনা শক থংনরক্লে।

হৌজিক হৌজিকমক Yuri-Gagarin Cosmonaut's Training Centre, দা অহাংবা অতিয়াদা পাইনবা লৌশিং তমলিবা Wing Commander Ravish Malhotra অমসুং Squadron Leader Rakesh Sharma অসি ভারতমচা ঙাক্কনি। মথোয় অনিগী মনুংদা অমদি ইকুই কুইদনা ১৯৮৪ গী অঙনবা শরুক্তা অহাংবা অতিয়াদা পাইহুনা মথোয়না থুন্দাজরিবা পৃথিবী অসিবু মথক্তগী য়েংথরকপা বিজ্ঞানিক ওইগদৌরি। পুম্নমক অসি সোভিয়েত ইউনিয়নগী চাউরবা তেংবাং অদুগী মতেংননি হায়বা নত্তনা কনাগী মতেংননি হায়সিগে ?

---

### অষ্টমশুবা পন্দুপ

## "আফগানিস্তান্দা কনানা থুং থিংজিল্লি"?

পৃথিবীগী করি করিগুম্বা মফম থবদা অচৌবা শক্তি লৈবা লৈবাকশিংনা যাম্না কন্না উংথংনরি। থোক্লাকশিং অসি মতমচানা তাযশিন্ননবা হেৎনচেৎলগদি 'মীওইবা' হায়ব জাতি অসি মক থুরক মাওথিবা যাবগী চিংনবা তংঙ্গ অছু যৌরক্রে। অসিগুম্বা মফমশিংগী মনুংদা আফগানিস্তান অসিসু অমনি শান্তিগী খোল্লাও লাউহুনা লৈখিবা সোভিয়েত ইউনিয়ন্না মফম অসিদা করিগী লান্মী পৈশিন্দুনা থমলি? করম্বা মতমদা লোৎথোক্কদৌবি? থম্ন-নৈনহুনা তাই-শিন্নবা উপাই লৈরিব্রা? পুম্নমক অসি কনাগী দায়িত্বনো? অচৌবা শক্তিশিংগী মরক্তা মন্নবা দায়িত্ব লৈব্রা?

ঙসিদগী চাউরর চহি চানিহোমগী মমা দগী বৃটেন্না আফগা-নিস্তানবু মখোয়গী মথাদা লোইনম ওইনা থম্নবা হোৎনরকখি। ইরান জয় তৌরব মতুংদা কয়াবক হন্না লৈবাক অসিদা লান্দাখি-অদুবু মতম খুদিংমক্তা মায়থিবনা অয়াম্বনি। বৃটেন্না মণ্ডলম্বা মওদি ইরান অমসুং আফগানিস্থান জয় তৌরবা মতুংদা রুসিয়াদা লান্দাশিনবনি। Emir Abdurakhman Khan না নিংথৌ ওইরদা মতমদা বৃটেনগী শক্তি থম্না আফগানিস্থান্দা থম্না ঙমখি অদুবু ১৯১৯ দা Amanullakhan না নিংথৌ হেক ওইরগা আফগানিস্থান অসি মনি তম্বা লৈবাক অমনি হায়না লাউথোকখি। মার্চ ২৭, ১৯১৯দা রুসিয়ানা পৃথিবীগী লৈবাক পুম্নমক্কগী ইহান-হানবা ওইনা আফগানিস্থানবু মনিংতম্বা লৈবাক ওইরে হায়বসি শকথংলে

হায়না লাউথোকখি। মতুংদা ফেব্রুয়ারি ২৮, ১৯২১ দা লৈবাক অনিসিগী মরক্তা য়ান-চে অমা শহি তৌনখি। মকুপ-মপাং ওইনা লৈমিন্নবা, লৈবাক মন্নুংগী থৌশিলদা খুৎ থিংজিন্নদবা, অমনা অমগী তেংবাংনবা—নচিংবা অসি য়ান চে অদুগী পান্দমনি। মীওইবগী ইতিহাসতা, অচৌবা শক্তি অমগা অপিকপা লৈবাক অমগা, মান্নবগী মিংয়েং থম্লদুনা তেংবাংনবা, মুংশিননা লৈমিন্নবা, অমদি খুৎ থিংজিন্নদবা নিতি লৈনখিবগী ইহান-হানবা দলিল নি। থোদোক অসিনা নোং-চুপ লৈবাকশিংদা য়াম্না নিংবা কায়হনখি; লোযননা আফগানিস্থানগী মন্নুংগী থৌশিল কয়াদা খুৎ থিংজিন্নরবগী অচৌবা যুমফম শহরকখি। মতম অসিদা যাম্না নৌরিবা, হিরম কযাদা অন্নাংপা ওাক্তা থেংন-রিবা রুসিয়না চুক্তি অসিগী মখাদা আফগানিস্থান্দা সনা রুবল মিলিয়ন অমা, এরোপ্লেন কয, মবগা কোম্নরবা নোংমৈ লিশিং মঙা, আফগানিস্থান্দা পিখি লোযননা গন পাউদর শানবা কারখানা অমা, এরোপ্লেন থৌবা তম্নবা স্কুল লিংনবা তেংবাং কয়া পিখি অমসু অথং অহৈ কয়া থারক্কুনা তমপিখি।

মরম অসিদা চুক্তি অদু তৌনদনবা ব্রুটেন্না Dobbs mission অমা কাবুলদা থারক্কুনা যাম্না কন্না হোৎনখি। হিরম অসোমদা মায় পাকখিদ্রবসু অতোপ্পা পান্থৈ কযা শিজিন্নদুনা লৈবাক ইন্নাং থোক-ত্নবা মৈখাই-থিনগাইবগী থবক কযা পায়থৎখি। ধর্ম্মগী লুচিংবা কয়া, চীংগী নিংথৌ নত্রগা খুল্ল'কপা কয়া উনরগা শেলগী মতেং অমসুং খুংলায় পিশিন্দুনা লৈবাক ঈরাং হৌহনখি। অসিগুম্বা অনেকপা মীওই শিজিন্নদুনা কাবুলদা লৈবা সোভিয়েতকী এম্বেসিগী মীওই মঙা হাত্তোকহনখি। আফগানগী সিমানা পন্নিংদা খুংলায় অমসুং লান্মী পৈশিল্লগা বসিয়াগী খা-থংবা শরুক্তা লান্দানবা থৌ-রা খি। মে. ১৯২৩ দা "Curzon Ultimatum" কৌবা বারোল

অম বৃটেন্না সোভিয়েত ইউনিয়ন্দা কাবুলদগী রাজদূতকী মীওইশিং লৌথোকখিনবা পিখি। রাফম অতু রুসিয়ানা য়াখিদে। মতুংদা ডিসেম্বর ১৯২৩দা অমুক্তস্থ হন্না সোভিয়েততা রাজনিতিগী মরী থম্নবা তোৎদবনি হায়না অরে'ইবা ওইনা চে অমা কাবুলদা পিখি, লোয়-ননা মতু য়াদ্রবদি বৃটেন্না আফগানিস্থানগী মথক্তা লান হৌরগনি হায়না অকনবা ধমকা তৌখি। পুন্নমক অসিদা মায় পাকলক্ত্রবদা ইসলাম ধর্ম্মগী লুচিংবা কয়া শেল পিজরগা অমানুমুল্লাহগী মায়োক্তা লান হৌহনখি।

ওসি লৈবিবা National Liberation Front কৌবা সর-কারগী মায়োক্তা লান হৌরিবা কাংবু অসি অতুগুম্বা খুৎনেক্তা য়াথিবা মোদজাচেদি শাগৈগী মীনা লুচিবনি। মসিগী হেড কার্তরনা পেসৱারদা ওইরি। মতৌ অসুম্না বাসমাচি কৌবা জাতি অতুবুস্থ শেল অমসুং খুৎলায় পিশিন্দুনা আফগান মনুংদা ঈরাং য়াম্না হৌহল্লি। লৈবাক্কী মচি ময়া শিনবা থুনা ঈরাং থোবকপা অসিনা আফগা-নিস্থানগী নিংতম্বদা অকায়ব ওইহনবতা নত্তনা সোভিয়েৎকী খা-থংবা শরুক্তা লৈবাক্কী একতা কায়ননবা থৌরাং ওইরম্ব। অতুবু, অসি-গুম্বা ইমপরিয়েলিজমগী লালহৌ পুন্নমক সোভিয়েতকী মতমচাবা তেংবাংনা Amanullakhan না নিংথিন লাকশিনবা ওমখি।

অতুম ওইনমক বৃটেন্না নিংহন্নবা লৈতনা মখোয়গী লৌনম নিত্তি অসি অস্তুম চংশিল্লকখি। ১৯২৮গী লোয়রমদাইদা T. E. Lawrence কৌবা অরোনবা এজেন্ত অমা থাহিন্দুনা আফগানগী নোংপোক্তা চীংমী লালহৌবা কাংবু অমদা ইনশিনবগা লোয়ননা লাল্লোং পুন্নমক শিনবিদুনা Baccha i-Saquo কৌবা অমবু আফগানগী নিংথৌ ওইহনখি। মতম অসিমক্তদা বাসমাচি লিশিং অনিরোম লৌশিং অমসুং লালওং তমবিরগা খা-থংবা রুসিয়াদা

থাজিন্দুনা মীহাৎপা, ওং নবা, লুটনচিবা তৌহন্দুনা রুসিয়াগী লৈবাক মনুংদা ইরাং বনথংহন্নবা হোংনখি বৃটেন্না অওম্বমথৈ নত্তেং পাংলবস্ন, নশানা হৈজদবদগী সাকোগী সরকার অদু কুইনা লৈখিদে। Nadir Shah না থুনমক নিংথৌ ওইদুনা লাঙ্গৌবা পুন্নমক নমথখিবগা লোয়ননা বৃটেন্ন মওলম্বা মও পুন্নমক অয়েংবা তাহনখি, লোয়ননা রুসিয়াগা হেন্না নকশিন্নবা মরী থমখি।

অদুবু, ইকুই কুইদনা শুপনম নিতি চংপা জর্মনি, মাগী খোংলোয় ইতালি অমসুং জাপানগী লোয়নম শন্দোকপগী মিংয়েং অসি আফগানিস্থান্দা ওইরকখি। শক্তি অহুমসিনা অকনবা শক্ষ পিদুনা 'মীচং চুংশিন্নবদা য়াওদবা' নিতি থাদোকহনখি অমসুং মখোয়গী খোংলোয় ওইহনখি। আফগানিস্থানবু রুসিয়াদা লান তাশিন্নবগী শেম-শাফম অদুগা ভারত অমসুং খা নোংপোক এসিয়াগী লৈবাকশিংবু জয় তৌনবগী হৈরাং তৌফম ওইহনখি। হিটলরনা আফগান সরকারদা থাজব পিখি মতুংদা রুসিয়া চেকথাযরব মতুংদা মথাই থংবা এসিয়াগী লম পুন্নমক জয় তৌরগা আফগানিস্থান্দা অসুন্না তিনশিন বিগনি। অসুন্না, অচৌবা লৌনম কযাগা লোয়ননা শেলগী মতেং পিরিবনি হায়দুন রায়েল লোযশং থুদিংমক্ত "ব্র ত্যানবা", "পাওতাক পিবা", অমসুং "অখং অহৈবা" মীওইশিংনি হায়দুনা জর্মনগী অরোনবা পাও লৌবা মীওই কয়ান হিরম কয়াদ খুং থিংজিনখি অমসুং সোভিয়েতকী মায়োক্তা ওইদবা প্রচার কযা শন্দোকহনখি। নমৈথংদা, অক্টোবর ১১, ১৯৪১দ নাজি জর্মনিনা রুসিয়াদা তনথিরবা লান তাশিল্লবা মতমদা, রুসিয়ানা আফগান সরকারদা, জর্মনশিংনা আফগান মনুংদা তৌরিবা থৌরাং পুন্নমক অদু তৌহন্দনবা হায়জরকখি। মতুংদা নভেম্বর ১৯৪১ দা কনাগী মীচংদা য়াওদ্রে হায়না আফগান সরকারনা লাউথোকখি। তেংবাং অসিদগী

রুসিয়ানা জর্মনিবু য়াম্না লিংথিনা ২শুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাওদা মায়থিবা পিথিন্দগী মতম কুইনা ছিত্তলবগী মথাদা মীনাই ওইরমলগদবা আফগানবু বনবিখি।

পৃথিবীগী ২শুবা লম্লাও লোয়খিবদগীদি বৃটেন্না এশিয়াদা সমসন ভৌ স্বচ্ছন্দ লোয়শিনখ্রে. ইউ. এস. মখোয়গী মহুং শিনখ্রে। বৃটেন্না চংশন্থ নিতি অদু চপ মান্নবা ইউ. এস্না চংশিল্লকখি—মীচং চংশিন্নবদা য়াওদনবা নিতি থাদোকহনবা, মখোয়গী রাজনিতি অমদি লানগী চুক্তিদা য়াওহনবা, আফগানিস্থানবু রুসিয়া লানথাশিন্নবগী শেম শাগনা ওইহনবা—অসিনচিংবা পান্দমশিং অসি ফংনবা হোৎনরকপদা লোনম থোৱাং বয় পায়থৎলকখি, শেলগী তেংবাং পিরুনচাউখৎ লোম্বাং কয়া পায়থৎমিন্নে। অদুবু থোবাংশিংদু থওইনা খেংথহনন্দনা আফগানগী শেল থুংগী ফিভম ফহন্দনবা অমদি উপাইচিন্নবা মতমদা মখোয়দা য়াওশিন্নকনবা হোৎনখি। অশেংবসু প্রোজেক্টশিং অদু শপদ চংবা শেলবুদি মখোয়গী অথং-অহৈ লৈনবা দুন শাবদা চংবা শেলনা হেনবা। অদুগীসু মথক্তা, শেলগী তেংবাং পিবা মতমদা লম্লোন ইংলিশ মরী অমতা রুসিয়াগা লৈনরোহদবনি হায়না অথিবা কয়া থমখি। থোইদোক হেন্দোক্না, আফগানিস্থানগী অরাংথবা লমদদি ইউ এসনা পায়থংনিংবা থবক চংথবদা অথিংবা অমত্তা পিরোইদবনি হায়খি।

মতো অস্মন্না লৌনমগা লোয়নবা শেলগী তেংবাং পিরগা রুসিয়াগী থাংথংবা শরুক্তা ইউ, এসকী শেম শাবগী থবক অসি ফজনা পায়থংলক্রবা মতমদা, সোভিয়েত ইউনিয়ন্না অগষ্ট ১৯৫২ দা, আফগানগী অরাংথংবা সিমানাগী লমদমদা NATO লৈবাকশিংগী অহৈ-অশিং চংহনবা য়ানিংদে হায়না লাউথোকখি। মদুগী পাক্তথুম ওইনা আফগান সরকারনা হায়খি : NATO লৈবাকশিংদগী

অহৈ অশিং অমত্তা আফগানগী অন্না থংবা সিমানাগী লমদমদা চং-ঙল্লোয়, লোয়ননা মখোয়গী লম মচেং অমা ফাওবা কসিয়ানা য়াম্নিং-দবা থৌরাংগীদমক শিজিন্নহল্লেংই।

হায়রিবা চহি অসিমক্তদা ইউ, এসনা পাকিস্থানবু আফগানিস্থান্দা তকনবা শংফু পিনবগীদমক খুৎলায ওইনা শিজিন্নবা পামখি। মসিগীদমক, Pushtunistanগী মতাংদা লৈবাক অনি অসি য়ান্দনা লৈবা অদুগী খুদোংচাবা লৌখি নাকল অনিমক্তা তোঙান-তোঙান ইনশিন্দুনা লৈবাক অনিসিগী মবক্ত অকনবা লান লেংক্লহনখি। মপান লৈবাকশিংগা লয়োন ইতিক তৌনবগী আফগানগী লম্বি পুম্নমক পাকিস্থান ফাওদুনা চংপা তাই; অদুবু ইউ এসকা লোতুনরগ, লল্লোন ইতগী পোং অমত্তা পাকিস্থান য়াংদুনা চংহনবগে ইউ, এসনা আফগানিস্থান্দা পিখিবা অয়োংবা শংফু অম ১৯৫৫ দা Bagdad Pact (CENTO) শেমখিবা অসিনি। অদুগা লোয়ন্দুনা হিরম খুদিদা খুল্লৌ চেলহল্লগা মশাগী লৈজবিবা "মীচা চাংশিন্নবদা য়াওদবা" নিংত কায়হন্নবা হেৎনবগা লোয়ন্ন, Pushtunistan অসি কসিয়াদ লান ও শন্নবগী লেম শাফম (base) ওইননবা লেংনখি। অদুবু জুন, ১৯৫৫ দা কসিয়াগা য়ানচে অমা শংফু লোনবদগী আফগানিস্থানগী মপান লৈবাক্তা থাদোক্লবা লম্লোন পোং পুম্নমক টেক্স অমতা লোয়ন্না কসিয়া ফাওদুনা চংহনখি, লোয়ন্না খুদোংথিবা অদুদগী কনখি। হিরম খুদিংদা মাযথিরবসু নিংহন্নবা লৈতনা, পাকিস্থানগী নত্তে লৌদুনা, লৈবাক ইরং থোকহন্দুনা, ওৎনবৈ খুবৌচেনবা থবক কয়া ইউ, এসনা পায়খৎলি।

অমংবামদনা কমদৌরে? 'মীগী লম লৌশিন্দুনা লৈবাক পাক-থোক চাউথোকহনববু লান্দাবা নত্তে'; (Territorial expansion is not aggression) 'মসিদি সমাজগী চাউথংলক্লিবা

খোংথাং অহুগা চুনরবা নিত্তি, (Enlarging one's territory is in accord with the laws of social development of the time), 'অহুগা ঐখোয়গী আশাদি পৃথিবী পুম্নমক জয় তৌদুনা শক্তি লৈববা ষ্টেত অমা শেম্বনি, '(our object is the whole world where we shall create a powerful state)' হায়ন থাজরবা চীনাগী মিংযেংস্থ আফগানিস্তান্দা তারকখি। মরম অদুনা Democratic Republic of Afganistaon (D R A) গী মথেক্তা হংহৈবা বা বুদা ইফাং-ফোংনা মিচং-চংববু চিনাগী মথৌনি হাংখি। অসিগুম্বা লালহৌবা কাংবুবু পাকিস্তান্দা ত্রেনিং পিবতা নত্তনা Xinjiang কোবা চিনাগী মফম অদুদস্থ ননিং পি অমেরিকা, চিনা, অমস্তুং পাকিস্থান শুংশন্নদুনা ভর্স ফওন্দা কেটাংন ১৩৮নরা দেজ ৫০, অমদি ত্রেনিং মফম ২০দা মীওই লিশি নিংতম্বাম হুবান-মল্লোং, মিহাং-মিপুন, লুটনচিংবা হিরম কয়াদা নিংথিন নম্বিংপা আফগানগী মমুংদা থাদিন্দুনা অঙকপা মওংগী লৈবাক ইরাং খোকহল্লি মীওইশিং ১সিনা স্কুল কয়া, গুরু কয়া মৈ থারি; তুম্পি কছাং যাওনা মীচম প্রজা কয়া হাংলি: মতি ভোর সরকারগী মীওই কয়া হাংলি। অমুম তৌদুনা নাংচুপ লৈবাকশিংগী খোইদোক হেন্দাক্লা ইউ, এসকী খুং-চংবী সবকার অমা থম্নপা হেক ভম্বং থৈ হোংনদুনা লাক্লি। মমৈথংদা মখোয়গী অপাম্বা মওংগী সাসন অহু President Amin গী মতমদা থরগী মথৈদি ফংবা ঙমখি।

অদুম ওইনমক Amin গী সরকারন লৈবাক্কী চাউখৎ-খোংথাং করি অমতা পুরকপা ঙমখিদে। আইনগী রাংমদা President Tarakki হাত্তোক্তুনা লৈবাক্কী সাসন মুনখিবনি। মহাক্লা সাসন হেক পায়বগা মীমুংশি য়াওদনা মীয়ামবু ওংপা, পার্টিগী অমদি

লাম্মীগী মীওই কয়া হাৎপ, লাইরিক লাইস্মু হৈবা মীওই কয়া হাৎপা. ধর্ম্মগী লুচিংবা কয়া হাৎপা, কাংলুপ নাইনব . অচান-অরাক নাইবনচিংবা নিতি কয়া অসিদগী লৈবাক্তী মচি ময় শিনবা থুংনা পেম্মদবগী ঈহৌ লাকপঙুনা অপুনবা পাঙ্গল ওইহুন এপ্রিল, ১৯৭৮দা Babrak Karmalনা লুচিংবা Peoples' Democratic Party গী লমজিং মথ দা অচৌবা লালংহৌ অমা হৌরকখি মহুবু April Revolution হায়না খংবৈ। অসিগুম্বা লালহৌ অসি নমথুনবা President Amin মশামক্না কসিয়াদা লাম্মীগী মতেং নিখি। কসিয়াগী লাম্মীনা আফগানিস্তান যৈরক্ৰিইঙ মমাং, ডিসেম্বর ২৭, ১৯৭৯ দা মীযামগী লালহৌনা ভমখিরবা Amin গী সাসন অহু চিংথুবা ভমখি। মতম অহুদগী হৌনা ভসি ফাওবদা কসিয়াগী লাম্মী মযাম আফগানিস্থান্দা লৈরি। মতৌ অম্মুন ভৌহুনা ১৯ ৯দ Amanullakhan গী মতমদা অহ ন্ন ওইনা নিংতম্বা ফংখিব অহু অমুক হন্না চংশিনহন্দুনা President Babrak Karmalনা লুচিংবা, মীয়াম্না যাবা সরকার অমা আফগানিস্থান্দা লিংবা ভম-থ্র। লৈবাক অসি ভাবত্তকুম্না মিচং-চুংশিনর্দা যাওদবা, মশাগী অপাম্ব নিতি চংচবা, লানগী চুক্তি অমা যাওদ্রিবা, মনিংতম্বা, গনতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমনি

ভারত্তা তেংবাংবগুম সোভিয়েট ইউনিয়ন্না আফগানিস্থানগী চাউখৎ-থোরাং কয়াদা নিংথিন. তেংবাংবিহুনা ভতানা লেনবা পুনসি পুরক্লবা হোৎনবদা অভম্ব তেংবাং পুম্নমক পিরি, লোয়ননা চাউখৎ-খোংথাংগী লম্বিদা নোংম নোংপী পুম্নাং চাউশিলহল্লি।

আফগানিস্থান্দা ওইবকখিবা ফিভম অসিনা নোংচুপ লৈবাক-শিংদা থোইদোক হেন্দোক্লা ইউ, এসতা য়াম্না নিংবা কায়হনখি। অসিগুম্বা মওংদা হৌরকপা মরৈবাক নিংতম্নবগী অন্দোলনবু

ইউ. এসনা International terrorism নি হায়না লোকচপ লৈবাকশিংদা শান্না প্রচার তৌরি। অমবোমদসু ইরানগী মহি মায়থিখিবগা লোয়নন ইরান অসি মখোয়গী থুহুমদগী নাম্নোকখ্রে। মরম অমুনা সোভিয়েতকী থা থংবা শকক্রা মখোয়না পায়খংনিংলিবা থবকশিংঙু আফগানিস্থান অসি মখোয়গী খুৎমদ বমত্রবদি থুদোং-চাবা ফাংলগনি নি বদগী President Karmal গী সরকার অসি থুগাইরগা মখোয়গী থুংচাবী মীহুং অমনা লুচিব সরকার অমা থমগে হায়বসি ইউ, এসবী অচেংপা ঙম্লনি মসিগীদ-ব হরে-ব পাম্বৈনা Karmalগী সরকার থুগাইরবা ঙাংনরমহু ওঙ্কুন President Reagan না ইকোং কোংনা চৎ নরগনি হায়না লাইথোকাখিবহু ইউ এসকী রাবোলশি না মশাগী শুইনা অযবা পিখ্রে।

মখোয়গী পান্থম অসি ফনবা হৌংনবদা চিন, পাকিস্তান, ইজিপ্ত অমসুং সাওদি আরবিয়াগা খুঁ শমুহুন চংলি পাকিস্তান অমসুং চিনাদা ট্রেনিং মফম কয়া লিংখৎতুনা লাম্হৌনবা মীওই লিশিং লিশিং দা ট্রেনিং পিরি, শেল মসু থুংলায মরা কাইনা পিরি Carbines, rifles, revolvers, mortars, machine guns, rocket launchers, mines poison gas, anti tank rockets নচব অসি মরা কায়ন পিরি। অরোম্বা লালোং তম্বিবগা লৌননা, নরম লৈকলৈবা মীচম প্রজা, মুপি, অঙাং হংপ, লুট তৌবা, কুলশ, অমদি থুক্কং কয়া মৈ থাবনচিংবগী থবকসু তম্বিরম অমসুং চথব শয় হায়রবদ লানফম অমনি হায়না আইনগী থোংদা চাওথে কুবতা মঙাইবে। লৌবুক্ত থবক শুজব মরাল লৈজদ্রবা লৌমিশিং, স্কুলগী ছাত্রশিং, ওজাশিং, লিশিং লিশিংনা খুজিং ওইহুনা হাত্তোক্লি। লদায় পরিংদা লৈব মীওই কয়া অমনা মযুম থাদোক্তুনা চেম্বরি। অমুম তৌহুনা হেক ভবমথে মমুং অমসুং

মপানগী শক্তি শিজিন্নদুনা কারমলগী সরকার অসি থুগ ইনবা হোৎনরি; অদুগী পৃথিবীগী মীয়ামদনা—কারমলগী সরকার অসি মীয়ামগী য়াবা সরকার নত্তে, মীচম প্রজা ওৎপনা থাংবা ডমব্রে, মীহাৎ মীপুন্না থল্লে, হায়দনচিংব নমথাক্কী প্রচার তৌবা লাক্লি। আফগানস্থানগী মীয়াম প্রজাগী অধিকার ফংহন্দবতা নত্তনা পাকিস্থান, ইরান অমসুং পরসিয়ান গল্ফকী লমদমশিংগী সেকুরিটি কায়হনবগা লোয়ননবা পৃথিবী অপুনবদা তৌরকপা থনকানি হায়না ইউ. এস অমসুং খোংলোয় নত্তে লৈবাকশংনা প্রচার তৌরি।

মরক অসিদা কারমলগী সরকারনা ইরান অমসুং পাকিস্থানদা সিমানাগী মতাংদ য়ানদবা লৈবাকশিং দু অন্তরজাতিগী চংন-পথাবগী মতুং ইন্না, রাজনিতিগী থাক্তা থন্নব মে ১৪, ১৯৮০ দা থাখিবা প্রস্তাবশিংগী মনুংদা মথাগী থর অসিনা মরুওইবনি :—

১। ইসলামিক রিপব্লিক ওফ ইরানগ ফমিন্নহুনা য়ানব পুরক্পা মরুপ ওইনা লৈমিন্নবা, লোয়ননা অমনা অমগী কান্নপদবা তৌবা পিনবা।

পাকিস্থানগা ফমিন্নহুনা মাকল অমিনা য়ানগদবা রাফমশিং থন্নবগা লোয়ননা উংখৎনবা হন্থনবা হাংনবা; য়ুমলোন্নবা লৈবাক্কী অফবা মরী থন্নবা; অমনা অমগী নিংতম্বু সনমান তৌনবা, লৈবাক মনুংগী থবক্তা খুং-থিংজিন্নদবা; খুংলায় পায়বা নত্রগা পান্নদবা লাল-হৌবা কাংবুন মাগী মাগী লৈবাক মনুংদগী হৌরগা অতোপ্পদা চংহন্দুনা য়েংথিনবা তৌহন্নদব।

২। আফগান থাদোক্কুনা মীরৈবাক্তা লৈথিবা পুন্নমক মরাল লৈব লৈতবা হেংদনা পুন্নমক ডাকপিরগনি হায়না ১বা জানু: ১৯৮০ দা লাউথোকখিবা রাফমদু অমুকহন্না থাজবা পিরি। আফগানিস্থান্দা হন্নকপা মতমদা মানা-মানা হৈনজবা শিনফমদা খুন্দা লৈতহন্নবা

হোংনদেগনি। হন্নকনিংঙ্গবা মীওইশিংগী য়াকমসু য়ারী শানবা অহুদা য়ানগদবা য়াফম থন্নরগ তাইশিন্নবা।

৩। মথক্তা য়াফম অনি অসি য়ানন্নবা মতুংদা কুইনদগী যোং থেন্নচুন লক্লদ অতৈ সমস্যাশিং থন্নবা।

৪। পাকিস্থান অমস্থুং ইরান লৈবাক অসিগা ফম্নিন্নহুনা নাকল অনগী ওইনা য়ারি শানবদা মংওইনবা য়াফম (Pve conditon) থন্নরেইদবনি। য়ারি শানরিঙৈদা হান্নগা য়েক্লসনবগী য়াফম থাদোক্কদবনি, লোয়ননা আযগনগী লৈবাক মন্নুংগী থৌশিলদ খুং থিংজিল্লিবা লৈবাক পুন্নমক য়াওনা অসিগুম্বা থবকশিংসি তৌনদনবা থবক ওইনা পায়থংপা য়ারা থৌরাং তৌনগদবনি।

৫। আফগানিস্থান্না শাশা তৌবা য়াফম অতোপ্পা অমনা তোঙনাতোঙ্গাম্ন ইরান অমস্থুং পাকিস্থানগা য়ানবগী য়াফম থন্ন অদুগী মথক্তা, অতোপপা লৈবাক থরগী মীহুৎ ওইনা. লৈবাক অনিসিনা আফগান সরকার থুগাইনবগী থবক তৌরেই হায়বা আফগানিস্থান্না য়ানিংগদবা রাজনিতিগী অকনবা থাজবা পিগদবনি।

৬। আফগান সরকারন্না লাউথোক্লি মদুদি রাজনিতিগী য়ানবা য়াফম থরগী মন্নুংদা আফগানিস্থানদগী সোভিয়েতকী অকক্লবা লান্মী থন্ন অসি লৌথোকখিনবগী য়াফম য়ানগদবনি। সোভিয়েতকী লান্মী থারক্লবা চয়ম্ভকবা পুন্নমক অসি আফগানিস্থান্দা লান্দাশিল্লকপা, লৈবাক মন্নুংগী থৌশিলদা খুৎ থিংজিল্লিবা পুন্নমক অসি হেক লেপথিবদা মশানা অহুম তোকচখ্রগদবনি। হায়রুবদি সোভিয়েতকী লান্মী লৌথোকপা হায়বসিদি আফগানগা পাকিস্থানগা, আফগানগা ইরানগা য়ানগদৌবা য়াফব অহুগী মথা পোল্লি।

৭। রাজনিতিগী য়াননবা য়াফম থন্নবা মতমদা ভারত মহাসাগর অমস্থুং পরসিয়ান গলফকী লমদমদ অতোপপা লৈবাকশিংনা লানগী

অমদি রাজনিতি তৌরিবা থৌরাংশিং অসি য়াওনা লৈনবা পাএই। লমদম অসিদা ইউ, এসনা লানগী থৌরাং তৌরিবাসিদা অতৈ.পপা লৈবাকশিংনা খুংনাংবগুম আফগানিস্থানস্থু নু নাংবা ফাওই অদুনা লমদমশিং অসিবু শান্তিগী লমদম ওইহন্দুনা উ.থৎনবা লৈ.রিবসি হন্দহন্নবা হোৎনবদা আফগানিস্থানস্থু মপুংফানা শৌগংলি।

প্রস্তাবশিং অসি হন্নবদা আফগানিস্থান য়াওহন্দনা য়ানবা পুংক্লবস্থু মথ আফগানিস্থান্না থক য়ায়োই।

অস্নুম্না যুমলোন্নবা লৈবাকশিংগী অফবা মন্নী থম্নবা আফগানিস্থান্না তৌখিবা প্রস্তাবশিং অদু ওসি ফাওবদা পাকিস্থান অমস্যুং ইরান্না থওইদনা লৈরি। থন্নবা হৌদনবা থিংলিবদি ত.শংনা ইউ, এস বৃটেন, অমস্যুং চিনা ননি। ইবানগী শাহন দিদল ইস্ত অ.স্যুং থা নোংপেক এসিয়াদা পুলিসকী মতৌগুম্না লৌস্না থোদাং অদু ওসি ইউ, এসনা পাকিস্থান্দা লৌহনবা পামলি। অদু য়াংনবগী-দমক্তনি পাকিস্থান্দা বিল্লিয়ন ও.২গী তেংবাং মথাদ শেল অমস্যুং লানগী থুংলায় কয়া পিশিল্লবা। বৃ.টন্না শেন্দোন কোকপিগনি হায়না রাশবপগা লোয়নননা, লানগী ট্রেনিং পিনদা হান্নদগী চেন্না নিংথিনা পিগনি হায়না রাশব পিহুনা ফাজিল্ল। রাশি টন অ.স্থু লগুমনা থাংজিল্লিবা থোংথাং অসিগী চাং মাম্নমা বেজিংনা লানগী থুংলায চেন্না মরাং কায়না পিজিন্দুনা পুকনিং থোগংলি

অস্নুম তৌদুনা লায়লম শন্দোকপা নিংতি চংপা লৈবাকশি অসিনা অশেংবা রাফমশিং লোংশিল্লগা, র.ডা হৈবগী থুদোং চাব লৌদুনা, ওইদবা প্রচার শন্দোক্নুনা, পৃথিবীগী মচি-ময়া শিনবা থুংনা উংথৎনবগী মচাক শেমদুনা, নিংহন্নবা লৈতনা, অয়াংবা থোংজেলদা লানগী শেম-শাগৎলবপা অসিনা অমুব জাতিগী চাউথৎপা পান্বা অমদি শক্তি পান্বা পুন্নমক্কী মায়োক্কু, মশাগী অমদি মজাতিগী

হিংননবগী মাযোক্তা, শক্তিগী মঙলান্দা ঙাওববা মীওইশিং অসিন', অচৌবা খুদোংথিববা শিংনবা অমা হৌরক্লিবসি, অপুম্বা লিংজেন অমম্বুং মান্নবা খোল্লাওন ভাব তানবগী লম্বিদা পুশিল্লক্কুনা, মাঙথিগদৌরব মীওইবা জাতিবু কনবগা লোয়ননা, পুন্না হিংমিন্ননবা হোৎনবা অসিদা মীপুম খুদিংগী চাউরবা দ য়িদ্ব লৈ।

---

মরিশুবা পন্দুপ

## খুদোং থিরবা মিদল ইস্তকী থৌদোক কনাগী দাবি ঙনো ?

ঙসি Middle-Eastতা শেংকুপ্লিবা লান অসি কনা কনানো ? করিগীনো ? কনানা করিগীদমক শোরহল্লিবনে ? মখোয়গী পম্বুংফম অদু কয়াম রাংলিবগে ? মসিনা মীওইবা সমাজদা কররম্বা খুদোংথিবা অমা থোকহল্লকপা য়াবগে ? ঐখোয়গী দায়িত্ব করিনো ? থৌশা-দনা লৈথোকপদা কবি কায়বগে ? থংনবা অসি তাইশিন্নবা উপাই লৈরিব্রা ?

পুন্নমক্না থংনরবা রাফমনি। বিজ্ঞান চাউথংলকপগা ইরোয়ননা ঐখোয়গী পৃথিবী অসি পিকথ্রবা মফম অমা ওইহল্লে। করি ওইরবা মফম অমদা খুদোংথিবা অমা থোরকপদা মদু ঐগী ঐগী ইমুংদা নত্রগা লৈকায়দা থোকপদৌনা চেকশিন্নবা য়াদ্রব মতমনি। থদোং থেংথ্রবদি 'মীওইবা' সমাজ অসি তুম্ন মাংথিবা য়াবগী চপচাবা থৌরাং অদু লৈরে। মসি থোকহন্দনব অমতা ওইরবা উপায়দি শক্তিগী মওংদা ওওরিবা কাংবু অসিবু শ হু পম্ব মীপুম খুদিং-মক্কী মাপ্লবা লিংজেল, থৌনা অমসুং খোল্লাওগা লোয়নবা থবক্না ভাব তাহনবগী লম্বিদা পুরক্নুনা নৌতেংনা রাখল থম্নহনবা অদুনা ওইগনি। নত্রবদি সমাজ অসি তুম্না মাংথিবতা নত্তনা ঙসিগী পৃথিবী অসি লাক্কদবা চহি চা কয়া ফাওবদা খুন্দা-লৈতাবা য়ামরোইদবা লৈকংলা অমা ওইথিনবগী অহানবা যুমকম অদু মিদল ইস্তকী লান অসিনা ওইরে। অচৌবা শক্তি থরগী মতেংদগী, মশাগী মরমদম ওইনা লৈজ-রকপা আরব জাতি অমবু তুম্না হাম্বোক্লপা নত্রগা মপান-মউ কুক্নুনা

কংথাকখ্রগা মখোয়গী ওইংগ হোংনরকপা Israel কা বুগ ; ওং-নৈ-বগী চেন খোন্দা নিংহমগ্রব ; মরমদম মাংশিল্লক্লবা, তুম্না মাংখিগ-দোবব (মজাতি) বমনবগী শানফমদা মথরাই কংখোকপা পামুদ্রবা 'আরব' কাংবুগ অনিগী মরক্তা শোকুরিবা শানফমনি।

পরম-পরাদগী লৈরক্লবনি হায়না দাবি তৌজরবমু Israel হায-রিবা জিউশিংগী তোংাম্বা খ্রীষ্ট অসি ২৪৮দা পোকখিবনি। খৃষ্টনা পোক্লদবা চহি ১০০০ রাংলিডদা (10th Century B. C) হিক্র হায়বা জাতি অসিনা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা শেমগংলমই। David অমসুং Solomon গী মতমদা লৈবাক অদু য়াম্না চাউখৎ লমই। চহি ১০০ রোমগী মতুদা হায়রিবা লৈবাক অসি শরুক অনি পোক্লা খায়দোকখি। শরুক অমনা Israel কৌখ্রে; অনৌ মা শরুক অদুবুনা Judeah হায়না খংনখ্রে। খৃষ্টগী মমা চহি ৭২১দা Israel অসি Assyria শিংনা তুম্না মা হনখি, অদুগা Judeah বুনা ৫৭৬ বি, সি, দা কাবিলোননা জয় তৌখি। মতম অদুগীনা হিক্র অদুগা ওসিগীন জিউ হায়ন খনরিবা জাতি অসি মতম অদুদগী হৌনা অযাম্বনা পালেস্তাইনগী হ্রা মদা পৃথিবীগী মুচি-ময়া শিনবা থুংনা লৈখি।

মতুদা বাবিলোননা মরায় চায়থরকুনা মায়থিখ্রবা তুদা জিউ থর পালেসতাইন্দা হল্লকুনা জেরুজালেমগী লমদমদা নিংথৌ পনবা লৈবাক মচ অমা শেমগংখি। (Judeah Kingdom) অদুবু খৃষ্টগী মতুং চহি ৭০ লৈবগা (70 A D ) রোমানশিংনা অদুক হল্লা মাংহনখি। মতুংদা ১৩৫ এ, দি, দা Barkorbha কাবুনা লান হৌরকপদা জিউশিং অসিবু মরু ফংনা মাংহনখি; লেমহৌবা অয়াম্বা শরুকপুনা পালেসতাইন্দগী তানথোকখি। চহি ৩২৫ এ, দি, দা Byzantine শিংনা পালেসতাইন খুতুম চনখি; ৬১৪ এ, দি, দা

D—3 খুদোং থিরবা মিদল ইস্তকী থৌদোক কনাগী দায়িত্বনো

জিউশিংনা অমুকহন্না লানহৌরকপবু পরসিয়ানশিংনা তকথায়খ্রুনা হাংখি। অহানবা ওইনা খৃষ্টয়ান লালহৌবাশিংনা মুসলিমগী মথুক্তগী ধর্ম্মগী শেংলবা জেরুজালেম ১০৯৯ এ, দি, দা লৌখি; অদুবু ১২৪৪ এ, দি, দা Turks শিংনা অমুক হন্না লৌখি। অসিগুম্বা লালহৌ খুদিংমক্তা সেমাইতিক কাংলুপ্তগী হৌরকপা আরব জাতি অসিদি পালেসতাইন্দা লেঙদনা অদুম লৈরকখি। মমৈথংদা খৃষ্টগী মতুং চহি ৭০০ লৈরগা ( 7th Century A. D. ) আরব পেনিনশুলাদগী লাকপা তোঙান-তোঙানবা আরব কাংলুপকা চাংনৌ মৌরোনখি; মতম অদুদগী হৌনা পালেসতাইন অসি আরবশিংগী লৈবাক ওইরকখি।

মরক অসিদা ইউরোপকী লৈবাকশিংদগী জিউ তানথেক্লরকখি। অহানবা ওইনা ৬৩১ এ, দি, দা Spain দগী, ১২৯০ এ, দি দা England দগী, ১১৯৪ এ, দি, France তগী, ১৭২১ এ, দি দা Vienna দগী, ১৪৯২ এ, দিদা অমুক হন্না Spain দগী। অসুম তৌরকপা অসিনা পালেসতাইন অসি অমুকহন্না অনিথোক্লা থায়-দোকপগী মফম ওইরকখি। ১৭০৮ দা নেপোলিয়ন্না এসিয়া অমসুং আফ্রিকা লৈবাকশিংদগী জিউ ময়াম অমা হবক্তা শিজিন্নরমই। মতৌদদি France কী মথাদা জিউশিংগী লৈবাক অমা পালেসতাইন্দা সিংথংপিগে থুল্লকখি ১৭৯১ দগীদি ইউরোপকী লৈবাকশিং না জিউ শিংবু নাগরিক ওইবগী অধিকার পিবা হৌখি। ইগান-গানব ওইনা ১৮০৬ত জিউশিংবু পালেসতাইন্দ খুন্দাহনবগী থবক হৌখি।

১৮৮০-১৮৪৭ কী মতুংদা ফ্রান্স অমসুং বৃটেন অনিমক্তা মশা মশা-গী মজাতিগী কান্নগদবা মিংয়েংদগী পালেসতাইন্দা জিউশিংগী তোঙাম্বা স্টেট অমা শেমবিনবা রাফম কন্না পুখৎনখি। অদুগা ১৮৫০-৭০গী মতু দা মুয়েজ ঈশিংখোং লোয়রক্লবা মতমদদি য়েন্নবা ওইনমু লৈন-রিবা শক্তি অনি অসিগী অপাম্বা অদু খুমাং চাউশিল্লকখি। রাখল

## D—5 খুদোং থিরবা মিদল ইষ্টকী থৌদোক কনাগী দায়িত্বনো

ঈহৌ অসিগা থোংলোয়ননা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদিনা নোংপোক-লোমদা লোইন্নম শন্দোকপগী থবক খুমাং চাওশিল্লকখি। বৃটিশকী Royal Commission গী মেম্বরশু ওইরম্বা, শেল্লাও পাকরবা Rothschild না Sinai নত্রগা Cyprus তা জিউগী ষ্টেট অমা শেম্ননবা থনখি। অদুবু সিনাইগী লম অসিনা মরুভূমিগী লম ওইবনে, সাইপ্রসকী মীয়াম্না য়ানিংদবনে, অমরোমদনা আরবশিং অসি য়াম্না মবুক তপ্পা, তান্ন থোংনা যাব', জিউশিং চংশিন্নবা নৈমিন-নবা ওম্বা জাতি ওইবনে অমসুং বৃটেনগীদমক্তু কমগী হিরমদা হেন্না খুদোংচাবদগীনে জিউশিংগী তোঙানবা ষ্টেট অদু পালেষ্টাইন্দা লিংখৎপা তাখি।

মরক অসিনা নোংচুপ লৈবাকশিংদগী শেলগী তেংবাং অতোং-অথম লৈতনা থাজিন্নরকখি। তুর্কিস সুলতানগা দোল্লর মিলিয়ন ১.৫ Herzl গী মফমদা থারকখি। নভেম্বর ২, ১৯১৭ ত বৃটিশকী ফোরেন সেক্রেটরি. Balfour না পালেষ্টাইন্দা জিউশিংগী তোঙানবা ষ্টেট অমা লৈগদবনি হায়বা সরকারগী যিরেপ অদু লাউথোকখি। মে, ১৯১৬ তা ফ্রান্স-কা অরোনবা য়ান চে অমা সহি তৌনরগা পালেষ্টাইন্দা অন্তরজাতিগী সাসন অমা থম্লমই। অমরোমদনা আরবশিংদা হায়রমই মদুদি মখোয়না জর্মন অমসুং টর্কিস কাংবুগা লান থেংনরবদি পালেষ্টাইন য়াওনা হজরদ মুহম্মদকী ধর্ম ওইবা মুসলিমশিংগী মনিংতম্বা আরব লৈবাক অমা শেম্বিগনি। অদুবু অহানবা লাঞ্জাওদা বৃটেন্না মায় পাকপদগী ফ্রান্সকা তৌনবা করার অদুসু থুগাইখি, লোয়ননা আরবশিংদা হায়বা ৱাফম অদুসু ভাক্কমদে। মদুগী মতুংদা Balfour না লাউথোকখিবা নিতি অদোমদা চংশিন-খিদুনা জিউশিংগী তোঙানবা ষ্টেট অমা শেম্ননবা হোৎনখি। মতম অসিদা আরবকী মীশিং অসি (লাক্ষ ৭০০,০০০ নি অদুগা জিউশিং-গীনা চাদা তরাদনি (10%.)।

তংশে বমক্তি বৃটিশশিংনা জিউশিংগী দমক মপুং ফাব্রবা মনিংতম্বা ষ্টেট অমা শেম্বগী ব্রাথলদি লৈরমদে ; ইউরোপ্তা চংনরিবা সাসনগী মওংঙ্গা সমাজ অমদি ধর্মগী মায়বা অধিকার ফংহন্বা স.সন অমা থম্বগী ব্রাথলতনি। মরক অসিদা আমেরিকানস্ বালফোরগী ব্রাফম অহুদা মখোয়গী তোঙানবা সুবিধা অমদগী শোগংলমই। মখোয়দি হায়্রনা ১৯১৭ গী মমাংদা পালেষ্টাইনগী নেগেভ মরুভূমিগী ( Negev desert ) লমদমদা থাও কম্পনি ৭ লিংখৎপগী থুদো.চাবা ফংথ্রবনি; অহুনা মিদল ইষ্টকী থাওগী :থানি পুন্নমক খুতুম চনবা পায়রমই। বৃটিশকী শক্তি হেন্না শন্দোরক্তুনা জিউশিংগী লৈবাক অসি কনাগী নত্তবা—মরক্তা লৈবা (Buffer state) ওইনা থম্নিংলমই। ইউ, এসনা পালেষ্টাইনগী মথক্তা হুকুম তৌবা ওয়্যবগী অধিকার পীযু হায়না তাল্লমই।

কাইনথংঙ্গ এপ্রিল ২০, ১৯২০ দা San Remo মীফমদা বৃটেন-না পালেষ্টাইনগী মথক্তা সাসন তৌনবগী অধিকার ফংখি। জন ৩০, ১৯২২ দ ইউ. এসকী ব্রায়েলশংনা পালেষ্টাইনগী মফুংদা জিউশিংগী ষ্টেট অমা লিংনবা অয়াবা ব্রারেপ অমা লৌখি ; অহুগা League of Nations নম্ব জুলাই ২৪, ১৯২২ দা ব্রাফম অহুবু য়াখি।

অম্নুম তৌহুনা মীয়মদগী লাকপা জিউশিংনা অমদি বৃটিশকী স সন্ন আরবশিংগী লন লৌশিনখিবসি য়াম্না শাথিনা আরবশিংনা য়ানিংদবা পোকখি। থোদোক অসিদগী আরবশিংনা মশানা মশাগী আধিকার লেপচগদবনি হায়না অহানবা ওইনা লান হৌখি। লান অসি জিউশিংগী অমম্বুং ইম্পেরিয়েলিজমগী মায়োক্তা হৌখিবনি। মে ১, ১৯২১ দা য়াম্না চাউনা থংন চৈনবা অমা থোকখি, মহুদা মী ৫০০ হাংখি। অসিগী মতুংদগীদি জাতি অনিগী মরক্তা য়াম্না তোয়না হাংনভুনবা থোকখি।

## Γ—7 থুদোং থিরবা মিদল ইষ্টকী থৌদোক কনাগী দায়িত্বনো

মরক অসিদা বৃটেন্না জারিথিবা হুকুমগী মতুংইন্না চহি অমদা জিউ ১৬,৬০০ তমক প্যালেষ্টাইনদা চংবা যাবনি; অদুবু মসিনগী হেন্না হেন্না চংহনখি। অদুম ওইনমক ১৯৩০ তা ইউ, এন না প্যালেষ্টাইন থায়দোকপগী রারেপ লৌরমদাইদা আরবশিংগী মীশিংনা মিলিয়ন ১,৩৫ নি; অদুগা জিউশিংগীনা ২৫০,০০০ নি। জিউ-শিংনা লৈজরবা লৌফম্না ৫.৬ তনি হায়বদি আরবশিংগীনা ৯৭.৭ ওইরমই।

মতম অসিদা প্যালেষ্টাইন অসি বৃটিশকী লম্যীনা পিক থনখ্রে; বাংলুপ অনিগী খংনবা বিচার তৌনবা মিশাহিশিনা ফদক বিচার লোৎশং লিংখংখ্রে মসিগী ফল্না আরবশিং নৈনহংপিরমই অদুগা জিউশিংবুনা লৌখংপিরমই। আরবকী লুচিংবা কয়া প্যালেষ্টাইনগী রাংমদা লোই থারমই; রাজনিতিগী সংস্থান অমতা লিংহল্লদে, নোংমৈ অমত পুবা যাংল্লমদে; কররম্বা নোংমৈ নত্রগা মকা অমং পুরম্লবদি মদুগী দণ্ড ওইনা হাংতেংলই। অমরোমদনা, জিউশিংবু নোংমৈনচিংবা থুংলাই লৈহনবতা নওনা লানগী মপুং ফাবা তেনিং ফাওবা পীরমই

১৯৩৭ লোয়রকপদদি মীথল তৌদুনা মশান সাসন তৌজনবগী থৌরাং লৈহনখ্রে। অসুম তৌদুনা আরবশিংগা জিউশিংগা য়েংথিনবগী চাং অসি নোংমা নোংমগী হেল্লিল্লকখি। এপ্রিল ১৯৩৬ তা ইউ, এসনা লৌশিং অমা তৌদুনা জিউ ১০০, ০০০, হান্নবা বৃটিশনা ৭৫,০০০ হায়রম্বা অদুগী মংক্রা, প্যালেষ্টাইনদ থুন্দাহন্নবা তকশিনখি। প্যালেষ্টাইনগী রাথোক অসি নোংমা নোংমগী হেল্লিল্লরপা অসিনা পুরা ওয়ক্রকুহুনা এপ্রিল ১৯৪৭ তা ইউ, এনদা শিন্নথোকখি। (ইউ, এসতা শিন্নবগা অমহানি) আরবকী মীযাম্না য়াদ-হ্মদনা প্যালেষ্টাইন অসি নভেম্বর ২৯, ১৯৪৭ তা ইউ, এননা শরুক অনি থোক্না থায়-দোকখি। ইউ. এনগী থৌরাং অসিগী মখাদা জিউশিংনা হপনবা

জনগী চাদা 50% (হান্না লৈজরম্বগী শরুক তরা) অমুগা আরবশিংনা চাদা 42% (হান্না লৈরম্বনা 94.4%) লোয়ননা অ'রব ৪৯৭,০০০ (37% of the total Arab population)না জিউশিংগী স সন মথাদা থম্মই। অতৃরজাতিগী ওইনা লৈরম্বা ডেক্ক-সালেমবু জিউশিংনা পীথোকখিরমই। থোরাং অসিদগী ওইরক্রবা ফজদি আরব মিশিংদন অমা মযুমকৈ লৈজদবা (refugee) মীওই ওইহনখি; মশানা থাংবা ভমদুন চংচখিনবা, আরবশিংগী মংক্তা ওং-লৈবা, অমদি মীহাং মীপুনগী থবক অথিংবা লৈতনা হেনগং-লকখি। ১৯৪৮ দা বৃটিশকী লাম্বী লোথোকখিদগী পালেষ্টাইনগী অয়াম্ব শক্তি জিউশিংগী স সন মথাদা লৈখি।

এপ্রিল, ১৯৪৮ দগী দি জিউশিং অসিনা ভমগীরনা মীহাং-মীপুনগী থবক হৌরকই। থেংনবা আরব খুদিংমক হাংতোক্লমই। মীকুংশি য়াথেজ্রদা মীহাং; লুট অমসুং ওংপা লৈবা পুন্নমক অসিনা থাংবা ভুম্নদুনা মশী লাবত্নদ্রবা আরবশিংনা মযুম থাদোক্লনা চেন্নখি। ন কল অসিংক্ৰী ওইন হৈউ, এমনা রাস্তাই-বা থারকখিবা Counl Folke Bernadotte না হায়খিবা নিংশিংবা য়াই। "The exodus of the Palestinian Arabs resulted from panic created by fighting in their communities by rumours, cerceining real or alleged acts of terrorism, or expulsion These have been numeroun reports frem reliable source of large scale looting pillaging, plundering and of instances of destruction of villages without apparent military necersitis" (U.N document A 648 general assembly, suppl. No. 11)

## D—9 খুদোং থিরবা মিদল ইহুদী থৌদোক কনাগী দা মিৎয়েং

মে ১৪, ১৯৪৮ দা বৃটিশনা পালেষ্টাইন্দা লৈরম্বা আধিকার অদু থাদোকখি; মোয়নন্না মুমৈং অ'সিবক্তদা পালেষ্টাইন্দা জিউশিংগী ষ্টেট অমা শেমগে হায়না লাউথোকখি। ইউ. এস. বৃটেন অমসুং অতৈ লৈবাক খরনা খুদক্তা শক্থ লে হায়না লাউথোকখি চংথরিবা লান অসিনা আরবকী লম অয়াম্বা লৌশিনখি; মোয়নন্না মীচং ওইরম্বা Transjordan অমসুং ইজিপ্ত ফাওবা পালেষ্টাইন্দগী লম স্কোয়ার কিলোমিটর ৩,৫০০ অমসুং ২৫৮ লৌশিনখি অমুম তৌদুনা পালেষ্টাইনগী শরুক $\frac{1}{5}$ দি জিউশিংগী শরুক ওইখি। মতুংদদি পালেষ্টাইনগী আরবশিংগী লৈবাক অদু মাংখিরগা তৌখ্রে।

ইউ, এনগী রাবেপ মতুংইন্না পালেষ্টাইনগী দিফুঙ্গাশিং মখোযগী লমদ অমুক হন্জিনহন্নু হায়বস Israel কৌবুনা শুকয় য়াখিদে। রাকম অ'সিদগীনি ওসি ফাওবদা লানফম অসি অমুম চংথরক্লবা মরক অসিদা বৃটেন অমসুং আমেরিকানা ইজরেলদা লৌশিল্লিবা লম পুন্নমক অমতা থাদোক্লোইদবনি হায়খি। অসিগুম্বা লানফম অসিদা মজাতি অমবু তুম্না হাংলক্লবা ফাওবদা আরব লৈবাক অয়াম্বনা পালেষ্টাইন্দা তেংবাং ইপী পীদ্রি মখোয মশেল অমগা অমগা য়ানদনবস্থ ইম্পিরিয়েলিষ্ট কাংবু অসিনা কন্না হোৎনরি। অদুবু ওসিদি Yassar Arafat কী লমজিং মখাদা Palestinian Liberation Organisation (P.L O.) না লিংহন্নবা লৈতনা লানফম অসি চংথরি। সংস্থা অসি মে ২৮, ১৯৬৪ দা শেমখিবনি। মখোয়গী দাবিদি মখোয়গী ময়ুম অমসুং মরমদম (হাউস কেন্দ) পীয়ু হায়বসিনি।

২ শুবা পৃথিবীগী লান্থাওদা পীজিন্নখিব খুংলায়শিংদগী হেন্না তনথীরবা কয়া আমেরিকা, বৃটেন, নোংচুপ জর্মনি, খ-আফ্রিকানচিংবা লৈবাকশিংনা পীশিন্দুনা আরবশিংবু তনথীরবা মওংদা

ভাক্তোবকদি ইউ, এন, অমসুং মসিগী তেঙ্গানবা শথা কয়ানা মিটিং ১৫০০রক ফমদুনা য়াবেপ ২০০ হেন্না লৌছুনা ইজরেলদা য়াথিং কয়া পীরব ফাওবদা হনবা লৈত্রি। ওসিদি য়াসর অরাফটনা লুচিং-লিবা P.L.O. অসি পৃথিবীগী মচি মযা খুদিংমগী তেংবাং পীনরক্কে; লোযননা শক্তি হেন্না লৈবক্কে অসিগুম্ব ফিভম অসি উবদা ইজরেলনা Operation Exteimination হায়বদি তুন্না মপান মউ ফুক্কুনা মাংহন্নবা লাও অমা জুন ৬, ১৯৮২ দা থাংলেবানন্দ পি, এল, ও, গী মথক্ক হৌখি। মসী লাকচমদ্রবা মীওই কয়া, মুসী-অচাং যাওনা লৈতক্কা হাংখি। মসিগীদমক পৃথিবীগী মফম অয়াম-বদগী ইজরেলবু নিংদা তৌনখি অমসুং লেবানন্দা অগুম্বা তেংবাং পীনখি ভারত সরকারনা হিদাক লাংথাক্কা লোয়নবা ডাক্তর অহে-অশি কবু অমা নোংচুপ বৈবটকীদমক থাখি অদুবু ইজরেলনা চাহনখিদে। অল ইন্দিয়া পিস এন্দ সোলিদরিটি ওর্গানাইজেসন না হিদাক লাংডাক থরগা লুপা ২০০,০০০ কা পি, এল, ওদা থাখি। অসিগুম্বা পালেষ্টাইনগী আরবশিংগী দাবী অসি ইউ, এনগী জেনেরেল এসেম্ব্লীন ডিসেম্বর ৬, ১৯৭০ দা অচুম্বনি হায়না য়াথ্রবনি। অদুগা নবেম্বর ২২, ১৯৭৪ দনা পালেষ্টাইনগী আরবশিংনা মযুম লমনমদ হক্তিনগে হায়বগী আধিকার অসি চুমই হায়নস্সু য়াথ্রবনি; লোয়নন পি, এল, ওগী মীহুং অমা Permament Observer ওইনা ইউ, এনদা লৈহনবস্সু য়াথ্রবনি।

অমসুম তৌহুনা ৩ শুব লাঞ্জাওগী চপচাবা থৌরাং অদু হৌজিক হৌজিক মিদল ইষ্ট তা লৈরে। নাকল অমরোমদা সোভিয়েত ইউ-নিয়ন্না ইউ, এন, ১মসুং মাগী খোংলোই নাতো লৈবাকশিংনা চংশিল-লক্লিবা খোংথাং অসিগা ম মনা আরবশিংগী মায়কৈদা চংশিল্লক্লবা তারবদি পৃথিবীগী ৩ শুবা লাঞ্জাও হৌরক্লমগনবনি। লাইবক ফবদগী

ওসি ফাওবদদি য়াম্না অথাং কনবগা লোয়ননা সোভিয়েত ইউনিয়ন্না চেকশিনবা খোংথাং অমদ চংলি। লোয়ননা নাকল অনিংক য়ান-বগী থাক্তা পুরক্কবা থন্নবা চৌনন্নবা প্রস্তাব কয়া মথং মথং পীদুনা লাক্লি।

## তরুককুবা পন্দুপ

## "এশিয়াগী অৱাং-নোংপোক্তা করি থোকলি?"

## (Dangers in North-East of Asia, Far-East)

এশিয়াগী অৱাং নোংপোক্তা লৈরিবা পৃথিবীদা শান্তি কায়হল-লকপা য়াবা খুদো থীরবা মফমশিংগী মনুংদ কোরিয়া অমস্থুং ইন্দো-চিনাগী থৌদোকশিং অসিনা মরু ওইবনি।

পৃথিবীগী ১বা অমস্থুং ২শুবা লানথোকপগী মমাংদগী চৌনা জাপান মচাশিংসি লম্নীগী শক্তি শীঙিন্নহন্না মায়পাকপ শন্দোকপগী নীতিদা থাজবনাই অমস্থুং থবক ওইনা চংশিল্লকই। মরম অসিদগী তুংগী লানগী মিংয়োংদগী অমদি মরাং কায়রবা থোনিগী পোৎথোক কয়া মীহাৎপদগী কোরিয়াদা লৈরিবা জাপান মচশিংবু ঙাকপি শেংবীগদৌরিবনি হায়বগী নামদা ১৯০৪দা জাপান্না কোরিয়াদা লানদখি। মদুদগী হৈরক্তুনা কোরিয়া অসি মীথা পোন্নবা লোইনম ওইনা ওইখি। মরক অসিন কোরিয়াগী মীয়াম্না নিংতম্নবগী হোৎনবা অন্দোলনতা অমুক মপাঙ্গল কনখৎলকপা মতমদনা ২শুবা লান্থোকপদা রুসিয়া, আমে-রিকা অমস্থুং বৃটেনগী মথুক্তা জাপান্না মায়থীবা ফংখিবগা লোয়ননা চহি কয়া মীনাই ওইরুরবা কোরিয়া অক্টোবর ১৪, ১৯৪৫দা অমুক হন্না নিংতম্বা ফংখি। অদুবু নমকসু নিতমখ্রিবসি অৱাং কোরিয়াদনি হায়রবা ওই।

২ শুবা লাল্লাও লোইরবা মতুংদা থা কোরিয়াদা লৈবা জাপানগী লাল্মীশিংদগী ঙাকপি শেনবীগদৌরিবনি হায়জিন্দুনা ইউ, এসনা থা-কোরিয়াদা চংশনখিবসি সেপ্তেম্বর ৮, ১৯৪৫ দনি। থংনা-চৈনবা থাওনা য়াম্না লম্যবা মওংদা থা-কোরিয়া অসিবু ইউ. এসকী লোইশঙ অমা ওইহল্লবগীদমক হাল্লনা জাপান মচাশিংনা চংথরম্বা শাসন মওং অদুদা অদুম চংসমই। মতাং অসিনা থা কোরিয়াদা চংশিনখ্রিবা লাল্মীগী লুচিংবা কম্যান্দর John Hodge না মশানা য়াথ্রবা ৱাফম অমা নিংশিংবা য়াই : I am using Japanese ruling machines because at present it is a most effective way of management." (People's World, April 19, 1945) মরম অদুনা সেপ্তেম্বর ২ ১৯৪৫ দা John Hodge না লাউথোকখি মতুংদি থা কোরিয়াগী মীয়াম্না পামজ্রবসু পামদনা ইম্পিরিয়েলিষ্ট জাপানগী শাসন অসি ইনগদবনি।

মরক অসিনা প্রশান্ত মহাসাগরদা (Pacific Ocean) লৈরিবা ইউ, এসকী লাল্মীগী মখোক (কম্যান্দর ইন-চিফ) Mac Arthur না হুকুম অমা লাউথোকখি মতুংদি "থা কোরিয়াদা লাল্মীগী শাসন (মিলিটারি এদমিনিষ্ট্রেসন) ১ লৈরে, থা-কোরিয়াগী মীয়াম্না অয়েংবা অমতা তৌদনা শাসন অসিগী য়াথং ইংগদবনি" অসিনি। লাউথোকখ্রিবা হুকুম অদুবু "Mac Arthur Proclamation" হায়না খঙৈ মদুদা অস্রুম ইরি : "Proclamation No. l; ......By virtue of the authority vested in me as Commander-in chief, united states Army Forces, Pacific, I hereby establish military control over Korea south of 38 degree north latitude and the people thereof." "Territory of Korea south of

38 degree north latitude and the p ople thereof will obey promptly all my orders and orders issued under my authority." "প্রশান্ত মহাসাগরদা লৈবা আমেরিকাগী লান্মীগী লুচিংবা অমা ওইনা ঐহাক্না, পীরিব শক্তি অসিগী মতুংইন্না, অরাংথংবা লেটিচুদ ডিগ্রী ৩৮ দগী হৌনা খা-পাংবা কোরিয়া পুম্নমক্কা লৈরিবা লম অমসুং মীয়াম পুম্নমকপু থুংনা চম্বা লান্মীগী সাসন অমা এহাক্না হিংংগদে।" "অরাংথংবা লেটিচুদ ডিগ্রী ৩৮ দগী মথারোংদা লৈবা কোরিয়াগী লম অমসুং মীয়াম পুম্নমক্না এহাক্কী হুকুম পুম্নমক অমদি এহাক্কী মিংদ থোংকপা হুকুম পুম্নমক অপনবা লৈতনা ইনগদবনি।"

'Proclametion" No 2 stated that any person who did any act of violation of "prcc'ation" No. 1, should suffer 'death or other heavy punish-ment' upen conviction by military occupation court." (Collection of proclamation by the Mili-tary Administration, 1947 ed p 1)

অনিংবা হুকুমদা মথং তারি মদুদি অহানবা হুকু ইন্দা মীওই থুদিংমক্না 'শিবা' নত্রগা শিবগা মান্নবা 'অকন্বা দন্দি' ফংগনি। হুকুমশিং অসিগী মতুংইন্না সেপ্তেম্বর ১১, ১৯৪৫ দগী হৌনা খা-কোরিয়াদা ইউ, এসকী লান্মীগী সাসন থমখি। অসুম তৌদুনা জমথীরনা জাপানগী লান্মীগী মথুংগী লৌথোকপগা হেন্না তংথী বা ইউ, এসকী খুত্থমদা অমুকহন্না খা-কোরিয়াগী মীয়াম পুম্নমক মথাংগী অধিকার ফংদনা ঙসি ফাওব লৈরবনি।

খা-কোরিয়াদা ইউ, এসকী ইহান হনবা মিলিটরী গোভর্নর ওইখিবা Arnold না হায়খি : " I myself Military

Governor Arnold, is holding the powers and rights exercised by the Korean governor general. Then he declared : There exists only one government in Korea south of 38 degree north latitude and it is the military government established on the basis of the proclamation of Mac Arthur, general order of Hodges and civil administration orders of the military government ...... It monopolizes domination and authority in all arpects of politics ' (South Korean newspaper 'Maeil Sinbo', Sept. 16, 1945, People's World.' Jan. 5, 1946)

"মিলিটরীগী গভর্ণর অর্নোল্ড ইশামক্ক হান্নগী গভর্ণর জেনেরেলনা পায়রম্বা শক্তি পুম্নমক পাইরে ; অমুক্তং মগাক্ক মথা তাখি : অরাংথংবা লেতিচুদ ডিগ্রী ৩৮ গী মথাংদা কোরিয়াগী লম পুম্নমক্কী শাসন অমতমক লৈরে ; অদুগুম্বা শাসন অদু Mac Arthur গী হুকুম, কম্যান্ডর John Hodge গী য়াথং, অমসুং মিলিটরী সরকারগী অসিদগী থোকখিবা হুকুম নতুইন্না শেমখিবা শাসন অদুনা ওইগদবনি···· । রাজনীতিগী ওইবা শীরম খুদিংমক্কী শাসন অসিগী অমতা ডাইরবা মপু অমসুং মকোক থোংবা শক্তি ওইরে ।'

অমুম তৌদুনা জাপানীজ মিলিটরীজম-বু তেক তাম্মোকখিবগী মীয়ামগী অপাম্বা য়াথংগী ওন্থ-তৈনবদা হুং কোইনগী ওইনা কোরিয়াবু অনিথোক্না থায়দোক্লবা থোরাংখি। রাজনীতিগী তোডান-তে ওংনবা দল কয়া, ট্রেড ইউনিয়ন সংস্থান কয়া, কুমীন্টনগী সংস্থান কয়া, অমদি শু নোম্মিন্না মীওইশিংগী সংস্থান কয়ানা থোরা অসিগী

মায়োক্তা লেপখি অমসুং কোরিয়াবু মচেৎ তাইনদনবা অমদি মনিং তম্নবা অবনবা প্রতিবাদ কয়া তৌনখি অমসুং ওসিকাওবদা চংথখি। অসিগুম্বা মীয়ামগী ঈহৌ থুদি মকপু মীহু শ অমতা য়াওদনা লান-মীগী শক্তিনা নমথখি ; লেইনবা মথৌনা ফরবা মৈবাক হুংশিবা মীওই কয়া কযাবু মীহুংশি যাওক্নবা ত থীরম মীয়াংনা হাংখি। মী লাক্ত অমি খররহেন্না চৈজায় (চেজু Cheju Island) ঈগংতা হৈরকপা নিংতম অন্দোলনদ হুসী-অত্ত থাক্তন মী লিশী হুমফুতরা (৭০,০০০) হেন্না হাংখি, মখোক অহুমক্তন ঈগংদ অহু "ঈগী সমুদ্র" ওইনা উখি।

অসুম্না মীয়াম্না হৈরকপা ঈহৌ অসিন মোমখোংমগী মপাঙ্গল মনথংলকপা অসি পেনবা ওয়ুকবদগী হাকথোংনা থুহুম চনবা অসি তোক্তুনা না-কোইননা খুহুম চন্নবা হেন্না তুক্কচনি ওই ওইরবা খোংনাং অমা পুথোরকখি। খোরাং অহুনা মখোয়গী (ইউ, এসকী) মথু তগী শক্তি অহু মীয়ামগী মথুংতা শিন্নরগনি অহুগা মখোয়না কো বয়া থাদোক্লগনি হায়না মীয়াদা শেয়ান্নন উহনখি। থেরুং অসিনীদমক কোরিয়াগী মীয়াম প্রজাগী অমতা ওইরবা য়ানিদবা মোত অহুগী মায়োক্তা লাম্মীগী শক্তিনা নফম মে ১০, ১৯৪৮ দ থা কোরিয়া-তগী ওইবা মীথল অমা পাংথোকখি মীথল অহুদা চহি নিফু চুপ্না ইউ, এসকী লেপ্লাও প য়বশিংনা শেনগংচরক্কবা অমদি মখোয়না হায়বতা ইন্দুনা লৈবক্তবা অহুগা কোরিয়া প্রজাগীদি বিশ্বাসঘাতক ওইরিব Syngman Rhee বু নফম মীথলদা কাইনখি ; লোয়-ননা Syngman Rhee না লুচিংবা লইফমদিবীওম্বা কান্নত্রবা সাসন অমা লিংথংখি। অসুম তৌহুনা পৃথিবীগী অতোপ্পা মীয়ামগী মমাংদা কোরিয়া মনি তম্বা ফংগ্রে অমসুং মীয়াম্না য়াহুনা মীথলদা কারকপা মীহুংনা সাসন তৌগ্রবা মনিংতম্বা লৈবাক অমা ওইগ্রে

হায়না উৎননবা হোৎনরি। তৌবনি মীখল অদু মীযাম্না হাখিদে, নো মৈ মতোন উৎলগা পা থোকহনখিবা মীখলনি। মসিগা মরী লৈননা জেমস রোপর. ইউ পি কোরেসপোন্দেন্টনা মীখল অদু য়েংলুরবা মতুংদা হায়খি: "The atmospheic of election resembled that of a city under martial law." অদুগা কোরিয়াগী মতাংদা ফমখিবা ইউ, এন, কম্মিসন মীহুৎ অমনা হায়খি: "in south Korea no air of free election pregated' শন্না হায়রবদা ম ১০, ১৯৪৮ দা কোরিয়াদা পাংথোকখিবা মীখল অসি মীয়াম্না যাবা, নিযম চুম্না পা থোকখিবা মীখল নত্তে।

মরক অসিদা অসিগুম্বা মীখল অসিন কাবকখিবা মীহুৎ ৭০ গী মতুংদা ১০ না কোরিয়াবু অৱাং অমসুং খা হায়না থায়দোকখিবা অসিগী মায়োক্তা প্রতিবাদ তৌরকনবগীদমক জেলদা খমজিনখি। কোরিয়াগী মীযাম্না শেনখিবা ডিমোক্রেটিক পিপল্স রিপব্লিক ওফ কোরিয়া। (D P R K) হায়বা পার্টি অসিনা অৱং কোরিয়াদা সসন তৌবকখি। মসিগী লুচি বনা কিম ইল সাংনা (Kim II Sang) না ওইরকখি মহাক্কীনা লমজিং মথাদ অৱাং কোরিয়ান ইরন থুদিংদা চাওখং খো থং পুবকপা অসিনা খাং-কোরিয়াগী মীয়ামদা কাওহনলকদবা রাখল অদু উবনগী ইউ এসকী খুদুংদা লৈরবা খা কোরিয়ানা লাম্নীগী শক্তি শিজিনহনবা অৱং কোরিয়াগী ডি: পি: আর: কে: গী সাসন অসিবু থুগাইনবা হোৎনখি। থেৱং অসিগীদমক চহি ৭ চংনা লান শেংক্তখি; মতুদ সহর, খুঙ্গং, কোল কারখানা পুম্নমক তুম্না মাং-তাকহনখি; মীওই লাক্ষ নিফুমগুংনা অশোক অপন কথা নংলবা ফাওবদা নিংহন্নবা লৈতনা মবৈরাক নিতম্বা ভাকনবা লান থেংনবদগী অৱাং কোরিয়াবু মায়থীবা পীবা ভমদনা ইউ, এসনা হনদোকখি। অদুবু ডসি ফাওবদা অরোনবা অমদি অফোংবা থৌবাং বয়ানা অৱাং কোরিয়াগী সাসন থুগাইনবা হোৎনবদি লেপত্রি।

মরক অসিদা ডীঃ পীঃ আরঃ কেগী নেস্নেল এসেমরীনা ইউ, এস, অমস্তুং ইউ, এস, এম, আরদা মখোয়-মখোয়গী লান্মী পুন্নমক মতম অমতদা কোরিয়াদগী লৌথোকপিত্রে হায়না হায়জখি। সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী দি চহি অসিগী লোইরমদাইদা মখোয়দগী লান্মী লৌথোকপা লোইখি ; অদুগা ইউ, এসকীদি ডসিকাওবদা অদুম লৈরি। অদুম ওইনমক খা-কোরিয়াগী মচুংদা বাজনীতিগী অমদি অতৈ সংস্থান কয়া শেমদুনা অরাং অমস্তুং খা কোরিয় অনি পুনশিন নবা হোৎনরকখি। ১৯৫৫ দ মীয়ামগী ওইবা প্রোগ্রেসিভ পার্টি অমা লিংথংখি। পার্টি অসিনা নোংম-নোংমগী শকতা হেনগংলকপা উবদা ইউ, এসনা খাংবা ডমখিদে ; অদুন মখোয়না থুজিল থৌরাং তৌরগা প্রোগ্রেসিভ পার্টিগী লুচিংবা হাংজকহনখি লোয়নবা অতৈ মীওই কয়া ফাজিন্দুনা অয়া অন কয়া পীখি অমস্তুং নমদুনা জানুয়ারি ১৯৫৮ দা পার্টি অসিবু মুথংহনখি।

অদুমদি ওইরগা মীয়ামগী থম্মোয়দা লৈরিবা কায়নখ্রবা মপা-মচা, মচিন-মনাও, মরূপ মপাং পুম্নমক অদুবু তিন্না তোংননিংবগী রাথল অদুবুদি কোকহনবা ডমদবনিনা মীয়ামগী অপুনবা শক্তিনা অমুকহন্না হৌরকনা থা ১৭ কী মতুংদা হায়বদি এপ্রিল ১৯৬০ দা প্রেসিদেন্ট Syangmon Rhee গী ডপন সাসন অদু থুগাইখি অমস্তুং সোসিয়েলিষ্ট মাস পার্টি (Socialist Mass Party) লিংখৎখি। অদুবু ইকুই কুইদনা মে ১৬, ১৯৬০ দা ইউ, এসকী লান্মী শক্তিনা কু (military coup) তৌদুনা হায়বদি লান্মীগী নফম সসন তৌদুনা মীয়ামগী ওইবা সংস্থান পুম্নমক লোয়না মুথৎখি। মিলিটরী লালহৌ অসিগী লুচিংবা ওইখিবা Park Jung Hi (কনাগুম্বনা Park Chung Hee হায়নসু ইনৈ) ন ওইখি। নিংহন্নগা লৈত্রবা মীয়াম্না মরৈবাক্কীদমক অর অনঃ, অশী-অনা কয়া থাদোকখ্রবা রিভোলুসন্নরি পার্টি শেমদুনা অরাং কোরিয়াগা পুনশিন্নরুবা লেপ্তুনা হোৎনরক্লি।

মীয়ামগী অসিগুম্বা শক্তি অসিনা নোংম-নোংমগী মপাঙ্গল কনথংলকপা উবদগী প্রেসিদেন্ট পাক জুং হিনা মীরৈবাক্কী তেংবাং

য়াওগ্রবদি মীয়াম্বু নমথবা ওয়রোই নিংদুনা হান্নগী মতৌগুম্না খা-কোরিয়াদ জাপান্না চংশিল্লক্লবগী খুদোংচাবা পীখি। মসিদি হাকজখদা খুং থাজিনবা হায়বতুনি। Sato না জাপানগী প্রাইম মিনিষ্টর ওইরিবৈদগী হৌনা কোরিয়াদা খুং থিংজিনগনি হায়না ফোংনা লাউথোকখ্রবনি। থোৌরাং অসিদা ইউ, এস নম্বু জাপানীজ মিলিটরী জন শন্দোকপদা তেংবাংখি। মসিগী ফলনা ১৯৭৩ দদি জাপান্না কোরিয়াদা থাজিল্লিবা শক্তি পুম্নমক অসি ইউ, এসতগী ফাওবা হেনখি। ইন্দো চিনাগী লানকনদা ভিয়েটনামগী মায়োক্তা শোক্লনবা ইউ, এসকী পুংনেক ওইনা কোরিয়াগী লান্মী কয়ামরুম থাখি, মতুগী-দমক পাক সরকারনা দোল্লর ১০,০০০,০০০০০০ ইউ, এসতগী ফংখি। ইউ, এসনা শক্তি লৈরবা অনৌ অনৌবা পুংলাই কয়া পীশিন্দুনা Hi গী মিলিটরী ডিক্টেটর শিং অসিগী মায়োক্তা হৌরকপা রাজনীতিগী দল পুম্নমক, ছাত্র নহারোল কয়া, লাইরিক হৈবা মীওই কয়া, জর্নেলিষ্ট কয়া, ধর্মগী সংস্থান কয়া কয়াম্বু ফাংগ হাংতোকপা, জেলদা থমজিনবা অমদি মথল কয়াগী ওং-নৈবগী থবক চংথখি।

মতুংদা পাক জুং হি বু মাগী নকুম মীওইনা কাপতনা হাংখি। থোৌরাং অসি খা-কোরিয়াদা লৈবা ইউ, এসকী এজেন্সিনা শিনবনি অমসুং Chon Du Hwan বু শুপম সাসন অসিগী প্রসিদেন্ত ওইহনখি; লোয়নননা মরৈবাক নিংতম্নবগী হৌরকপা লালহৌ খুদিংমকপু থুংলায়গী মতেংনা নমথবা ওয়রব, মতিকচাবা থুংলায়গ কোয়নলান্মী লিপী কয়া পীরক্লবা প্রস্তাব তৌখি। তশেংবদি খা কোরিয়াদা 'নেস্নেল এসেমব্লী' লৈ, 'গোভর্নমেন্ত' লৈ, 'রাজনীতিগী পার্টি' লৈ। তৌবদদি পুম্ননক অসি মিংত ওইনা লৈবনি। মিংতগী ওইবা সংস্থান পুম্নমক অসিগী মরুম থুপ্লগা লান্মীগী শক্তিদনা খা কোরিয়া অসি খুজুম চল্লিবনি। মতং অসিদা প্রসিদেন্ত Chon Du Hwan না

হায়থিবা অমা নিংশিংবা য়াই : "The politics of south Korea has been controlled by the united states" মহাক্না অমুকম্তু মথা তাথি মতুদি মহাক্না চলাইরিবা সাসন অসি "according to the instructions of the American advisors" নি হায়বদি আমেরিকাগী অহৈ অশিনা পীরকপা পাওতাক মতুং ইন্ননি। মসিনা তাকপদি খ. কোরিয়াদ মনাংডৈদা নত্রগা হৌজিক সাসন তৌরিবশি সি অতৈ কনাম্তু নত্তে, ইম্প রয়েলিষ্ট আমেরিকানি। অহুবু ১৯৭৫ গী ইউ. এনগী ৩০ শুবা মীফমদা য়ান্‌-খিবা রারেপকী মতুংইন্না মীরৈবাক্কী লাম্মী পুন্নংক কো রয়াদগী লৌথোকখ্রগদবনি। ওসি ফাওবদদি ইউ. এসনা মথোযগী লাম্মী অমতা লৌথোক্ত্রি। কোরিয়াগী মীযাম্না হৌবকপা নিংতম্ননগী অমদি পুনশিন্নবগী ঈহৌ অসিনা নো ম-.না মগী মায় পাকপ হঞ্জিন্নকপা অসিদা মীয়ামগী রাথল ওন্ন তৈনবা মায়কৈদা চিংখোক্লুব হোংনরি মসিগীদমক অরাং কোরিয়ানা খা কোরিয়াদা লংন্দারবরপগী তবিবা লৈরে হায়ত্তুনা খা কোরিযাদা '.ষ্টট ওফ ইমরজেন্সি' (state of emergency) লাউথোকখি।

লাম্মী মিলিয়ন অনি থাজিন্দুনা চহি কুন চুপ্পা পোক্লখিবা ইন্দো-চিনাগী লানফমদা মায়থীরহুনা আগষ্ট ১৯৫৭ তা ইউ এসনা ভিয়েট নামগী লানফমদগী মরমদম আমেরিকাদা হনখি। ইউ, এসনা শাবা ওমথীরবা থুংলাই কয়াগী চাংয়েংনা নিংতম্বগী লানফমদা মৎর ই কখোকপা পামুখিরবা ইন্দোচিনাগী সহিদ কয়াবু মায়থীবা পীবা ওমখিদে। ভিয়েৎনামমদগী হল্লকপা মতুং ইকুই কুইদনা ১৯৭৬ তগী জাপান অমসুং খা কোরিয়াপা পুংশম্নহুনা মাংখ্রবা ভিয়েৎনামগী মহুৎ শিন্নবা অথুবা থৌরাং কপ্পা পায়থৎপা হৌখি। থৌরাং অসিগী মথাদা খা কোরিয়াবু U Sকী 'forward difense zone' ওইরে হায়না

লাউগোকখি। থৌরাংশিং অসি অমুম অমুম চংথরকপনা ওসিদি "Team spirit '83" হায়রগা লৈবাক অহুম অসিনা পুন্না পায়খৎ শিন্নরিবা লান্দাশিন্নবগী থৌরাং অহুবু হেক্তা খঙনরে।

ইউ, এস, অমসুং খা-কোরিয়া লৈবাক অনিনা লানগী থ্বাইদগী হেন্না শেম শাগংখিবসি ১৯৮৩ গী ফেব্রুয়ারিদগী এপ্রিল কাওবগী মতুংদনি। মতুং অসিদা আমেরিকাগী অমদি Hawai, Japan, Guam অমসুং Philippine লৈবাকশিং দা লৈবা মিলিটরী বেজশিংদগী লাম্মী লাক্ক অনিয়ম: টেঙ্ক, হেলিকোপ্টর, বোম্বর, ফাইটর F III, F-16 A 10, B-52 অমসুং নিউক্লিয়ার শক্তি লৈরবা জহাজ কয়া কোরিয়াদ পৈশিন্দুনা থমখ্রে। য়াম্না শম্না হায়রবদা তৌজিককাওবদা খা কোরিয়াদা পৈশিন্দুনা থম্মিবা মাও তাব হনবা ওম্বগী শক্তি অসি হিরোশিমা লিনীং অমদগী হেল্লি। মমাং চহিশিংদা তৌখিবগুম্না তৌজিক চংথম্মিবা থৌরাংশিং অসিগী পান্দমদি ডেমোক্রেটিক পিপলস রিপব্লিক ওফ কোরিয়াগী (অরাং কোরিয়াগী) মথক্তা লান তাশিনবনি। অহুগা খা কোরিয়াগী লাম্মী লাক্ক তরেৎ (৭০০,০০০) অসিগী হুকুমসু ইউ, এসকী লাম্মীনা তৌই মসি হান্নগী য়ান চে অমসুং চুক্তি কয়াগী মতুংইন্ননি।

অমুম তৌহুনা অয়াং কোরিয়াদা মীয়ামগী ওংতানা লেম্মরিবা পুক্নিবু পুংজা খুদিংমক্তা থুগাইনবগী খুদোংথীবা লৈরকপদগী প্রেসিডেন্ট কিম II শাংনা মহাকী লাম্মীবু লান শোক্লবা থর হৌপ্রবগী ফিভমদা (sein—war state of alerf) থমই। মসি মশা তাকথোক্লবা মরমদম কমথা অমদি মজাতিগী নিংতম্বা ওাক্লবা থৌরাংনি। এউ, এসকী আর্মীগী মকোক জেনেরেল Meyer, আর্মী চিফ ওফ ষ্টাফ না অরাম্বা নোংপোক (ফার-ইষ্ট) য়েংবগী থোঙচন্তা জানুয়ারি ২২ দা SEOL দা পাওমীশিংদা হায়খি: কোরিয়াদা মরকায় হেক লৈবগা

নিউক্লিয়ার খুৎলায় শীজিন্নগনি। ইউ, এস, জাপান অমসুং সাউথ কোরিয়াগী মরক্তা লৈনরিব য়াম্না নকপা মরী অদু পল্লহনা জেনেরেল অসিনা হায়খি : বাক্তো লৈবাকশিংদদি নিউক্লিয়ার খুৎলায় শীজিন-নবদা লৈবাকশিং অদুগী অয়াবা চংই ; কোরিয়াদদি মদু চংদে. অদুনা কোরিয়াদা নিউক্লিয়ার খুৎলায় শীজিন্নবদা য়াম্না হেন্না লায়হল্লি। সরকারগী ওইব থোওচত্তা চংখিবা মীওইশিংগী মনু দা জেনেরেল Meyers না অহানবনি, অদুগা নিউক্লিয়ার খুৎলায় শীজিন্নগনি হায়না ইফোং ফোংনা লাউথোক্লম্মু মহাক্না অহানবনি।

কোরিয়াদা নিউক্লিয়ার খুৎলায় শীজিন্নবদা হেন্না লায়হনবগী অতোপ্পা মরম থরদংগা য়েংশিনবা যাই (১) ইউরোপ্তদি নাকল অনিমক্তা নিউক্লিয়ার শক্তি লৈনে কোরিয়াদদি DPRK গীদি নিউক্লিয়ার শক্তি লৈতে। (২) হোম্বিবা পৃথিবীগী লাপ্পা ও অনিদগী থেংনখিবা লৌশিংনা ইউরোপকী মঁয়াম পুন্নক অসি নিউক্লিয়ার খুৎলায়না মাং তাকহনবসি ভাব তানরে, অদুগা রাজনীতিগী থক য়াম্না রাংবনিনা মীয়াম্না মসিগী মায়োক্তা হোবা ডমই ; থ কোরিয়াদদি গণতন্ত্র অসি মুথংপিগ্রবনিনা মীয়ামগী ভাব তানব অসি য়াম্না রাংলি। (৩) ইউরোপ্ত রাজনীতিগী ওইরিবা অবস্থা অসি যাম্না ঈ না মরাতপ্প লৈ, থা কোরিয়াদ দি হৌজিক লৈরিব লাম্নগী শক্তি অসি মরা চেত্তে। (৪) ইউরোপ্তদি লান তৌনবনবা নোংপোক নোংচুপ রারী শানরি, কোরিয়াদদি রারী শাননা মায় পাকপা য়াবগী তাঞ্জা অদু লৈতে, মরক লান তাইচাক লেপ্পবগী নৎং নত্তনা শান্তি থম্নবা চুক্তি সহী তৌনবা য়ানাদ। (৫) রার্শো কাংদুপ্পা লানগী থোওলোই লৈতবনিনা অপাম্বা মরিকৈদা লান্দাশিনবগী খুদো চাবা হেন্না লৈ।

চিনা, জাপান অমসুং সোভিয়েৎ ইউনিয়নচিংবা লৈবাক থহবু খুহুম চন্নবা থৌরাংদা ভিয়েটনাম অসি ইউ, এসকী য়াম্না খুদোংচাজরবা

মকম অমা ওইরম্বনি। অহুনা ভিয়েটনাম মাঙখিদ্রবী শান্দম থর-সিন্নীদমক্তা খা কোরিয়াগী কাম্নবা অসি থংহেন.হেন্নাংলকখি। মরমদি ইউরোপ্তা সোভিয়েট ইউনিয়ন্‌ লান্দাগে হায়রবদি নোংপোক ইউরোপকী লৈবাকশিংবু হান্না লান্দাবা ভাবনি, হৌজিক্কি জাপান নত্রগা খা কোরিয়াদগী হাকথেংননা সোভিয়েট ইউনিয়ন্দা লান্দাবগী থুদোংচাবা কংলে ।

জাপান্দা লৈরিবা এউ, এসকী বেজশিং অসি ইউ, এস, সরকারনা থাখিবা অথন্নবা ল'ম্মী লিশীং য়াংথৈমাথোইনা (৫১,০০০) শিল্লি। নিউক্লিয়ারগী থুংলায় পুন্নমক Iwakuni Marine Air station দা থমই হায়না থাজনৈ। নিউট্রেন রোম থাদবদা শীজিন্নরিবা Lauce Missile ময়াম অমা জাপানগী য়োকোবা বেজ ফাওহুনা খা-কোরিয়াদ' নোংথক লম্বীদা পুশিনখিবসি ১৯৭৮ দগী হৌখ্রবনি। তশেংননক খা কোরিয়াদা লৈরিবা লানগী প্লেন অমস্থুং জহাজশিং অ স নাটে সেবাক অমদা লৈবা অমস্থুং জাপান্দা লৈবদগী ফাওনা হেন্নবনি।

ঈ.শি', ক ফাল অমস্থুং নোংথক য়াওনা ইউ, এসকী অ:ত্তাপ-অতোপ্পা লৈবাক্তা লৈরিবা লাম্মী অসি লাক্ষ মঙা, লিশীং নিফুনি (২,৫০,০০০)। মসিগী মন্থুংদা অরাপ্পা নোংপোক লমদমদা লৈরিবসি লাক্ষ অমা, লিশীং নিফুতরেং (১,৪৭,০০০) নি। মসিনা খা-কোরি-য়াগী হান্না লৈজরিবা ল ম্মী লাক্ষ তরেং (৭০০,০০০) অহুবুস্থ কন্থোল তোং। শন্না হায়রবদ খা-কোরিয়া পুন্নমক অসি ইউ. এসকীদমক খ্বাইদগী হেন্না ফরবা শেম শাফম অমা ওইরে। (ফার্স্ট ক্লাস মিলিটরী বেজ) মতাং অসিদা হান্নগী প্রসিদেন্ত পাক জুং হি না হায়খিবা অমা নিংশিংবা য়াই : “thanks to the God for enabling America to lead south Korea” “খা-কোরিয়া অসি

আমেরিকানা লুচিংহনবীবা অসিগীদমক ঈশ্বরবু থাগৎচরি।" মথংদা হৌজিক্কী প্রসিদেন্ত চোন ডু হুবান না হায়রিবা— 'the politics of south Korea has been controlled by the united states" "খ, কোরিয়াগী রাজনীতি অসিদি আমেরিকানা খুত্থ চঙ লক্লি" হায়বা অসি নীংশিংবা য়াই। অমুক্তসু মহাক্না মথা ভাখি— "He was acting on the instructions of the American advisors" "আমেরিকান এদভাইজর শগী পাওংক মতুংইন্না মহাক্না শাসন তৌই" মথংদা অমেরিকান commentator Dwitkut না হায়রি: "the fate of south Koria is enterely clawed by the united states either military or economically" হায়বদি "মিলিটরীগী হীরমদা ওইরবসু নত্রগা অনিংক অৎস্থাগী হীরমদা ওইরবসু, খা-কোরিয়াগী ভগ্য বিধাতা পুম্নমক আমেরিকাগী খুত্থমদা লৈ।" আমেরিকাগী চেফোং 'Washington Post' না খ কোরিয়াগী সরকার অসিবু অঙ্গন্না হায়রি: "a deceptive false image to camouflage as it had any independence under the domination of the united states" হায়রবদি "আমেরিকাগী খুত্থ মথাদা মনিংতম্বা ফংব্রবা লৈবাক অমনি হায়না মীয়ামদা উৎপ য়ানবা থৌরাং ওইনা লৌনম তৌত্থনা ওইদবা শক্তম অমা থম্বতনি।" অম্মুম তৌত্থনা ইউ, এসতগী থুদোংচানবা লৈরিবা লৈবাক অসিদা নিউক্লিয়ার খুৎলায় ৬০০—১০০০ য়োম পৈশিন্দুনা থমগ্রে। অপুনবা মাঙ তাকহনবা ওদগী শক্তি অসি কিলোটন ২২২ য়োম্নি; অদুগা হিরো-সিমাগী বোম অদু কিলোটন ১ ডগী শক্তিতনি।

অম্মুম্না খা-কোরিয়ানা নিউক্লিয়ার লান কায়হৌনবগী থুদোংচাবা মকম ওইবগুম্না জাপানসু ইউ, এস, হবাঈ, গুয়াম, ফিলিপ্পিন নত্রগা

নত্রগা প্রসন্ত মহাসাগরগী অতোপ্পা মফমশিংদগী পুশিনবকপা কাপ্পী পুম্নমক্কা লৈফম, থৌরাং তৌফম, শেম শাফম ওইরি। জাপানগী প্রাইম মিনিষ্টর নাকাসোনেনা রাশিংটন্দা হায়রম্বা 'মহাক্কী লৈবাক অসি লানগী মেন ময়াম পুথোক পুশিন তৌরিবা তেক কায়রোইদবা জহাজ অমা ওইরগনি' (an unsinbable aircraft carrier) রাফম অহুমক থবক ওইনা পাংথোকপা হৌরে। জাপান্দা লৈরিবা ইউ, এসকী ফ্লের্স অসি নোংথক অমম্বুং ঈশিং গীনা মরূওইবনি অহুমগা খা-কোরিয়াগী নাক ফাসগী লাম্নীনা মরূওইবনি। টোকিওদা লৈবা ৫ শুবা নোংথক লম্নীগী হেদ কার্টরনা জাপান অমসুং খা কোরিয়াদা লৈবা আমেরিকাগী শক্তিশিংবু কন্ট্রোল তৌই। লৈবাক অনী অসিগী কংফাল লাম্নীগী কন্ট্রোলদি SEOZ দা লৈবা ৮ শুবা হেদ-কার্টর অতনা তৌই ৭শুবা ঈশিং লাম্নীগী (7th fleet) কন্ট্রোলদি য়োকো-সোকা তিথা-ফমদা লৈরিবা হেদ ওফিসনা তৌই। অহুম তৌহুনা ইউ, এস, জাপান অমসুং খা কোরিয়া লৈবাক অহুমগী মরক্তা লৈনরিবা লানগী লেবাননগী মরী অসি য়াম্না মপুং ফাপ্রে। খা-কোরিয়াগী লানফমদা ওইরকপ য়াবা অরাং-অপা অমদি অতেক-অকায়গী দমক দোল্লর বিলয়ন অনিগী থুংলায় পৈশিন্দুনা থমপ্রে।

থৌরাং পুংমক আসগী পান্দম অহু ফংদবা হোৎনরকপদনি ওসি পৃথিবীদা অচৌ অচৌবা উ থংনফম কয়া লৈরক্লুনা অমদি নৌহৌনা অনৌবা পুংলায-লমজেল তাম্নবতুনা মাসেম অসিদগী মীওইবা হায়বা জাতি অসিবু তুম্না মাংহনখিগদৌরিবনি। মীনা মীবু ওংনৈগে থল্লিবা, মশাগী অবিকারবুদি ভাক্লিংবা অহুগা মীগী অধিকারদি পীনিংদবা, মশাগী নিতিবুতা লূনা থম্নবা অহুগা অতোপপগী নিতিবুনা থোইরাং-থোইশাওনবা, অমদি মশানা মশাগী মপু ওইজবগুম অতোপ্পবুদি ওইহল্লিংদবা কাংবু অহু ফনসু চাওথংপা জাতি নত্রগা

E—25 এশিয়াগী অৱাং-নোংপোক্তা করি থোক্লি

লৈবাক ওইজসহু মখোয় অহু "মীওইবা" জাতিগী য়েক্নবনি ; শান্তি পাম্বা, পুন্না চান্ন-চিন্নবা লৈমিন্নহনবা চাওখৎপা পাম্বা মীওইবা লুম্মক্তী য়েক্নবনি। বিশ্ব শান্তিগী অপুনবা খোল্লাওনা শোয়দন। জয় ওইরক-খিগনি।

## F—1

# মরাই থংবা আমেরিকাদা করি থোক্লি ?

ইম্পিরিয়েলিজমগী মওলান্দ ভাওরিবা ইউ, এসন মরাই থংবা আমেরিকাগী লৈবাকশিংদা থোক্লিবা থৌদোকশিংদা করম্বা মিৎয়েংনা য়েংলিবগে হায়বহু খরদং লৈনবা দরকার ওই। পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী ফজনা গণতন্ত্রগী নিয়ম চৎলি হায়না চাউথোকচরিবা ইউ, এসনা লমদম অসিদা থৌরক্লিবা মরৈবাক নিংতম্নবগী অন্দোলন পুম্নমক নমথনবা হোৎনরি। গণতন্ত্রগী মায়োক্তা গুপ্পনগী সাসন তৌরবা El Salvado Gautemala অমসুং Honduras লৈবাকশিংদা অতৎ-অথম লৈতনা তেংবাং পীরি; লোয়ননা দোল্লর মিলিয়ন কয়া পীশিনহনা লানগী খুৎলায় অমদি থৌরাং পুম্নমক খ্বাইদগী নৌবা মওংদা শেমদোকহল্লি অমসুং লাম্পী কয়াবু তম্বী-তাকপিহনা মীয়াম্না হৌরকপা নিংতম্নবগী অন্দোলন খুদিংমকপু নমথনবা হোৎনবদা অঙম্বাংবৈ তেংবাংলি।

মীয়াম্না হৌখিবা নিংতম্নবগী অন্দোলন্না মাথপাবতুনা গুপ্পম সাসন তৌরম্বা লোমোক্তা সরকারবু মায়থীবা পীরগা চহি মরিগী মমাংদা নিংতম্বা ফংখ্রবা নিকারাগুরা লৈবাকপু য়েখায় থিনগায়বা পীহনা নমথনবা হোৎনবনা ইউ এসকী পান্দম ওইরি। Sandinisla গী লানলহৌ অসিনা মায় কেক পাকখিবদগী শেলথুমগী, সমাজগী অমদি রাজনীতিগী নিংতম্বা নীতি চৎখিবা উবদা ইউ, এসকী খোয়দৌ শাওগৎপা হেনখি, লোয়ননা লৈবাক অসিগী মায়োক্তা চৎপগী নীতি অসি নোংম নোংমগী মরেক শেংনা ফোঙদোরক্লি। নিকারেগুরাগী মনিংতম্বা অসিবু মাঙহনবগী মপুং ফারবা থৌরাং অমা এপ্রিল ১৯৮১ দ শেম্লে হায়না ইউ, এসকী খবর চেকোংশিংনা ফোংনখি। চহি

অশিমক্তদা সোমোজাগী শুপ্পম নীতিবু শোগৎপা অতোপ্পা লৈবাক শিংদা চেনখ্রবা মক্কওইনা হোংতুরাস অমসুং আমেরিকা লৈবাক্কী মীচেন ময়াম খোমগংলগা নিকারগুৱাগী মায়োক্তা লান হোইদ্রবগী দমক লাম্মী ময়াম তম্বীবা হৌখি। অরাং কারোলিনাদা (North Carolina) লৈবা Fort Bragg অমসুং Georgia দা লৈবা Fort-Benning লোয়নন Hondures তা লৈবা লাম্মীগী ভঙ্করশঙশিংদা লানগী মপুং ফারবা লৌশিং ( full course of military training) ইউ, এসকী হৈথোই-শিংথোইরবা কয়ানা তম্বীখি। তমথীরবা মীহাৎপশিং অসিদা যম্নবা অনৌবা খুংলায়, এরোপ্লেন অমসুং লাম্মীগী লৈফম (base) কয়া পীশিল্লি।

১৯৮১ লোইরমদায় অমসুং ১৯৮৩ য়োরকপা অহুরাইনা শেল পীরম্মা নেকপ লাম্মী কাংবু অমবু নিকারেগুৱাগী লম মমুংদা লান্দাহনখি। ইউ, এসনা শেম্বীবা থোরাং অমগী মথাদা মথক্তা পনখ্রিবা সোমোজাগী লাম্মীশিং অহুনা নিকারেগুৱাগী অরাং নোংচুপ মায়কৈদা লৈমুং তৌহুনা লানথন শাহুনা লৈখি, লোয়নমা মতম থম্নগী ওইবা শাসন (প্রোভিজিনেল কোর্ট) অমা লৈরে হায়না লাউথোকখি। সরকার অসিনা পম্ববা তৌদনা ইউ, এস, অমসুং হোন্দুরসকী তেংবাং নীখি। অহুবু অসিগুম্বা তমথীরবা থোরাং অসি মথোনা ফরবা মরৈথাক নিংবা নিকারেগুৱাগী মীয়াম্না মায়থীবা পীখি।

থোরাং অসিদা মায়থীগ্রবসু ইম্পরিয়লিষ্ট ইউ, এসনা থক নিংহম্নখিদে। অনৌ অনৌবা মীহাৎ মীপুন, লুট পাং তৌনবা মীওই কয়া শেমগৎহুনা হোন্দুরাসতগী নিকারেগুৱাদা থাজিনহুনা হোন্দুরাসকী লাম্মীগী পুন্না থবক চংশিন্নমিন্নহল্লি। নিকারেগুৱাদা থাজিল্লিবা হুরান লান্না তৌরিবা মীওইশিং অসিদা অয়োনবা ঈ পাও পীননবা অথম্নবা থোরাং অমা ইউ, এসনা শেম্নে হায়হুনা "দি নিউয়োর্ক টাইমস

"দি এ বি সি টি বি কম্পানী" নচিংবা মীয়ামগী ওইবা চেংকাম্ভ কয়ানা ফোঙনখ্রে। অমেরিকনব পাউ লৌননা ইউ, এসকী প্লেন কয়ানা নিকারাগুয়াগী লম মনুংদা পাইহনা Sandinista লাম্মীগী থোঙথাং কয়াবু হেংশিল্লি। সি. আই, এগী মীওই কয় নিক রা-গুয়াদা থাজিল্লি। পুম্নমক অসিবু অস্তর জাতিগী ডাকুফম থোকপা নিতি কয়াবু শাথীনা থুগাইদনা নত্তনা ইউ, এসকী রায়েল নীতিগী চংফম থোকপা থোঙথাংগী রাংমদা চংলিবা নত্রা? হৌসি আমে-রিকাগী মীয়াম্না নোংম নোংমগী ওকপা হেন্নক্লি মতুদি মনাংদা লৈরম্বা সাসম্না থোঙথাং লানখিবদগী ইন্দো-চিনাগী (ভিয়েটনাম, লা উজ, কাম্বোদিয়া) তুক্কচরবা লানফমদা মায়থীখিবা অতুওম্ন ওসগী ইউ, এস, সরকারনা ময়াই-থংবা অমেরিকাগী লৈবাকশিংদা চংলিবা নিতি অসি চপ মান্নবা ওইরোইদ্রা? অরানবা থোঙংশিং অ সনা ইউ, এসকী নৌহৌনা ঈজ্জং মাঙনি-ডাই ওইরক্লোইদ্রা?

Inter American Altairs কী থৌরম পুন এসিস্টেন্ট সেক্রেটরী ওফ স্টেট ওইরিবা মিষ্টর থোমাস ইন্দরস মশ-না যাগত্র মতুদি ইউ, এসনা নিক রাগুয়াদা প রিবসি লৈশাক অসিদা 'Political Pluralism' অমুক হল্লকপ অসিনি রাসি টনগী লেম্বদা হায়রগা মখোয়গী নীতিবু য়াবা সসন Pro American puppel regime) অমা অমুক হন্না থম্না অসিনি। অ ভাম্না লুচিব কয়া-নম্ব অসিগুম্বা যোত কয়া শীরি। ইউ, এন দা লেংনবা মীহুং ওইরিবা জেমস ক্রিপাত্রিসনা টেলিভিজনগী কাংবুগা উননা হায়খি মতুদি সোমোজা কাংলুপকী লুচিংবা লাকহোরশিংদা ইউ, এসনা শৌগংনবগী অধিকার পুম্নমক লৈ।

U.S. রায়েলশঙগী মীহুং Mr. Robert Torycelly না হোন্দুরাসতা চংপা মতমদা মফম অদুদা লৈরিবা U S কী এ.ক

সেনরনা য়াম্না তুঙ্কচনিংঙাই ওইরবা রাক্ম অমা হায়রি মহুদি নিকা-রাগুরা সরকার চিংখৎনবা হোৎনবদা C I A য়াওবা য়াদে হায়না U S না আইন শেমদোক্লিবসি চুম্নগী তৌদনা য়াদহনা তৌবনি. মহু-মক্না লমদম অসিদা U S না পাম্লিবা পান্দম অহু ফংনবা হোৎনবদা অপনবা নত্রগা অথিংবা শুইহন্নোইদবনি।

য়ানদবা সমস্যা কয়া লৈরবস্থু নাকল অনি পুন্না ফমিন্নহনা তায়শিন্নবা হোৎনসি হায়ন নিকারাগুরানা থাঙ্গংলকপা রাক্ম অমতা U S অমস্তুং হোন্দ্ররাসনা য়ানিংগ্রিবসি পান্দম অসি লৈলননি। ইম্পিরিয়েলিষ্ট কাংবু অসিনা পুন্না রারী শানবা পামদে; মহুগী মহুত্রা মফম অহুগী ফিভম হেন্না ফংহন্দবগা লোয়ননা লান্দাশিন্ননবগী খোঙথাং হেন্না পাকথোক-চাউথোকহনবা পামই। অস্সুমা, অফোংবা ওইনদি লাউথোক্তবা অহুগা চপচাবা লমগী খোঙথাং অমা নিকারাগুরাদা থাংজিল্লিবসি উবদা পৃথিবীগী লৈবাক পুন্নমক্না অশাওবা অমা পোকহল্লি। মরম অহুনা ১৯৮৩ গী মার্চ ৭—১২ ফাওবা নিউ দিল্লিদা ফমখিবা ৭ শুবা মীচং চুং-শিন্নদবদা য়াওদব লৈবাক ১০১ গী মীফম্না U S কী মীতিবু য়াম্না পেন্নখিদে অমস্তুং নিকারাগুরাগী লৈবাক মস্তুং কাং খোং চাইনব. অমদি নিংতম্বা মাঙহন্নবা হোৎনন্নিবসি চপচানা অনীংবা আশা অমগা লোযননা U S না প্লায়থৎপা থৌরাংনি হায়না মীয়াম্না শন্দোক্না হায়নখি। নিকারাগুরানা পুখৎখিবা রাক্ম—হায়বদি সেমোজাগী ছরানলম্নাগী কাংবু অসি শত্তু অমতা য়াওদনা লাউথোকখিবা, মপান্দগী থুং থিংজিল্লিবা অসি তোকপা অহুগা রাজনীতিগী পান্থৈনা সমস্যা পুন্নমক তায়শিন্নবা রাক্ম অসিদা লৈবাক পুন্নমক্না য়াখি; থোইদোক হেন্দোক্না লমদম অদোমগী লৈবাকশিং হায়বদি লটিন আমেরিকাগী লৈবাকশিংদগী অওকপা ফংনা য়ানীংবা ফোংদোক্লখি।

## F—5 ময়াই থংবা আমেরিকাদা করি থোক্লি

ঙসি ময়াই থংবা আমেরিকাগী লৈবাক মচা মচাশিনা মনী-হেৰ্ক তম্বগ সমাজবাদকী নীতিদা থোঙদারি। মশিমক্তনা ইম্পিরিয়েলিষ্ট U S কী হেন্না নীংবা কায়হল্লি। মতাং অসিদা হংনিংশিবা ৱাকমদি—মনাক হেক নক্লবদা লৈবা চহি ২০০ গী মমাংদগী গণতন্ত্রগী পথাপ চংশক্লিবা U S কী নীতিবু য়ানীংহনা সমাজবাদকী নীতিবু পামলুৱিবা করিগীনো? ৱ হৈ থরদংতনা থুম্বা য়াই। মশাগী মমিংমক্কা মতম শাংনদগী উৱক্লবা, মীনা-মীবু শুংপা, মহুগী চৈনাথোল থাংলকপদা ঙমথৈ লৈতনা চোকথরবা, মশানা মশাগী ভাগ্য বিধাতা লেপচনবগী অধিকার ফংহল্লক্রবা অসিনচিংবা মৈচাক পুন্নমক অসিগী ফলনা ওইরোইদ্রা? ১৯৬০ গী অঙনবা শরুক্তগী ঙসি ফাওবদা লমদম অসিদা U S না চংথিবা নীতি অসি 'No more cubas in the western hemisphere' হায়বদি 'পৃথিবীগী নোংচুপ থংবা শরুক তথায় অসিদা Cuba গুম্বা সমাজবাদ চংপা লৈবাক অমমুক থোরকহন্দবা হায়বসিনি। মরম অসিদগী ১৯৮০ গী চহিদগী হৌনা U S ইম্পিরিএলিজম্না কেরিবিয়ান অমসুং লটিন আমেরিকাগী মীয়ামশিংসি মশানা মশাগী মরাইবক লেপচনবগী অধিকার পীরোইদবনি হায়বা ৱারেপ অসি অমুক হন্না লৌখি। মরম অদুনা হৌজিক হৌজিকমক্তা গ্রেনাদ, নিকারাগুৱা, সুরিয়ামিজ অমসুং অতৈ লৈবাকশিংদা হ'ৱন কয়াগী ধমকাগা লোয়ননা লান্মীগী অমসুং শেল-থুমগী শাফু (ইকোনোমিক সেঙ্কসন) কয়া পীশন্দুনা লৈবাকশিং অসিদা চংলিবা সমাজবাদকী নীতিবু থুগাইনবা হোৎনরি; অদুগা এলসালভাদোর অমসুং গৌটিমালাদা মীয়ামগী অধিকার ফংহন্দনা লান্মীগী শক্তিনা গুপ্পম সাসন তৌহন্দুনা অঙকপা ফনা হীরন থুদিংদা তেংবাং পীরি।

মরৈবাক নীংতম্নবগী লানফমদা মথরাই কংথোকপা পামুজবা লহৌদ মিল্লিয়ন কয়াগী ঈংথেংনা স্নমিং থুদিংগী অতংপা লৈতনা মালেমদা তিনখ্রি। মনীতৌন ওং-নবা অমদি মীয়াং মীপুনগী চৈনাখোলতনা পীরিবা মিলিটরী সাসন থাংবা ওয়দবদগী লমলাইভাদোয়গী মী লাক্ষ অহুম হেল্লা অংগাম্বা লৈবাকশিংদা চণ্ডজহুন লৈরি। (ব্লাকম অর্স ছিউমেন রাইটস কম্মিসনগী রিপোর্ট মতুংইন্না ) প্রেনাদাবু মর্ক্সিজমগী মহীক (Marxist virus) শন্দাকই চংযন U S না মরল শীর, নীংতম অন্দোলন হৌরকপা লৈবাকশিংদা থুংলায়গী তেংবাং পী হায়রুনা নিকারাগুয়াবু মরাল শীরি। লৈবাক অনী অসিদা মীযামদা গণতন্ত্রগী অধিকার পীদে অমসুং মীহল তৌদে হায়না U S না মরাল পীবি।

মতাং অসিদা পৃথিবীগী মীয়ামা হংনরিবা য়াহৈদি— U S না ওয়াগী পুদাংদা শিব ঘারদা মতম যেত্রগা মীগী ঘল্লিদা কল্লিগীদমক মতম হলুরিবনো? ব্রিটিশকী মীখা পোল্লস্বদগী ১৭৭৬ তা মনীতম্বা ফংথিব আমেরিকানা ১৭৭৮ দ ফ্রান্সক সহীতৌনজুনা নীংতম্বা ওকপদা চংগদবা খুংলায়গী শক্তি ওয়াগী মতুদা মাপল ফ্রান্সতগী করিগী লেপিবান? স্পেইন্না লোই চন্নবা হোংনরকপদ বৃটিন্না কবিগীদমক মতুগী মায়োক্তা সিংগোন য়োলিওরদা লেংবা থ্রিবনো? U S না নীংতম্বা অন্দোলনমা মায়পাক্লবা মতুদা মীথল তৌদুন কল্লিগীদমক চহী ১১ লৈয়গ ১৭৮৭ত ইহান হানবা মীথল তৌখিবনো? ইতিহাসনা শাক্ষী ওইদ্রিব চেন্নফম লৈত্রবা থোদোক ওক্কনি।

অদু ওইরবদি, মরৈবাক নীংতম্নবগী অন্দোলনশিংদা বৃটেন অমসুং ফ্রান্সনা পীখিবা তেংবাংনা য়ানা যংথিবা মশাগী নীংতম্ব ওাকপা

ভমহনখিবগুম, ঙসি মরৈবাক নীংতম্ববগী হৌরকপ' লানকমদা কিউবা, নিকারাগুয়া অমদি অতে'প্পা লৈবাকশিংনা অঙম্বা ভেংবাং পীবদা করি লানকম লৈবগে ? মীয়াম্না য়াম্বরা, গণতন্ত্রগী পথাপ মতুং ইম্না মীথল তৌখ্রবা গুয়ানা, গৌতিমালা, ব্রাজিল, চিলি, জামায়কা নচিংবা লৈবাকশিংদা করিগীদমক C I A থাজিন্দুনা লৈবাক কাং-থোং চাইনবা হোৎনরিবা কম্বিগীনো ? লমদমশিং অসিদা মীয়াম্না করিগীদমক “Down with inperialism ! Death to the traitors & collaborators” হায়না লাউরিবনো ?

অমুক্বা হন্না, ইকুই কুইদন' থোকখিবা থৌদোক অমা নিংশিংবা য়াই। (মার্চ ১২, ১৯৮৩ দা ইউ এসকী ডাকশেনবগী সেক্রেটরী Mr Caspar Weinberger না লাউথোকখি। মতুদি—রিগান সরকারন' “Plans to extend training of officers and soldiers of the Salvadoaian army at united states bases within the Panema Canal Area” পানমা খোংগী মস্তুংদা লৈবা U S কী ল'ম্মী লৈফমশিংদা স'লত'দোরিয়াগী ওফি-সারশিং অমস্তুং সিপাহীশিংবু লানগী ট্রেনীং পীননব' থৌরাং তৌরে। রাফম অসিদগীস্তু ত'শেং তশেংলে মতুদি রিগান সরকারনা ময়ায় থংবা আমেরিকাগী লমদমদা চংলিবা নীতি অসি ইফোং ফোংনা থুৎ থিং-জিনবনি ; অদুগা পানমা সরকারগা U S কা কার্টরগী মতমদা সহী তৌনখিবা “Torrijos-Carter” চুকতি অদু ইউ, এস-না থুগাইরবনি।

মতৌ অসুম তৌদুনা সোসিএলিষ্ট কিউবাদসু হীরম থুদিংদা য়ৈথাইব/থুদোংথীবা পীদুনা লৈবাক ইরাং হৌইননবা অমদি চাউথৎ থোঙথাং তপথহন্নবা ভম্বমথে U S না হোৎনরকখি। অদুবু সোভিয়েট ইউনিয়নগী মতমচাবা ভেংবাংনা থুদিংমক মায়পাক্কা

ডাকথোকপা ঙম্খি. লোয়নন্না সমাজবাদ য়ুম্ফম হেন্না-হেন্না অরা চেংশিনহনখি। মমৈথংদা সোভিয়েট ইউনিয়ননা ইকোং ফোংনা লাউথোকখি মতুংদি U S না কিউবাদা খুং খিংজিনবা অসি লেপত্রবদি সোভিয়েট ইউনিয়ননা কিউবাগী লম মনুংদা মিসাইল খিঞ্জিনগনি। মসিগী মতুংদগীদি U S না কিউবাদা ফোংনা খুং থিংজিল্লবা অতু ত্রোকখ্রে।

অসুম তৌহনা লমদন অসিদা ইউ, এসনা চংলিবা নীতি অসিনা নোংময় নোংমগী উৎথংহন্নরকপদগী পৃথিবীদা শান্তি থুগাইরক-নবগী চপচাবা থৌরাং অমা ওইরক্লি। ফিভমশিং অসি উরকপদগী লমদম অসিদা শান্তি হম্নবগীদমক বোলিভিয়া, ভেনেজুয়েলা, মেক্সিকো, কলম্বিয়া, পানমা, অমসুং ইকাদোর লৈবাকশিংনা "কেন্তাদোরা গ্রুপ" (Coutadora Group) হায়বা সংস্থান অমা শেমলে। গ্রুপ অসিনা এল সাল্ভাদোর অমসুং নিকারগুৱা লৈবাক অনীদা হুরান লাম্নাগী ইরাং তৌরিবা বা বুগা সসন পায়রিবা কা বুগগী মরক্তা অশুম্বা তেংবাং পীদুনা হুম্মথৈ শাম্নাইনব হোৎনরি ; লোয়ননা নিকারগুৱা অমসুং হোন্দুরাস লৈবাক অনীগী মরক্তা থোক খিবা রাথোকপুম্ব শাম্নাইনবা অশুম্বা মথৈ হোৎনরি।

# মীওইবা জাতি কদোমদা ?

## তরেংশুবা পন্দুপ
## কনানা খুৎলায় লমজেল থিংবা পাম্মি ?

United Nations Organisation ( U.N.O. ) হায়বসি অন্তর-জাতিগী অরুবা সমস্যা কয়া নৈনরিবা, পৃথিবীদা শান্তি থম্নবগী মপুং ওইবা থৌদাং লৌরিবা সংস্থান অমনি। হৌজিক লৈবাক ১৫৮ না সংস্থান অসিগী মেম্বর ওইরি। মসিগী মীফমদা য়ানথিবা য়ারেপ-শিং পৃথিবী অপুম্বনা সনমান তৌনৈ। হৌখিবা ৩৭ শুবা মীফমদা খুৎলায় লমজেল তান্নবা তোরুনবগী মতাংদা মীয়ামগী ওইবা অয়া-য়াদ মোত কয়া ভোট লৌনখি, মহুদা Super-power লৈবাক U S. অমস্যুং U.S.S.R. অনিনা করি করি মোত পিনখিবগে হায়-বহু মথাদা পিরিবা খুদম খরসিদগী খঙবা ঙমগনি।

## A

| য়ারেপ নম্বর অমস্যুং য়াকম | মোত U.S. | U.S.S.R. |
|---|---|---|
| 1 37/785 (No first use of Nuclear weapons) নিউক্লিয়ার খুৎলায় হান্না শিজিন্নদবা | য়াদবা | য়াবা |
| 2 37/85—Halting and banning of Nuclear weapons tests—নিউক্লি-য়ার খুৎলায় চাংয়েং তৌবা লেপ্পা অমস্যুং থিংবা | য়াদবা | য়াবা |
| 3 37/78 C—Nuclear weapons in all aspects—হিরম খুদিংমক্তা নিউক্লি-য়ার খুৎলায় শানদবা, শিজিন্নদবা | য়াদবা | য়াবা |

| ৱারেপ নম্বর অমসুং ৱাকম | মোত্ত U.S. | U.S.S.R. |
|---|---|---|
| 4 37/76 E — Banning of the Neutron weapons — নিউট্রোন খুৎলায় শাবা থিংবা | য়াদবা | য়াবা |
| 5 37/99 A — Non-deployment of Nuclear weapons — নিউক্লিয়ার খুৎলায়শিং মীরম্মদা থম্মদবা | য়াদবা | য়াবা |
| 6 37/100 A & B — Nuclear weapons freeze — নিউক্লিয়ারগী খুৎলায় পুন্নমক শিজিন্নদনা থম্বা | য়াদবা | য়াবা |
| 7 37/98 A — Ban on chemical weapons — কেমিকেল খুৎলায় শাবা থিংবা | ভোট য়াওদবা | য়াবা |
| 8 37/78 F — Intensification of negotiations on disarmament — খুৎলায় থাদোক্লবা শন্ন-নৈনবসি হেন্না কনশিন্না খুমাং চাউশিন্নবা হোৎনবা | য়াদবা | য়াবা |
| 9 37/83 — Prevention of the arms race in outerspace — অহাংবা অতিয়াদা খুৎলায় লমজেল তান্নবা থিংবা | ভোট য়াওদবা | য়াবা |
| 10 37/77A — Ban on new types & systems of weapons of mass annihilation — মীয়াম পাক্তক্লনা তুম্না হাৎপা য়াবা অনৌবা মথলগী খুৎলায় শাবা থিংবা | ভোট য়াওদবা | য়াবা |

মতৌ অসুম্না মীয়ামগী ওইনা কায়গদবা রাফম খুদিংমক্তা Soviet Union না অয়াবা পিরি; Socialist লৈবাক পুন্নমকসু

য়াখি। অদুগা মীচং-চুংশিন্নবদা য়াওদবা লৈবাক্ অয়াম্বনা অয়াবা মোত চপ-মান্নবা পিখি। অমরোমদনা U S. না য়াখিখিবসিনা মাগী খোংলোয় NATO লৈবাক অয়াম্বনা মীওইবা জাতিবু কন্নবা খন্নরকপা তঙাইফদনা মরু ওইরবা রাফমশিং অসিবু অয়াবা মোত পিখিগ্রে।

# B

অনৌ-অনৌবা নিউক্লিয়ারবগী তমখিববা খুৎলায় পুখোক্লদবগী মায়কৈদা হান্নবা য়ানগ্রবা চুক্তি খরদা কনানা হায়া করার অদু থুগাইখিদগে হায়বদুসু খরদং য়েংশিনবা য়াই।

1 Treaty on the limitation of underground nuclear weapon tests ;
লৈমুংদা নিউক্লিয়ার খুৎলায় চাংয়েং তৌবগী অকরুবা থম্বা — U S. অমদি S.U. অনিনা য়ানহুনা ১৯৭৪ দা সহি তৌনখিবনি, অদুবু হৌজিক ফাওবদা U.S না য়ানখিবা অদু থবক ওইনা চৎথহন্দ্রি হায়বদি কনফার্ম তৌদ্রি ;

2 Treaty between the U.S.S.R. and the U.S. on underground nuclear explosions for peaceful purposes ;
মীওইবগী কান্নগদবা হীরমদা শিজিন্ননবা লৈমুংদা নিউক্লিয়ার খুৎলায় চাংয়েং তৌবা — চুক্তি অসিসু ১৯৭৬ তা সহি তৌনখিবনি, অদুবু U.S. না হৌজিক ফাওবদা চৎনরোলগী মতুং-ইন্না কনফার্ম তৌদ্রি ;

3 Treaty on the complete and generel prohibition of nuclear weapon tests ;
নিউক্লিয়ার খুৎলায়গী চাংয়েং পুন্নমক্ পুমখিং থিংবা — চুক্তি অসিগী মতাংদা Soviet Union, U.S. অমসুং Britain

লৈবাক্ অহুম্না নিংথিনা খন্নবা হৌরবা মতুংদা U.S. অমসুং Britain না নিংভাই ভৌরকপদগী ১৯৮০ দগী চখদনা লৈরক্লি ;

4 Agreement on limitation of military activities in the Indian ocean ;

ভারত-মহাসাগরদা লানগী থৌরাং অসি অকক্নবা চাং থন্নবগী য়ানবা — রাফম অসি S.U. অমসুং U.S. অনিনা য়াম্না নিংথিনা রারী শানরম্বদগী ১৯৭৯ দগী U.S. না মখা চংথসি য়াদহ্না লৈখি ;

5 Strategic arms limitation treaty (Salt—2) — অথন্নবা খুৎলায় থরগী অকক্নবা চাং থন্নবা চুক্তি—S.U. অমসুং U.S. অনিনা নিংথিনা রারী শানরবা মতুংদা য়ানরহ্না জুন/জুলাই, ১৯৭৯ দা চুক্তি অসি সহি তৌনখিবনি, অদুবু ঙসি ফাওবদা চংনরোলগী মতুংইন্না U.S. না কনফার্ম তৌদ্রি ;

6 Convention on the prohibition of the development, production and stockpiling of chemical weapons and on their destruction ;

কেমিকেলগী খুৎলায় শাবা, শারগা পৈশিন্দুনা থম্না থিংবা অমসুং খুৎলারশিং অসিবু শিজিন্নদনা মাংহনখিনবা-নচিংবগী মরমদা থন্ন-নৈনবা অপুনবা মীফম ফম্নিন্নবা থৌরাং — হীরম অসিদসু S.U. অমসুং U.S. অনিনা নিংথিনা থন্নবা হৌরবা মতুংদা ১৯৮০ দগী U.S. না য়াথিদবদগী কায়হনখি ;

7 Treaty on non-first use of nuclear weapons — নিউক্লিয়ার খুৎলায় হান্না শিজিন্নদনবা চুক্তি—NATO গী মাযকৈদগী রাফম অসি U.S. না থন্নসি হায়বা য়াখিদ্রে। অদুগা S.U. গীদি ৩৭ শুবা U.N. গী ২ শুবা Special Dis-armament Session দা কনাগী মোত অমুক ভাইদনা নিউক্লিয়ার খুৎলায় হান্না থক্ শিজিন্নরোই হায়না লাউথোকখি ;

8 Treaty between WTO and NATO member countries on the renunciation of armed force and the maintenance of relations of peace ;
WTO অমস্থং NATO কাংলুপ্ অনিগী লৈবাকশিংগী মরক্তা ফোর্স শিজিন্নদবা অমস্থং শান্তিগী মরী থম্নবা — ব্রাফম অসি S.U. না লুচিংবা ৱার্শো ত্রিতি ওর্গেনাইজেসন্না জানুয়ারী ৫, ১৯৮৩ দা থৎন-চৈনবা থোক্তনবা অমস্থং শান্তি থম্ননবা NATO লৈবাকশিংদা হোৌদোকখিবনি ; অদুবু U.S. না করি অমতা খোৌশাদনা তোকখি।

C

অচৌবা শক্তিশিংগী মনুংদা খুৎলায় পায়নদনবগী ( disarmament ) হীরমদা নাকল অনিমক্কা ব্রাফম্ কয়া পুথোক্লখিবগী মনুংদা S.U. না হোৌদোৱকখিবা অমস্থং U S. নস্থ য়াগ্রবা মথাগী মরুওইবা প্রস্তাব খরসিদগী করম্বা নাকলনা লান হেন্না পামদবগে হায়বদু খরদং য়েংশিনবা য়াই।

1 Moscow treaty banning nuclear weapon tests in the atmosphere, in outer space and under water, 1963 ;
নুংশিত্তা, অহাংবা অতিয়াদা অমদি ঈশিং মনুংদা নিউক্লিয়ার খুৎলায় চাংয়েং তৌবা থিংবা — ব্রাফম অসি S.U. না প্রস্তাব তৌখিবনি। U.S. না য়ানরদুনা আগষ্টকী তাং ৫. ১৯৬৩ দা Moscow দা সহি তৌনখি। মসিবু ১৯৬৩ গী Moscow Treaty হায়নস্থ খংনৈ ;

2 Treaty on principles governing the activities of states in the exploration and use of outer space including the moon and other celestial bodies, 1967 ;

তোঙান-তোঙানবা লৈবাকশিংনা থা অমসুং অতোপ্পা গ্রহশিং য়াওনা অহাংবা অতিয়াদা থিজিন-হুমজিনবা অমসুং শিজিন্নবগী মরমদা য়ান-কয়াৎ অমা থম্নবগী চুক্তি — প্রস্তাব অসি ১৯৬৭ তা S.U. না হৌদোকখিবনি ;

3 Treaty on the non-proliferation of nuclear weapons, 1968 ;

মথল-মথা কয়াগী নিউক্লিয়ার খুৎলায় মরাং কাইনা শাবা থিংবা ১৯৬৮ গী চুক্তি ;

4 Treaty on the prohibition of the emplacement of nuclear weapons and other weapons of mass destruction on the seabed and the ocean floor and the subsoil there-of, 1971 ;

নিউক্লিয়ার খুৎলায় অমসুং অতৈ অতোপ্পা মীয়াম ভুম্না হাৎপা য়াবা খুৎলায় অমতা সমুদ্রগী লৈখাদা, মহাসমুদ্রগী মনুংদা অমসুং কংফালগা তাইনবা অথেনবা লৈমায়দা থম্বা থিংনবা চুক্তি — S.U. না ১৯৭১ দা হৌদোকখিবনি ;

5 Agreement on measures to reduce the risk of outbreak of nuclear war between the U.S.A. and the U.S.S.R., 1971 ;

U.S.A. অমসুং U.S.S.R. অনিগী মরক্তা নিউক্লিয়ার লান থোরকপা য়াবগী খুদোংথিবশিংদু হস্থহন্নবা য়ানগ্রবা থৌরাং — ১৯৭১ দা S.U. না তৌখিবা প্রস্তাবনি, য়ানচুনা চুক্তি তৌনগ্রবনি ;

6 Treaty on the limitation of anti-ballistic missile systems, 1972 ;

বাল্লিসতিক্ মিসাইল থিংনবা খুৎলায় পুথোক্লবদা অকক্লবা চাং থম্নবা চুক্তি — ১৯৭২ দা S.U. না হৌদোকখিবনি ;

7 Interim acoreement on certain measures with respect to the limitation of stratecoic offensive arms, 1972—

লান্ কায়হৌবদা অখন্নবা শক্তি লৈবা খুৎলায়শিং মতম খরগী ওইনা অকক্লবা চাং অমদা থম্নবগী য়ান-পথাব অমা লৈহনবা। ১৯৭২ দা S.U. না তৌখিবা প্রস্তাবনি।

8 Agreement on the prevention of nuclear war between the USSR and the U.S.A., 1973—

১৯৭৩ দা S.U. না তৌখিবা প্রস্তাবনি। USSR অমসুং USA অনিগী মরক্তা নিউক্লিয়ার লান থোকহন্দনবা চুক্তি।

## D

পৃথিবীদা লৈরিবা জীব পুম্নমক্ অসিগী লৈনবা য়ুম শেংনবা ফি, মহৈ তমফমশং, লায়েংশং অমদি চাননবা চিঞ্জাক্ শিং অসি তঙাই ফদনা চংত্রবা যাদ্রবা পোৎশক্শিং ওাক্তনি। তোঙান-তোঙানবা লৈবাকশিংদা হিরম্ অসিদা লৈরিবা অৱাংপশিং অহূ থোইদোক্লা শিংথাক্তবস্ মীপুম খুদিংনা থংনরবা য়াফমনি। মী-ওইবগী অৱাংপশিং অসিবু ইরায় লায়না কোকহনবা ঙমগদবা চাউ-ৱবা শেনফম কয়া অমা অরেম্বদা ওম্ন-তৈনবা মায়কৈদা শিজিন্নরি। অসুম্না জীব পুম্নমক, অমসুং হৈপাল-লৈপাল্ পুম্নমক্পু খুদক্ থুদক্তা তুম্না মাঙ্হনবা ঙম্বা তমখিরবা খুৎলায় কয়ামরম্ U.S. অমসুং S.U. লৈবাক্ অনিনা পুংজা খুদিংগী পুথোক্না পৈশিন্দুনা থম্লরি। লৈবাক্ অনিসিগী মন্নুংদা কনানা মাংজিন্ থানা অসিগুম্বা তমখি-ৱবা খুৎলায়শিং অসি পুথোকখিবগে হায়বসি খবদং য়েংশিনবা দরকারনি।

| খুৎলায় মখল্ | পুথোকখিবা চহী U.S.—S.U. |
| --- | --- |
| 1. Atom bomb | 1945 - 1950 |

| | | |
|---|---|---|
| 2. | Hydrojen bomb | 1953—1954 |
| 3. | Long range bombers | 1953—1957 |
| 4. | Medium range missiles | 1953—1959 |
| 5. | Tactical nuclear weapons | 1955 – 1956 |
| 6. | Intercoutinental Ballistic Missiles | 1955—1957 |
| 7. | Nuclear submarines | 1956 – 1962 |
| 8. | Submarines launched missiles | 1959—1968 |
| 9. | Solid fuel powered KBM | 1962 – 1969 |
| 10. | Multiple Re-entry Vchicle (MRV) | 1964 – 1974 |
| 11. | Multiple Independently targetoble Re-entry Vchicle (MIRV) | 1970—1975 |
| 12. | Nuclear powered Air cropt Carriers | early '60 – None |
| 13. | Air/Gvound launched Cruise Missiles | 1976 – None |
| 14. | Neutron bombs | 1981 – None |

অসিগুম্বা তমথিরবা থুংলায়শিং অসি শাবদা চংশ্রিবা চাউ-প্রবা শেনফমশিং অসি মীওইবা জাতিগী কান্নবগীদমক্ অমুক্ হন্না লাক্লরোইদবা শেনফম্নি। গুপ্নতগী পৃথিবী অসিদা লৈরিবা লেংলি পাল্লিবা জীব পুন্নমকপু তুম্না মাংহনখিন্দবা নত্তনা অতৈ কান্নবা অমতা পুরক্লরোইদবনি। অমরোমদনা অমুক্ য়ানগ্রবা শেনফমশিং অসিনা মীওইবা সমাজগী কান্নবা মায়কৈদা শিজিন্নরম্বা তারবদি পৃথিবী অসিদা স্বর্গ হায়বত্থু অত্থুম্ ওইরম্লগনি হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোক্কনি নিংদে। কদোম্দনো মীওইবা জাতি ঐখোয়না থাংলিবা খোংথাং অসি— তুম্না মাংমিন্নবা নত্রগা পুন্না হিংমিন্নবা !

অম্সুম্না ঐখোয়না তশেংনা উরে, মত্থুদি মতম চুপ্পদা অনৌবা তমখিরবা নিউক্লিয়ার থুংলায় অমা পুথোকপদা U.S. না মাংজিন্ থাত্থুনতা লৈরি। অসিগুম্বা থুংলায়শিং অসি শাবদা চংখিগদবা শেনফম অসি মণিপুরী লোন্দা হায়ননবা রাহৈ মতিক্ চাবা ফংগনি

নিংদে। ভাবনা থজিক্তং শাবদা মতেং ওইননবা খুদম মচা অমা-অনিদং নৈমহুনা য়েংশি।

1 Modern destroyer অমগী মমল দোল্লার মিলিয়ন্ ২০০নি।
চাউরাক্কা দোল্লার অমগা লুপা তরাগা মায়হল্লগা লুপা লাক ২০,০০০ নি।

2 Modern submarine অমগী মমল্ দোল্লার মিলিয়ন্ ২০০—৩০০ ফাওবনি।

3 U.S. কী B-1 বোম্বর অমগী মমল দোল্লার মিলিয়ন ১০১.৭নি।

4 "Dwit-Eisenhower" কৌবা U S. কী Aircroft carrier অমগী মমল্ দোল্লার মিলিয়ন ২০০০ নি।

5 "Nimitz" কৌবা U.S. কী Aircraft carrier অমগী মমল দোল্লার মিলিয়ন 640 নি।

6 Nucleor powered carrier অমগী মমল দোল্লার মিলিয়ন মরিনি।

# E

অসুম্না মীওইবা জাতিদা নত্তনা ককরবা পৃথিবী অসিবু চহি চা কয়া ফাওবদা মথরাই পানবা জীবশিংনা খুন্দা-লৈতাবা য়াহন্দ-নবগী দরকার লৈবা চাংদগী হেন্না পৈশিন্দুনা থমরবা ফাওবসিদা অনৌ-অনৌবা হেন্না তমথিরবা খুৎলায়শিং পুখোক্লথিগন্না নত্তগা তোক্লগদ্রা হায়বগী মতাংদা U.S. অমসুং S.U. গী মকোক্ খোংবা লুচিংবা থরগী তোঙান-তোঙানবা মোত থরদং নৈনহুনা য়েংশি।

1 "I think SALT was the wrong course to follow". President R. Reegan ( U.S.A. ). May 13, 1982
"SALTকী মতাংদা S.U. গা য়ানবা থর লৈরমলিবসি অরানবা লম্বী ওইগনি হায়না ঐনা থল্লি"।

2 "Our proposals refer to all types of atrategic weapons without exception, and envisage reducation of their stockpiles by many hundreds of units. They close all possible channels for further arms race in this field." – President, Y. Andropov; ( U.S.S.R. ) Dec. 22, 1982.

"ঐখোয়না হৌদোকখিবা প্রস্তাবশিং অসি অথম্বা খুংলায় থরতগী রাফম্ নত্তে ; খুংলায় মংল্ খুদিংমক্কীনি ; পৈশিন্দুনা লৈনরিবা খুং-লায়শিংসি চা কয়ানা খ্জিং ওইরগা তশেংনমক্কী মশিং হন্থহল্লসি হায়বনি ; খ্ংলায় লমজেল তায়দনবা থম্ব-নৈনবা য়াবা হিরম খ্দিংমক্ মথোয়তনা থিংজিনখিবনি"।

3 President Y. Andropov— "At the sametime, the Soviet Union has never proceeded from the assumption that only armed force and policy based on it, could ensure a lasting peace. Such a policy would bad not to peace but to the arms race, to confrontation, and eventually, to war". April 22, 1982.

"লোয়ননা, Soviet Union দি খুংলায়গী ধমকা অমস্তুং মতুদা য়ুমফম ওইবা নিতিনা তুংকোইনগী শান্তি পুরকপা ঙমগনি হায়বা রাফম অসোমদগী থক্ চংশিন্দে। রাফম অসোমদগী চংশিল্লকপা খোংথাংনা শান্তি পুরকপা ঙমলোই, হেন্নহুম খুংলায় লমজেল তান্নহন্নগনি, নাকল অনি মুকথাইনরক্কনি অমস্তুং মশানা লান্ অতুম শোক্নরক্কনি"।

4 Interior Secretary. W. Clark ( U.S. ) :– "It would be our strategy to apply military force to achieve specific political objective quickly on terms favourable to the United States and our allies." Mav 21. 1982.

U.S. অমমুং মাগী খোংলোয় লৈবাক্শিংদা হেন্না খুদোংচাবা মওংদা রাজনিতিগী অকক্নবা পান্দমশিং থুনা ফংননবা লানগী শক্তি শিজিন্নবা হায়বসি ঐখোয়গী ত্তৌকম থোকপনি"।

5 Defence Minister, D. Ustinov, ( U.S.S.R. ) :— "Not strength, but reason, not military demonstration, but equal negotiations, is the only way of conducting world offairs, a way promising success". July 12, 1982,

পৃথিবীগী ওইবা সমস্যাশিংদা পাঙ্গলনা মুকপনা য়ারোই, অচুম-চুমদগী রাখল খহ্নবনা ওইগনি, লান্গী পাঙ্গল থৌনা উৎপনা য়ারোই, মান্নবা থাক্তা নাকল অনিনা খন্ন-নৈনমিন্নবতনা শোয়-দনা মায় পাক্লবগী অচুম্বা লম্বী ওইগনি"।

6 (a) Defence Secretary, Caspar Wainberger ( U.S. ) :— "President Reagans program for strategic forces will give us the gretest addition of modern, strengthened strategic forces planned & funded by any United States President". Feb. 8, 1982.

"আমেরিকাগী কনাগুম্বা প্রেসিদেন্ত অমনা পায়খৎলম্বা থৌরাং খুদিংমক্তগী, প্রেসিদেন্ত রিগান্না পায়খৎলিবা অখন্নবা খুংলায়গী শক্তি হেনগৎহন্নবা থৌরাং অসিনা আমেরিকাবু খ্বাইদগী হেন্না শক্তি হেনগৎহনবা থৌরাং ওইগনি "।

(b) "Given the world as if is, we must be ready to fight on short notice in a variety of places around the globe, and to carry on the fight nntil it is won". Feb. 8, 1982.

পৃথিবী অসিদা ওইরিবা অবস্থা অসি অস্থুম্ লৈজরগা, ঐখোয়-দি মসিগী অকোয়বদা লৈরিবা তোঙান-তোঙানবা মফম কয়া-

মরুমদা পাও হেক ফংবা খুদক্তা লান্, শোক্নবগী থৌরাং তৌ-হনা লৈগদবনি, অদুগা লান অহুস্থ ঐখোয়না মায় হেক্ পাক-ত্রিফাওবা শোক্হনা লৈগদবনি।

7 Defence Minister, D. Uitinov ( U.S.S.R. ) :— "The USSR took care of parity and never thought of military superiority over the USA. In this parity of the opposing military forces. we see an embcdiment of the principle of equal security of bok cides". Dec. 12, 1982.

U.S.S.R. না নাকল অনিগী পাঙ্গল চাং মান্নবা ফাওবদি চেকশিল্লি। করিগুম্বদা U.S. তগী লানগী শক্তি হেন্না লৈন-নবা রাখল তৌথিত্রি। মায়োক্নরিবা নাকল অনিমক্কী লানগী শক্তি মান্নবা হায়বসিদা নাকল অনিমক্কী চপ মান্নবা খুদোংথিবা লৈত্রবনি হায়না ঐখোয়না লৌই।

8 Secretary of state, Alexander Haig ( U.S.A ) :— "NATO's nuclear system based in Europe....... are concrete evidence of the nature of the American commitment They are a concrete manifestation of NATO's willingness to resort to nuclear weapons, it necessary". April 6, 1982.

ইউরোপ্তা লৈরিবা NATO গী নিউক্লিয়ার থৌরাংশিং অসি আমেরিকানা শোয়দনা তৌগনি হায়থিবা রাকম অদুগী থবক ওইনা পাংথোক্লবা খুদমনি। দরকার লৈরবদি NATO কাং-বুনা নিউক্লিয়ার খুৎলায় শিজিন্ননিংই হায়বগী থবক ওইনা উৎলবা চপ-চাবা খুদমনি।

9 U.S. military strategist, Colin Gray :— The NATO decision of 12-12-79 is not at all determined to counterbalance the Soviet SS-20

missiles. ( Even is the USSR were prepared to withdraw and scrap every land based medium—range missiles, the U.S. would need a considerable number of new systems in Europe ) The strategic superiority ought to be the main interest of the U.S."

ডিসেম্বর ১২, ১৯৭৯ দা লৌখিবা NATO গী য়ারেপ অহুদি S.U. গী SS—20 মিসাইলশিং অহুতবু লম্বা ওয়নবগী য়াফমতা নত্তে। করিগুম্বা S.U. না মহু লৌথোকপা য়ানিংলবস্থ ১স্থং কংফালদগী শিজিন্নগদবা মেদিয়ম রেঞ্জ মিসাইল পুন্নমক লৌথোকপা য়ারবস্থ U.S. কীদি অনৌবা ম'ংলগী খুংলায় কয়ামকম ইউরোপ্তা থম্বা দরকার লৈগনি। আমেরিকাগী মরুওইবা অপাম্বদি লল্লোংগী অহেনবা খ্দোংচাবা লৈহনবা অসিনা ওইফম থোকপনি ।

10 President, L. I. Bvezhnere ( U.S.S.R. ) :— "I have no doubt that the light of peace will dispel the spectre of war. The years to come can and must be peaceful".

' ঐনা থাজৈ মহুদি শান্তিগী মঙাল অহুনা লানগী ইয়াং পুম্নমক্পু মাঙ্হনথিগনি। লাক্কদবা তুংগী পুন্সিদি শান্তি ওইহনবা ঙমগনি অহুগা শোয়দনস্থ শান্তিপুর্ন ওইহনগদবনি।"

মতৌ অস্থম্ তৌহনা থ্বাইদগী হেন্না শক্তি লৈরবা লৈবাক্ অনিসিগী লুচিংবশিংনা ঙাংথোক্নরক্লিবা য়াঙাংশিং অমদি থবক্ ওইনা উংগ্রবা থৌদোক্ কয়া অসিদগী করম্বা লৈবাক্না পৃথিবীদা শান্তি থম্বা পান্নিবগে অহুগা কনানা খ্ংলায় লমজেল পান্নিবগে হায়বসি তশেংনা খংবা ঙমলে।

মথংদা, মশাগী মরৈবাকী রাংমদা U.S. কী ঈশিং, কংফাল অমম্মুং নোংথক্ লাম্মীগী লৈফম ( base ) ১৫০০ মখী হেন্না তোঙান-তোঙানবা লৈবাক্ ৩২ দা অপুনবা লাম্মী লাক ৫,৪০,০০ গা লোয়-ননা থম্মিবা অসিগী পান্দম করিনো ? পৃথিবী শিনবা থুংনা মিরাংগী মতৌগুম্বা লৈরি। অমরোমদা S.U. গীদি মশাগী লমগী রাংমদা অসিগুম্বা base অমতা লৈতে। মথাগী বেপ্ অসিদগী U.S. কী মরুওইবা লানগী base থরগী লৈফম নিংথিনা উবা ফংগনি।

---

# মীওইবা জাতি কদোমদা ?

## নিপালগুবা পন্দুপ

## করিগীদমক্ ১৯৮৩ চীরবা চহি ?

## ( Why 1983 a creecial year ? )

পৃথিবী অসিদা লৈরিবা লৈবাক্ পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না অচৌবা শক্তি ওইরিবা অমদি Science অমস্তুং Technology দা খ্বাইদগী হেন্না চাউখৎলিরসি Soviet Union অমস্তুং United States লৈবাক্ অনিসিনি। তশেংবমক্তি German Fascism অমস্তুং Japanese Militarism না পৃথিবী অসি থুহ্নম চনশিনবা মপুং ফারমদাইদদি লৈবাক্ অনি অসি মিচং ওইশিল্লহনা Fascism গী মায়োক্তা মায়পাক্না লান থেংনখি। অহুবু লান্ লোয়রবা মতুং ইকুই কুইদনা লৈবাক্ অনি অসিগী ময়ক্তা অচৌবা উংথৎনবা অমা হৌরকখি। লৈবাক্কী য়ায়েল-পাথাপ, শেল-থুমগী নিতি ( Economic policy ) অমদি অতৈ হিয়ম্ খুদিংমক্তা পুমথেন খেন্নরকখি। শম্না হায়রবদা Socialism না নোংম নোংমগী মায়পাকপা হেনগৎলকপা উবদা U.S. না খোইদোক-হেন্দোক্না খোইরাং খোইশাওনবা হেনখি। মরম অসিদগী সমাজবাদকী নিতিবু নমথবা হায়বসিনা U.S. কী foreign policy দা মরু ওইবা নিতি অমা ওইরকখি। মরম অসিদগী U.S. না লুচিংদুনা ১৯৪৯ গী এপ্রিলদা Washington দা অহানবা ওইনা লৈবাক্ ১২ গী ওইবা NATO ( North-Atlantic Treaty Organisetion ) শেমখি। সংস্থান অসিনা Socialism চংপা লৈবাকশিংদা অচৌবা ধমকা অমা ওইরকখি। মরম অসিদগী অসিগুম্বা ধমকা অসি লৌবা

পানবগীদমক্ ইউরোপ্তা লৈবা সমাজবাদ চংপা লৈবাক্ ৮ গী ওইবা W.T.O. ( WARSAW Treaty Organisation ) অসি ১৯৫৫ দা WARSAW দা শাহি তৌনছুনা শেমখি। অস্তুম্না সংস্থান অনি অসিগী লুচিংবা অমমম ওইছুনা U.S. অমস্তুং S.U. লৈবাক্ অনিনা ঙসিগী পৃথিবী অসিদা খ্বাইদগী শক্তি লৈবা লৈবাক্ ওইরি। Science অমস্তুং Technology দা লৈবাক অনি অসি কনানা হেন্না চাউখৎপ্রবগে হায়বসি তরাইবা রাফম নত্তে। অহানবা ওইনা ১৯৬১ দা অহাংবা অতিয়াদা মী য়াওবা 'খুৎশেমগী থা' পায়হনখিবা নত্রগা অহাংবা অতিয়াদা পাইরিবা খুৎশেমগী থাশিংদা ইংথোল ১স্তুং হৈকোল-লৈকোল শেমছুনা হৈ-লৈ অমস্তুং য়েনশাং-নাপি হৌহনবা ঙমপ্রবা অমস্তুং মহুবু পৃথিবীদা পুথরক্তুনা খুদোন-পোৎ ওইনী পিনপ্রবা নত্রগা খুৎশেমগী থা মুমিৎ ১২০ গী খোংচৎ অমা পাইহল্লগা পাল্লল গ্রহদগী ( Venus Pianet ) ১৯৮২ দা Scientific date খোমজিনবা ঙমপ্রবা Soviet Union না হেন্না চাউখৎলিব্রা নত্রগা অহানবা ওইনা মীওইবনা জুলায় ১৬, ১৯৬৯ দা থাগী লৈমায়দগী লৈবাক্ পুথরকখিবা নত্রগা খ্বাইদগী হান্না ১৯৪৫ দা এতোম বোম পোকথায়হনখিবা অহুগা খ্বাইদগী নৌরবা তমথিরবা নিউট্রোন বোম ( Neutron Bomb ) ১৯৮১ দা পুথোকপা ঙমলিবা U.S. না হেন্না চাউখৎলিব্রা — হায়বসি ইরায়-লায়বা রাফম নত্তে। অহুবু অমনা অমবু লাকচখিগপ্রা হায়না শেম শাহুনা লৈনরিবা মওং খরসিদগী চাংচত্তা মায়ৈ হায়না লৌবা য়াই। অস্তুম্না তোঙান তোঙানবা লৈবাকশিংনা পৈশিন্দুনা থম্নরিবা Nuclear শক্তি লৈরবা বোম অসি ৫০,০০০ নি। হায়না Scientish শিংনা লৌনরি অহুগা U.S. তনা পৈশিন্দুনা থম্লিবা Chemical বোম অসিনা টন ১,৫০,০০০ নি। পুম্নমক্ অসিগী পোকথাইবগী অপুনবা শক্তিনা T.N.T. বিল্লিয়ন ১৫ ওইগনি। পুম্নমক্ অসি য়ানবা অমগী মথাদা

শিদোক্তনুনা মাংহনখিবা নক্তরদি নোংম নত্রগা নোংমা পোথাই-রকনুনা মহুক্কী ফল পুন্নমক ঐখোয়না ফংবা ঙাবনি।

ঙসি বোম অমগী শক্তি নৈনরকপদা ১৯৪৫ দা U.S. না জাপান্দ থাদখিবা এতোম বোম অহুগা হেক্‌-হেক্ চাংদম্নে। অহু-গুম্বা বোম অহুদি এতোম শক্তিগী মরমদা খঙবদা ঙাইরিঙৈ; লৌ-শিং মপুং ফাত্রিঙৈদা পুথোকখিবনি। বোম অসি চাউরাক্পা টন ৪ লুমই অহুগা মহুদগী থাদোব্খিবা মাঙ-তাকহনবগী শক্তিনা T.N.T. কিলোটন ১৩ রোমঙনি। মপ্রতগী Uranium ২৩৫ গী কিলো অমথক্তমক বোম্ অহুগী মনুংদা পোকথাইখিবনি। অহুরু বোম অসিনা খুদক্তা মাঙ-তাকহনখিবা অমদি ঙসি ফাওবদা মাঙ-তাকহল্লিবনি পুন্নমক্না খংনরে। খুদক্তা হিরোসিমাদা মী ২'২০,০০০ রোম শিখি অহুগা মীওই ৩,৫০,০০০ না মথল কয়াগী লায়নাদগী ঙসি ফাওবদা থদোংখিবা নংবা লোইদ্রি। ঙসিদি হিরম অসিদা মীওইবগী লৌশিং অসি ফনা নিংখিজবা মপুং ফাবে হায়না লৌবা য়াই। মেগাটন অমা লুম্বা বোম অমনা হিরোসিমাগী এতোম বোম অহুদগী শরুক্ ৮০ রক হেন্না মাঙ-তাকহনবা ঙম্লে। অহুনা মেগাটন ১০০ লুম্বা বোম্ অমথক্তনা হিরোসিমাগী খুদোংখিবা অহুক্তম্বা লিশিং ৮০ রক থোকহনবা ঙম্লে। মবম অসিদগী পৃথিবীদা লৈরিবা বোম পুন্নমক অসি অমুক্তদা পোকথাইহনবা তারবদি পৃথিবীদা লৈ-রিবা লেংলি-পাল্লিবা জীব পুন্নমক্ অসি অমুকথক্তং তুম্না মাঙহনবতা নত্তনা ১৮ লক্ হঙ্গিন-হঙ্গিন মাংহনবা ঙম্লগনি হায়না Scientish শিংনা মোত পিরি। মীপুমগী ওইনা চাংচত্তা যেনথোক্লবদি ,মাঙ-তাক্লবগী শক্তি অসি মী অমমমদা কিলোট অহুমদগী মঙাফাওবা থুংলগনি। কয়াগুম্বা Scientish শয়মদি কিলোটন ১০—১৫ ফাওবা জাপানগী বোম তাকম অসি ঙসিফাওবদা নাপি শিংনা অমতা হৌত্রি, চহি ৭০ ফাওবা হৌখিরোই হায়না পানরি।

থুংগনি হায়নস্থু মোত্‌ পিনরি। তশেংনা জাপান্দা মাঙ-তাকহনখিবা অহুগা চাংদয়বা তারবদি জাপানগী অহুদগী শরুক্‌ মিলিয়ন ২ই দগী ৩ ফাওবা ওইগনি হায়না পানরি। শয়া হায়রবদা হৌজিক্কী মী য়োল ( Present generation ) অসিমক্তা ভুয়া মাঙহনখিবদা নত্তনা লাক্লদবা চহি লিশিং কয়া ফাওবদা থয়াই পানবা জীবনা ( ককচেংগুবা জীব খং নত্তনা ) খুন্দা-লৈতাবা য়াররোইদবা হুতনা থম্লবা লৈকংলা অমা ওইখিবা হায়বসিদি শোয়দ্রবা য়াকমনি।

অস্থুম তৌহনা নাকল অনিমক্তা লৈনরিবা ঈশিং, কংফাল অমস্থুং নোংথক লাম্মীগী চাং লোয়ননা মথোয়শিং অসিশা শাগোন-নরিবা তমখিয়বা থুংলায়শিং অসি মায়বা চাং অমদা লৈনরে হায়না নাকল অতিমক্কী অখং-অহৈশিংনা য়ানখিবদগী ১৯৭২ গী মে, ২৬ তা Moscow দা U.S. অমস্থুং S U. অনিগী য়ান চে অমা শাহি তৌনখিবা ( SALT-I-TREATY ) অমস্থুং মহুগী মথা তাবা ওইনা ১৯৭৯ গী জুন ১৫-১৮ গী মন্নুংদা Vienna দা L I. Brezhnev অমস্থং J. Carter অনিনা য়ানহনা শহি তৌনখিবা SALT-II চুক্তিগী মতুংইন্না ডিসেম্বর ৩১, ১৯৮৫ ফাওবদি নাকল অনিমক্তা অনৌবা, থুংলায় শাদনবা. চাংয়েং তৌদবা, লৈনরিবা চাং অসিদগী অত্তোপ্পা মশিং হেনগংহন্দবা—নচিংবা হিরম কয়া অসি ভাক্কা চং-নফম থোকপনি। অহুগীস্থু মথক্তা ১৯৮১ গী ২৬ শুবা C.P.S.U. গী মীফমদা লেপ্পখিবা য়ারেপকী মতুংইন্না S.U. না হৌদোকখিবা—(1) Nuclear থুংলায় হান্না শিজিন্নবা অসি মীওইবা জাতিগী মায়োক্তা তৌবা অচৌবা মরাল ( crime ) অমনি ; (2) Europe তা Medium range nuclear weapens মশিং হহ্নহন-গদবনি লোয়ননা (3) tactical nuclear weapens স্থ লৌ-থোক্লগদবনি হায়বনশিংবগী হিরমদা U.S. অমস্থুং S.U. না নভেম্বর ৩০, ১৯৮১ দগী Geneva দা য়ারি শাবা হৌখিবনি।

মরক অসিদা U.S. না লুচিংবা NATO লৈবাক্শিংগী মীফম অমা ডিসেম্বর ১০, ১৯৭৯ দা Brussels তা ফমখি। মীফম অদুদা Pershing II অমসুং Tomahawk Cruise Missiler নোংচুপ ইউরোপ্তা লৈবা NATO লৈবাকশিংদা থম্মনবা থম্মখি। মগংদা ১৯৮০ গী মেদা Brushels তা ফমখিবা NATO গী মীফমদা ইফোং ফোংনা লাউথোকপ্রে মহুদি খ্বাইদগী অনৌবা লৌশিং অমসুং জ্ঞান •( mos modern technology ) শিজিন্নহনা NATO লৈবাকশিংনা লানগী শক্তি হেন্না লৈননবা হোৎনরগনি। মতুংদা কাংলুপ অসিগী Willumsbera মীফমদা লৌখিবা ৱারেপকী মতুংইন্না Geneva দা চৎথখিবা ৱারি শানবা অসিনা য়ানব্রবদি ১৯৮৩ গী ডিসেম্বরদগী হৌনা হায়রিবা মিনাইশিং অসি ৫৭২ থক্ মথংশিংনা Great Britain—১৬০, F.R.G.—৯৬+১০৮ ( Pershing II ) Italy—১১২, Belgium ৪৮, অমসুং Netherland –৪৮ থম্নগনি হায়বা অকক্নবা ৱারেপ লৌখি। শম্না হায়রবদা হেনমন্না মতিকচানা লৈজরবা অসিগী মথক্তা অনৌবা পোকখাইনবা শক্তি কিলোটন ১,০০,০০০ অমুক্ হাপচিনবনি। লাইবক্ ৎবিদগী Geneva দা শানখিবা ৱারি অসি য়ানদহনা হৌজিক্ ১৯৮৫ দা অমুক্ হন্না মখা তানা ৱারি শানরি। লোইশিনখি লোয়নবা হায়নরিবা খুংলাইশিং অসি মথক্কী লৈবাক্শিং অসিদা থমখি।

মথংদা আগষ্ট ৮, ১৯৮১ দা Reagan সরকারনা Neutron বোম শানবা পিখিবা হুকুমগী মতুংইন্না তমখিরবা বোম অসি মরাং কায়না পৈশিন্দুনা থমলি। অমুকসু, নিউক্লিয়ার খুংলায়গা কোয়রবা ক্ষতিক চারবা লাম্মী ২০০,০০০ দগী হেন্না লৈরবা R.D.F. ( rapid deployment force ) লৈনা-লৈনা নৌহৌনা ১৯৮৩ গী অঙনবা শরুক্তগী লাম্মী লাক ২,৩০,০০০ অমসুং শক্তি লৈরবা B—52, C—5, C—141, C 130 নচিংবা বোম্বর ৩৫০ গা

কোয়না CENTCOM (Central Strategic Dommand) শিংথংখি।" থৌরাং পুম্নমক্ অসি SALT—II গী য়ানখিবা য়ারোলগী য়াংমদনি। অসিগুম্বা থবক শুইনা পাংথোকপ্রবা তমথিরবা থৌরাশিং অসিদগীনি ১৯৮৩ দু চীরবা চহি শুইথ্রবসি। মরমদি— (1) চাংচত্তা মাম্না লৈনখিবা থুংলায়গী মথক্তা অনৌবা পিসাইল ৫৭২ হাপচিনখ্রবদি NATO লৈবাকশিংনা চাদা ৫০ গী চাংদা হেন্না থুদোংচাখিগদৌরবনিনা মসিগী লম্বা পাবা ওমগদবা নত্রগা থর হেন্না লাকচবা য়াগদবা অনৌবা থুংলায়শিং S.U. না পুথোরক্কনি। হায়বদি মৌহৈনা অমুক্ Nucleor থুংলায় লমজেল তায়রগনি। মতাং অসিদা President Andropov না হায়খিবা অমা নিংশিংবা য়াই। "Russia will never be caught defenceless. No country will be allowed to achieve arms superiority. Let there be no mistake about it". —হায়বদি "রুসিয়ানা মশা ঙাকথোকহৌদবদগী থর থুদোংথিবা নংলোই। কনাগুম্বা লৈবাক্ অমতনা থুংলায়গী শক্তি হেনহনখিরোই য়াফম অসিদা অমুক লান্না লৌরগনু—থাজদবা তৌরগনু" অমগনু নিংশিংবা য়াই। "· ········ ·those who have encroached on the integrity of our state ...........have found themselve on the garbage heap of history". "· ····· ঐথোয়গী লৈবাক্তা লান্দাখিবশিংদো·········মথোয়ৎক্তা তুম্না মাংজপ্রবনি. মসি ইতিহাসনা শক্তি ওইথ্রবনি·········।" য়াফমশিং অসি মতিকচান্না শক্তি লৈত্তদি তবাইনা হেক শিজিন্নবা য়াবা য়াফমদি নত্তে। মতাং অসিদা থোইদোক হেন্দোক্না নিংশিংবা য়াবা মমল য়ান্নবা য়াফম অমদি S.U.না অনিশুবা U.N. গী অথৗবা Disarmament মীফমদা ১৫/৬/৮ দা (2rd U.N. Special Lession on Disarmament) লাউথোকখিবা য়াফম "Russia will not be the first to use

nuclear weapons"—রুসিয়া নিউক্লিয়ার খুংলায় শিজিন্নবদা অহানবা ওইরোই" হায়বসিনি।

অনৌবা মিসাইলশিং অসি অথৌবা মী য়াওদ্রবা ( Pilot-less ) B—52G কৌবা বোম্বর প্লেনশিংদা হাপলগ শিজিন্নগদবনি। লানক্ষমদা শিজিন্নরগদবা খুংলায় ( Theatre weapons ) ওইর-বনিনা লানকম অদুদা লৈরিবা ওফিসারগী হুকুম মথাদা থম্বা তাই। হায়বদি মথক্ থোংবশিংগী হুকুম য়াওদনা লানকম অদুগী কম্মন্দরনা শিজিন্ননিংবা মতমদা শিজিন্নরগনি। মতাং অসিদা নিংশিংবা য়াবা অমনা— Electronic Computer System ফেল ওইবদগী ( aview greatly shared by all the 182 scientists from 49 countries assembled in the World Assembly in Progne, June, 1983 ) নত্রগা মীওইবগী য়াথল অসি ঈংনা, মপুংফানা চাংনাইবা ডমলক্তবদগী ( When man becomes irrational ), নত্রগা অক্ক লানবদগী ( mis-calculation ) অসি-গুম্বা তমখিরবা খুংলায়শিং অসি হেক্ শিজিন্নখিবা য়াই। অদুগুম্বা তাজ্জা নত্রগা মুমিং অদু পৃথিবী অসি তুম্না মাংখিগদৌরবা লান-ফমগী অহৌবা ওইগনি। য়ানবা পুরকপা ডমখিদবদগী অদুগুম্বা খুদোংথিরবা কিভম অদু ১৯৮৩ দগী হৌদ্রে।

Inter-Centineutal Ballistic Missiles ( ICBM ) দগী হেন্না খুদোংথিরবা মিসাইল ভাক্তনি ; অদুবু ICBM শিজিন্নবদি Supreme Commander ( i. e. President ) গী অয়াবা হুকুম য়াওদনা অমদি শিজিন্নরগনি হায়বগী থৌরাং তৌনবা নত্রগা খন্নবা অকক্নবা মতম ( warning time ) পিদনা শিজিন্নবা য়াদে। অসিগুম্বা অথিংবা থর অসি লৈহন্দ্রবনিনা খুদোংথিনবগী মায়কৈদা হেন্না খুমাং চাউশিলহন্রে। মিসাইলশিং অসি মাগী পম্বুংফম য়ৌত্রি-কৈদা লম্বি লমথাদা থিংবা ( intercept , ইম.দ, মৌহ.িংিব

পম্ভুংকম সহু য়েনা চংশিল্লি। অহুপা মিসাইল অমনা পম্ভুংকম কন্দাবদনো হায়বসি খংবদা য়াম্না য়ানা থোকই। অসিগুম্বা মিসাইল-শিং অসি কিলোমিটর ২৫০০ ফাওবা য়ৌবা ঙমই। মরম অহুনা নোংচুপ ইউরোপ্তা থম্লিবা মিসাইলশিং অসিনা S.U. গী মরুওইবা সহর খুদিংমক্ মিনিট ৫—৬ ফাওবগী মনুংদা লায়না য়ৌরগা মাঙ-তাকহনবা ঙমলগনি।

অসিগুম্বা মিসাইলশিং অসিদা লৈরিবা মগুনশিং অসি উরগা ঐখোয়না খংলে মহুদি মখোয় অসি মশা ঙাকথোক্লবদা শিজিন্নগদবা খুৎলায় নত্তে, মাংজোননা শিজিন্নরগা ( offensive ) য়েক্লবনা শেম-শারিবা খেজশিং অহুবু মপুংফানা মাঙহন্দুনা অমুক্ খুৎহল্লরুবগী শক্তি অমা লৈহন্দবা ( first strike, no return/pre-emptied attack ) খুৎলায় ঙাক্তনি। অসিগুম্বা মওংদা NATO লৈবাক-শিংনা W.T.O. লৈবাকশিংদগী লাকচথিবা হায়বসি S.U. না খক্ য়ারোই। মরম অহুনা পৃথিবী অসিবু ১৮ লক্ হন্না মাঙ তাকহল্লবগী শক্তি পৈশিন্দুনা লৈনরবা অসিগী মথক্তা নৌহৌনা খুৎলায় লম-জেল ভায়হুনা অপুনবদা পোকথাইনবগী শক্তি অসি কিলোটন লাক ২ য়োম হাপচিন্দুনা হেননা খুদোংথিনবগী মায়কৈদা খুমাং চাউশিন-নগ্রে। হৌজিক তোঙান-তোঙানবা বিষয় কয়াদা বিজ্ঞানগী অনৌ-অনৌবা লৌশিং ( New secrets of sciende and technology ) থিজিল্লিবা Scientist কী মশিং অসি লাক মঙা (৫০,০০০) দগী হেল্লি হায়না পাননরি। হিরম অসোমদা শিজিননম্লিবা মশিং লাকঙমল্লবা শেনফম অসিনা শেংপ-চাবা ফংল্লিবা, লৈনবা য়ুম লৈ-ল্লিবা, লাইরিক তম্বা ঙমল্লিবা, তমফমশিং নিংথিনা লৈল্লিবা লায়েং-শং অমসুং হিদাক্ লৈল্লিবা, মীওই কোটি কয়ানা থবক ফংল্লিবগী সমস্যা কয়াবু হেন্দোক্লা কোকহনবা ঙম্নগদবা শেল পুম্নমক অংেখয়া মশানা মশাবু হঞ্জিন-হঞ্জিন হাক্তোকহন্নবা মায়কৈদা শিজিননবা

হৌগ্রিবা অসিমক্ মীওইবা জাতিগী লাইবক খিবনি। মসিদগী কানননবা অমতা ঙাইরবা উপাইদি মীওইবা জাতিবু কনবা পাম্বা মীয়ামগী অপুনবা খোল্লাওনা খুৎলায় লমজেল থিংলগা হাননা লৈ-প্রবা খুৎলায় পুন্নমক্ মাংহনখিবঙনা ওইগনি। U.N. না য়াম্বেল্ মখাদা চহি খুদিংগী October ২৪-৩১ ফাওবা পাংথোক্লিবা Disar-mament week অসিগী পান্দম হেন্না মপুং ফাহন্দুনা মাঙখিগ-দৌরবা মীওইবা জাতি অসিবু কন্নবা হোৎনবদা পুন্নমক্কী অঙম্বা মতেং পিনফম থোকই। খুদোংথিবা অসিদগী কনননবা অমতা ঙাইরবা উপায়দি পৃথিবীদা শান্তি খম্বনা ওইগনি। শান্তি থমগে হায়রবদি তোঙন-তোঙানবা সংস্থানশিংদগী লাউরকপা অপুনবা শান্তিগী খোল্লাওনা অচৌবা শক্তিশিংগী মরক্তা খুৎলায় লমজেল তাননরিবসি তোকহন্দুনা, অন্তর-জাতিগী সমস্যা খুদিংমকপু পুন্ন-ফমিন্নহনা খন্ন-নৈনহল্লগা তায়শিন্নহনবা লোয়ননা হান্নগা পৈশিন্দুনা থম্নপ্রবা নিউক্লিয়ার খুৎলায় পুন্নমক্ অকরুবা চাংদা শিদোকহন্দুনা অস্নুম অস্নুম মাংহনখিবনা মমৈথংদা অমতা পায়নহন্দবা, ধর্ম্মগী নত্রগা রাজনিতিগী মায়কৈদা মান-মান পামজবা নিতি চৎনবদা অমনা অমদা খুৎ থিংজিন্নদবা, অদু ওইরবদি পৃথিবী অসিদা ভং-তানা লেনবা পুক্নি লৈহনবা ঙমগনি লোয়ননা খুদোংথিবা অসিদগী কনবা ঙমগনি।

---

# মীওইবা জাতি কদোমদা ?

মাপললগুবা পন্দুপ

**মীচং-চুংশিন্নবদা য়াওববা লৈবাকশিংনা বিশ্ব শান্তি থন্নবা হোংনবদা লৌরিবা থৌদাং :—**

**সংস্থান অসিগী হৌরকফম :** পৃথিবীগী চাউখৎলক্লিবা লৈবাকশিংগী লুচিংবা কয়ানা রাজনিতিগী অমদি শেল-থুমগী নিংস্বা ফংননবা হোংনরকখিবা মীফম কয়াগী মনুংদা আফ্রিকা অমসুং এসিয়াগী লৈবাক ২৯ না ১৯৫৫ গী এপ্রিল ১৮ দগী ২৪ ফাওবা বান্দুং সহরদা ফমখিবা মীফম অসিনা "মীচং চুংশিন্নবদা য়াওদবা সংস্থান অসি পোকখিবগী হেক হাকথেংননা মব হুনখিবা মীফম্নি হায়না লৌনা য়াই। মীফম অতুদা মখাগী লৈবাকশিংসি য়াওখি: ১। আফগানিস্থান ২। বর্মা ৩। কামবোদিয়া (কমপুচিয়া) ৪। সিলান (শ্রীলঙ্কা) ৫। চিনা ৬। ভিয়েৎনাম্ ডিমোক্রেটিক্ রিপব্লিক ৭। ইজিপ্ত ৮। ঈথিওপিয়া ৯। গোল্দাকোস্ট (ঘানা-Ghana) ১০। ইন্দিয়া, ১১। ইন্দোনেশিয়া, ১২। ইরান্ ১৩। ইরাক্ ১৪ জাপান্ ১৫। জোরদান ১৬। লাউজ ১৭। লেবানোন্ ১৮। লিবেরিয়া ১৯ লিবিয়া ২০। নেপাল ২১। পাকিস্থান্ ২২। ফিলিপ্পিন ২৩। সাউদি-আরাবিয়া ২৪। সিয়াম (থাইলেন্দ) ২৫। সাউথ ভিয়েৎনাম্ ২৬। সিরিয়া ২৭। সুদান্ ২৮। টুরকি অমসুং ২৯। য়েমেন অসিনি। মীফম অতুদা য়াওখিবা অথোইবা লুচিংবশিংগী মনুংদা পন্দিত জবাহরলাল নেহরু, ফাম্ভান্ দোং, গামাল্ অবদেল নেসর, অহমদ্ সুকারনো অমসুং চাউয়েনলাই-নি।

বান্দুং কনফরেন্‌স অসিদা মুন্না থন্ন-নৈনরবা মতুংদা মোত্‌ অমতা ওইনা য়ানখিবা রাফমশিংগী মনুংদা "মীচং চংদবা" অমসুং "মীচং চুংশিন্নবদা য়াওদবা" রাফমশিং অসিনা অথোইবা ওইখি। লোইলম ওইরম্বা লৈবাক কয়ানা পৃথিবীগী ২শুবা লাপ্লাও মতুংদা মচি-ময়া কয়াদা মীনাই-য়োহ্লিং কোক্লরকখি; লোয়ননা বৃটিশ-ইম্প-রিয়েলিজম্না মরাম চায়থরকপগা লোয়ননা U.S. না চংশিল্লকপা 'Cold war' নিতিবু মীফম অসিনা থন্ন-নৈনবগী অচৌবা য়ুম্ফম্‌ অমা ওইখি। ১৯৪৫ গী মে তাং ৮ দা সতর্ অমতা য়াওদনা জর্মন্না মায়খিয়ে হায়না চংজখিবদগী অচৌবা অহোংবা থৌদোক্‌ কয়া থোকখি। ফ্রেন্স ইম্পারিয়েলিজম্না ভিয়েৎনামদা লান্দাশিনখি; আমেরিকানা লান্দাশিল্লকপদা মশাগী নিংতম্বা ভারুনবা কোরিয়াগী মীয়াম্না লান থেংনখি; বৃটিশ ইম্পরিয়েলিজমগী মায়োক্তা ভারতা নিংতম্নবা অকনবা অন্দোলন হৌখি; নিংতম্নবগী লানফমদা ইজিপ্ত-রিপব্লিক অমসুং China হৌরকখি।

অসিগুম্বা তাপ্পা অসিদা U.S. না পৃথিবী অসি মখোয়গী খুত্থমদা থম্নবা মখল কয়াগী খোংথাং কয়া থাংজিনবা হৌরকখি। মরম্‌ অসিদগী 'Truman Doctrine' লাওথোকখি অমসুং 'Marshall Plan' থবক ওইনা পাংথোরকখি; লোয়ননা লৈবাক্‌ মনুংগী থৌশিল-দা Taft-Hartly Act পাস তৌহ্নুনা কম্যুনিষ্টকী লুচিংবা কয়া মীহাৎ-মীপুনগী দন্দি পিখি। অন্তর-জাতিগী থাক্তা ১৯৪৭ দা Rio-de-Janeiro Act শেমদোকখি; ১৯৪৯ দা NATO কাংলুপ্‌ শেমখি। ১৯৫১ দা ANZUS কাংলুপ শেমখি; ১৯৫৪দা SEA-TO লোক্‌ শেমখি; লোয়ননা টুরকি অমসুং ইরাক্‌ লৈবাক্‌ অনিনা ১৯৫৫ দা য়ানখিবা Baghdad Pact তা য়াওশিনখি।

অসুম্না লানগী খোঙবু কয়া U.S. না লুচিংহ্নুনা শেমগৎলক-খিবা অসিনা সোভিয়েৎ লৈবাকশিংগী মরক্তা মখোয় মশেল

তেংবাংননবা চুক্তি অমা (Treaty of Mutual Assistance) বান্দুং কনফরেন্সকী মতুং ইকুই-কুইদনা হ্রার্শোদা শেমখি। লৈবাকশিং অছুদি সোভিয়েৎ ইউনিয়ন, বুলগেরিয়া; জেকোশ্লোভাকিয়া, জর্মন ডিমোক্রেটিক রিপব্লিক্‌, হংগেরি, পোলন্দ অমসুং রুমানিয়া অসিনি। মীফম অছুদা মখাগী হ্রারেপশিংসি লৌখি ঃ

১। ইউ.এন. গী চারতরদা য়াওরিবা হ্রাফমবু সনমান তৌবগা লোয়ননা লৈবাকশিং অসিগী মশা-মশাগী ফংফম থোক্‌পা অধিকারবু ( basic rights of nations ) ঙাক্না চৎনবা।

২। লৈবাক পুম্নমক্কী মশাগী সোভরেন্টি ( Sovereignty ) অমসুং মরমদম কায়দনবা হোৎনবা থৌশিলবু ( territorial integrity ) সনমান তৌনবা।

৩ অচৌ-অপীক নায়দনা লৈবাক পুম্নমক অমসুং জাতি পুম্নমকপু শকখংবা

৪। লৈবাক অমগী মশাগী ওইবা থবক্তা অতোপ্পা লৈবাক অমনা খুৎ-থিংজিন্নদবা।

৫। U.N.গী য়ান-পথাপ্‌কী মতুংইন্না জাতি খুদিংমক্না মশাগী অমদি মজাতি কন্নবা হোৎনজববু সনমান তৌনবা।

৬। অচৌবা শক্তিশিংনা মখোয়গী কান্নবা য়েংছুনা অতোপ্পা লৈবাকশিংবু পুন্না ঙাকশেন্নবগী ( collective defence ) থবক্তা য়াওহন্নবা তৌরকপা থৌরাংদা য়াওদবা ; অচৌবা শক্তিশিংনা ইনশিন্দুনা অতোপ্পা লৈবাক অমনা অমদা শাফু পিহন্নবা হোৎনবা থৌরাংবু নিন্দা তৌবা।

৭। অতোপ্পা লৈবাক অমগী নিংতম্বা মাংহন্নবা নত্রগা লৈবাক্‌ কায়হন্নবা পায়খৎলকপা থবক নত্রগা ধমকাদা য়াওশিন্দবা।

৮। U.N. গী চার্তর মতুংইন্না অন্তর-জাতিগী য়েৎনরিবা হ্রাফম

খুদিংমক্ মরী লৈনরিবা শক্তি শিং অতুনা য়ানজবা শান্তিগী ওইবা পান্থৈনা তাইশিন্নবা হোৎনবা।

৯ | লৈবাক অমগা অমগা ভেংবা.নবা অমসুং অনিমক্কী কান্নবা রাখলবু খুমাং চাওশিনহনবা।

১০ | অচুম্ববু সনমান তৌ-বা অমসুং অন্তর-জাতিগী ওইনা কান্নরকপা যাবা রাক্ষমবু ঙাক্না চৎনবা।

মতৌ অসুম্না, U.S.না পান্নথৎলকপা থৌরাং খুদিংমক্ সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্না পাউখুম পীরকপা অসিনা শক্তি অনিসিগী মরক্তা হেন্না উংথৎনবা অমদি খুৎলায় লমজেল তান্নবক্ননবগী মায়কৈদা হেন্না খুমাং চাওশিল্লবখি, লোয়ননা মি চং-চুংশিন্নবদা য়াওদবা লৈবাকশিংগী দায়িত্ব হেনগৎলকখি।

**অহানবা অরাংবা থাক্কী মীকমঃ** বান্দুংদা ফমখিবা মীফম অসিনা মতুং চহি ৬ কী মনুংদা কোলোনি শন্দোকপগী মায়োকতা (anti-colonial process) অচৌবা কান্নবা খোংথাং কয়া Africa, Asia অমসুং Latin-America দা উরকখি। অসিগুম্বা এন্তি-কোলোনিয়েলগী খোংথাং অসিগা, U.S. না লৈবাক অমগা অমগা মরক্তা খৎননবা শিল্লকপা নিতিগী ( cold war policy ) মায়োক্তা চংশিল্লকপা শান্তিগী খোংজেলগা ( Peace movement) অনিনা খুৎশম্নবা চংমিন্ননবকপা অসিনা লমদমগী ওইবা (regional) অমসুং অন্তর-জাতিগী ওইবা ( inter-continental ) থাক্তা হেন্না চেংশিন্না লৈগদবা সংস্থান অমা লৈনবগী রাখল অসি হেন্না কনখৎহনখি। আফ্রিকাদা মনিং তম্নবা লৈবাক্ ময়ামগী মীফম অমা Accra দা ফমখি ; চাউখৎপা পাম্বা আফ্রিকাগী লৈবাক ময়ামগী মীফম কাসাব্লাংকা (Casablanca) দা ফমখি, অঙ্গোলাদা খুৎলায় পায়বা নিংতম্নবগী অন্দোলন হৌখিঃ পৃথিবীগী মীয়ামগী অপনবা

খোল্লাওনা Kenyaগী ফাজিন্দুনা থমল্লুরবা লুচিংবা Jomo Kenyatta বু খাদোকহনখি।

এশিয়াদসু ভারতকী লাম্নিনা Portuguese না লোই চন্দুনা লৈখ্রবা Goa দা চংশিনখি ; লোয়ননা চহি ৪৫০ মীনায় ওইরম্বহু পুং ৪৮ গী মমুংদা কোকহনখি, অতুগা ইন্দোনেসিয়াদা প্রেসিদেন্ত সুকারনোনা মীয়ামগী শক্তিনা নোংচুপ ইরিয়াবু Dutch শিংনা লোইচল্লম্বদগী তানথোকখি। লাটিন আমেরিকাদা Cuba গী মীয়াম্না হৌরকপা নিংতম্বগী অন্দোলন মায় পাকখি ; ইউ. এস. না মীচং চংলগা Mercenary শিংনা Cuba গী Playa Giron দা লান্দারকপা অদু মায়থিবা পিখি। অতুগা Guyana দা Peoples' Progressive Party গী লুচিংবা Cheddi Jagan না নিংতম্লবা সরকার অমা শেমখি। মরক্ অসিদা অগুর জাতিগী থাক্তা আফ্রিকা অমসুং এসিয়াগী লুচিংবশিংগী অহানবা মীফম অমা ( First Afro-Asian Conference ) Cairo দা ১৯৫৭ দা ফমখি, লোয়ননা Organisation of African and Asian Peoples হায়বা সংস্থান অসি শেমখি।

অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা Congo গী লুচিংবা Patrice-Lumumba বু কোলোনিয়েলিস্ত অমসুং ইম্পরিয়েলিস্তশিংনা ইনশিনদুনা হাৎতোকহনখিবা অসিনা পৃথিবীগী মচি-ময়া শিনবা থুংনা শাওহনখি ; লোয়ননা লোইলম শন্দোকপা নিতিগী মায়োক্তা হৌরকপা ঈহৌ অসি নোংম-নোংমগী খুমাং চাওশিল্লকপনা ৯৬০ গী ডিসেম্বর ১৪ দা U. N. গী মীফমদা লোইলম ওইরিবা লৈবাক পুম্নমক্ নিংতম্বা পিরগনি হায়বা য়াম্না কান্নরবা য়াথেপ অসি লৌহনখি। Bandung conferenceকী মতুংইননা ওইরকখ্রিবা খুমাং চাউশিল্লকপা খোংথাংশিং অসিদগী Indiaগী লুচিংবা Pandit Jawaharlal Nehru, Egypt কী লুচিংবা Abdel Nasser

অমসুং Yugoslav কী লুচিংবা Josip Feroz Tito অহুম্না Yugo-slav কী ঈথৎ Brioni দা মীফম অমা ফমখি। মহুদা বান্দুং মীফম-দা নৈনখিবদগী ওইরকখিবা অফবা ফলশিং উবদগী মীচং চুংশিন্নবদা য়াওদবা লৈবাকশিংগী ঈথৌ অমা শেম্বদা শোয়দনা কান্নরগনি হায়বা রাখল অসি পোকহনখি। ১৯৬০ দা ফমখিবা U.N. গী ১৫ শুবা General Assembly না আফ্রিকা অমসুং এশিয়াগী লৈবাক ১৭পু অসিগুম্বা পৃথিবীগী সংস্থান অসিদা য়াওহনখিবা অসিনা খোইদোক হেন্দোক্না খোংজং অসি মায় পাক্লগনি হায়না লুচিংবশিংগী থম্মোয়দা শনখি। মরম অসিদগী Nehru, Sukarno, Nkrumah, Nasser অমসুং Tito না U.N. গী মীফম মতুংদা New-York তা য়া খন্ন-রবা মতুংদা অহানবা ওইনা অরাংবা থাক্কী Non-aligned coun-tries গী মীফম অমা মৎং চহিদা ফম্নবা লেপ্পখি।

এপ্রিল ২৬, ১৯৬১ দা President Tito অমসুং President Nasser অনিনা লৈবাক ২১গী মকোক ওইরিবা লুচিংবশিংদা পাওজেল অমা থাখ মতুদা মীফম অসিগী কান্নগদবা মওং কয়া পনখি, লোয়ননা অন্তর জাতিগী থাক্তা লৈবাক মশেল লৈনগদবা মরী, ফোর্স শিজিন্নবগী নিতি থাদোকপা অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা খেংনবা অমসুং খংন-চৈনবিবা রাফম পুন্নমক্ নিংথিনা খন্ন-নৈনরগা তাইশিন্নবনা হেন্না ফগদবগী মওং কয়া অহু পিখি। হায়রিবা পাও-জেল অসিদা, U.S. না তেংবাং পিহুনা শৌগৎলিবা Mercenary শিংনা Cuba গী Playa Giron দা লান্দাবন্নু কয়া নিন্দা তৌবসু ফোংদোকখি। অসুম তৌহুনা অহানবা মীফমদা খন্ন-নৈনগদবা হিরমশিং অহু জুন ৫ দগী ১২ ফাওবা Preparatory Committee অমনা লোইশিল্লবা মতুংদা অহানবা মীফম ( First Summit Conference of Non Aligned Countries ) অহু ১৯৬১ গী September ১ দগী ৬ ফাওবা Belgrade তা ফমখি। অহানবা

মীফম অসিদা লৈবাক ২৫ না মপুং ফাবা মেম্বর ( full member) ওইনা, লৈবাক ৩ না observer অহুগা National Liberation Movement অমসুং International Organisation কয়াগী মীহুৎশিং য়াওখি। হায়রিবা অহানবা মীফম অসিদা মথাগী লৈবাক ২৫ অসিনা মেম্বর ওইনা য়াওখি : (1) Afganistan (2) Algeria (3) Burma (4) Cambodia ( Kampuchia ) (5) Ceylon ( Sri-Lanka)' (6) Congo ( Zaire ) (7) Cuba (8) Cyprus (9) Ethiopia (10) Ghana (11) Guinea (12) India (13) Indonesia (14) Iraq (15) Lebanon (16) Mali (17) Morocco (18) Nepal (19) Saudi-Arabia (20) Somalia (21) Sudan (22) Tunisia (23) The United Arab Republic (Egypt & Syaria) (24) Yemen & (25) Yugoslavia, মীফম অহুনা "পৃথিবীদা শান্তি থম্নবা অমসুং লানগী খুদোংথিবা লৈহন্দবা অরোম্বা ৱারেপ অমা লৌখি ; লোয়ননা Soviet Union গী লুচিংবা Nikita Kshustchev অমসুং U.S. কী President John F. Kennedy দা য়েংনরিবা সমস্যা পুন্নমক্ পুন্না ফমিন্নহনা তাইশিন্নবা হোংনবীহনা লানগী খুদোংথিবা কোকহন্নবা অমসুং পৃথিবীদা শান্তি থম্নবগী চেৎনোল কয়া থাখি।

সংস্থান অসিগী খোংজংনা পুরকখিবা কান্নবা অসি নোংম-নোংমগী হেনগৎলকখি। মথংদা Second Summit Conference অমমুক Cairo দা ১৯৬৪ গী October ৪ দগী ১০ ফাওবা ফমখি; মেম্বর লৈবাক ৪৭না শরুক য়াখি অহুগা observer লৈবাক ১০ সু য়াওখি। মীফম অসিদা "A Programme of Peace and International Co-operation" হায়বা ৱারেপ অমা লৌখি ; লোয়ননা ১৯৬৬ দা হৌদোকখিবা OAU ( Organisation of

African Unity ) অসিগুম্বা ঈহৌ অনিগা হেন্না নকশিন্নবা অমদি খুংশন্নবা চংমিন্নবগী তঙায়ফদবা লৈ হায়বগী ৱারেপ কয়াম্মু লৌখি।

মথংদা ৩ শুবা অৱাংবা থাক্কী মীফম অদু (Third Summit Conference) ১৯৭০ গী September ৮ দগী ১০ ফাওবা Lusaka দা ফমখি; লৈবাক ৫৪ য়াওখি অমস্থুং Observer লৈবাক ১০ মু লাকখি। নৌনা নিংতম্বা ফংখিবা Mozambique, Angola অমস্থুং Zimbabwe লৈবাক অহুমস্থু মপুংফাবা মেম্বর ওইনা মীফম অদুদা য়াওখি।

মীফম অদুনা য়াম্না মরুওইবা ৱারেপ অনিথক লৌখি: অহানবা ৱারেপ— পৃথিবীদা শান্তি থম্বা, শোংথহৌরবা লৈবাকশিংবু পুম্না চাউখৎহনবা, লৈবাক অমগা অমগা তেংবাংনবা অমস্থুং অন্তর জাতিগী থাক্তা লৈবাক অমগা অমগা লৈনরিবা মরী অসি গনতান্ত্রিক ওইহনবা। ২ শুবা ৱারেপ— অচৌবা শক্তি অনিমক্তা অমতা য়াওদবা (Non-alignment) অমস্থুং শেল-থুমগী ফিভম ফগৎহন্নবা হোংনমিন্নবা— অসিনি।

অতৈ অতোপ্পা ৱারেপ কয়াগী মনুংদা Indo-China গী ৱাফম, লৈবাক কয়া অমা ইম্পিরিয়েলিস্ত লৈবাকশিংগী কোলোনি ওইরিবা অদু মুথৎনবগী ৱাফম, খা-আফ্রিকাদা কুচু থায়বগী ৱাফম, খুংলায় লমজেল থিংনবা ৱাফম, লেবানোন্দা ইজরাইলনা লান্দাবগী ৱাফম অসিনচিংবা কয়া য়াওরি।

সংস্থান অসিগী খোংজংদা পৃথিবীগী মীয়াম্না থাজবা অসি অস্থুম অস্থুম হেনগৎলকখি। মতুংদা ১৯৭৩ গী Sept. ৫ দগী ৯ ফাওবা Algiers দা ফমখিবা ৪ শুবা মীফম (Fourth Summit Conference) অদুদদি মপুং ওইবা মেম্বর ৭৫ অমস্থুং Observer লৈবাক ২৩ না শরুক য়াখি। মীফম অসিদা রাজনিতিগী ওইবা ৱারেপ ( Political Declaration ). অর্থ-নিতিগী ৱারেপ

( Economic Declaration ), য়াওমিন্নরিবা লৈবাক মশেলগী মরক্তা শেল-থুমগী ফিভম ফগৎনবা চংশিনমিন্নগদবা থৌরম পরেং অমসুং অতৈ য়ারেপ কয়াসু লৌখি । লৈবাকশিং অসিগী মরক্তা তেংবাংননবা হিরমদা নৈননবা Co-ordination Bureau অমা ইহান হানবা ওইনা শেম্বা য়ানখি । ইন্দিয়ান, নেপাল, শ্রীলঙ্কা, ক্যুবা, পেরু, য়ুগোশ্লাভিয়া অমসুং জাইরে-নচিংবা লৈবাক ১৭ না সংস্থান অদুগী মেম্বরনি ।

৫ শুবা Summit Conference অদু Colombo দা ১৯৭৬ কী August ১৬ তগী ১৯ ফাওবা ফমখি । মেম্বর লৈবাক ৮৬ য়াওখি, Observer ওইনা লৈবাক ২২ লাকখি । অহানবা ওইনা P.L.O. না মীফম অসিদা ফুল মেম্বর ওইনা য়াওখি । মরুওইবা য়ারেপ অয়াম্বনা ৪ শুবা মীফমদা লৌখিবা অদুগা মান্নে ।

৬ শুবা Summit Conference না ১৯৭৯ গী Sept. ৩ দগী ৯ ফাওবা Cuba গী কোন্নুং Havana দা ফমখি । লৈবাক ৯৫ না ফুল মেম্বর ওইনা, লৈবাক ২০ না observer ওইনা, লৈবাক ১৯ না বার্ত্তোন তৌবা লৈবাক্ ওইনা— পুম্না লৈবাক ১৩৪ না মীফম অদুদা য়াওখি ।

হৌজিক ফাওবদা সংস্থান অসিগী ইকোন-কোনবা ওইনা ফমখ্রিবা মীফম অসি ভারতকী কোন্নুং New-Delhi দনি । ১৯৮৩ গী March ৭ তগী ১২ ফাওবা ফমখি । ফুল মেম্বর লৈবাক্ ১০১ না শরুক য়াখি । মীফম অদুনা ভারতকী Prime Minister ওইরম্বী Smt. Indira Gandhi বু সভাপতি খনখি । মীফম্ অসি ৭ শুবা Summit Conference নি । হৌখিবা মীফম থুদিংমক্তগী মসিনা খ্বাইদগী হেন্না চাউবা মীফম ওইখি । অচৌবা শক্তিশিংগী মনুংদা থোইদোক-হেন্দোক্লা U.S. না মীওইবা জাতি অসিবু মালেম অসিংদগী তুম্না মাংহনখিবা ঙম্বা নিউক্লিয়ার খুৎলায় কয়া মাংজিন থানা

পুথোবকপা অসিনা মীফম অসি থোইদোক-হেন্দোক্লা মরুওইবা মীফম অমা ওইখি।

অসুম তৌহনা চহি-চহিগী ওইনা সংস্থান অসিদা লৈবাক্ কয়া-মরুম্না য়াওশিল্লক্লিবা অসি সংস্থান অসিগী পান্দম্ ফজবা অমসুং পৃথিবীদা শান্তি থম্নবা হোৎনবদা মায়-পাক্লা অচৌবা থৌদাং য়াবা ওয়কপদগীনি। ওসিদি Socialist লৈবাক্‌শিংনা সংস্থান অসিনা পায়থৎলক্লিবা থৌরম কয়াবু মপুংফানা শৌগৎলি অদুগা ইম্পারিয়ে-লিস্ত লৈবাক্‌শিংনা থোইদোক-হেন্দোক্লা U.S. না সংস্থান অসিগী মায়-পাক্লকপা উবদা থোইরাং-থোইশাওবগা লোয়ননা থবক্ থৌরম কয়াদা খুরৌ থাংহন্দুনা সংস্থান অসিগী ইউনিটি লৈহন্দনবা ওস্যমথৈ হোৎনবি। সংস্থান অসিগী মোত অমতা ওইনা য়ানহুনা য়ারেপ লৌখ্রবা পান্দমশিংদি —

১। ইম্পারিয়েলিজমগী মায়োক্তা লেপ্পা ( Anti-imperialism ), কোলোনি থম্বগী মায়োক্তা লৈবা ( Anti-colonialism ) অমসুং নাকোয়ননা কোলোনি থম্বগী মায়োক্তা লেপ্পা ( Anti neo-colonialism ) ;

২। অন্তর-জাতিগী সমস্যাশিংদা পুন্না ফম্মিন্নরগা থম্-নৈনহুনা তাইশিন্নবা হোৎনবা ( Struggle for International detente ) ;

৩। কুচু-খায়বা (apartheid), জাতি-খায়বা (racism) অমসুং তমথিবা মীহাৎ-মীপুন (zionism) গী মায়োক্তা লাম্থেংনবা ;

৪। লানগী কাংলুপ্ নায়নবগী মায়োক্তা লৈবা (opposition to military alliance) ;

৫। মীচং চুংশিন্নবদা য়াওদবা লৈবাক্‌শিংদা নত্রগা কোলোনি ওইনা লৈবা লৈবাকশিংদা ইম্পারিয়েলিস্ত লৈবাক্‌শিংগী লানগী বেজ (military base) থমহন্দনবা হোৎনবা ;

৬। Third World হায়না খঙনরিবা চাউখৎলক্লিবা লৈবাকশিংগী মরক্তা শেল-থুমগী অমসুং রাজনিতিগী তেংবাং পিনবা ;

৭। অন্তর-জাতিগী ওইনা নৌহৌনা মায়বা চাংদা শেল থুমগী ফিভম ফগৎহনবা হোৎনবা ( New International Economic Order )।

অসুম্না, মীচং চুংশিন্নবদা য়াওদবা সংস্থান অসিগী পান্দমশিং অসি Socialist লৈবাকশিংগী পান্দমগা য়াম্না নকুবা মরী লৈবদগী অয়াম্বা মতমদা সংস্থান অসিনা পায়খৎলকপা থবক থৌরম খুদিংদা Soviet Union না শৌগৎলি। শম্না হায়রবদা, মীচং চুংশিন্নবদা য়াওদবা সংস্থান অসিগী পান্দমসি পৃথিবীদা লানগী থুদোংথিবা লৈহন্দবা, ইম্পারিয়েলিস্ত লৈবাকশিংগী শক্তি তায়বগী নিতিগী মায়ওক্তা চংশিন্দুনা পৃথিবীদা শান্তি থম্নবা হোৎনবা অমসুং লৈবাক অমগা অমগা তশেংনমক্কী চায়-চিন্নবা লৈমিন্নবা (Perfect co-existence) অসিনি। চান্নবা লৈমিন্নবা হায়বসি নৌনা মনিং তমলকপা লৈবাকশিংগীদমক্তদি তঙাইফদনা চঙরবা য়াম্রবা রাকম অমনি। মসিনা মথোয়গী রাজনিতিগী হিরমদা লৈবাক্ অতুগী মপু ওইজবব্ (Political Sovereignty) হেন্না মরা চেৎহনবগা লোয়ননা মতম কুইনা মীথা পোল্লুবদগী (Colonial rule) ফংজরবপা শেল-থুমগী শোত্থহৌরিবা (Economic backwardness) অদু কোকহনবদা থুমাং চাউশিনবা ঙমহল্লি ; লোয়ননা অতেনবা মতমদা শেল থুমগী নিংতম্বা (Economic independence) ফংহন্দুনা মীওইবা সমাজদা মীমান্নবা হিংবা ঙম্বা জাতি অময়ম ওইহনগনি।




লোইরবা